[illegible]

# খোমজিনবা ফুঙ্গা ৱারীশিং

# ꯈꯣꯝꯖꯤꯟꯕ ꯐꯨꯡꯒꯥ ꯋꯥꯔꯤꯁꯤꯡ

# খোমজিনবা ফুঙ্গা ৱারীশিং

কে ঐচ ইবেতোন



মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ

KHOMGINBA PHUNGA WAARISHING
*(A collection of twenty one folk tales in Manipuri)*
*By Kh Ibeton Devi*
*Published by Manipuri Sahitya Parishad Bishnupur District Branch*
*Bishnupur 795 126 Manipur*


অহানবা যোঙবা ঃ ডিসেম্বর, ২০০৭
অযোঙবা ঃ খাওমোম বোবীনন্দ সিংহনা
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্ট
ব্রাঞ্চকীদমক যোঙবা।
মখূম ঃ চুবামনি
মমল ঃ লুপা ৯৫/- (লুপা মরিফুতবামঙা)







নম্ফম ঃ কংলা প্রিন্টর্স, গভর্নর রোড,
ইম্ফাল—৭৯৫ ০০১, মণিপুর।

তুংগী মীরোল ওইগদৌবিবা

ঙসিগী তাইবংদা হবাও মখে লাংনা শান্নজরিবা

অঙাংশিংদা...

## ব্লাহৈ খরদং নোল্লুকচবা

মতম কয়া ওজাগী শিনফমদা কখো কুনা লাক্লবা তৌজিক্লা পব ক্রগী পোথাখবী মায়কৈ অসোমগী যেংলুবগা অইবী কয়াগী মবক্তা তোমথীন চাল্লিবী খাণ্ডেম্নম ইবেতোন দেবী, বিষ্ণুপ্রনা ভুমি ফাওবা মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবদা মশা কখোকপগী খোঙজেল হন্দ্রিবীনি ওজাসি সাহিত্যগী লম্দা অইবী অমা ওইনা শীংথাবীদুনা মনা কয়া ফংখ্রবীনি। ঈংঙি, তপ্পী, মিনংশংনা লৈতেংবীনি। মাগী ঈংব তপ্পগী গুণনা ওসি মাযকৈ অসোমগীদা নত্তনা মণিপুরগী, মণিপুরী সাহিত্যগী লম্দা খোঙদাবিবা অইবা, অইবী কয়াগী মনুংদা শাংথানবা যাববা ওজা ইবেতোন দেবীনি। তৌজিকসু ইবেতোন মযাম্না শক খঙবীবিবান। মহাক্কী খোমজিনবা ফুঙ্গা বাবী লাইবিক অসি পাকবদা এগী থম্মোযদা ফাওবকই, মদুদি থাযনা অঙাং ওইবিঙেদা অহল-লমনশিংনা লীবিবম্বা ফুঙ্গা ব্লাবী, চাকঙাই ব্লাবী কযাদো। ওজাসিগী ব্লাবীসিনা তাকই, মদুদি মৈহৌবোলদগী ফুঙ্গা ব্লাবী লৈবকই হাযবাসনি। মসিনা তঙ্গদু লৈতানা লৈজবা ভুমদ্রবা চবাঙনববা খুন্নাইসিগী নহাবোল ছাত্র ছাত্রীশিংনা ওজাসিগী

লাইরিকসি পারগা অচৌবা কান্নবা, শান্তি লৈবা লোয়ন-লোয়ননা বুদ্ধি লৌশিং কয়া ওইবগী লমজীং মৈরা ওইগনি খঞ্জে। ৱারীগী প্রমাণ-পান্থে ফজে, লূই-নাল্লি। অহানবা মীৎয়েংমক্তদা 'অশিংবী মৌ' য়াম্না মরীক চুম্মী, ফজে। মনেম্বোক্লা মমৌবু ওৎপা-নৈবা তৌখিবা, মমৈদা অশিংবী মৌ অদুনা মনেম্বোক্লা ওৎপা-নৈবা তোকহনখি, মমৌগী মফমদা লাল্লি হায়হনখি, মমৌবু অফবা মৌ অমনি হায়খি। মসিমক্লা হৌজিক মতমগী চরাঙনবা মরক্তা শান্তি পীবা মখল অমনি, লোয়ন-লোয়ননা ঙসি খুন্নাইসিগী মনি-মমৌশিংগী মরক্তা অচৌবা পাড়া অমা তম্বীরে। ওজাসিগী খোমজিনবা ফুঙ্গা ৱারী ২১ শাগৎতুনা মপূং ফাবা লাইরিক অমা ওইহল্লি। মণিপুরদা নত্তনা ভারতকী থায়নদগী লৈরক্লবা ফুঙ্গা ৱারী— কন্নড়, তামিল, বাঙ্গালী, কাশ্মিরী, গুজরাতী, তেলেগু, মণিপুরী অমসুং পঞ্জাবী কয়াগী থায়নগী ৱারী কয়ানা লৈতেংলবা মপূং ফারবা লাইরিক্লি। কন্নড়গী ফুঙ্গা ৱারীদা য়াম্না নোক্লিংবা 'অপঙবশিংগী লৈবাক্তা' হায়বসিনি, মদুগী প্রমাণদি-- হূরানবা নুপা অমনা ইনাকখুনবা অমগী য়ূমজাওগী ফক্লাং মখূল হূৎলগা (সগুন তৌবা) চঙলগা য়াম্লবা পোৎ পুদুনা মখূলদগী থোরকপদা ফক্লাং কীন্থরক্তুনা হূরানবদু ফক্লাংনা নন্দুনা শিরে। হূরানবগী মনাওনুপানা নিংথৌদা ইনাকখুনবা নুপাগী ফক্লাং শোনবদগী নীংখায়রক্তুনা ফক্লাংনা ননবদগী ইয়াম্বা শিবনি। ইনাকখুনবা নুপা দন্দি পীবিয়ু। ইয়াম্বগী এক্স গ্রেসিয়া নিংথৌদা তানখিবা অসিনি। অসিদা নত্তনা ঙানা মীরোল ঙাঙখিবা, তাবদা নুংঙাইবা ৱারীনি।

মতুংদসু অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা ফুঙ্গা ৱারী কয়া পুথোরক্তুনা ঙসিগী খুন্নাইসিগী মীওই কয়াদা খূদোল তম্বীদুনা শান্তি ওইনা হিংদুনা লৈজবা ঙম্বা খুন্নাই অমা ওইহল্লক্নি হায়বগী আশাসি থমজরগা ওজাগী মঙ্গল আশির্ব্বাদ পীজরি।

সোরোকখাইবম নিলকমল
প্রসিদেন্ট
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ

বিষ্ণুপুর
তাং ২৩-১২-২০০৭ ইং।

## ৱাহৌদোক

ফৃঙ্গা বাবীসি অঙাংশিংগী সাহিত্যগী মচাক্নি। মাযাকৈ সোমদা খল্লগা খবদং ওইববসু অঙাংশিংদা কান্নবা পীবা ঙমগদ্রা হাযদুনা হীবমসিদা খৃৎ থাজবনি। ৩শেঙবদি ফুঙ্গাৱাবীসি অঙাংশিংগী চাকঙাই ৱাবী ওইনা হৌজবক্লগসু, অঙাংখক্কগীসু ওইদে, ফেক্টবিদা থবক শৃবিবা লেববশিং, বেডি কোল্লিবা মজদুবশিং, লৌমীশিং অহীং লৌবুক্তা লেকপা মতমদা অমসুং নুংথিল যাও নৎত্রগা শন শেনবর্নচিংবদা মতম লেনবা নুংঙাইনবা ওইনা লৌর্নবি অদুগা লোযননা পৃক্লিং লৌশিংসু ওইর্নবি।

ফুঙ্গাৱাবীদা অঙকপা, নোক্লিংবা, অকিবা কযানা থল্লবা, ভাবনা শাবা মানবা থৌদোক বাথোক্তা যৃম্ফম ওইদুনা শাগৎপা ওইববসু ৱাবীসিনা হিংমিন্নবিবা খুন্নাই অমদা কবি থৌদাং লৌবগে হাযবা হীবমসিদা নৈনবা হৌবকপসি ইং ১৮১২দগীনি। জর্মনিগী সেকোব গ্রিম অমসুং ৱিলিযম গ্রিম হাযবিবা মচীন মনাও অনীনা খুঙ্গংগী যৃম যৃমদা লীনবিবা হেলোইগী ৱাবী, লাই তিনগী ৱাবীনচিংবা কযা খোমজিন্দুনা ফোঙদোকপদগী ঈহৌসি শাগৎলকখিবনি। লাইবিকসিগী মমিং জর্মন লোন্দা

Kinder and Hausmarchen কৌই। লাইরিক অসিগী অনীশুবা খুৎনমগী ৱাহৌদোক্তা চীনবুংদা লীনরিবা ফুঙ্গা ৱারীগী হৌরকফম অমদি মসি শন্দোকখিবগী মরমদা মখোয়গী ওইবা মোৎ পীরি। মসিদগী সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা ফুঙ্গা ৱারী নৈনবগী ৱাখল্লোনসি থোরকখিবনি।

জর্মনগী অতোপ্পা প্রোফেসর থিওদোর বেনফিনা ইং ১৮৫৯দা জর্মন লোন্দা পঞ্চতন্ত্র হন্দোক্লুনা ফোঙবগী ৱাহৌদোক্তা ফুঙ্গাৱারীশিংনা মতমগী মতুংইন্না চীনবুং য়ৈদুনা মফম অমদগী অমদা শন্দোকখিবগী থীওরি নৈনখি। মদুবু 'মাইগ্রের্টরি থীওরি' হায়না খঙনখি। মফম মফমগী তোঙান তোঙানবা মওংগী ফুঙ্গা ৱারী পুখৎলগা চাংদম্নদুনা নৈনবা হৌখিবা অহানবা থীওইসুনি থিওদোর বেনফি।

ইংলেন্দদা রোবর্ট দারৱিননা 'দ ওরিজিন ওভ দ স্পেসিজ' ইং ১৮৫৯দা ফোঙদুনা 'বাইওলোজিকেল ইভোলুসন থীওরি' পুথোকপা মতুংদা ইংলেন্দদা এথনোগ্রাফর ই বি টেলরনা 'প্রিমিটিভ কলচর' ইং ১৯৭১দা ফোঙদুনা কলচরেল ইভোলুসন থীওরি পুথোকখি। ১৯শুবা চহীচাগী অরোইবা অদুৱাইদা এন্থ্রোপোলোজিষ্ট ক্রোল অমদি কার্ল ক্রোন মপা-মচা অনীনা ফুঙ্গা ৱারীগী মচাকশিং হৌরক-চাউখৎলকপগী ৱারী ৱাখোঙশিংবু হিষ্টরিক জিওগ্রাফিক মেথোদ হায়না পুথোকখি।

২০শুবা চহীচাগী অহৌবদা অষ্ট্রিয়ন ন্যুয়োলোজিষ্ট সিমসন্দ ফ্রোইদনা লাই-তীনগী ৱারী অমদি ফুঙ্গা ৱারীগী নুংগী ওইবা ৱাহন্থোক পীনবা অনৌবা থীওরি অমা শাগৎলকখি। মাগী থীওবিসিবু 'সাইকোএনালিষ্টিক থীওরি' হায়না খঙনখি। চহীচাসিগী ময়ায় চল্লকপা অদুৱাইদা নোংচুপলোমদা ষ্ট্রকচরেলিজমগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকখি। মসি ইং ১৯২৮দা রুসকী ফোকলোরিষ্ট দি কে প্রোপনা মোরফোলোজি ওভ দ ফোকটেল্‌স' ইরকপদগীনি। মসিদা মহাক্না রুসকী যাদু মন্ত্রগী ৱারীশিং নৈনবগা পৃথিবীগী ওইবা য়াবা মওংদা ফুঙ্গা ৱারীগী ষ্ট্রকচর পুথোরকখি।

মসি লোরেন্স স্কোটনা ইং ১৯৫৯দা ইংরাজিদা হন্দোক্লুনা ষ্ট্রকচরেলিজমগী ঈহৌ শাগৎপদা অচৌবা মতেং ওইহনখি।

ফুঙ্গাৱারীগী হৌরকফম থিদ্রিঙৈদা মচাকশিং অদুগী ষ্ট্রকচর হান্না খঙবা তঙাইফদবনি হায়না থাজরম্মী।

পৃথিবীদা ফোকলোর নৈনবগী খোঙজেলসি মরু ওইনা ফুঙ্গা ৱারী নৈনবদগী হৌখি। পৃথিবীদা জাতি খূদিংগী লৈরিবা লীনরিবা ফুঙ্গা ৱারীদি মশীং থীবা ঙম্বা নত্তে, মসি নৈনবা পাম্বে ইং ১৯১০দা Anti Harne না 'দ টাইপ ওভ ফোকটেল' কৌবা কেটলোগ অমা পুথোকখি। অমেরিকাগী ষ্টিথ থোমসননা ইং ১৯২৮দা মসিবু ইংরাজিদা হন্দোক্লুনা খরা চাউথোকহন্দুনা পুথোকখি। লাইরিকসিবু আর্ন থোমসনগী টাইপ ইন্দেক্স হায়না খঙনৈ। ষ্টিথ থোমসনগী মোৎতা টাইপ হায়বসি মথন্তা মনীংতম্না লৈবা ঙম্বা চৎনবী ৱারীনি হায়না পীরি। মখোয়গী টাইপ ইন্দেক্স অসিদা টাইপ মশীং ২৫০০ রোম য়াওরি। মালেমগী মফম খূদিংদা ফংলিবা ৱারীশিংগী মশক্তা মখোয়গী টাইপকী মনুংদা য়াওরিবা ৱারীগা মপূং ওইনা মান্নরিবদি মান্নরিবা টাইপ অদুগী নম্বর হায়রগা মশক খঙনৈ। মান্নবগী লৌৱিবা মওং অসি মরু ওইনা ৱারীগী মপূংদা মান্নবা মওংদা লৌবনি, চপ মান্নবদি নত্তে। খরা হেন্না কূপথনা নৈনদুনা ষ্টিথ থোমসননা মোটিফ ইন্দেক্স ওভ দ ফোক লিটরেচর' হায়বা ভোল্যুম তরুক্কী অচৌবা লাইরিক অমা ফোঙই, মদুদা মালেমদা ফংলিবা চীনবুং ৱারীশিংগী মোটিফশিংবু সাইন্টিফিক ওইবা মওংদা পরেং লেংশিন্নবা হোৎনরি।

অসুম্না পৃথিবীদা ফোকটেল নৈনবগী ঈথিল পীখিবা ফুঙ্গা ৱারী হায়বসিগী ৱাহন্থোক তোঙান-তোঙানবা অখঙ-অহৈ কয়ানা মাগী মাগী ওইনা মোৎ পীনরি। থোমসনগী মোৎতদি ফুঙ্গা ৱারীসি ৱারেং ওইবা চৎনবীনি, চীনবুং ওইনা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা মথং মথং থঙথদুনা শমথরকপা ৱারীনি হায়না পীরি।

প্রো ইয়ান হেরোল্ড বুনভান্দনা পীবা ৱাহন্দোক্তা ফুঙ্গা ৱারী হায়বসি চৎনবী ওইনা ৱারেংদা লীনবা, ভাবনা শাবা, মপূং ওইনা হরাও-নুংঙাইহন্নবা লীনবা, অদুমকপু অচুম্বা নৎত্রগা ফিদম্মু য়েকপা ৱারীনি হায়না ফোঙদোক্লি।

ফুঙ্গা ৱারীগা ভ'তৈ চীনবুং ৱারী থাজনবীদা মপূং ওইনা খেন্নরিবসিগী মরম খরা লৈরি। ফুঙ্গা ৱারী হায়বসিনা ভাবনা শাবা, লাইনীং লীচৎগা মরী লৈনদবা, থাঙ্গৈশেংবা মসিগী থোক্লিবা মফমদি স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল, ইয়ান-য়ানশিল্লবা অকক্লবা থোকখিবগী মফম মতম লৈতবা, ৱারীদা য়াওরিবা মী, লাই, হেলোই, ভূৎ-প্রেট, হিংচাবা-হিংচাবী, শা-ঙা, উচেক-ৱায়া, থৱায় পানবা-পান্দবা পূম্নমক চপ মান্নবা ৱারীগী কেরেক্টর ওই। মখোয় মমিং মথা য়াওবা য়াওদবা থিনদবা ৱারীগী মওংনি।

লাই-তীনগী ব্বারীশিংদি অপান্বা ধর্ম্ম, লাইনীং-লীচংকা মরী লৈনৈ। মদুগী হৌরকফম ওই, লাইথৌ-তীনথৌ, লাইনীং লাইশোন্দা শীজিন্নে। নীংশিংবা থোক্লবা মতমগী লাই-তীনশিং, লাই-ওই মী-ওই তৌবশিং, লাইগী মশক্কুম্না লৌনরবা মীওইশিংগী ব্বারী ওই। মদুগী মচাক অমদি শক্তম লাংলিবশিং অসি ঐখোয় সংসারগী নত্তবা, তোপ-তোপ্পা লাই-তীনগী ওইবা থাক্তা লৈ। ব্বারীদা য়াওরিবা পাত্রশিং মমিং-মথা লৈনৈ, খরনা লাই-তীনগী ব্বারীসি থোকখিবনি হায়না থাজনৈ।

ফুঙ্গা ব্বারী অয়াম্বনা 'থায়না মমাঙঙৈদা' হায়না হৌরগা 'নুংঙাইনা পানখি' হায়না হেক হেক লৌইশিল্লি। মসিদা অচুম্বা অফবা তৌবনা মায় পাকপা, ফত্তবা অরানবা তৌবনা মায়থীবা কয়া উৎলি। অতাবশিংনা ফত্তবা তৌবসি, মমৈথংদা অৱা-অনা নংই, দন্দি ফংই হায়বসি খঙহল্লি। অচুম্বা লম্বী চংপা লৌশিং কয়া তানশিন্নবা মচাক কয়া ফুঙ্গা ব্বারীনা খুন্নাইসিদা পীদুনা লাক্লি।

ফুঙ্গাব্বারীদি সমাজ অমগী কলা-সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যগী পূক্কৈনি। সমাজ অমগী অন্ধবিশ্বাসপু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু নিয়মশিংসিগী মখাদা মীওইবা জাতিনা হিংদুনা লৈরি।

হৌজিক মতমদা ঙাঙন-শক্লরিবা প্রমাণ-পাৎস্থে পাউতাক অমসুং পাউরৌনচিংবা কয়াগী ব্বাহৈ-ব্বাতা, লোন্দা পুদা, ময়াম অসি ফুঙ্গা ব্বারীগী পূক্কৈদগী ফংলকপনা অয়াম্বনি। অদুনা জাতি অমা, কাঙলুপ অমগী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতি চাওখৎহনবদা জ্ঞান-লৌশিং পাকথোক চাউথোকহনবদা লমদম অদুগী ফুঙ্গা ব্বারীনা পাংলিবা মতেং কাউথোকপা য়ারোই।

ফুঙ্গা ব্বারীদি মীরোল কয়াগী সমাজদা চৎনরম্বা অরিবা সংস্কৃতি অমদি সভ্যতাগী মঙাল পীরিবা মৈরানি। সমাজদা লৈরিবা থাজনবা কয়া অমা ফুঙ্গা ব্বারীনা ওইহল্লি। মথং মথং মীরোল মীরোল শমথ-থঙথরক্কুনা লীনরকপনিনা থায়না থাজরম্বা ব্বাখল্লোন খরমখৈ মাঙখ্রবসু খরদি অদুম লৈহৌরি।

কনাগুম্বা অঙাং অমা নৎত্রগা মী অমা হৈনা-শিংনবা ব্বারকপা মতমদা পাউতাক ঙাক্তা পীদুনা ব্বারকপদি ব্বারকপগী অশেঙবা ফল ফংবদা লুনা থোকপা য়াই, পাউতাক অদুমক য়াওবা নুংঙাইরবা ফুঙ্গা ব্বারী অমা লীবিদুনা তাহল্লবদি মদুনা হেন্না মহয় ফংবা য়াই। মদো মাগী পুক্নিনা অরোইবা মতম ফাওবা শুক্কাউ কাউরোই। অঙাং ওইরিঙৈদা

মুন্না থৱায় তানা তাখিবা ৱারীদি অহল ওইরবা মতম ফাওবা কাউদে অদুনা হায়বা য়াই, ফুঙ্গা ৱারীদি মীওইবগী লীচৎ-শাজৎ শেম্বদা অফবা পাম্বে অমনি।

ফ্রায়দ অমসুং জুংগগুম্বা মনোবিজ্ঞানিকশিংনা পুরানিক ওইবা ৱারীশিংবু নৈনৈ। মনোবিশ্লেসনগী মনুং হুনজিনবা ৱাখলগী হৌরকফম ওই। মসিদা নক্লবা ইমুং-মনুংগী মরী অমসুং অণ্ডাং ওইরিঙৈগী কল্পনা লোক্তা মরু ওইনা ৱাখল থম্মী। 'মন্ত্রী মচা পোলোই'দা মীনা সনাগী শক্তি ওনবা, মীনা সনাগী তেনৱা ওনবা য়াহল্লি। যাদু মন্ত্রগী পাম্বৈনা। ৱারী অসিগী মপাম্ফোংগী তাবা পংনুং-নুংঙাইবা অদু নত্তবা, নুং হুঞ্জিন্না য়েংবা তারবদি তাইবং মীগী তমথীবা মতৌ অমসুং অৱাবা শক্লোনবু শক্তি অমসুং তেনৱানা উৎলি। মীওইবগী ৱাখল অসি শা-উচেক্তসু চপ মান্ননা চেল্লি। তেনৱানা নিংথৌগী মচাদা হায়রিবা ৱাহৈ, মানা শীনবা পোরম্মা মন্ত্রী মচাগী মথক্তা লমন খুমদুনা অচুম্বনা মমৈথংদা জয় ওইখিবা, মীনম্বা ওইদবা তৌবনা অরেম্বদা মাঙদুনা তোকখিবা, শা-উচেক্কী শক্তমদা শাগৎপা মীওইবগী ৱাখল্লোন ফোঙদোকপা ৱারীনি। পান্দা তোঙান তোঙান উরবসু নুংদদি মীওইবগা শা-উচেক্কা তৎন-থানদ্রবা মরী অমা লৈ হায়বসি থায়নঙৈদগী ৱারী লীবা হৈবা জ্ঞান লৈবা মীওইশিংনা পুথোক্লম্বনি।

নুপানা মরু ওইনা থম্বা ৱারীশিংদা নায়কপু মরু ওইনা থম্মী। মহাক থৌনা ফবা, মমা-মপাগী য়ূম থাদোক্নুনা মতীক লৈবা থবক থৌরম অমগীদমক চৎখি। অসিগুম্বা মখলগী ৱারীসিনা নৌরিবা অণ্ডাংশিংদা ফিদম অমা পীবা ঙম্মী। মমা মপাদগী তোঙান্না মশাগী মখোঙনা লেপচবা ঙম্বগী থৌনা পী। 'নমথবা য়াদবা মচাগী থৌনা' হায়রিবা ৱারীসি অসিগুম্বা মখলগী ৱারীনি। নায়ক মপাগী শীংনবা অমদগী মঙলানগুম য়ূমদগী থোরকই, করিগুম্বদা হিংচাববু হাৎলি নৎত্রগা হিংচাবা অমগুম্বা অমবু খূবামুংদা থম্মী, উচেক, ঈশিংদা লৈবা জীব, ঙা, গুন্তীর নৎত্রগা লৈমায়দা চাদুনা লৈবা জীবশিং, ককচেংগুম্বগা মরূপ ওই, শীংনবা থবক থৌরম পাঙথোকই। মসিদা শা-উচেক অমদি নুপীশিংনা মতেং পাংই। মমৈদা মায় পাক্নুনা হল্লকই অমসুং রাজকুমারী নৎত্রগা লৈবাক তঙ্খায় অমা ফংই। নায়ক্কীদমক নুপী অমদি জীবশিং মঙোন্দা মতেং পাংবা ওইনা থোকই। ৱারীগী পোলোইদা লুহোংবনা ওইগল্লি।

খোমজিল্লিবা ফুঙ্গাৱারীশিংসিদা 'রাজকুমারীগী থম্মোয় জয় তৌবা' হায়রিবসিসু মথক্তা পঞ্জরিবা অসিগী খূদম ওইনা লৌখৎপনি।

নুপীনা মরু ওইবা ৱারীশিংদা থিবা অমসুং খুদোংথীবা থেংনবনা মরু ওইবা শরুক ওইবগুম নুপীনা মরু ওইবা ৱারীশিংদা মদুগী ওন্ন-তৈনবনি। কনাগুম্বা নুপা অমবু কনবা, খুদোংথীবদগী নাম্থোকহনবদা মতেং পাংবা, অমুক হন্না হিংগৎহনবনচিংবা নুপা ওইবগী থবক থৌরমদা পাউখোং ফোঙবগুম, অঙকপা থবক কয়া পাঙথোকপদা মপূং ওইনা উৎলি। ৱারীশিংসিদা নুপীনা মরু ওইনা থৌনা ফৈ, অদুগী ওন্ন-তৈনবদা নুপাশিংদি অপঙবা মাগী ফত্তবী মমা, মরুপ্পী নৎত্রগা নুপা, লৈখা তারবী মনেমগা লোয়ননা ডাকুশিং অমদি মশাগী নুপীগী খূবাম্মুংদা লৈগল্লি। 'অশিংবী মৌ' অসিগুম্বা ৱারীদা কান্নদ্রবা নুপা, লৈখা তারবা মনেম অমদি ডাকুশিং, খুঙ্গংগী লাইরেম্বীবুসু হৈশিংনা মায়থীবা পীবা ঙম্মী। অসিগুম্বা ৱারীদা লাইরেম্বা নত্তে লাইরেম্বীশিং ওই, নায়িকাগী মায়োক্লবা য়েক্লবসি লোন্নবী, মনম্মা নৎত্রগা লোননবী মমা ওইগল্লি।

নুপীনা মরুওইবা ৱারীশিংদা অয়াম্বনা নুপীগী ৱারী ওইনা তৌই। মদুদা চহী নৌরিবী নুপীমচাশিংদা পীনৈ। মদুগী ৱারী পরীংসু নুপানা মরুওইবা ৱারীগা ওন্ন-তৈনবদা হৌই। লুহোংবনা হৌরগা মতুংদা কায়নবা অমসুং নুপীদুনা নুপাদুগী মথৱায় কল্লি।

'সহজাদা সব্র'দা সহজাদীগী মপানা সেক্সপীয়রগী কিং লীয়রগা মান্নে। কিং লীয়রসু মাগী মচা অতোনবী রাজকুমারীবু মাগী লন-থুমগী অধিকারীদগী তাম্থোকই। অসুম্না মপানা তাম্থোক্লবদা মশাগী মরায়বক্তা সহজাদা অমগী নুংশিবা ফংদুনা নুংঙাইজরে, মরক্তুদা কল্লক-মিহৌবনা খূদুম চনখ্রবা মচেশিংগী থৌইনশিন্দগী মাঙজরে অদু মমৈদা সহাজাদেগী অশোকপা লায়েংদুনা অমুক হন্না ফংজখি।

মসিগা হাইরপ মান্নবা ৱারীদা অৱাবা কয়ামরুম নংদুনা মাগী সেবা তৌরবা মতুংদা মাবু অমুক ফংজখিবগী "মীরোল থোকপা লাইধি"দসু অহানবদা অসিনা রাজকুমারদু চহী তরানিথোই চূপ্পা সেবা লাংবা তৌদুনা য়েংশিল্লি। মমৈদা হেন্না শক্তি লৈবা নহা ওইরিবা য়েক্লবগী মখূত্তা মাঙজরুরে। মসি নুপীগী হককী অচেৎপা ফীভম লৈতবগী প্রমাণনি। মহাক্কী মপুরোইবা মতম লৈবা খিবিক্তা মাগী ওইনা লৈতে হায়বসি তাকপনি। করিগুম্বদা হেন্না নহা ওইরিবা অমদি চলাক হৈবগী লাংদা থুখি। অদুবু মরোল থোকপা লাইধিগী মতেংদগী অমুক হন্না ফংজখি।

করিগুম্বা ৱারী খরদনা মানা মপুরোইবা ওইবা নৎত্রগা নুপীনা হোৎনজমন্না

মপুংবাইবগী থবায হল্লকপা উংপা ৱাৰীসু য়াওই নৎত্ৰগা "ইশাগী অশেঙবা শক্তম উৎলবা" হায়বা নাবাসদা মযানুপাদু কদাযদগীনো মমা-মপানা কবম্বা জাৎনো নাৎএগা। কবম্বা ফীংমদা হিংলিবনো খঙদনা লুতোংবদগী মচানুপীনা নংবা অৱাবা কয়াদগী মমৈদা মবুং-মৌপ্পানা অৱাবদুদগী কনবগী ৱাৰীনি, অসিদা মফম মৱাং হঙদবা নুপাদা মচা থাজবগী অৱাবা উৎলি। মমৈদা মযাগী পোৎলোইদু গুহানুংদা ফুমজিনবনা ওইখি।

লাইবক, ঈশ্বর অমদি হিংচাবগা মৰী লৈনবা ৱাৰী কয়াসু যাওই মদুদা হিন্দু ধর্ম্ম অমদি অতোপ্পা ধর্ম্মগী অৱিবা লোক কথাশিং খেন্নবা খবসু উবা ফংই। হিন্দুগী অৱিবা ৱাৰীশিংদা লাইশিংসে মখোঙ লৈবাক তাদে, মমীৎ কৃপ্তে, হুমাং শৌদে হায়বনচিংবা থাজনবী কয়াস্ লৈনৈ। অদুবু ফুঙ্গা ৱাৰীদদি লাইশিংগী মীওইবগুম হকচাংগী থৌৱম পৃস্ন পাঙথোকই। মনম নম্মী, অমাং অশোয় তৌই, 'অশিংবী মৌ'গী ৱাৰীদা মসলা থাকপা মাইবেলগী শক চাবা উবদা লাইবেম্বীসু চানিংবগী মতৌন তাই। মৌনা মাবু পীজানিংদে, মানা চাবদু উবগা শাউনিংবোই ঙকপোই মখূৎনা মচীন খুর্মী। লৈবাক ঈৱাং হৌনবক্কবা খুদোংথীবগী হৌবকফমনি খন্নববা মতমদ মৌদুনা শুমজীৎনা ফৃনবগী ধমকী তৌই, শুমজীৎনা ফাও কন্দুনা মচীন্দগী মখূৎ লৌথোকহল্লি।

মণিপুবগী ওইনসু চীং অমসুং তমদা লৈনিবা জাতি কাঙলূপ কয়াগী ফুঙ্গা ৱাৰী কয়ামকম লৈবি।

মমল যাম্লবা ফুঙ্গা ৱাৰীশিং অসি মীওইবনা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না নোংম নোংমগী মাঙশিল্লক্লে। চীং-তম অনীমক্তা অহলশিংনা অঙাংশিংদা ফুঙ্গা ৱাৰী মখা তানা শন্দোকপনচিংবসি লৈত্রে হায়বা যাবে। মৱমসিনা ঙসি ওইৰিবা মীবোলনা ফুঙ্গা ৱাৰী কবিনো হায়বসি তানদ্রবনিনা খঙনদ্রে। মমল যাম্লবা ফোকলোৰগী মচাক অমা ওইবিবা ফুঙ্গা ৱাৰীশিং থিজিনবগী তঙাইফদনা লৈবে নৎত্ৰবদি খুন্নাইগী ওইবা মমল যাম্লবা লন মাঙজগদৌবিবনি।

কে ঐচ ইবোতোন দেবী

## অইবীগী ৱারোল

লাইরিকসিদা ভাবতকী লোন ২০দগী খঙ্গৎপা ফুঙ্গা ৱাবী ২০ খোমজিন্দুনা থম্লি। অয়াম্বনা ভারতকী লোক-কথাশিংদগী মচাক লৌথোকচদুনা ইজবনি। লোক-কথা হায়বসিমক অহিংবা ৱাবীনি লীথোক্লিমখৈ ইনৌদ-নৌথোকপা অদুগুম্বা মখলগী ৱারীনি ফুঙ্গা ৱাবী। লীবিবা মীদুনা হাপচিনবা-লৌথোকপা ইয়া য়াবা অদুম্নদি ওইরগা মদুনা হবাও নুংঙাইহন্নবা লীনবা, অদুমকপু অচুম্বা নৎত্রগা ফিদম্মু যেকপা ৱারীনি মদুদা পূক্লিং লৌশিংসু ওইনরিবনি।

লাইরিকসিদা মরু ওইনা ৱারী মখল তোঙান তোঙানবা কয়ামকম থম্লি—

নুপীনা মরু ওইবা ৱারী

নুপানা মরু ওইবা ৱারী

ইমুং মনুংগী ওইবা ৱারী

অমগা অমগা য়েৎশিন্নবা ৱারী

লাই-তীনগী থাজনবী ৱারী

ভূৎ-প্রেৎকী ৱারী

নোক্লিংবা ভাবনা শাবা ৱারী

শা-উচেক্কী ৱারী

লৌনম-নমথাক্কী ৱারী

যাদু মন্ত্রগী ৱারী

পাউরৌ পাউতাক্কী ৱারী

ৱারী মচলশিংসিদা যূম্ফম ওইবা তাবদা নুংঙাইহনবগা লোয়ননা পূক্লিং লৌশিং ওইবা কয়াসু খঙ্গৎচবনি। অঙাংশিংদা চীম্থাং য়ৈনা লীনরকপদা কান্নবা কয়া ফংলমগনি খঞ্জবা। ভারতকী কাচিন কোয়া থুংনা লীন-নৈনরিবা ফুঙ্গা ৱারীশিংদগী লৌখৎচবনি। লাইরিকসিনা তুংলমচৎতা হৌরক্লিবা নহারোলশিং অঙাংশিংদা পূক্লিং লৌশিং খরদং পীবা ঙমজরবদি ঐনা হোৎনজমলগী পান্দমদু ফংলবনি খঞ্জগনি অমদি মমল য়াম্লবা পূক্কৈদু মাঙখিবদগী খরমখৈ কল্লে খঞ্জগনি।

অইবী

# য়াওফম

কন্নড় ফুঙ্গা ৱারী

# অশিংবী মৌ

য়াম্না ফত্তবী মনেম অমা লৈবম্মী। মহাক্না মমৌদু মীনাইগী মতৌশুম লোযনবম্মী, যূমগী থবক পূম্নমক শূহল্লী, শঙ্গোল শেংদোকহল্লী, শুহাদগী ঈশিং শোকহল্লী, থবক অকূপ-অতা পূম্নমক শূবদা নুমিৎ তাখিবা খঙহৌদে, মমা মচা ফমদুনা পেন্না চাবম্মী। কবিগুস্বা মদুদা ৱাকৎলুবর্বাদ শুমজীৎনা মকোক্তা অবেপ্প' লৈতনা কন্থবকই। কবিগুস্বা মহাক্না কপ্লবদি হনুবীদুনা মীচৈ পবেং থাবকই- "ইকায খঙদবী, মথৌ শূনিংদবী, হূই অমোম, নপিদুনা নঙনা যূমসে মূৎহল্লগে খল্লেনে, ওক্তবীগী মচা, ঐখোযবু মাঙহল্লগে খল্লিবনিনে?" মহাক্কী মীচৈগী অবোইবা লৈতে। নোল্লুকপা মচানুপা কবিসু হায়বা ঙমদে।

মখোয যূমগী মনীং থংবদা মাইবেল মবীদা শাংল-চাউববা মাইবেল যান্থদুনা পাল্লি। মদুবু উবদা চানিংবনা মতীন যোৎলিবনি। নোংমদি মনেম্না উয়ান থন্না মাইবেল শাক থোংই। মমা-মচানা উযানদু লেকপা মখৈ চাথোক্লে। মৌগীদি লূখাক্তমক

অমা তম্বীবদা য়াওশিল্লম্মী।

সোমদা খুঙ্গং পূম্বা পাউসিদা কোইলাঙ লাঙনরম্মী। "কালিগী মখূৎ নামনা মচীন খুল্লে।" মনাক নকপগী মীওই খূদিং অঙকপদু য়েংনবা লাক্লরম্মী। মী য়াম্লদি ৱা য়াম্মী। মীওই খূদিংগী তোঙান-তোঙানবা মোৎ পীনরম্মী। পূম্নমক অকিবা পোক্লরম্মী অমসুং ফত্তবা মহয় ফংগনি খন্নরম্মী। য়াম্না চাউবা খুদোংথীবা অমা লাক্লগনি হায়না খল্লগা নীক্লরম্মী।

কনাগুম্বনা কালিবু মাংথোক্লে, মরমসিনা মহাক্কী মখূৎ অমনা মচীন মেল্লিবনি। হৌজিক নোং চুররোই, য়ুম-য়ুমদা পূজা, কীর্ত্তন, দান-পুন্য পাঙথোক্লম্মী। ৱারী লাইরিক তানবক্লম্মী। খুনগী অহলশিংনা মনাক নকপা খুলশিংদা লাউথোক্লম্মী, "কনাগুম্বনা কালিগী মখূৎসি থাদহনবা ঙম্লবদি মহাকপু মনা চাউনা পীগনি।" অদুবু কনাসু লাকখিদে।

নোংমদি মৌনা মনেমদা হায়রম্মী, "ইমা! পঞ্চশিংদা ঐহাক কালিগী মচীন্দগী মখূৎ লৌথোক্কে খরা হায়বীয়ু। মসিগী নিয়ম ঐ খঙই।"

মনেম শাউরক্লম্মী। "অপঙবীসিগী ৱাসি তাও, মহাক্না ঐবু খুলসিদা মায়সি উৎপা ঙমদনবা তৌবগে খল্লেনে। য়াম্না চাউনা সিদ্ধি ফংলবদু ঙায়নে। কনানসু তৌবা ঙমদ্রবা থবক মহাক তৌগে হায়রিনে, অপঙবীসিগা।" মনেম্না মাগী ৱাদু থওইনা লৌরমদে। ফাগিগুম লৌরম্মী, অদুবু মমৌদুনা হন্না-হন্না কন্না তকশিল্লবদুদা মহাক করিগুম্বা খরা অতোপ্পনা খঙবা ঙমদবা খঙলমগনি হায়বসি থাজরকই।

লেপ্পবা নুমিৎ অমদা মৌদুনা মঙ্গেগী শুমজীৎ অমদি অমোৎ-অকায় থন্না হাপ্পা থুমোক পুরদুনা কালি মন্দিরদা চৎলম্মী। মহাক্না পূম্নমকপু মপান থোকখিনবা হায়রম্মী। থোঙদু মনুংদগী থিংলম্মী। অমোৎ-অকায় হাপ্পা থুমোক্তু কালিগী মমাঙদা থল্লম্মী অদুগা ৱাই শীৎতুনা মাবু শীংনরম্মী, "মিহৌ চাউবী নুপী, ঐনা ইশাগী চাক-এঙ্খাং চাবদুদা নবূক্তো করিগী নারিবনো? হায়রবদি নঙোন্দসু খরা পীজবা য়াই, নহাক্কী নচীন্দু চাক্লবা, নহাক্কী খজাইদো অসুম সুম পোমথোরক্লুনা কায়বকপা য়াই; নমীত্তু তাঙবা য়াই। হায়য়ু চুম্না নখূত্তু নচীন্দগী লৌথোক্কেরা নৎত্রগা শুমজীৎসিনা অনী/অহুম্লক ফূরকউরা?"

পাউখুম অমত্তা ফংদে। মৌদু খোঙদগী তোন ফাওবা মৈ হৌবমখে শাউরক্লে।

## খোমজিনবা ফুঙ্গা ৱারীশিং

মশামক কালিগী মতৌগুম অকিবগী মশক লৌরক্লে। মহাক মূর্ত্তিগী মনাক্তা চঙলম্মী, শুমজীৎতুনা মহাক্কী মমায়দা শৎ-শৎ কনশিল্লকখি। কালি নাবনা ৱানা খাঙলম্মী অমসুং লাউরক্লে, 'অয়ো' অদুগা মচীন্দগী মখূত্তু লৌথোক্লম্মী। হৌজিক মূর্ত্তিদো হান্নগুম লৈবা উরিক্লে। "চুমথোক্লেদনা হৌজিক" মৌদু মুরুম মুরুম শোন্দুনা শুমজীৎ অমসুং থুমোক পুদুনা য়ূমদা লাক্লে। মহাক্লা হায়রম্মী, "কালিগী মখূৎ মচীন্দগী লৌথোক্লবনি।"

পাউসি তাবদা খুঙ্গং পূম্নমক ঙাইঙমদনা লাংখৎনরকখি। পূম্নমক্লা চেন্না-চেন্না মন্দিরদা থুংলরে। উরবা ফাওবদা মখোয় মমীৎপু থাজবা ঙম্লমদে। মসি তৌদুনা উৎলিবা মৌবু ময়াম্না থাগৎনরকখি। অশেঙবা মপুরোইবা নীংবী নুপীগী তপ অমদি সতীত্বনা মসিগুম্বা অঙকপসি ওইথোক্লিবনি। মীয়াম্না মৌদুবু মনা অমদি খূদোলপোৎ পীদুনা ইকায় খুম্নরম্মী।

থৌদোকসিদগী মনেমদু অকিবা পোক্লম্মী। মমৌদো অঙকপা শক্তি লৈবীনি খল্লম্মী। চহী কয়ামরুম মহাকপু লোয়নরক্লিবা ফজদবা লোনচৎতুগী শোয়দনা লমন খুম্লকপা য়াই, তশেঙনা মহাক যাদু তোনা খঙবা জাৎনি। করি তৌরকপা খঙবা ঙমদে।

নোংমা অহীং নোংয়াইদা মমা-মচা লোন্না-লোন্না ৱা তান্নরম্মী। মমানা হায়রম্মী, "ইবুংঙো, মসি কালিনফাও কিবনি, মচীন্দগী মখূৎ লৌথোকহনবা ঙম্মী, মহাক্লা ঐখোয়বু কৈদৌঙৈদা লেম্না থারোই। ঐনা মহাকপু ফূই, মপূক লাম্না থম্মী। মখল খূদিংগী অৱাবা পী, মহাক শোয়দনা লমন খুমগনি। মহাক ঐখোয়বু শোয়দনা হাৎকনি, হৌজিক করি তৌগনি?"

"ঐদি করিমত্তা খঙদে, নঙনা ফগনি খনবদু তৌ," মীকিথী মচাদুনা হায়রম্মী।

মমানা হায়রম্মী, "হৌজিক মা তূন্লি। ঐখোয় মাবু ফমুংগা লোয়ননা লমহাঙদা থাংদোক্লসি অদুগা হাপু-হানাইগা লোয়ননা মৈ থাদোক্লসি। নঙগীদমক ঐনা মঙোন্দগী হেন্না ফজরবী মৌ থিবীগে।"

"ফরে, খুরৌসি ঙসিমক লৌথোক্লসি," মচানুপানা হায়রম্মী। মখোয় অনীনা মৌগী মচীন্দা ফি নমশিল্লম্মী অদুগা ফিনা কাংথোনগা কোন্ননা পুনশিল্লম্মী। মৌদুনা মখোয়গী অনীংবসি তমথীগদৌরি হায়বসি খঙলম্মী। অদুবু মহাক থৌনা হল্লমদে,

লেঙদনা তূমিন্না হীপ্তুনা লৈরম্মী। মখোয়না মহাকপু খুলগী মপান্দা লম্পাক অমদা লৈবা হাবুং মনাক্তা পুরম্মী। মফমদুদা মোংশোং মরুমদা লোৎতুনা থম্লম্মী অদুগা অফংবা উশাশিং অমসুং চরূ-চনাই লৌবা চৎলম্মী। মখোয়না চৎখিবগা মৌনা লেঙ-ওৎতুনা পুল্লিবদু কোমখোকহল্লম্মী। মদুদগী শীত্তুনা মপাল থোক্লক্লম্মী। মনাক্তুদা উকক অকঙবা অমা তাদুনা লৈবা থেংনরম্মী। উকক্তু ফক অমসুং ফিনা য়োমশিল্লম্মী। অদুদগী মহাক খরা থাপ্লা চৎলগা খোংনাং বট পাম্বী মরুমদা লোত্তুনা ফম্লম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা মমা-মচা হল্লক্লম্মী। উকক্তুগী মায়কৈ মরিদা মথক্তা উশা অকংবশিং, চরূ-চনাই হাপচিল্লম্মী অদুগা মৈ চূরম্মী। উনা উনা মৈরী হৌনা চাক্লম্মী। উশাশিংদুগী মতাং চিংখায়রম্মী অমসুং পোকখায়রম্মী। মদুদা হায়রম্মী, "শরূশিং চেকখায়রে।" থুনমক ফক্লা পুল্লিবা উকক্তু মৈ চাকপা হৌরক্লম্মী। উকক-ৱাকক্লা মতাং পোকখায়রকপদা অকিবগী মশক ওইবা মখোল থোক্লম্মী। নোংমৈ কাপথোরকপগুম তৌরম্মী। মৈরীদু হেন্না ৱাংনা চাক্লম্মী। মদুদা মমা-মচানা খল্লম্মী—অশিবা সংস্কার তৌবদা হকচাং খায়বগুম্না। অহীংগী অহুমশুবা পুংশিং য়ৈরক্লম্মী। মখোয় যূমদা হল্লক্লে।

মৌদু খোংনাং বট পাম্বী মথক্তা লোত্তুনা ফম্লম্মী। অহীংদুদা দাকু মরি হূরানপোৎ য়েন্নবা লাক্লম্মী। মখোয় মমিং লৈরবা ইনাকখুনবগীদা লূট তৌরুবনি। মফমদুদগী লন-থুম ময়াম ফংলম্মী। হেক ফমথবমক্তদা লাপ্তুক্লা মৈ চাকপা উরম্মী। মৈ মনাক্তা কনাগুম্বা লৈৱা য়েংনবগীদমক দাকু অমা খোংনাং কারকখি। মহাক মৌদুনা ফল্লিবা উশাদু য়ৌরক্লম্মী। কনাগুম্বা অমা ফম্বা উবদা 'কনানো' হংলম্মী। মৌনা অকিবা লৈতনা মখূত্তু মাগী মচীন্দা থম্লগা তপ্না হায়রম্মী, "তপ্না ঙাঙজু, ঐ সোবারেনগী জগোয় শাবীনি। ঐহাক কনাগুম্বা মশক ফজবা নুপা থিবা পৃথিবীদা লাক্লম্লিবনি। ঐগা লুহোংলবদি নঙ ইনাক য়াম্না খুনগনি। মদু নঙনা নমঙদা ফাওবা খল্লিরোই। বস তূমিন্না লৈয়ু।"

দাকুদো করি তৌরিবনো হায়বা খঙবা ঙম্লমদে। ৱাখলদা স্বর্গ য়ৌরুরে অদুগা অঙৌবা শামুনা অতিয়াদগী কূমথরকপা উরক্লম্মী। মহাক্লা মৌগী মখূৎ পায়দুনা হায়রম্মী, "অচুম্বরা?"

"উম।" অদুদগী মৌনা মাগী ক্বা ময়োমদগী ক্বা মতপ অমা দাকুদা পীরম্মী।

অমনা মানা চারম্মী। মাবু চুপ্পবগীদমক দাকু মনাক্তা অমুক্কা হেন্না নকশিল্লক্লম্মী। মৌনা মায় লৈথোক্লুনা হায়রম্মী, "নত্তে হৌজিক ঐখোয় লুহোংদ্রি, অসুম তৌরো। নহাক নরৈদুনা ক্বাদু ঐগী য়ানুংদা ইল্লকউ, নহাক্কী ক্বা লূখাক চাবনা ঐহাক নঙগী লুহোংলবী নুপী ওইরগদনি, য়ারব্রা?"

দাকুদো হরাওবনা ঙাওরম্মী। শায়রবা ক্বাগা লোয়ননা মরৈ তিংথোক্লুনা মৌগী ময়া মনুংদা ইনশিল্লম্মী। মৌনা মাগী মরৈদো লৈজবী থাদুনা চীকপদুদা মরৈ কক্লম্মী। দাকুদো পাম্বৈ লৈতনা অনাবা খাঙবদগী উশা পায়রিবা মখুত্তু নাম্থোক্লুনা খোংনাং মখোঙদা তাখিরম্মী। মখাদা লৈরিবা দাকুশিংদো কিদুনা চেনখিরম্মী, মখোয়গী মতুংদা মরৈ কক্লবা দাকুদো ঈ থোক্লুনা লাউ-লাউদুনা মতুং ইন্নরম্মী। মহাক্কী খোঞ্জেলদুদা মিপাইখিবদগী কিদুনা অমুক্কা হেন্না য়াঙনা চেল্লম্মী। মরৈ কক্লবা মরূপতুগী খোল্লাউদুনা মখোয়গী মতুং ইন্নরম্মী।

অয়ূক নোংঙাল্লকপদা মৌদু চেকশিন্না খোংনাংদগী কূমথরম্মী। লৈমায়দা তারিবা সনা, মণি-মুক্তা অমসুং লন-থুম ময়ামদু উবদা ইঙক ঙক্লম্মী। মহাক্লা থুনমক ময়ামদু য়োমশিল্লগা চুমদ্রিং ময়ূমদা য়ৌখ্রে। থোঙদা থীল্লুবদা মনেমদা হায়রম্মী, "ইমা, ইমা থোঙ হাংদোকপীয়ু।"

হনুবীদুনা চিংননা থোঙ হাংলম্মী। মমাঙদা মমৌদু মোমোন নোক্লুনা লৈরম্বা উবদা মাগী মায়থোঙদু তাইফেৎ তাইরম্মী। মহাক জ্ঞান তাদনা ৱান্থরম্মী। মমৌনা মাবু ফমুংদা পুশিন্দুনা হীপহল্লম্মী। মমায়দা ঈশিং খীক্লবদুদা মনেম মমীৎ পাঙথোক্লম্মী। মপুরোইবদো মমাঙদা লেপ্লম্মী, মাগী মথাদো থবক লেপখিবা কুইখ্রে।

"নঙদি করম তৌনা?" মনেম্মা হংলম্মী।

মমৌনা থুনমক পাউখুম পীরম্মী, "নখোয়না ঐগী হকচাংদো সংস্কার তৌরবদুদা যমগী দূতনা ঐবু যমরাজগী মনাক্তা পুরম্মী। যমরাজ শাউবনা মমীত্তা ঈ কারম্মী। তশেঙনা মন্দিরগী কালি মমীৎকুম, ঐবু উবদা ঙংলদুনা 'মহাকপু অমুক হন্না পুখ্রো। মহাক্কী মনেমদু পাপীনি। মাবু পুরকউ অদুগা য়োংকী মচীন পানবা উচেক্লুদা শিন্নথোকখো। মহাক্কী মচীন্দুনা মাগী হকচাংদু মচেৎ-মচেৎ শেত্তুনা চাজগনি। অদুদগী শৌরবা খাঙদা লংশিল্লু' হায়রক্লম্মী। অদুবু ঐনা মখোঙ কোন্দুনা হায়জরম্মী, 'ঐগী ইনেম্মু অদুগুম্বা দন্দি পীবিগনু। মহাক য়াম্না ফবনি। অদোম্মা ঐবু দন্দি পীবিয়ু, ইনেম্মু

থাদোকপীয়ু।' মহাক যাবম্মী। হবাওনা নোক্লদুনা 'হৌজিক নহাক চৎলো। নঙনা পাম্বদুমক ওইবসনু তৌইগুম্বসুং নহাক্কী ননেম্মা অমুক হন্না নঙব্ অবাবা পীবনা, যমদূতনা ম'বু চিংদুনা পুবক্লনি। মখোয়না মতম লৈবা খিবীঙা মঙোন্দা মীৎয়েং থমগনি।' অদুদগী মহাক্না সনা, হীবা মোতী অমসুং নং খুম পীবম্মী অদুগা ঐবু অমুক হন্না থাবিবাক্লবনি। মীওইবা যমবাজগী মবমদা হঙদে কাব কাবনো বা যাম্না হায়নবিবা অদুবু মাদি ঐঙোন্দা যাম্না ব্যবহাব তৌব।''

মনেম্মা নীক্লদুনা মমৌবু কোনবীবম্মী। মহাক্কী মিংন থক থক চোংলম্মা। ''অয়ো, নহাক ঐখোয় যুমগী লাইবেম্বীনি। নংনা ঐবু যমবাজগী খবংমদগী কনবীবে। ডাসদগী ঐ নংনা হায়বা খুদিংমক ইল্লগনি। ঐনা নঙোন্দা যাম্না ওৎ নৈস্রে, মদং। এহাক মনাল লৈবর্বানি। ঐবু ঙাকপিবো। ডাকপাগনিদনা ঐগী অহবী ইমৌ।''

মহাক্না মমৌনুপাগী মখদাংদা নুংশিনা শোক্লম্মা। মৌদনা হৌজাঙ যুমদুগা মপুনি। মহাক্কী মনেম অমসুং মপবোইবা মহাক্না অনীংবা খাদ মক পা য়োক্লম্মা। পম্মমক নুংঙাইনা লৈবম্মী। ❑

তামিল ফুঙ্গা ৱারী

## লাইবক মায়থীরে

জ্ঞানবু খৌরাংজবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী। মহাক্না মগুণ লৈরবা ঋষি অমগী মরমদা তারকই— মহাক্কু সংসারগী মশা-মশাগী ওইবা ৱাখলদগী থাপ্না অকৃংবা উমংদা লৈরম্মী। জ্ঞানবু খৌরাংলিবা ব্রাহ্মণ, ঋষিবু থিবা থোরক্লম্মী। তিঙ্খং পানবা মোংশোং অমসুং জঙ্গলগী শাশিংগী খুদোংথীবা মরক্তা মহাক নুমিৎ কয়ানিমরুম চৎলম্মী। মমৈথংদা মহাক তুরেল অমগী তোর্বান্দা শারিবা ঋষিগী থাংপোকশঙদা থুংলুরে। অহল ওইরবা ঋষি অদু জ্ঞানবু ইখৌ লাংলিবা ব্রাহ্মণবু উবদা পেল্লম্মী অমসুং মহাকপু মাগী শিষ্য ওইনা লৌশিল্লম্মী। ব্রাহ্মণনা মহাক্না লোয়নননা লৈরম্মী। ব্রাহ্মণ, গুরু অমসুং গুরুগী নুপীগী পূক্লিং হকচাং পূন্না সেবা তৌরম্মী অমসুং মহাক্কী থবক্তা মতেং পাংলম্মী। অরেম্বা মতমদুদা মহাক্না গুরুদগী থোইদোক-হেন্দোকপা জ্ঞান তানশিন্নবা হোৎনবদা শীজিন্নরম্মী।

অহল ওইরবা ঋষিগী হকচাংদো হৌজিক ফাওবা পাঙ্গল ময়েং তারমদ্রি। চহী

লৈশিল্লক্লবী গুরুগী নুপী ইহান-হানবা ওইনা মীরোল্লম্মী। থা নিপাল মপূং ফারকপা মতমদুদা ঋষিনা তীর্থ যাত্রাগীদমক লেপ্লম্মী। মতমসিদা নুপীবু লোয়নদুনা পুবসু য়াবা নত্তে, অদুনা মাগী নুপীবু য়েংশিনবগী থবক্তু মাগী শিষ্য অমদি যূমলোন্নবগী নুপীদা শিন্নরম্লগা যাত্রা তৌখ্রে।

অহল ওইরবী গুরুগী নুপীদো অঙাং উনবগী মতম নকশিল্লক্লে। মতম চানা অঙাং উনবগী নাউয়েক ফাওরম্মী। যূম্লোন্নবা কৃষিগী নুপীদু য়েংশিন্নবগীদমক খাংপোকশঙদা লৈরম্মী। ৱারবা শিষ্যনা খাংপোক্কী মপান্দা কোয়না চত্তুনা পোক্কদৌরিবা অঙাংদুগী য়াইফ-মঙ্গলগীদমক ঈশ্বরদা খুরুমজরম্মী।

অঙাংদুগী মরায়বক ইনবা ব্রহ্মাদো লাকপা তারম্মী। অচম্বা মীওইনা মাবু উবা ঙমদে, অদুবু নহা ওইরিবা শিষ্যগী মীৎয়েংদি অচম্বা মীওইগুমদে। গুরুদগী লৌশিং-জ্ঞানগা লোয়ননা সিদ্ধিসু ফংলম্মী। মহাক্লা অচম্বা ফিরোল শেৎ-চাবা মীওই অমা খাংপোকশঙলোমদা চঙলকপা উরম্মী।

"এ লেপখো, লেপখো, মাঙদা খোঙফম অমফাও থাংবা য়ারোই," শিষ্যনা শাউনা লাউরম্মী। ব্রহ্মাদো মত্তু চুংলম্মী। ঙসি ফাওবা কনামত্তনা মাবু উখিদ্রি অমসুং কনামত্তনা মাগী থবক্তা অপনবা পীবক্ত্রি। মহাক লেঙদনা লেপ্তুনা লৈরম্মী। শিষ্যনা হায়রম্মী, "এ! অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ! হং-খোৎপা তৌদনা চঙলিবদুবো। গুরুগী নুপী অঙাং উনগদৌবি। নঙ মনুংদা চঙবা য়ারোই।"

ব্রহ্মানা চিংনরদুনা মহাক কনানো অমসুং করি তৌবা লাক্লিবনো হায়বদু তাক্লম্মী। অঙাং গর্ভদগী মপান থোক্কদৌরে, মতম য়াম্না লীকই। শিষ্যনা মহাক ব্রহ্মাবু খঙবদগী, ইন্নফিদু খ্বাঙদা পুনশিল্লগা দন্দবত তানা ঙাকপীনবা হায়জরম্মী।

ব্রহ্মাগী মফমদা তশেংনা মতম লৈত্রে। মহাকপু মনুং চঙখিবা পাম্লম্মী। অদুবু শিষ্যনা অঙাংদুগী লাইবক্তা করি ইগদৌরিবনো হায়বসি তাক্লমদনা মনুংদা চঙখিবা য়ারোই হায়না খাম্লম্মী। ব্রহ্মানা হায়রম্মী, "ইচা ইবুংঙো, মর্দুদ ঐসু খঙদে, ঐগী কলম্না অঙাংদুগী মরায়বক্তা করি ইগদৌরিবনো হায়বদো। অঙাংনা গর্ভদগী মপান হেক থোরকপগা কলমদ্ মাগী মরায়বক্তা থমগনি। কলম মশানা অঙাংদুগী হৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না মাগী মরাযবক ইগনি। ঐগী মতম মাঙহল্লগনু, ঐবু মনুংদা চঙহল্লু।"

শিষ্যনা হায়বম্মী, "চঙউ অদুবু হল্লকপা মতমদা অঙাংদুগী মরাযবক্তা কারি

ইত্থবগে হায়বদু তাক্লমগদবনি।"

ব্রহ্মানা থুনা হায়রম্মী, "ফৈ।"

ব্রহ্মা খাংপোকশঙ মনুংদা চঙখ্রে। মিনিট খরগী তুংদা মপান থোরক্লম্মী। শিষ্যনা হংলম্মী, "নহাক্কী কলম্না করি ইখ্রে?"

ব্রহ্মানা হায়রম্মী, "তাওকো, ইচা ইবুংঙো, অদুবু নীংশিংউ। করিগুম্বদা নঙনা ৱাসি কনাগুম্বদা তমথোক্লবদি নহাক্কী নকোক্তু মচেৎ লিশিং অমা থোক্লা কায়গনি। নহাক্কী গুরুগী মচানুপা পোকই। মহাক্কী পুন্সি য়াম্না নংনা লেনগনি, ইরোই অমা অমসুং ফৌ বোবা অমগা নত্তনা মহাক্কী করিসু লৈরোই। অদুগী মতেংনা মহাক্কী পুন্সি লেনগনি। মসিদা করিবু তৌবা ঙমগনি?"

"করি হায়বা?" শিষ্যনা লাউরম্মী।

"মসিদা ঐনা করি তৌবা ঙমগনি? মসি পুম্নমক হৌখিবা মপোক্কী মহয়নি। হৌখিবা মপোক্তা মানা তৌখিবা কর্ম্মদুগী মহয় চাবা তাবনি। ঐনা হায়বদু কাউগনু, করিগুম্বা নঙনা অবোনবসি কনাগুম্বদা হায়দোক্লবা নকোক্তু মচেৎ লিশিং থোক্লা কায়গনি।"

মসি হায়রম্লগা ব্রহ্মা মাঙখ্রে। শিষ্য মূর্ত্তিগুম লেপ্পুনা লৈহৌরে। করম্বা অৱাবা পুন্সি অমা নৌনা পোক্লিবা অঙাং অদুবু ঙাইদুনা লৈবিবা হায়না খল্লবদা মহাক্কী থম্মোয কাযখি। অদুবু মহাক্লা কনাদসু মসি নৈনবা য়াদে। ঋষি তীর্থ যাত্রাদগী হল্লক্লে। নুপী অমদি মচানুপা নাদ-য়েক্তবা উবদা মহাক যাম্না হরাওজে। বিদ্যান তপসীগা লোয়নজবদা শিষ্যগী অৱাবদু কোকখিরম্মী।

পূক্লিং চঙনা নৈনবদা চহী অহুম মীৎনা কৃপ্পদা হৌখিবা খঙহৌদে। অহল ওইববা ঋষিনা অমুক তুঙ্গাভদ্রা তুরেলগী হৌরকফমগীদমক যাত্রা তৌনবা লেপ্লম্মী। মতম্সিদসু মহাক্কী নুপী মীরোল্লম্মী। নুপীদু মহাক্কী শিষ্য অমসুং মরূপকী নুপীগী মীৎয়েং মখাদা থম্লম্বা তাখি। মতম্সিদসু ব্রহ্মা অঙাং উনবা মতমদা লাক্লে। মহাক্তি লাক্কদবা লৈবনি। শিষ্যসু মহাক্কী লম্বী য়েংদুনা লৈরম্মী। ব্রহ্মাদো অমুকসু থোঙজীন্দা লেপ্পা তাই। শিষ্যদা ৱাবেপ পীরম্বা তাই। হল্লকপদা শিষ্যদা মহাক্কী কলম্না করি ইরম্লগে হায়বদু শোয়দনা তাক্লম্নবা। হল্লকপদা মহাক্লা হায়রম্মী, "হন্দক্তি মচানুপী পোক্লে। ঐগী কলম্না মহাক্কী পুন্সি চূপ্পা বেশ্যা ওইনা লেনগনি হায়না ইরম্মী। অহীং খূদিং হকচাং

য়োনবা তাই অদুবু ঐনা হৌখিবদা হায়বদো নীংশিংগদবনি। নঙনা ৱাফমসি কনাগুম্বদা হায়দোক্লবা নহাক্কী নকোক্তু মচেৎ লিশিং থোক্লা কায়গনি।"

ব্রহ্মা চৎখ্রে অদুবু শিষ্যদি অকিবগী মশক ওইরবা চৈথেং অমা খাঙবা তারম্মী। মমৈথংদা মহাক্লা অসুম খন্দুনা মশাবু থেমজিঞ্জরম্মী— "মীওই খূদিংগী মশাগী মরায়বক লৈ, মদু মহাক্কী পুন্সিগী বিধাতানি।"

ঋষি তীর্থ চৎলুবদগী হল্লক্লে। শিষ্য চহী অনী ফাওবা মফমদুদা লৈরম্মী। অদুগী মতুংদা মহাক হিমালয়গী যাত্রা তৌনবা লেপ্লম্মী। মতমদুদা গুরুগী মচানুপাদো চহী মঙা শুরে, মচানুপীনা চহী অনী। চাউখৎলক্লিবা অঙাংশিংদুবু উরুরগা অৱাবা অমসুং খাঙওমদবা চৈনা ফাওরম্মী, কয়াদা তূক্কৎচনিংঙাই ওইরবা পুন্সিনা মখোয়বু ঙাইদুনা লৈরিবা। অদুবু লাইবক্তা তম্বা কনাসু খেৎপা ঙমদে হায়বসি খন্দুনা মহাক থম্মোয়বু থেমজিঞ্জরম্মী।

গুরুদগী য়াথং লৌরগা নোংমদি মহাক খাংপোকশঙ অমদি ঋষিগী ইমুং মনুংদগী হিমালয়গীদক থোরক্লম্মী। মহাক শহর কয়া উরে, তপসি কয়াগা উনরে, মখোয়গা লোননা লৈমিন্নদুনা জ্ঞান তানশিল্লম্মী। চহী কুন কোয়না চত্তুনা সংসারসিবু অমসুং মীওইবগী স্বভাবপু নৈনদুনা লৈরুরগা মপুগী লীলাদা অৱাবা পোক্লম্মী।

মহাক জ্ঞান তানশিনবা অমসুং নৈনবসু হৌখিবা গুরুগী আশ্রমদা চৎনবা ৱাখল তৌরদুনা লাক্লে। হেক য়ৌগা খঙলকখি গুরু ব্রহ্মাদা তিনখ্রে অমসুং গুরুগী নুপীসু সংসাব থাদোকখ্রে। লাঙতক্লবা অমদি মিপাইবা থম্মোয়না গুরুগী মচানুপী-নুপীবু থিরুনবা মনাক নকপা শহরদা চৎলুই। থুনমক মহাক্লা য়াম্না লায়রবা নুপা অমা থেংনৈ। মহাক ইরোই অমা হোইদুনা চৎলম্মী।

ফিজেৎ শেৎপা নুপাদু মমৈথংদা গুরুগী মচানুপা ওইনা শকখঙলকখি। ব্রহ্মাগী মিনুংশি হৈতবা কলম্না মহাক্কী মরায়বক্তা ইবিরম্বদুমক ওইরি। মহাক থম্মোয় কায়রম্মী। মগুণ লৈরবা গুরুগী মচানুপানা ইরোই অমগী মতেংনা হিংদুনা লৈবা উরগা মহাক করম খাঙগনি খঙলমদে। মহাক্কী মতুং ইন্দুনা খাংপোকশঙ ফাও চৎলম্মী। মফমদুদা মহাক্কী নুপী অমসুং য়াম্না শোল্লবা মচা অনী লৈরম্মী। তূংশিন্দুনা থম্বা লনগী মিংদা খাংপোকশঙদা শূপ্লগী ফৌ বোরা অমা নত্তনা করিসু লৈরমদে।

ৱাখলনা ৱারবা যূম্বুরেম্বীদুনা নুমিৎ খূদিংগী ফৌ বোরাদগী খরা-খরা

লৌথোক্লুনা মদু শুরগা চারম্মী। বোরাদু হেক লোইবগা খরা তুংশিনবা পৈশানা ফৌ বোরা অমা ৱাল্লুই। অসুম্না পুন্সি লেল্লম্মী। মসিমক ব্রহ্মানা ইবিরম্বনি। শিষ্যানা যূম্নুদুগী মমিং ফান্দুনা কৌরদুনা ৱারী শাবা হৌরম্মী। হংলুই, "ঐবু খঙব্রা?"

শক খঙদবা মীওইদুগী মচীন্দগী মশাগী মমিং তাবদা যূম্নুদু অঙকপা ফাওরম্মী। শিষ্য অদু অহল ওইশিল্লবনি অমসুং তপসী ওইরবনি। যূম্নুরেম্বদু মহাক্না খূদুম চল্লম্মী। শিষ্যনা হায়রম্মী, "ইচা ইবুংঙো, ঐনা হায়বদুমক নঙ তৌরো, হয়েং অয়ূক অঙনবদা ইরোই অমা ফৌ বোরাদু কৈথেলদা পুরো। অশীৎপা য়োম্থোকউ। পূক্লিংদা করিগুম্বা চিংনবা অমত্তা থমগনু। পৈশাদুনা উসবকী পোৎচৈ লৈদুনা পুরকউ। হয়েং নুমিদাংৱাইরম থবক পূম্নমক লোইথোকউ, মথংগী নুমিৎকী পৈশা অমফাও খাক্লুনা থমহৌগনু। লায়রবশিংবু চাক পীজথোকউ অমসুং শহরগী অথোইবা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌথোকউ। নহাক মদুদা করিগুম্বদা নীংঙমদবা তৌগনু। ঐহাক নহাক্কী পাবুংগী শিষ্যনি অমসুং নহাক্কী ফনবগীদমক হায়রিবনি। ঐঙোন্দা থাজবা থম্মু।"

যূম্নুরেম্বদু থাজবা ঙমদে। "করিগুম্বা হয়েং লোইনা য়োম্থোকখ্রগা ঐখোয় মী মরিগী পূক করম্না থনগনি? নখোয় ব্রাহ্মণশিংদি ঐগুম্বা লায়রবশিংদা মতম লৈবা খিবীক্তা অসিগুম্বা পাউতাক পী, নশাগী অরৈবা পূম্বা দান তৌথোকউ, মসিদা নহাক্কী করিসু মাঙদে। নঙদি খরা ফংলিবনিনা।"

যূম্নুরেম্বীনা হায়রম্মী, "নহাক্কী পাবুং, মহাক্কী গুরুনি। মহাক্তি সিদ্ধি ফংলবা মীওই ওইনা উই। শোয়দনা করিগুম্বা অমা খঙবা ওইরিনি। ঐখোয়নদি খঙদ্রিবা। নোংমদি মহাক্না হায়বদু ইন্দুনা য়েংসি।"

নুপীনা শৌগৎপদুদা যূম্নুদো চিংনবা কোকখিবম্মী। মথংগী নুমিত্তা, মপূক্লিংদা খরদি চিংনখি অদুবু ইরোই অমসুং ফৌ বোরাদু য়োম্থোক্লুরে। পৈশাদুনা লৈবা ফংবা পোৎলমশিংদুনা মহাক্কী ইমুং মনুংগা কোন্ননা ব্রাহ্মণ ৫০/৬০গী চাক চারা অনী পীজবা ওক্লনি। নুমিত্তুনা পুন্সিদা ইহান হান্না ইমুং মনুংদা নত্তনা অতোপ্পশিংবু পীজ-পীথক তৌবনি। অসিগুম্বা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থৌদোক্লুগী লোইরকপদা মহাক হীপ্না-হীপ্না তূম্নিংবা ফাওরমদে। অহীং নোংয়াইদা মহাক হৌগত্তুনা ফল্লম্মী। মহাক্কী মপাবুংগী শিষ্যদু খাংপোক্কী মপান্দা লৈমায়দা তূল্লম্মী। নাশোন ফংবদা মমীৎ পাঙথোরক্লে। করিনো খঙবা পাল্লম্মী। যূম্নুদুনা হায়, "মহারাজ, অদোম্না হায়বদুমক

ঐনা তৌরে। পূং খরগী মতুংদা নুমিৎ থোরক্কনি। নুপী অমসুং অঙাংশিংবু ঐনা করি পীজগদৌরি? যুমদা ফৌ মরূ অমফাও লৈতে অদুগা ইরোইসু লৈত্রে, মদুগী শঙ্গোম পীথক্কদবদুসু।"

সিদ্ধি ফংলবা মীওইদুনা হায়রম্মী, "খাউসিদা লন-থুম য়াওরি, মদুনা ইরোই অমা অমসুং ফৌ বোরা অমা লৈবা ফংগনি, অদুনা নঙ নুংঙাইনা তূম্মুচো। অমুক্তা য়েংসি করি তৌরকপগে?"

যূম্মুদো তূমখ্রে। অদুবু ফত্তবা মঙনা মহাকপু তূম্লফাও থাদোক্ত্রে। চীংখৈ হুল্লক্লিঙৈদগী মহাক হৌগত্তুনা ফম্লম্মী। গুহাদা মায়-মীৎ তাথোক্লবা চৎলম্মী। মায় তানা-তানা তেকথরবা যূম্লোমদা য়েংলুই। মফমদুদা ইরোই পুন্দুনা লৈরম্মী। অয়ূক হৌগৎপগা অহানবা থবক্তি ইরোই শজীক থাবনি। খল্লি— ঙসিদি শঙ্গোন্দা ইরোই লৈত্রে অদুনা শজীক থাররোই। অদুবু মদু উরুবদা মহাক ঙকপনা থেংখ্রে, মফমদুদা ইরোইদু লেপ্তুনা লৈরম্মী। "অঙকপনি হায়, লায়রবসিদা করেম্মরিব্রা? ইরোই লৈত্রে অদুনা নঙ ইরোইগী মঙ মঙলিব্রা?" মসি খন্দুনা থাউমৈ লৌরুনবা হল্লক্লে। শঙ মনুংদা ইরোই তশেঙনা পুল্লি, মনাক্তা ফৌ বোরা অমা থম্লম্মী। হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মহাক চেন্না চেন্না শিষ্যগী মনাক্তা চৎলম্মী। শিষ্যনা হায়, "অফবা মীওই, মসিদা অদুক য়াম্না হরাওনিংঙাই করি লৈ? ইরোই অমসুং ফৌ বোরাদু কৈথেলদা যোম্বোক্লরো অদুগা ইমুংগী মীওই অমসুং ব্রাহ্মণশিংবু অমুক ফজরবা উৎসব অমা পীজৌ।"

যূম্মুদো ঙসিদি তুং-মাঙ খন্দরে। ইরোই অমসুং ফৌ বোরাদু য়োল্লুরগা ইমুং-মনুং অমসুং ব্রাহ্মণ য়াঙ্খ্রেবু ফজনা পীজ-পীথক তৌরে, পৈশা অমা ফাও খাক্তুনা থমহৌদে। ঋষিগী মচানুপাগী ময়ূমদা নুমিৎ খূদিংগী অসুম্না উৎসব তৌরম্মী। অয়ূক খূদিং মহাক্না ইরোই অমা, ফৌ বোরা অমা ফংই। মদু য়োল্লগা নুমিৎ খূদিং উৎসব থৌরাং তৌই।

মতৌ অসুম্না থা অমা হৌখ্রে। তপসীদুনা থাজবা ঙম্লে। হৌজিক অসুম্না তৌবসি অচুম্বা ওইরনি। মহাক্কী অমদি ইমুং-মনুংগী পুন্সি লায়না লেনবা ঙম্লনি। নোংমদি মহাক্না যূম্মুদা হায়রম্মী, "হৌজিক ঐনা গুরুগী মচানুপাগী পুন্সিদা ৱানা লেল্লিবদুদা করিনো খরদি তৌবা তাই, মদু ঐনা তৌবা ঙম্বা তৌরে। মথংগীদমক করিসু খাক্তুনা

থমগনু। করিগুম্বা খাক্তুনা থল্লবদি অৱাবা মতমদো অমুক হল্লক্কনি। লাইবক ফবদুনা নঙবু থাদোক্তুনা চৎখিগনি।"

ঋষিগী মচানুপানা লাইবক ফবদো মমীৎমক্লা উজবা ফংলে। মদু মখূৎমক্লা শোকচরবনি। মহাক্লা সিদ্ধি ফংলবা মীওইদুবু য়াম্না তৌবিমল খঙবা ঊৎচদুনা হায়রম্মী, "নহাক্কী পাউতাক মতুংইন্না থবক তৌগনি।" সিদ্ধি ফংলবা গুরুগী শিষ্যনা হায়রম্মী, "হৌজিক নচলদু কদায়দা লৈ? চহী কুন মমাঙদা ঐনা চৎখিবা মতমদা মহাক চহী অনীখক ওইখিবনি। য়েংগে মহাক পুন্সি করম লেল্লি?"

মচনগী ৱা হৌদোক্লকপদা ঋষিগী মচানুপাদো পিরাং ঈরা চেল্লক্লে অদুগা হায়রক্লে, "মহাক্কী মিং পনবীনু। মহাক ঐখোয়গীদমক শিখ্রবনি। ঐহাক য়াম্না ইকায়জে। অসিগুম্বা হৱাওরবা মতমসিদা মহাক্কী মরমদা খনবফাও খন্নিংদে।"

শিষ্যনা নীংশিংলি ব্রহ্মাগী মিনুংশি লৈত্রবা কলম্না মাগী মরায়বক্তা করি ইখিবগে হায়বদু। হায়রম্মী, "করিসু লৈতে, ঐঙোন্দা মহাক কদায়দা লৈবগে হায়বদুদা তাকউ?"

"মহাক মনাক্কী খুলসিদা লৈ, খুঙ্গংদুগী মপু ইবেম্মনি।"

গুরুগী মচা মাগী নুপী অমদি অঙাংশিংবু অশীর্ব্বাদ পীরম্লগা বিদায় লৌরে। হৌজিক গুরুগী মচানুপীগীদমক করিনো খরা তৌবা পাম্মী। মানা লৈবিবা খুঙ্গংলোমদা চৎখিদুনা শনগারকপা মতমদা মাগী য়ূমদা থুংলুরে অমসুং থোঙদা থীল্লুরে। মাগী শিনফমদুদা অনীরক হন্না থোঙ থীল্লবসু থওইদবা অমসুং ঙাইবা তৌদে। সন্যাসিবু থোঙ্গালদা উবদা মহাক ঙক্লম্মী।

"ঐবু খঙব্রা?" সন্যাসিনা হংলম্মী। অদুবু মহাক করিসু নীংশিংবা ঙমদ্রে। সন্যাসিনা মশাবু শক্তাক্লম্মী। মপাবুংগী শিষ্যনি হায়বসি খঙলকপদা মহাক হীক-হীক কপ্লক্লে। ঙসি মহাকসি মগুণ লৈরবা ঋষি অমগী মচানুপীনি, মাগী মীৎলুদগী পিরাংগী ঈচেলনা অতৎ-অখম লৈনতা চেন্থরক্লে। মহাক সন্যাসিগী মখোঙদা তুরম্মী। ফুনগৎলবা খোঞ্জেলদা হায়রম্মী, "মহাকপু অরাম-খৌরাংবনা লম্বীসিদা পুদুনা লাকখি অমসুং য়াম্না ৱানা হিংলম্মী। মাবু থেমজিন্দুনা "ইচা ইবেম্মা, মসিগী পুন্সি মরেলসি উবদা ঐগী থম্মোয় কায়রে, তৌইগুম্বসুং নঙ ঐনা হায়বা য়ারবদি, তোঙানবা পুন্সি অমদা হিংবা ঙমগনি। ঙসি অহীং মোতীগী সনাবুন পীবা ঙম্বা নুপা

অদুগীদমক থোঙসি হাংউ মদু তৌদুনা য়েংউ, অয়ূক অমুক ঐ লাক্লে।"

মহাক্না হিংলিবা পুন্সি খুৎহীংসি তূক্কৎচৈ। চিংনরবসু তপসীনা হায়বদু য়ারম্মী। থোঙদু মনুংদগী থিংলম্মী। পোৎ-লৈবনা থোঙ থীল্লবদি মানা হায়রম্মী, "মদুগী মমল হেনগৎলে, হৌজিক মোতীনা থল্লবা সনাবুলদগী তারবদি য়াবা ঙম্লরোই। পোৎ লৈবশিংনা 'মসি ঙাওবে" হায়না খন্নদুনা হন্নখ্রে। অহীং থেঙজিল্লক্লে। মহাক চিন্তা তৌবা হৌরকই। খুলসিদা মোতীনা থল্লবা সনাবুন পীবা ঙম্বা মীবু কনানোনে?"

ব্রহ্মানা মাঙজৌননা হায়রিবসিসু মীনম্বনি করম হায়গনি। কনাগুম্বা পোৎ লৈবা অমত্তা লাক্লবদুদদি ব্রহ্মা মশামক্না নহা অমগী মশক লৌরে অদুগা মোতীনা থল্লবা সনাবুল পুদুনা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লে। হৌজিক ব্রহ্মা মশামক মাগী নুংশিজবা ওইবরে।

অঙনবা অয়ূক্তা মহাক চৎখ্রে। ঋষিগী মচানুপীদা তপসীনা তাক্লম্বা মমৈদা নুপা অমা মোতীনা থল্লবা সনাবুল অমা পুদুনা লাক্কনি হায়রম্লদুমক থোক্লে। তপসীনা খঙই,পাউতাক অরেম্বনা মাঙলোই। "ঙসিদগী নহাক অশেঙবী নুপী অমা ওইনা হিংলগদবনি। সংসারদা মীওই অমত্তনি, মহাক্না নঙগা অহীং অমা লেনমিন্নবগী মমল মোতীনা থল্লবা সনাবুন পীবা ঙম্বা, ঙরাং লাকপা নুপা অদু নুমিৎ খুদিংগী লাক্কনি। মহাক নঙগী অমত্তা ঙাযববা নুংশিজবা অমসুং নপুরোইবা ওইরগনি। অতোপ্পনা নঙবু শোকপফাও ঙম্লোই। নঙ ঐহাক্না হায়বদু তৌগদবনি। অহীংদা ফংবা মোতীশিংদু পুম্নমক অয়ূক্তা লোইনা য়োম্লোকউ অদুগা পৈশা অমা অমসুং চেঙ মরু অমা খাক্লুনা থমগনু। সন্ধ্যা ফাওবদা পুম্নমক খরচ তৌথোকউ। নঙনা কবিগুম্বা খাক্লুনা থম্বা নুমিত্তা নপুরোইবা কায়নর্গনি অমসুং নহাক্কী তূক্কৎচবনা পুন্সি মবেলদু অমুক হন্না লেনবা তাই। মসি তৌবা ঙমগদ্রা?"

ঋষিগী মচানুপীনা থুনমক শেম শারম্মী। তপসীদুনা মাগী য়ুম ময়াদা উ অমগী মখাদা লৈফম শেম্লম্মী। মহাক্কী নিয়মদু থবক ওইনা তৌবিরা নৎত্রগা তৌদ্রব্রা হাযবদু য়েংনবা, মদুদা শন্না মফৈ অমা খেন্নবা লৈত্রে খঙলবদা মহাক য়াম্না হরাওরে। মহাক্কী গুরুগী মচানুপা অমসুং মচানুপীগী পুন্সিদা অহোংবা অমা লাকপা উবদা হৌজিক মহাক অপেনবা পোক্লম্মী অদুনা ঋষিগী মচানুপীদগী অয়াবা লৌরগা তীর্থ যাত্রাগীদমক শেম শারম্মী।

তীর্থ যাত্রাগীদমক খোশানগদৌবা নুমিত্তু য়াম্না ঙন্না হৌগৎলম্মী। থাবল ফরবা

অহীংনি, ক্বাকশিংনা ক্বাক-ক্বাক খোংবা তাবদা নোংঙাল্লে হায়না খল্লুই, হৌগৎলগা চৎপা হৌরম্মী। মহাক খরা লাপ্লপ চৎলগা মমাঙদা মশক মতৌ ফজরবা নুপা অমা লাকপা উরম্মী। মহাক্কী মখূত্তা ইরোইগী থৌবী পায়রি, মরেঙবান্দা মোতীগী পোৎলূম অদুগা কোক্তা ফৌ বোরা অমা পুরম্মী।

তপসীনা "আর্য্য অদোম কনানো অমদি মতমসিদা কদায় চৎলিবনো" হংলুই।

মসি তাবদা নুপাদুনা ফৌ বোরাদু মখাদা থাদরে অদুগা কপ্লিংবা স্বরদা খুন্নম্মী, "য়েংউ নহাক্কী গুরুগী মচানুপাগী অহীং খূদিংগী ফৌ বোরা হোনবদা কোক্তগী শম লোইনা কেনখ্রে। ইরোইসিসু মহাক্কীনি। অদুগী তুংদা ফিজোল ওল্লগা মচনগীদা চৎপা তাই, ঐগী কলম্মা মখোয়গী লাইবক অসুম্মা ইরমখি অদুদা নঙগুম্বা লৌশিং শিংবা মীওইগী থৌজালদগী ঐগী ইথক্তা নল্লরে। মখোয় পোকপদা পীখিবা ৱাফমদুদি মপূং ফাহনবা তাই। মসিগুম্বা থৌশিলসিদগী ঐবু কৈদৌঙৈ বিদায় তৌগদৌরিবা?"

মসি হায়না হায়না ব্রহ্মা কপ্লকই। হোয় মহাকসি অতৈ নত্তে। ব্রহ্মা মশামক্তি। লাইবক লেপ্লীরিবা বিধাতা-ব্রহ্মা।

তপসীনা হায়রম্মী, "নহাক্কা মখোয়বু অচুম্বা পুন্সি পীবিদ্রিফাওবা।" ব্রহ্মানা অসুম তৌরম্মী মদুদগী মহাক্কী অপূনবদুদগী নাম্থোক্লম্মী।

মতৌ অসুম তৌনা লাইবক অমসুং ব্রহ্মা মায়থীরে। ❑

বঙ্গালী ফুঙ্গা ৱারী

# সুখু অমসুং দুখু

কনাগুম্বা নুপা অমনা নুপী অনী লোল্লম্মী। মখোয় অনীগী মচানুপী অমমম্ পোক্লম্মী। অহলগী মচানুপীনা দুখু অতোনবীগী মচানুপীনা সুখু কৌরম্মী। মপুরোইবনা অতোনবী অমসুং মাগী মচানুপীবু হেন্না লুনা চান্না তৌরম্মী।

. মচানুপী অনীমক মাগী মাগী মমা মাল্লি, দুখু থবক ইনখাং শূবা তন্দবী অমদি নুংশি লৈখোন লৈবীনি। অদুগা সুখু ওন্ন-তৈনবদা য়াম্না তনবী অমদি খৎনগনবীনি। সুখু মমা-মচানা দুখু অমসুং মমাবু মীৎনফাও য়েংনিংদে। মখোয়বু ৱাহন্নবা তাঞ্জা ফংলবদি মদু লেম্না খক মাঙহন্দে। অমুকখক মপাদু নারম্মী। হীদাক লাংথক তৌববসু মহাক শিখ্রে। নুপী অতোনবীদুনা লন-থুম পূম্নমক্তো লৌশিল্লে অদুগা দুখু মমা-মচাবু লাক্তুনা ইন্থোরক্লে। মতেং লৈজদ্রবা মমা-মচা খুঙ্গংদুগী মপান্দা খাংপোকশঙ অমদা চঙজদুনা লৈরে। লং নাইদুনা মখোয়গী পুন্সি লেল্লম্মী।

নোংমদি দুখু খাংপোক্কী মপান্দা ফমদুনা লশিং কাপ্লম্মী, মতমদুদা লশিং নাচনদু

নুংশিৎতা পাইখিরম্মী। মহাক মদুগী মতুং ইন্নদুনা চেল্লম্মী অমসুং লশিং নাচন্দুদি ফংবা মরৈদ্রে। মহাক ৱাদুনা কপ্লম্মী। মতমদুদা নুংশিৎকী খোঞ্জেল অমা তারকখি– "দুখু কপকনু, ঐগী ইতুং ইন্নরকউ, নহাক্না পাম্বা লশিং মখৈ ঐনা পীগনি।"

লম্বীদা শনবী অমা থেংনৈ। শনবীনা মঙোন্দা হায়রম্মী, "অদুক থুনা চৎলিবদু করি তৌরবগে, দুখু, ঐগী লৈফমসে শম্বীনা থল্লে, মসি খরা শেংদোকপীয়ু। ঐ নঙগী থবক য়াম্না তৌগনি।"

দুখুনা অকংবা উশা অমা/অনীনা শুমজীৎ শারে অদুগা গুহাদগী ঈশিং শোক্লদুনা চাইথোক্লগা শঙ্গোন্দু তশেং তশেংনা শেংদোক্লম্মী।

নুংশিৎনা দুখুগী থবক লোইবা ঙাইরম্মী। হেক লোইবগা মহাক নুংশিৎকা লোয়ননা চৎলম্মী। লম্বীদা লফু পাম্বী অমা থেংনরম্মী। মদুনা দুখুবু খাম্মী, "কদায়দা চৎলুরিবনো? য়েংউ উরীশিংসিনা ঐঙোন্দা করম য়েৎশিল্লিবা, মখোয়গী মরুমসিনা ঐ চুম্না লেপফাওবা ঙমদরে। অহীং নুংথিল লূকথ-লূকথ লেপ্তুনা লৈবসিদা কয়া ৱারবনো? কয়াৎ খূদিং চীকই। মসে লৌথোকউ, ঐগী নুংশিবী দুখু।"

য়াম্না হরাওনা দুখুনা য়ারম্মী অদুগা উরীশিংদুবু লৌথোক্লম্মী। লফু পাম্বীনা হায়, "নঙ কয়াদা ফবীনো? নহাক্কী তৌবিমল কৈদৌঙৈদসু কাউরোই।"

"অদুগুম্বদুগীবু করিগী তৌবিমলনো?" দুখু য়াম্না য়াঙনা চৎখ্রে। নুংশিৎনা মা লাকপা ঙাইহ্রি। খরা চৎলগা মহাক্না শগোল অমা থেংনৈ। "কদায় চৎলিবনো দুখু, শাবল অমদি চূক্লিসিনা ঐবু শোকহল্লি, শজীক চানবগীদমক ঐহাক নোন্থবফাও ঙমজদ্রে, থৌজানবীদুনা ময়ামসে খরা লৌথোকপীরম্মু।"

দুখুনা মহাক্কী চূক্লি অমদি শাবন লৌথবীরম্মী। শগোলনা মাগী তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী। মহাক দুখুবু খূদোলপোৎ পীগনি হায়রম্মী।

মফমদুদগী লাক্লবদা নুংশিৎনা হায়রম্মী, "মফমসিদা লৈরিবা দলালসি উরেদনা, সিদা থাগী মমা লৈবনি, মহাক নঙবু লশিং য়াম্না পীবিগনি।"

মসি হায়রম্লগা নুংশিৎ চৎখ্রে। দুখু য়ূম অদুগী মনুংদা চঙলম্মী। দলান্দু তশেঙনা তেক কায়বগুম তৌই। মহাক কিবা অমদি মতোমতা ওইবগী অৱাবা ফাওরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা মহাক য়ূম মনুংদা খোঙ থাংজিল্লম্মী। মহাক কিনা কিনা কা কয়ামরুম চঙলম্মী। মদুদা উচি ফাওবা থেংনদে। খঙহৌদনা খোঙ থিংবা কা অমদগী খোঞ্জেল

অমা তারকখি। থোঙদুগী মনাক্তা চঙশিল্লস্মী তপ্না কক-কক থীল্লুই। খোঞ্জেল তারকখি– "মনুংদা চঙলকউ।"

দুখুনা তপ্না থোঙদু হাংদোক্লস্মী। মনুংদা অহল ওইরবী অমা লং নাইদুনা লৈরস্মী। মহাক ইরং-ইরং লংই– থানা মথক্তা ঙাল্লি বগুম। চঙশিন্দুনা মহাক্কী খোঙ শোক্তুনা হায়রুই, "ইবেন নুংশিংনা ঐগী লশিং পাইহন্দুনা পুবিখ্রে। করিগুম্বা ঐহাক লং নাইদ্রবদি ইমা-ইচা চাদবনা শিরগনি।"

"ঐনা নঙোন্দা লশিংদগীবু হেনবা পোৎ পীগনি করিগুম্বা নঙনা মতীক চারবদি...।" মসি হায়দুনা থাগী মমানা মীহুৎথোঙদা খূদম তৌদুনা তাক্লস্মী, "পুথ্রীসি উবরা? চৎলু মসিদা অনীরক লূপ্পগা লাকউ অদুবু চেকশিল্লু, অনীরক্তগী হেল্লবদি য়াদেকো।"

দুখু পুথ্রীদুদা চৎখিদুনা ইরুপ্লস্মী। ঈশিংদগী কাখৎলকপদা মহাক মশামক মশাবু খঙজবা ঙল্লমদে। ফজবনা ইপোম নাইনা লৈতেংলকই। অনীরক শুনা ইরুপ্লদগী মহাক রত্ন অমসুং মণি-মুক্তাশিংনা লৈতেংলস্মী। রেশমগী সাড়ী অমসুং সনাগী চন্দহার মরুম্না লূকথরস্মী। অসিগুম্বা ওইথোক্তবসিগী আশা তৌরমদে। মহাক চেন্না চেন্না য়ুম মনুংদা চঙশিল্লুই। হনুবীদুনা হায়রস্মী, "ইচানুপী, নঙ চাক লাম্লরিনি, চৎলু মথংগী কাদা করিনো খরা চারকউ।"

কাদুদা চঙলুবদা মখল মথেলগী চান-থক্লবা পোৎলম কয়া থম্লস্মী। অহাওবা চাক মখল কয়াগী মহাও লৈরবা এঙ্খাং অমদগী হেনবা মখলগী মিঠাইশিং। অসিগুম্বা পোৎলমশিং দুখুনা মমঙদফাও উর্খিদ্রে। পূক থন্না চারবা মতুংদা মহাক হনুবীদুগী কাদা হল্লক্লস্মী। হনুবীদুনা হায়, "ঐনা নঙোন্দা খরসু পীখিগনি।" অসি হায়দুনা উপু অহুম উৎলকই। অনীশুবদুনা চাউই, অহুমশুবদুনা অমুক্কা হেন্না চাউই। "উপু অমা হেক্তা লৌ।"

দুখুনা খ্বাইদগী পীকপা উপুদু লৌই। হনুবীদু খুরুম্লম্লগা য়ুম্লোমদা হল্লস্মী।

হল্লকপা লম্বীদা শগোল, লফু পাম্বী, শনবী অমুক উনরস্মী। মখোয় পুম্নমক মঙোন্দা খূদোলপোৎ পীবা পাম্লস্মী। শগোলনা মঙোন্দা অপাইবী জাৎকী শগোল মচা অমা পীরে, লফু পাম্বীনা সনাগা মান্নবা নাপু মচু তানা মুল্লবা লফোই লৌউ অমা পীরক্লে অমসুং মুহরশিংতনা থল্লবা সনাবুল অমসু পীরক্লে। শনবীনা শঙ্গোমগী ধারা

করিগুম্বদা খক্তুবা শন জাৎকী শন্নাউ অমসু পীরে। মমল নাইদ্রবা খূদোলপোৎশিংদুগীদমক দুখুনা পুম্নমকপু তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী অমসুং মখূৎ অমনা মুহরশিংগী সনাবুল, অতোপ্পা মখূৎনা লফোই লউ, মমাঙদা শগোল, শন্নাউ মচা অনীনা চোং-ফন্দুনা লাক্লম্মী।

দুখুগী মমানা করিসু খঙহৌদনা কদায়দা চৎখ্রিবনো? করম্বা মতমদা হল্লক্কনি খঙদনা চিন্তা তৌরম্মী। মচাগী ৱাখলনা মমাদু ফমুংদা হীপথরম্মী। দুখুগী খোঞ্জেল তাবদা মহাক হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। "ইমা কদায়দা লৈবগে? য়েংউ ঐনা করি-করি পুরক্লিবনো হায়বদো?"

হরাওবগী ঈথক্লা নেমথরকপদা মহাক মমীৎ কৃপ্তুনা লৈখি। রেমশগী সাউী, হীরা-মোতী, মোহর, লফোই, শন্নাউ অমোম, শগোল লামচা। করিগুম্বদা মচানুপীদা য়েংলুই, করিগুম্বদা ময়ামদুদা হরাওবা অমসুং ঙকপনা মহাক মরোল থোকখিদ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা মহাক খোঞ্জেল থোক্লকপদা মচানুপীদা হংলম্মী, "অসিগুম্বা তোপ-তোপ্পা পোৎচৈশিংসি কদায়দগী ফংলকপনো?"

দুখুনা নুংশিৎ শনবী, লফু পাম্বী অমসুং শগোল, থাগী মমা অমসুং মখোয়গী ৱারী অমমম্তা ওইনা লীরক্লম্মী। মমৈদা হায়রম্মী, "অসিদা নত্তনা মহাক্লা উপুসিমসু পীরকখি।" দুখুনা মমাদা উপুদু য়েংহল্লী। মহাক্লা খল্লি — মসি হীবা, মোতী, সনা-চান্দিনা থন্না য়াওরমগনি। তৌইগুম্বসুং মখেয়না য়াম্না তপ্পা মদু হাংদোকপদদি মদুদগী রাজকুমারগুম্না ফজববা ফিরোল শেৎপা য়াম্না ফজবা, নহা অমা থোরক্লম্মী, "ঐহাক নঙগা লুহোংনবগীদমক থারকপনি। ৱাহৈ অমা অরেম্বদা মাঙহন্দনা দুখুদা হায়রম্মী।

লুহোংবগী মতম লেপ্তুনা মরী-মতা অমসুং খুঙ্গংগী মীওইশিং বার্ত্তন তৌখ্রে, য়াম্না চাউনা লুহোংলম্মী। খুঙ্গংদুগী ইমুং অমখক্তি লাকখিদে, মদু সুখুগী মমা-মচানি।

দুখুগী মমা য়াম্না ফৰী নুপীনি। লন-থুম অদুক য়াম্না ফংদুনসু মপূক্লিং হোংদে। মহাক্কী লোন্নবী অমসুং সুখুগী ফত্তবা ৱাখল থন্নমদে। অদুনা লীক-কোল খরা সুখুগীদমক পীবা পাল্লম্মী। সুখুগী মমানা মাবু ইকাযবা পীরিবনি হায়না খল্লম্মী। খূত্তুম শীংদুনা শাউরকখি। "সুখুগীদমক মখোয়গী অমন-অপা পামদে। মহাক লীক-কোনগীদমক শিখিবোই। ঐগী ইচানুপীগী মরায়বক্তা লীক-কোন ইরম্লবদি মহাক্কী মপা শিরম্লোই। ইচানুপী হান্নদগী অসুম ফজে, মহাক লীক-কোনগী দরকার

ওইদে, মকুগুম্বা মায়থোঙগীদমক লীক কোন দরকার ওইবনি। মীনা ফজনা উনবগীদমক রেশমগী সাড়ী অমসুং চন্দহার পাম্বনি।"

ফনা শাউদুনসু মানা দুখুগী মরায়বক করম্মা ওনখিবনো হায়বদু খঙনবা থিরম্মী। করম্মা দুখুনা থাগী মমা উনরুবা, মহাক্না মপূক্লিংদা খঞ্জরম্মী– "ঐসু মঙোন্দা উৎকনি, ঐগী সুখুনা দুখুদগী হেন্না লীক-কোন ফংগনি।"

মহাক্না সুখুদা তরেং অমা পীরম্মী। য়ুমগী মপান্দা লং নাইনবা ফমহল্লম্মী। নুংশিৎ কন্না শীৎলম্মী। মমানা হায়, "ঐনা হায়বা মুন্না তাও, নুংশিৎনা নঙগী লশিং পুদুনা পাইখ্রবদি য়াম্ম কন্না লাউগদবনি, মাগা লোয়ননা চৎসি হেক হায়দ্রিফাওবা তেংথাদুনা কপকদবনি। কাউবা য়াদে, মরক্তা করিগুম্বদা লেপকনু, লম্বীদা উনাবা পূম্বা ফজনা ব্যবহার তৌ, নুংশিৎনা পুবা মায়কৈদা চৎলু, থাগী মমাগা হেক উনদ্রিফাওবা।"

"ঐ নঙনা হায়বা পূম্বা তৌগনি," সুখুনা হায়বম্মী।

অদুদগী লং নাইবা ফম্লম্মী। আশা তৌরম্বদুমক্কি। ঙাইহাক লৈরগা মাগী লশিং নুংশিত্তা পাইখ্রে। মহাক য়ুমদা কনাগুম্বা অমা শিবদৌনা তেংথা নাওইদুনা কপ্লম্মী।

নুংশিৎনা হায়, "কপকনু সুখু, লশিং খূদাপ অমগীদমক অদুম্মা কপ্পা হৌনদে, ঐগা লোয়ননা লাকউ, ঐনা লশিং য়াম্মা পীগনি।"

সুখু নুংশিৎকা লোয়ননা চৎলে, দুখুনা, চৎলুবদুগুম মহাকসু শনবী থেংনৈ, মানা সুখুদা শঙ্গোন শেংবীনবা হায়রম্মী। মদুদা সুখুনা হায়রম্মী, "ঐ নঙগী নমথীবা শঙ্গোল শেংগদৌবা, ঐহাক থাগা উনবা চৎলিবনি, মীরেম নত্তে!" মহাক্না শগোলবুসু চৈ-থাংলম্মী, "অপঙবা শগোল মচা, কদায়দগীনো? ঐ নখোয় মালিস তৌবগী মচানুপী নত্তে, মহাক্না করিসু মরী থোক্লদে।"

মদুদা করিসু হায়দে, মখোয় মতমগী খোঙফম ঙাইদুনা লৈরম্মী। য়ুমদু য়াম্মা থাপ্পী, সুখু চোকথরম্মী। মমাগী চেকশিন ৱাহে কাউথোক্তুনা নমদুনা চঙলম্মী অদুগা লাউরকই, "নুংশিৎনা ঐগী লশিং পূম্মমক পুদুনা চৎখ্রে, নঙনা লশিং খরা পীয়ু নৎত্রবদি ঐনা পূম্মমক থুগাই খোৎকায়গনি। থুনা তৌরো, থুনা...।"

হনুবীদুনা মহাক্কী খোঞ্জেল ৱাংখৎতে। তপ্না হায়রম্মী, "তপথৌ ঐনা লশিংদগীসু হেন্না ফবা পোৎ পীগনি, ঐনা হায়বদু তৌ। মীহুৎথোঙসিদগী পুখ্রী অমা

উইদনা, চৎলু মদুদা অনীরক লূপ্পগা লাকউ। শূপ্পদগী অনীরক, হেনবা য়াদে, নৎত্রবদি নঙ য়াম্না নীংঙল্লক্লোই।"

সুখু পুখ্রীরোমদা চেনখি অদুগা ঈশিংদা চোংথরম্মী। মদুদগী জগোয় শাবীগুম্লে, অনীরকশুনা লূপ্পদগী রেশমগী সাড়ী অমদি লীক-কোন থন্না শিরক্লে। মহাক হ্রাওবনা ঙাওরম্মী। ঈশিংদা মশাগী মমি য়েংলম্মী। খল্লি— ঐনা অমুক্কা লূপ্পবদি দুখুদগী কয়ারক হেন্না ফংগনি। হনুবীদুনা দুখুদগী হেন্না ফংবা পামদবদগী ঐবু অনীরক্কগী হেন্না লূপ্তনবা হায়বনি। মসি খন্দুনা মহাক্না অনীরক্কগী হেন্না ইরুপ্লম্মী। হন্দকমুক ঈশিংদগী ফাওগৎলকপদা চীংজাও অমনা ননবগুমল্লে। ফজবা পূম্বা অমসুং লন-থুম লোইনা মাঙখ্রে, মনাতোন শামুদগী হেন্না শাংদোক্লে, হকচাং পূম্বা অপাৎ অনোম্না কূপশিনখ্রে।

শাউবনা মৈ হৌরদুনা হনুবীদুগী মনাক্তা চেল্লম্মী অমসুং মকোক য়ৈদুনা মখূৎ য়ান্দুনা লাউরম্মী, "য়েংউ নঙনা ঐগী করি ফীভম ওইহল্লবগে?"

হনুবীদুনা খোঙদগী তোন ফাওবা য়েংলদুনা হায়, "নঙ ঐনা হায়বা ইন্দ্রে। মসি হায়বা ইন্দবগী মহয়নি। মসিগীদমক্তা নশানা দায়িত্ব ওইবনি। ফরে, তোক্লো, ঐগী নাক্তা নঙোন্দা পীনবা পোৎ অমসু লৈরি।" উপু অহুমদু উৎলদুনা মদুদগী অপাম্বা অমা খন্নবা হায়রম্মী। সুখুগী মমীৎ খ্বাইদগী চাউবা উপুদুদা লেঙদনা য়েংদুনা লৈ, মদু খল্লম্মী।

সোমদা মহাক্কী মমানা নুংঙাইফম খঙদনা কোয়না চত্তুনা ঙাইরি। সুখু তৌজিক ফাও করি তৌদুনা লাক্লিবনো? মহাক্না লাউরম্মী, "করম কালদা মহাক লাক্কনি? করম্বা মমল নাইদ্রবা মণি-মুক্তা উরগা ইমীৎসি ঈংগনি।"

মতমদুদা মোংশোং মরুমদগী মচানুপীগী খোঞ্জেল তারকখি, "ইমা।"

মমা মঙোল্লোমদা চেনশিল্লকই, অদুবু মাবু উরুবদা কয়া ব্রারবনো? মহাক শিখিদ্রিবা করিগীনো? য়াম্না ঙকখি। লীক-কোলগী মহুত্তা শামুগী মনাতোনগুম মনাতোনদু শাংলে, মশা পূম্বা অপাৎ-অপোম ঙাক্তা ঙায়রে। "মসি করিনো? মসিবু করিনো সুখু, নঙনা করি করি তৌরুরে?" মমা ব্রাবনা কপথোরক্লে। সুখুনা মঙোন্দা উপুদু পীরদুনা হায়, "ময়াং কংলবী হনুবীদুনা ঐনা খন্নবা হায়রকপদা খ্বাইদগী চাউবা উপু লৌরকপনি।"

মমানা খল্লি— মসি হনুবীগী লৌ ওইবিনি, অঙকপা পোৎ অমা শোযদনা য়াওবমগনি। মদুদা চিংননিংঙাই লৈতে। অসুম্না নুংঙাইতবা পূম্বা মপূং ফাহনবা পাল্লিগনি।'' মীহুল চোংলবা থম্মোযনা উপুদু হাংদোক্লম্মী। যাম্না শাংলবা লিন অমা চেলশিনখিদুনা সুখুবু শাউনা ফি-ফি কামদুনা লাইবেন্না হামেঙবু যোৎশিনবগুম যোৎশিনখি। মহাক্কী মমাদু ঙাওখিবম্মী অমসুং থুনমমক শিখ্রে। ❑

কাশ্মিরী ফুঙ্গা ৱারী

## ৱাণী হিংচাবী

মী শিংনা নিংথৌ অমগী ৱারী লীনবম্মী। মহাক্কী ৱাণী তরেৎ লৈদুনসু মচা ফংবগী আশাদা লাঙতক্লরম্মী। অহানবা লুহোংবা মতুংদা মচা ফংগনি খল্লম্মী। ফংখিদ্রে। মচাগী অপাম্বনা অনীশুবা ওইনা লুহোংলম্মী অদুসু অনীশুবা ৱাণী অখুংবী ওইরম্মী, সিংহাসনগী মপূ ফংখিদে।

নীংবা কায়রদুনা মহাক নোংমা উমংদা কোয়না চৎলম্মী। মফমদুদা চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবী ফজরবী নুপী অমা থেংনরম্মী। "নহাক কদায়দা চৎলিবনো" নুপীদুনা হংলম্মী। নিংথৌনা হায়রুই, "ঐহাক য়াম্না লাঙতক্লরে, ঐগী ৱাণী তরেৎনি অদুবু ইচানুপা পোক্তে ঐগী তুংদা নিংথৌ খুভম শিলহৌগদবা। ঐহাক সন্যাসি উনদুনা মঙোন্দগী অশীর্ব্বাদ লৌরগা ইচাগী মায়থোঙ উবা ফংবা ঙম্বা য়েংগে খল্লিবনি।"

নুপীদুনা নোক্লম্মী, "মফমসিদা ঐ নত্তনা কনাসু লৈতে তৌইগুম্বসুং ঐহাক অদোমগী মতেং পাংবা ঙমগনি। করিগুম্বা ঐনা অদোমগী নীংবা থুংহনবা ঙম্লবদি

ঐঙোন্দা করি পীবা ঙম্বীগনি?"

"ঐঙোন্দা ইচানুপা অমা পীয়ু, মদুগী মহুত্তা পান্নবদি লৈবাক তঙ্খায় অমা লৌ।"

"ঐহাক লৈবাক নৎত্রগা সনা-লুপা পামদে, ঐহাক অদোম্বু ফংবা পাম্মী, ঐবু লুহোংউ অদোম্না সিংহাসনগী মপু ফংগনি।"

নিংথৌ য়ারম্মী। য়ানবগী মতুং ইন্না মাবু কোনুংদা পুরম্মী অমসুং লুহোংলম্মী।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা রাণী তরেৎমক মিরোনখ্রে। অদুবু নিংথৌ নুংঙাইবদু মতম শাংনা লৈবা ঙম্লমদ্রে। নিপালশুবী রাণীদু তশেঙনা হিংচাবীনি, নিংথৌগী মীৎতা উফূল, চাইনবগীদমক মহাক ফজরবী নুপীগী শক্তম লৌদুনা লাক্লম্বনি। করিগীনো হায়বদা কোনুংদা লৈরবদি চানিংবা লায়না ফংগনি। অহীংদা মী পূম্নমক্লা তূমখ্রবা তুংদা হৌগৎলি, শগোল শঙদা নৎত্রগা শামু শঙদা চঙদুনা শামু অমা শগোল অনী, য়াও খরা নৎত্রগা উট অমা চাথোক্লম্মী। মপূক থন্না অহিংবা শা চারবা অমসুং ঈ থক্লবা মতুংদা হল্লক্কুনা তূম্লম্মী। নিংথৌবু কিবদগী মীনাইশিংদুনা শাশিং মাঙবগী মরমদা করিসু তাক্লমদে। তৌইগুম্বসুং থৌদোকসি অসুম চথরক্লবদা শাশিংগী মশীং হন্থবক্লম্মী অদুনা তঙাইফদনা নিংথৌদা তাক্কবা য়ারক্ত্রে। নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না লানবন অকোয়বদা শেন্নবগী থবক হেন্না কনশিনহনখ্রে। মচী-মচী খূদিংদা থোঙশঙবা থমখ্রে তৌইগুম্বসুং শাশিং মাঙবদি লেপত্রে। কনাসু খঙদে, শাশিংসি কদায় চৎখ্রিবা।

নোংমদি নিংথৌ কা মনুংদা কোয়চৎ চৎলম্মী। মহাক কবি তৌগদবনো, করি তৌরোইদবনো খল্লম্মী। মতমসিদা খ্বাইদগী ফজবী রাণীদু মনাক্তা লাক্লম্মী। "করিগুম্বা ঐনা হূরানবদু খঙদোক্লবদি ঐঙোন্দা করি পীবিগনি?"

"নঙনা পাম্বদু পীগনি।"

"য়াম্না ফরে. হৌজিক অদোম নুংঙাইনা পোত্থাবিরো। অয়ুক্তা মরাল লৈরবা মীদো অদোমগী মাঙদা ফংবীগনি।" থুনমক নিংথৌ নীংঙাইদনা তূমখিরম্মী। তূমখিবগা ফৎত্রবী রাণীদু কাদগী মপান থোকখি। খোঙথাং তপ্না য়াউগী শঙদা চঙখ্রে। য়াউ অমা হাৎলগা ঈদু পাত্র অমদা য়ারম্মী। অমমতা ওইনা রাণী তরেৎমক্কী কাদা চঙদুনা মখোয়গী মচীন অমদি ফিদা ঈদু তৈশিল্লম্মী। অদুগী তুংদা নিংথৌগী নাকন্দা চঙদুনা তূমথখিরম্মী। অয়ুক্তা মহাক্লা নিংথৌ য়াকাইরম্মী। "অদোম্না ঐগী রাদা

থাজবিরোই অদুবু রাণী তরেৎসি মীওইবা নত্তে, তশেঙনা মরাল লৈরবা মীশিংসি। মখোয় শাশিংবু হিংনা চায়, হিংচাবীনি। মখোয়দগী চেকশিনবীয়ু। অদোমগী থৱায়সু খুদোং থীনিংঙাইনি। ঐগী ৱাসি অরানবনি খনবীরবদি য়েংবীয়ু, সনা মীৎয়েং তাবিয়ু।"

নিংথৌনা রাণী তরেৎমক্কী মচীন অমদি মফিদা তৈবা ঈ উরম্মী। মহাক্না মথৱায়গীদমক মিপাইরক্লম্মী। য়াথং তৌরকখি, "তরেৎমক্কী মমীৎ কোখোকউ অদুগা শহরগী মপান্দা লৈবা অকংবা গুহাদা লংথখো। মফমদুদা মখোয় লাম্বনা শিজন্নগনি।" নিংথৌগী য়াথংদু থুনমক পাঙথোকখিরম্মী।

মথংগী হপ্তাদা রাণী অমগী মচানুপা অমা পোকপদু চাথোকখ্রে। অনীশুবা রাণীদুসু মচানুপা অমা পোকপগা অরাম খৌরাংবগী মৈনা চাকথেকখ্রে। তেরৎশুবী রাণীগী মচানুপা ইকোন কোন্না পোকই। মহাক্না রাণী অতৈদা হায়জরম্মী, "অঙাংদুবুদি থাদোকপীনবা, মদুগী মহুত্তা মহাক্কী থল্লিবা শরুক্তু পীজরম্মী। অসুম্না ইকোন কোনবা অঙাংদু হিংহৌরে।

তপ্না-তপ্না অঙাংদু চাউরক্লম্মী। মহাক চহী তরেৎলোম শুরকপদগী রাণীশিংদুনা মহাকপু মপানগী সংসার উহনবা ফৈ খল্লম্মী। অদুনা মমৈদা উপায় থিদুনা অমগী মথক্তা অমা তোংদুনা লেপ্লম্মী। খ্বাইদগী মথক থংবীদুনা অঙাংদু গুহাগী মপান ফাওবা থাঙ্গৎলম্মী। অঙাংদু মফমদুদা চোং-ফন্দুনা শান্নবদগী লাইগী নোংদমদগী কোনুং য়ৌরম্মী।

কোনুং গুহাদগী পংলাপ লাপ্তে। মহাক কোনুংদা কোয়না চৎপদগী চাকশঙদা থুংলুরে। নিদুনা খরা চারম্মী। মফমদুদা অরেম-অপা খরসু ফংলম্মী। খরা চারগা অহেনবদুনা মমা অমদি রাণীশিংগীদমক পুরক্লম্মী।

মতম য়াম্না কুইনা অসুম্না হিংলম্মী। মহাক য়াম্না ৱাং-চাউরদুনা মশা-মউ ফরম্মী। নোংমদি অয়ুক অমা চাক থোংবনা নিংথৌগী চাক থোংনবা হায়রম্মী। পূজারীদুগী মমাদো লৈখিদরে, মহাক সংস্কারগীদমক চৎলুবা তাই। অঙাংদুনা মাবু থাজহল্লম্মী– "মহাক নিংথৌগী চাক এঙ্খাংদুগীদমক ৱাবীরুগনু।" পূজারীদু চৎখ্রে। নুমিৎতুগী চাক-এঙ্খাংদু নিংথৌ য়াম্না হাউনা চারম্মী। মথেল পূম্বা ফজনা থোংলম্মী অমসুং নীংথিজনা থিদোক্তুনা পীজরম্মী। নুমিদাংৱাইরম পূজারী লাক্লবদা মাবু কৌদুনা

হংলম্মী, "ঙসি অয়ুক্কী চাক এঙ্খাং য়াম্না হাউই, নুংতিগী অসুম্না করিগী থোংদ্রিবনো?" চাক থোংবদু পূকচেল শেংবা নুপানি। "ঐহাক ইমা লৈখিদবগী সংস্কার য়াওবা চৎলুবনি। অয়ুক্কী চাক্তি অঙাং অমবু থোংহনবনি।" নিংথৌদু ঙক্লম্মী অমদি পূজারীদা হায়রম্মী, "অঙাংদো চাকশঙদা থবক পীরো।"

নুমিত্তুদগী নিংথৌগী চাকশঙদা চাক এঙ্খাং মহাও অমদি থিদুনা শেম শাবদা খেন্নবা উরক্লম্মী। নোংমা-নোংমগী নিংথৌনা মহাকপু থৌজানবীবা হৌরক্লম্মী। মতম মতমগী মঙোন্দা মনা কয়ামরুম পীরম্মী। অদুগা লোয়ননা মমা অমদি রাণীশিংগী চানবা মরাং কায়না পুদুনা চৎলম্মী।

নিংথৌ কোনুংদগী গুহাদু ফাওবা চৎপদা মহাক্লা চাক্লিবা অমগী মমাঙদা শল্লম্মী। নুংতিগী মঙোন্দসু পীজরম্মী অমসুং চাক্লিবদুনা বর পীরম্মী। অসুম তৌনা মতম খরা হৌখ্রে। অঙাংদু ফজরবা পাখঙ অমা ওইনা মপূং ফারম্মী। নোংমদি ফৎত্রবী রাণীদুনা উখিরম্মী। মহাক্কী মায়থোঙ অমদি মতীক মগুণদা অঙকপা পোক্লম্মী। রাণীনা মঙোন্দা মহাক কনানো অমসুং কদায়দা লৈবগে হংলম্মী। অঙাংদু মহাক্লা কনাগা ব্রারী শারিবনো হায়বা খঙলমদে। মহাক্লা মমা অমসুং অতৈ রাণী তরুক্কী মবমদা লোইনা হায়দোক্লম্মী। মীৎকৃপ্তুদা হিংচাবী রাণীনা মাবু হাৎনবা শরৌ শীল্লম্মী। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা হিংচাবী রাণীদো নাশিন্নরে। মাইবদা পৈশা পীজদুনা নিংথৌদা হায়হল্লে, মহাক্কীসি শিবা য়াবা অনাবনি, তৌইগুম্বসুং কৈ মখোম ফংলবদি ফবা যাগনি।

পাউ ফংবদা নিংথৌ চেল্লক্তুনা হংলম্মী, "নঙবু করম তৌরবগে? মাইবনা হায়রি, নহাক য়াম্না কন্না নারে, অদুগা কৈ মখোম থকপা পাম্মী। অদুবু কৈগী মখোম কদায়দগী ফংগনি। কৈ অমোমদগী মখোম শুস্বা ঙস্বা কনা লৈনি?"

"লৈ, নুপামচা অমখক, মহাক কৈ অমোমগী মখোম শুস্বা ঙমগনি, অঙাংদো চাকশঙদা চাক থোংলিবনি। মহাক থৌনা ফবা অমসুং থাজবা য়াবা মীওইনি। অদোম্না তৌবিখিদবা য়াওখ্রব্রা? মহাক অদোমগী মতেংনা য়োক্লকপানি অদুনা মানা অদোমগী য়াথং অমতসু হীক্তোকপা তৌরোই।"

নিংথৌনা অঙাংদু কৈ মখোম লৌরুনবা হায়রুবদা থুনমক শে মশারম্মী। রাণী তরেৎতুনা পাউসি তাবদা য়াম্না কপ্লম্মী অমসুং চভনবা হায়রম্মী অদুবু মহাক্কী অনীংবদু

হোংলমদে। লম্বীদা চাক্লিবা লম্বোইবদু থেংনরম্মী। মহাক কদায়দা, করিগীদমক চৎলিবনো হায়বদো খঙদুনা লম্বোইবদুনা হায়রম্মী, "চৎখিনু, অদুগুম্বা খুদোংথীবা থবক্তু তৌনবা নঙ লৈরিব্রা?" অদুবু মহাক ওইনিংবা ওইসনু, নিংথৌগী থম্মোয়বু জয় তৌবা পাম্লম্মী। মহাক খুদোংথীবদা শান্নবদসু নুংঙাইবা ফংলম্মী। মমৈদদি লম্বোইবনা হায়রম্মী, "ফরে অদুদি চৎলো অদুবু ঐগী ৱাসে মুন্না তাখো, করিগুম্বা নঙনা ঐগী পাউতাক মতুংইন্না চৎলবদি থবক মায় পাক্কনি। ঐনা তাক্কনি, কদায়দা চৎকদগে হায়বদো। নঙনা কৈ অমোম উরবদি মহাক্কী খোমজিন অমদা অপীকপা তেঙৈঞ্জেনা থাগদবনি। কৈ অমোম্না নঙোন্দা করিগী অসুম তৌরিবনো হংলবদি মহাকপু হাৎপা পামদে। মচাশিংনা নুংঙাইনা খোম থকপা ঙমজনবগীদমক্তনি। মঙোন্দা হায়যু নহাক মাগী মচাশিংবু নুংশিজৈ, মখোয় য়াম্না শোন্না অমসুং নাবগুম উরে, খোম নীংথিনা থকপা ফংদবগুম্লে।" লম্বোইবদগী অশীর্ব্বাদ লৌরগা মহাক কৈ অমোমদু থিবা থোরক্লম্মী।

অঙাংদু থুনমক কৈ অমোমদু উনরম্মী। মানা খোমজীন অমখক্তা পান্দম থমদুনা তেন কাপ্লম্মী। কৈ অমোমদুনা শাউনা হংলম্মী, "নঙনা মদুদা করিগী তেন কাপ্লিবনো? অঙাংদু লম্বোইবনা তাকপা মতুং ইন্না পাউখুম পীরম্মী। মমৈদা মসিমসু মখা তানা হায়রম্মী, "রাণী য়াম্না কন্না নারে, মহাক্কী লায়েংনবগীদমক কৈখোম পাম্মী।" কৈ অমোমদুনা হায়রম্মী, "মাদি শিখিসনু, হিংচাবীনি। নঙনা খঙগদর্বনি। মঙোন্দগী থাপ্না লৈয়ু, নহাকপুসু হাত্তুনা চাথোকপীগনি।"

অঙাংদুনা হায়, "রাণী সাহিবা ঐগী য়েক্লবা নত্তে অদুনা ঐ করিগী কিরুনি।"

"য়াম্না ফবা ৱানি, ঐনা নঙোন্দা ইশাগী কৈখোম পীগনি অদুবু নঙদি মঙোন্দগী চেকশিন্না লৈয়ু। ঐগী তুং ইল্লকউ।" কৈ অমোমনা মহাকপু চাউরবা নূংপাক অমগী মনাক্তা পুরম্মী। "ঐহাক নূংপাকসিদা খোমমরীক অমা শুমগে, করি তৌবগে হায়বদো নঙ য়েংউ।"

কৈ অমোমদুগী খোম মরীক অমা তাবদা নূংজাওদু মচেৎ লিশিং থোক্লা কায়খ্রে। "উরেদনা ঐগী খোমগী শক্তি তৌইগুম্বসুং নখোয় রাণীনা মসি থকপদা করিসু তৌরোই, করিগীনো হায়ববু মহাক হিংচাবীনি, থাজদ্রগা নমীৎমক্লা য়েংউ।"

অঙাংদু উমংদগী হল্লক্লে। নিংথৌনা কৈখোমদু পীরম্মী। নিংথৌনা মদু রাণীগী

মনাক্তা পুদুনা চৎলগা পীরম্মী, মদু মহাক্লা নুংশাস্বর খূৎহোন অমুক্তা থক্তোকখ্রে। অদুগা অনাবা ফবগী মওং উৎলম্মী। নিংথৌনা অঙাংদুগী থবক্তা য়াম্না পেল্লম্মী, অদুনা মাগী খূৎশূমল হেনগৎহল্লম্মী। অদুবু রাণীনদি মাবু লোইশিনবা পাম্লম্মী। অদুগী ওইবা য়াবা ফত্তবা পাম্বে কয়া থিরম্মী। মতম খরা লৈরগা অমুক নাশিন্নরম্মী। নিংথৌদা হায়রম্মী, "অনাবসিনা ঐবু থাদোক্লে, অদুবু অদোম্না ৰাবীরুনু। ঐগী দাদাদো অঙাংদুনা কৈখোম লৌরুবা উমংদুদা লৈবনি। মাগী মনাক্তা অখন্নবা হীদাক অমা লৈবনি, অদুনা ঐহাক ফবা য়াই, থৌজানবীদুনা অঙাংদু হীদাক লৌরুনবা থাবীখো।"

অঙাংদু অমুক হন্না চৎখ্রে। লম্বীদা লম্বোইবদু উনরম্মী। অঙাংদুনা মঙোন্দা করিসু লোৎলমদে, লম্বোইবনা হায়-- চৎখিনু হিংচাবদুনা নঙবু হাৎতনা থাদোক্লক্লোই। অদুবু অঙাংদো থবক্তগী লৈথোকপা পাম্লমদে। "নঙনা য়াদ্রবনিনা চৎলুরো, ঐনা হায়বসে তারগা চৎলু। নঙনা হিংচাবদু উরগা ইপুবোক হায়না কৌকো। মহাক্লা নঙবু মনঙ্গল খোৎনবা হায়রক্লবদি খোৎলু অদুবু অঙকপা মওংদা উনশাদু খোৎকদবনি।"

"অদোম্না হায়রিবদুমক তৌগনি," অঙাংদুনা হায়রম্মী। মহাক চৎখ্রে উমংদুদা। য়াম্নসু কূংই, লৈতোং-লৈকূৎ য়াম্না নাই। চৎপা ৰায়। মমৈদা মফমদুদা থুংলুরে। থাপ্লিঙৈদগী লাউরম্মী, "ইপুবোক, ঐহাক নঙগী নশুনুপানে। ইমা য়াম্না কন্না নারে, অদোমগীদা হীদাক অফবা লৈ, লৌরুচো হায়বদগী ঐ লাক্লিবনি।"

হিংচাবনা হায়রম্মী, "য়াম্না ফৈ, ঐনা নঙোন্দা হীদাক্তু পীগনি। অদুবু হান্না ঐগী নঙ্গনসে খরা খোৎলু য়াম্না হাক্লৎচরে।" হিংচাবদুনা মীনম্বা ঙাঙলিবনি, মহাক হাক্লৎচবা করিসু লৈতে। অঙাংদুনা মনঙ্গনদা খুজিন্না থূম্না য়ৈশিন্দুনা হিংসাগী মওংদা কন্না খোৎলম্মী। শাদুম ফক্কদবগুম। মাসু খাঙলম্মী অদুদগী মনঙ্গন্দা পোপ-পোপ ফূরদুনা হীদাক পীরগা বিদায় তৌরম্মী। নিংথৌনা রাণীদা হীদাক পীরুবদা মহাক থম্মোয় মৈ হৌনা চাক্লম্মী। নিংথৌদুনদি অঙাংদুদা হান্নদগী হেন্না হরাওরম্মী। মনা কয়ামরুম পীরম্মী।

ফৎত্রবী রাণীদো অহীং নুংথিল খাক্তনা অঙাংদুদগী নাম্থোক্লবা খল্লম্মী। অমা হেক্তা তৌদুনা মহাকপু লম্বীসিদগী তাম্থোকখিবা পাম্লম্মী। অদুসু নিংথৌনা

খঙখিদনবা। কৈ অমোম অমসুং মপুবোক হিংচাবদগী তেক্তা কায়দনা নাম্থোক্লক্লে। মসি পূম্বসি করম ওইথোক্লিবনো? হৌজিক রাণী করি তৌগদবনো খল্লম্মী। মমৈথংদা মবেনবোক্কা লৈবা উমংদুদা অঙাংসি থাবদা লেপ্লম্মী। হন্দক্তি মহাক হিংবগী আশা লৈত্রে। খরা লৈরগা নিংথৌদা হায়জরম্মী, "ঐগী ইবেনবোক্কী মনাক্তা মমল যাম্লবা শমজেৎ অমা লৈখিবনি, অঙাংদু থাদুনা মদু লৌহনবিরু, ঐহাক ইবেনবোক্কী মিংদা চিঠি অমা ইবগে।"

নিংথৌদু য়ারম্মী। অঙাংদু চৎনবা শেম শারে। মহৌশাগুম লম্বীদা লম্বোইবদু থেংনরম্মী। অঙাংদুনা মানা চৎলিবদুগী মরম হায়দোক্লম্মী। অদুগা চিঠিদু উৎলম্মী। লম্বোইবনা চিঠিদু পারগা হায়রম্মী, "মফমদুদা নহাক শিরুনবা চৎলিবনি। মসিনা নঙ হাৎতোক্লবা ৱাকৎ তৌনা ইরি। চিঠি পুরিবদু ঐগী য়েক্লবনি, মানা হিংলিমখৈ নুংঙাইনা লৈবা ঙম্লোইদৌরি। চিঠি পাবগা মাবু হাৎতোকউ।"

অঙাংদু খোয়শাওনরম্মী অদু ওইদুনসু মহাক নিংথৌনা হায়বকপা ৱাদু ঙাকপা পাম্লম্মী। মদুদা থৱায় থাখ্রবসু মদু মঙায়। অদুদগী লম্বোইবদুনা চিঠি শেগায়খ্রে মদুগী মহুত্তা অতোপ্পা চিঠি অমা ইরম্মী— "মহাকসি ঐগী ইচানুপানি, ইবেনবোক্কা উননিংই হায়। মহাকপু নুংশিনা তৌবীয়ু।"

অঙাংদু মাঙলোমদা চৎলম্মী। অসুম চৎলি হিংচাবীদুগী ময়ুম যৌদ্রিঙ্কাওবা। হিংচাবীদুদা 'ইবেন' কৌরম্মী অদুগা চিঠিদু পীরম্মী। হিংচাবীদুনা মাবু কোনবীরম্মী, মহাকপু চূপ্লম্মী, মশুনুপী অমদি মশুনুপাগী অৱা-নুংঙাই হংলম্মী। মহাকপু লুনা-চান্না তৌবিরম্মী। মমল য়াম্লবা খূদোলপোৎ কয়া পীরম্মী। পোৎ-চৈ সাবুন মখল অমা, মদু লৈমায়দা তকপদা চীংজাওগুম শেন্লক্কনি, য়েত্তুমগী উপু অমা পীবম্মী, মদু লৈকায়দা চাইখাইবদা তিংখংগী চীংজাও অমা শেন্লক্কনি। অদুগা ঈশিং সনাবুন অমা পীবম্মী, মদু লৈমায়দা তৈদোকপদা পাৎ অমা ওইগনি। ময়ামদুগা লোয়ননা হনুবীদুনা মশা ফরগা য়েন তবেৎ, তরেংগী চক্র, খুনু অমা, মচু লংবা উচেক অমা অমসুং হীদাক লীক্লি অমসু পীরম্মী। পোৎশিংদুগী অরোনবা মগুণসু তাক্লম্মী – "য়েনশিংসে ঐগী ইচা হায়বদি নপুবোক তরেৎকী মথৱায়নি। নপুবোকশিংদু তোঙান-তোঙানবা মফমদা লৈবনি। য়েনশিংসিনা মশা ফরিবা মখৈ নঙগী নপুশিংদুগী মতু নামা ফাওবা শোকপা ঙম্লোই। মরমসিনা ঐনা ইনাক্তা থম্লিবনি। ঐগী থৱায়না তরেংগী চক্রসিদা লৈবনি।

মসিনা হেক তেকপদা ঐগী হকচাংসি মচেৎ মচেৎ তাখিনি নৎত্রবদি ঐহাক অমরনি। খুনুসিনা নধৌগী থৱায়মিরেলনি। অদুগা উচেকশিনা নমাগীনি। মখোয়না হিংলিমখে নবুধৌ অমসুং নমাগী করিসু অকায়বা তৌবা ঙম্লোই। হীদাকসিনা মমীৎ তাঙববু অমুক হন্না উবা ঙমহল্লি।"

পোৎচৈ হিংচাবীনা মঙোন্দা পীরক্লিবা অমসুং মচা তানা মখোয়গী মরমদা তাকপীবগীদমক্তা তৌবিমল খঙবা ঊৎচরম্মী। অয়ূক্তা হনুবীদু ঈরুজবা চৎখিরম্মী। তাঞ্জাসি ফংবগা য়েন তরেৎ অমদি খুনুদু হাত্তোক্লে অদুগা তরেংগী চক্রদুনা লৈমায়দা মচেৎ-মচেৎ থুগায়রম্মী। মতৌ অসুম্না হিংচাবী অমসুং মখোয়গী মচা তরেৎ শিখ্রে। মখোয়না শিখিবগা লোয়ননা অঙকপা অকিবগী মশক ওইরবা খোঞ্জেল থোক্লম্মী। অদুদগী মহাক্না উচেক্কু পোন্দা হাপচিল্লে। মমীৎ তাঙবশিংগী উনবা হীদাক লীক্লিদু পায়দুনা হল্লক্লম্মী। খ্বাইদগী ইহান হান্না মহাক্না গুহাদা চৎলম্মী। মমা অমসুং অতৈ রাণীশিংগী মমীত্তা হীদাক্কু হাপ্লম্মী। মখোয় থোইদোক্না হরাওনা অমসুং ইঙক-ঙক্না অমনা অমদা য়েংনদুনা লৈরম্মী। মখোয়বু গুহাদগী লৌখৎলম্মী। অঙাংদুগা লোয়ননা কোনুংদা চঙলম্মী। কা অমদা ফমদুনা মাবু ঙাইনবা হায়রম্মী। অঙাংদু নিংথৌদা মখোয়গী মরমদা হায়রুনবা চৎলম্মী।

অঙাংদুনা হায়রম্মী, "অদোম্না খঙবা ঙমদবা ৱাফম কয়ামরুম ঐনা খঙবা ঙম্লকই। ঐগী ৱাসে পূক্লিং চঙনা তাবিয়ু। অদোমগী রাণী হিংচাবীনি, মহাক্না ঐবু হাৎনবা পাম্বে কয়া শীল্লম্মী। করিগীনো হায়ববু মহাক্না ঐসে নঙগী নচানি হায়বা খঙবদগীনি। অদোমগী রাণী তরেৎতু নীংশিংলিব্রা? মখোয়বু অদোমগী রাণী হিংচাবীগী থৌইনশিন্দগী মমীৎ কোৎথোক্লগা গুহাদা লংথখিবদো। ঐহাক তরেৎ শুবী রাণীগী মচানুপানি। অদোমগী নিপালশুবী রাণী হিংচাবীসিনা অকিবা পোকই করিগুম্বা অশেঙবদু খঙলকপা মতমদগা ঐহাকসি সিংহাসনগী মপু ওইহনগনি। মরমসিনা ঐনা হিংদুনা লৈবসে য়েংবা ঙমদে। ঙসিমক ঐনা মহাক্কী মপু-মবেন অমসুং মখুরা তরেৎমকপু লোইশিনখ্রবনি অমসুং ঐহাক হৌজিক মহাকপু হাৎকনি। মহাক্কী মথৱায়দু উচেকসিদা লৈ।" অসি হায়রগা মহাক্না উচেক্কী মখৌরী মেথুৎলম্মী। ফৎত্রবী রাণী লৈরিবা মফমদুমক্তদা শিরম্মী। মহাক্কী মঙক্কু মায়কৈ অমদা তৎলম্মী। মহাক হেক শিবগা অশেঙবা হিংচাবীগী শক্তম ওন্থোক্লম্মী। মখা তানা মপাবুংদা হায়রম্মী,

“হৌজিক ঐগা লোয়ননা লেঙবীরকউ।” মহাকপু রাণী তরেৎকী মনাক্তা পুরম্মী।

“মখোয়সি অদোমগী অশেঙবী রাণীশিংনি। অদোমগী নচানুপা তরেৎ পোকপনি, মখোয়শিংদুগী তরুক্তি গুহা মনুংদা লাম্লবা মৈদা দান তৌখ্রে, ঐহাকতমক হিংহৌরিবনি।”

“আ! ঐহাক্না করিনো তৌরুরিবসিবো,” নিংথৌনা লাউরম্মী। ঐবু নমথাক তৌবিখ্রবা! ঐহাক মীৎতাঙলুরবা। মরাল লৈজদ্রবী রাণীশিংবু ঐহাক্না য়াম্না ওৎ-নৈবিখ্রে।” মহাক হীক হীক কপ্লক্লে।

নিংথৌনা লৈবাক্কী থবক পূম্নমক অমত্তা পোকচবা মচানুপাদা শিন্নরম্মী, অনৌবা নিংথৌনা য়াম্না হৈ-শিংনা লৈবাকমক্তুদা হনুবী হিংচাবীদুনা পীরকপা যাদুগী সনাবুন, য়েত্তুম অমসুং ঈশিংগী মতেংনা মহাক্না মনাক নকপা লৈবাক কয়ামরুম মহাক্কী লৈবাক্তা তিনশিল্লম্মী। অহল ওইরবা, নিংথৌ মহাক্কী রাণী তরেৎকা লোয়ননা লেমহৌরিবা পুন্সিদু নুংঙাই য়াইফনা লেল্লম্মী। ❑

গুজরাটী ফুঙ্গা ৱারী

## শহজাদা সত্র

য়াম্না মতীক মগুণ লৈরবা সুলতান অমগী মচানুপী তরেৎ পোক্লম্মী। মহাক্না মচানুপী পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী অতোনবীদুবু লুনা-চান্না তৌরম্মী। অদুনা অতৈ মচে তরুক্তুনা মাবু কল্লক্লম্মী অমসুং নুংশিরমদে।

নোংমদি সুলতাননা হরাও-নুংঙাইবা তাঞ্জা অমদা মচানুপী তরেৎমকপু মাগী কাদা কৌরম্মী। মখোয়না অঙকপা ৱাহং হংলম্মী, "হায়য়ু নখোয়না নুংঙাই যাউফনা লৈরিবসে কনাগী মপান্নবনো? মদুগী তুংদা নশাগী নরায়বক্লা নৎত্রগা ঐগী মতেংলা? নখোয়না করি করি খনবগে হায়য়ু তশেঙনা?"

"মসিদা করি খল্লুনি," মচে তরুক্তুনা থুনমক হায়দোক্লম্মী। "তশেঙবদি অদোমগী নতীক নগুণগী মপান্না ঐখোয়গী পুন্সি নুংঙাইজবনি, অব্বাজান।"

মসি তাবদা সুলতানদো য়াম্না হরাওরম্মী তৌইগুম্বসুং খ্বাইদগী নুংশিনা থমজরিবী অতোনবী শহাজাদীদুদি মচেশিংগী খোঞ্জেলদা মহাক্কী ৱাফম য়াওরমদে,

মহাক তূমিন্না লৈরম্মী। মদু উরুবদা ঙকপনা থেংলম্মী। অদুমক্তনা, মচেশিংনা কন্না ঙাঙন-শরুবদুদা মহাক্তি মথৱায় নুংঙাইজরমদে। তশেঙনা মহাক্কী থম্মোয়গী ওইবা ৱাফমদু হায়দোকপা কিরম্মী।

মহাক্না তূমিন্না লৈবদু সুলতাননা নুংঙাইতে, খরা কল্লপ হংলম্মী, "করি ৱানো, নহাক তূমিন্না লৈরিবদি? চিংনবা লৈতনা হায়য়ু, নচেশিংগী ৱাফমসিদা য়ানীংই নৎত্রগা য়ানীংদে হায়বদু।"

অতোনবী শহজাদীনা চীং-লেম্না হায়রম্মী, "ঙাকপীগনি, অব্বাজান, ঐহাক মখোয়গা মোং চান্নদে। ঐহাক্কী লাইবক্কী খুর্জিসে অদোমগী লাইবক্কী খূত্তা লৈবে হায়বদি য়াজনিংদে, পূম্নমকসি মশা-মশাগী মরায়বক লৈজে অদুনা অফবা অমসুং ফত্তবা হায়বসিগী হক লৈ। ইশাগী লাইবক্না অদোমগী নচানুপী অমদি শহজাদী ওইরিবনি।"

সুলতাননা লাউবরুম্মী, "ফরে, ৱাসিমক নহাক্কী নবায়বক, নঙগী গৱানমিচাক্কী মহয়নি হাযবা? ঐনা লুনা-চান্না তৌবদুগী অসুম্না লমন শিংলবা? তৌবিমল খঙদবী নুপীমচা, তৌজিক ঐখোয় য়েংসি, নঙগী নরায়বক্না নঙগীদমক কবি তৌবগে হায়বদো?" অসি হায়দুনা সিফাই কৌরগা হুকুম তৌরম্মী, "নুপীমচাসি কোনুংসগী মপান্দা থাদোকউচো। ঙসিদগী ঐ মাগী মশক উবা পামদ্রে।"

অতোনবী শহজাদীদো হৌগৎলম্মী। মশানা খঙনা চৎখ্রে। শেৎলিবা ফিদু নত্তনা অতোপ্পা অমা লোযনখিদে। সিফাইশিংনা মাগী মতুং ইন্নরম্মী। মানা শহরগী মপান তেক থোকখিবগা মখোয় হনখ্রে।

মতম খরা লৈরগা সুলতান য়াম্না থাপ্লবা দেশ অমগীদমক যাত্রা তৌরম্মী।মহাক্না ফজরবা জহাজ অমা শাহল্লম্মী। পাঙ্জিশিংদা অফবা নুমিৎ -থা য়েংহন্দুনা খোঙশান্নবা লেপ্লম্মী। মরূপ-মপাং, মরী-মতা, খঙন-চান্নবশিংনা মহাকপু বিদায় তৌনবা লাক্লম্মী। জহাজদা কাখৎত্রিঙৈদা শহজাদীশিংদা মখোয়গী করি-করি লৈরকউগে হংলম্মী। মানা মানা পাম্বা পোৎচৈগী মমিং হায়রম্মী। ঈশৈ-নোংমাইগী ইপোম মরক্তা দরবারীশিং অমসুং কর্ম্মচারীশিংগা লোয়ননা সুলতান জহাজদা কাখৎলম্মী।

হিহোনবশিংনা লঙ্গর থাঙ্গৎলম্মী। পাল হাংদোক্লম্মী। হৱা-নুংশিৎসু চানরম্মী অদুবু নিংঙাই তৌবা শগোলগুম মফম লেঙলমদে। পূম্নমক ঙক্লরম্মী। হিহোনবশিংনা

জহাজ চৎত্রিবদো করিগীনো হায়না খঙদোক্লবা কন্না হোৎনরম্মী। জহাজ মনুং অমসুং মপানগী পোৎ খুদিংমক অকায়বা লৈতে। সুলতাননা শহরগী হৈশিংবা পাঞ্জি, অখঙ-অহৈ কয়া কৌহল্লম্মী। পাঞ্জিশিংনা য়াম্না থেঙলফাওবা হোত্নুনা তিনশিন-খাইদোক তৌদুনা য়েংবদা মমৈদা সুলতানদা হায়, "লায়রবী কনাগুম্বী অমদি মাগীদমক করি লৈরকউগে হংখিদে।" মতমসিদা শহাজদী অতোনবীবু নীংশিংলম্মী। শাউনিংবনা খমথেংলে। কান্নদ্রবা নুপীমচাদুগী মরমগীদমক অসুক কুইনা লেপ্পা তারবা। মাবু থিরুনবা মায়কৈ মরিদা মীওই কয়ামরুম থাদোক্লম্মী।

মায়কৈ খুদিং অরেম্বদা চেন্নরুবগী মতুংদা মীওই অমনা উমংদা মাবু থেংনরম্মী। উখাদা মহাক লাইনীংবী অমগুম লৈরম্মী। মতম পূম্বদা লাইশোন্দা শোল্লম্মী। পাউ পুবা নুপাদু মফমদুদা থুংলুবদা মহাক নমাজ পাদুনা লৈরম্মী। নুপাদুনা লাউরম্মী, "সুলতনাননা বিলাততগী নঙগীদমক করি খুদোল লৈরকউগে?"

শহজাদীনা পাউখুম পীরমদে, মহাক নমাজ মরক্তা থুগাইনিংদে মরক্তুদা সিতমক হায়রম্মী 'সত্র' হায়বদি 'ঙাইহাক ঙাইবিখো।'

সুলতান পাউখুমদুগীদমক লাঙতক্লনা লৈরম্মী। সিফাইদু চেন্না চেন্না মপুগী নাক্তা থুংলুরে। শহজাদী 'সত্র' হায়বা পোৎ অদু পুরক্লবা হায়রকপনি হায়ররে।

সুলতান মুরুম মুরুম শোল্লম্মী। "মশামক্তুগা মান্নবা খুদোলনি 'সত্র'দগী অপঙবী নুপীমচাগী করি অনীংবনো? ফৎত্রবী নুপীমচা, কয়া ব্যবহার লৈতবা পাউখুম পীরক্লিবনো? মহাক্কী মতীক চাবদু ফংজবনি।" ব্রাসি হেক হায়বগা জহাজদু চৎপা হৌরম্মী। খোঙচত্তু নুংঙাইনা লেল্লম্মী। খুদোংথীবা য়াওদনা পম্বুংফমদা থুংলম্মী।

অনৌবা লৈবাক্তুদা সুলতান য়াম্না কোয়-খোত্নুনা য়েংবা য়াবা কয়া য়েংলম্মী। হল্লক্কদবা নুমিৎ খরনি মমাঙদা শহজাদী তরুক্তুনা তপ্লকপা পোৎ-চৈ লৈরে অমসুং জহাজদা চেকশিন্না থম্লে। অতোনবী শহজাদীদুনা তপ্লকপা পোত্তুদি মফম কৈদসু ফংদ্রে, হংলুবা মফম খুদিংমক্তগী পাউখুম ফংলম্মী, 'সত্র' কৌবা পোৎ অমত্তা লৈতে। অদুনা সুলতান্না হায়রম্মী, "অরেম্বা কান্নদবা পোত্তুগীদমক্তা মতম মাঙহনবা দরকার ওইদে। অদুনা পুম্নমক জহাজদা তোংখৎলম্মী।

লঙ্গর লৌখৎলে, পাল হাংদোক্লে অদুবু জহাজদু চীংজাওগুম লেঙদনা লৈরে। হন্দক্তি সুলতাননা মসিগী মরম খঙলম্মী। মহাক শাউবনা মৈ হৌরম্মী। মীনাইশিংবু

তোর্ব্বান্দা থারম্মী। মখোয়না লম্বী খূদিংদা অচৎ-অওক্তা 'সত্র' কৌবা পোত্তুগী মরমদা খঙনবা থিহল্লম্মী। নুমিৎ চূপ্পা, শহর পুম্নমক্তা পোত্তুগীদমক লম্মাঙনদুনা লৈরম্মী। নীংবা কায়না চোকথবদুনা মখোয় জহাজদা হল্লক্লবা খন্নরম্মী। মতমদুদা লায়রবী হনুবী অমা লাক্লম্মী। নুমিৎ চূপ্পা মীওই লিশিং লিশিংদা হংলবা ৱাহংদু অরোইবা ওইনা হনুবীদা হংলম্মী। মানা খুম্লক্লে 'সত্র' হোয়, ঐ খঙই, মদু করিনো হায়বদু। মসি নূং অমনি ঐগী ইঙ্খোলদা তাদুনা লৈরিবা। ঐনা পোক্লকপদগী অদুম তাদুনা লৈরক্লবনি। ঐকোয়না মদুবু 'সত্র' নূং কৌনৈ। নঙ মদুগী মমল কয়া পীগনি?" মীনাইশিংদুগী মকোযদু লেঙলম্মী। অবোইবদা থিবদু ফংলে, চৎলো চৎলগা য়েংলুসি, ঐখোয় মদুগী মমল মোহর চাম্মা পীগনি।"

হনুবীদু নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈরমদে। করিসু লৈত্রবা নূংদুগী মমল মোহর চাম্মা। থুনমক খাংপোকশঙদা পুরম্মী। উদ্রিবা নূং অমা য়েংহল্লম্মী। নূংদু তঙ্খায় অমা লৈনুংদা ফুম্লম্মী। মোহর চাম্মা পীরম্লগা নূংদু লৌখত্তুনা জহাজদা পুরক্লে। নূং হেক থম্বগা জহাজদু চৎপা হৌরম্মী। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা সুলতান মহাক্কী কোনুংদা থুংলম্মী।

হল্লকপগী নোংমা-নীনি মতুংদা নূংদু অতোনবী শহাজদীগী মনাক্তা থাখিরম্মী। শহজাদীনা অব্বাজানগী মীনাইশিংনা য়াম্না লূম্লবা পোৎ অমা থাংদুনা পুবকপদা মহাক্না খল্লি - অব্বাজানগী থম্মোয়দু পেৎলমাল্লে, মরমসিনা অমুক হন্না লৌগল্লনবগীদমক যাম্না চাউবা পোৎ থারক্লিমাল্লে। মহাক্কী আশা পূম্বা ওন্ন-তৈনবা ওইনা থোক্লে, সুলতানগী মীনাইশিংনা মচী লেঙদবা নূংদু দঙ লাউনা মখোঙ মনাক্তা থাদরম্মী। শাউনা হায়রক্লে, "মসিনি 'সত্র' নঙনা তপখিবদো। সুলতান্না নচে তরুকমক্কী মমল য়ান্ন-যান্নবা হীরা- মণি লৈবম্মী নহাক্কীদি থৱানমিচাক য়াম্না ফরি মরমদুনা অমুবা মওং নাইদবা নূংসি থারক্লবনি। মসি চেকশিন্না থম্মু, মপূ ইবেম্মা, ফি শুবদা কান্নগনি" হায়রম্লগা চৎখ্রে।

মীনাইশিংগী ৱাদুদা লোৎলিবা নুংগী ঈচেলদুনা শহজাদীগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিল্লম্মী। মীৎলুদা পিবাং ঈরৌরক্লে। ঙাইহাক লৈরগা কপ্লিংবদু ফাথরগা নূংদু ওল্লদুনা মফম অমদা থন্নম্মী। মানা ফাগিগুম ঙাঙলম্বদু ওইনা শীজিন্ননবা লেপ্লে।

নুমিৎভুদগী মদুদা ফি শুরম্মী। শেগায়রবা ফিরোন্দু নোইরদুনা শুদোকপদগা সহীমহলদা লেল্লকখিভা নুমিৎশিংদু নীংশিংলম্মী। অমসুং খল্লম্মী - নুমিৎ খরনিগী

মতুংদা খরা-খরা তুম্লকপা উরম্মী অমসুং পাথরম্মী। মহাক্না খল্লম্মী – মসি ফত্তবা নুংনি। মতোমতা কায়রক্লে। মানা ঙক্না য়েংলম্মী। নুংদুগী মনুং ইহো হোবদুদা হুমাই অমা য়াম্না চেকশিন্না থল্লিবদু থেংনরম্মী। মতম অসুক কুইবসি অকে-অমৌগী পোৎ অমত্তা উরমদে। চেনশিন্দুনা হুমাইদু লৌখৎলম্মী, হাংদোক্তুনা হাইবা হৌরম্মী। মদু হাইবদুদা য়াম্না ফজরবা শহজাদা অমা থোরক্লম্মী। মহাক শহজাদীগী হুকুম ঙাইবগুম তৌই। খংপ্রেক-খংবদগী শহজাদীগী খূত্তগী হুমাইদু লৈমায়দা তাখি। মহাক হৌগত্তুনা চৎনা তৌরকপদুদা শঙজাদানা মখূৎ পায়দুনা তাক্লম্মী, "হুমাইদুদা মাবু কৌবা ঙম্বগী শক্তি লৈ। মহাক মফম অমদা লৈরবসু থুনমক লাক্কনি। হুমাইদু ওন্নবা মায়কৈদা হুম্লবদি মহাক অববাগী লৈবাক্তা চৎখিগনি। শহজাদীগী অঙকপদু হৌজিক ফাওবা নেমথদ্রে। হুমাইদু থাঙ্গৎলগা ফাগিগী মওংদা ওন্নবা মায়কৈদা হুম্লম্মী। শহজাদা মহাক্কী মীৎমাঙদগী মাঙখ্রে। খঙনিংবগা লোয়ননা অচুম্বা মায়কৈদা হুমাই হুম্লম্মী। শহজাদা অমুক হল্লক্লে।

নুমিৎ খরনি মতুংদা মখোয় অনী অমনা অমবু থৱায়দগী হেন্না পাম্ন-নুংশিনরে। শহজাদীনা হুমাইদু চেকশিন্না থমজিল্লে। শহজাদা মহাক্না লোয়ননা লৈরম্মী। শহজাদানা মাগীদমক ফজরবা য়ুম অমা শাবিরে সাহীমহলদগী তাদনা। নোক-খেদুনা মখোয় পুন্সি লেল্লম্মী। করিগুম্বদা শহজাদা মমা-মপা, ইমুং মনুং নীংশিংলক্লবা মতমদুদা শহজাদীদা ওন্নবা মায়কৈদা হুমাই হুম্নবা হায়রম্মী। চেক হুম্বদা মহাক মাঙখি। নৎত্রবদি শাহজাদা সত্র মঙোন্দগী কৈদৌনুংদা তোখাইবমদে।

শহজাদীগী অফবা মবায়বক্কী পাউ য়াম্না থুনা সুলতান অমসুং মহাক্কী মচেশিং তাখিরম্মী। থম্মোয় কল্লক-মিহৌবনা চাকথেক্লে। মশাগী ইকায় খুম্নবা ময়েং তাবনি খনাখিবনা সুলতানদি মচা অতোনবীগী মমিং তাবফাও পাম্লমদে। নোংমা মচেশিংদু সুলতান তাক্লমদনা শহজাদীগা উনবা লাক্লম্মী। মহাক্না মচেশিংবু য়াম্না হরাওনা ওক্লম্মী। মখোয়গা উনবদুদা য়াম্না নুংঙাইজরম্মী অমসুং লেকখিনবা হায়জরম্মী। 'অমুক লাক্কে' হায়রম্লগা মখোয় হনখ্রে।

মচেশিং লাক্লম্বসে শহাজাদী সত্রদি য়ানিংদে মরমদি সুলতানগী লোনচৎ অমদি মখোয়গী কল্লক-মিহৌবগী ৱাফম লোইনা তাখ্রবনি। মখোয়না করিগুম্বা তৌরক্কদ্রা নৎত্রগা হরাও-নুংঙাইবদা অপনবা পীরক্কদ্রা খল্লম্মী। অদুবু চমজরবী শহজাদী

মচেশিংনা করিগুম্বা খরা তৌরক্কনি হায়বসি মণ্ডদফাও খঞ্জদে। মহাক লাণ্ডতক্লনা মখোয়গী লম্বী য়েংদুনা লৈরম্মী।

নোংমা নুমিদাংৱাইরম অমা শহজাদা সব্রনা মমা-মপাগা উননিংবদগী শহাজদীনা হুমাইদু ওন্নবা মায়কৈদা হুল্লম্মী। মহাক চৎখ্রে। অহাণ্ডবা কোনুংদা মতোমতা নুংঙাইরমদে, মহাক হল্লক্লবা হুমাইদু হাইগে তৌরিঙৈদা মচেশিং লাকপা উরম্মী। মহাক হৱাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মখোয়গা লোয়ননা থেঙলবা অহীংফাও লৈরম্মী।

মখোয়বু উবদা মানা হৱাওবগুম মচেশিংদি হৱাওবা ফাওদে। কল্লক-মিহৌবগা লোয়ননা করিগুম্বা খরা শিন্নদুনা লাক্লম্বনি। মখোয়গী লৌতুনবদুনা শহজাদেবু য়াম্না থীনা শোকহনগনি অমদি শিবফাও য়াই। থৌশিন্দুগী মতুংইন্না খরনা চম্না থাজগনবী মনাওগী পূক্লিং নুংঙাইনবা লৈরগা খরনা তূমিন্না শহজাদা সব্রগী তূম্ফম কাদা চণ্ডখিদুনা ফমুংগী মায়থ হৌগৎলম্মী। মোম্পাক্তা অকিবগী মশক ওইরবা হূ তিল্লবা মিংশেল মকূপ চাইশিল্লম্মী। ফমুংদো মাইথ থাজিল্লগা কাদা থোরক্তুনা ময়াম মরক্তা হান্নদগী হেন্না চমজবী ওইনা উহন্নবা হোৎনৈ।

অথেঙবা অহীংদা ফৎত্রবী মচেশিং হনখ্রে। মখোয় চৎখিবগা শহজাদীনা হুমাই হুমদুনা সব্রবু হন্না কৌরম্মী। অহীংদু থেঙখ্রবনি। মহাক চোকথরদুনা তূম্নিংবনা পাশিংদু উইশিনবগুম তৌরক্লে। থুনা তূম্নবা চণ্ডখ্রে। শহাজদী নমাজ তৌগদবা লৈবনা মফমদুদা লৈহৌরে। খঙহৌদনা সব্রনা লাউরকপা তারম্মী, "কনবীয়ু কনবীয়ু ঐগী হকচাং পূম্বা করিনো খরা য়ুরক্লে। তশেঙনা মসি নচে ফৎত্রবীশিংগী থবক্নি। হৌজিক ঐহাক হিংলরোই। ঐনা শিখ্রবা তুংদা নঙ মখোয়গা লোয়ননা য়াম্না নুংঙাইনা লৈয়ু, খুদাগীদমক্তা। হুমাইদো হুমউ, ঐবু য়ূমদা চৎহনবীরো।"

শহাজদী করি তৌগদবনো নৎত্রগা করি তৌরোইদবনো হায়বা খঙদে। মনাক্তা চঙলুবদদি শহজাদা সব্রগী মনঙ্গনদা মিংশেল মকূপ পূমথুং থুংলম্লে। মহাক্কী হকচাং পূম্বা ঈগী ঈ মক্তা ঙায়রে। কুচুসু মুশিল্লম্লে। শহজাদীনা মহাকপু অতোপ্পা ফমুংদা হীপহল্লে অমসুং মিংশেল মকূপশিংদু লৌথোক্লবা হোৎনরম্মী।

নাবনা ফ্রং-ফ্রং চোংদুনা লাউরম্মী, "মীৎকূপ অমফাও মফমসিদা লৈবা ঙম্লরোই।" শহজাদীবু হুমাই হুম্নবা ইনশিল্লম্মী। মহাকসু হুমাই হুম্বদা তারে।

শহজাদী অকিবগী মশক ওইনা থোক্লে। মশম ফোইজবে অমসুং শহজাদা সব্রবু কৌনবা হন্না হন্না হুমাই হুল্লে অদুবু মহাক হল্লকখিদবে। মচেশিংদা থাজকবগীদমক মহাক মশানা কযাবক হন্না চৈজবম্মী। মহাক কপ্পা-কপ্পা খনবা হৌবক্লে– তশেংনা শহজাদা সব্রগী অবোইবা মতম ওইখ্রে অদুননি হুমাই হুল্লফাও মহাক লাক্লিবা।

অচাংচূপ্পা মিংশেল খাওনবা তুংদা মন্ত্রিশিংদগী হৌনা লমকোযবা অমগী ফিজোল শেৎলদুনা মহাক্কী নুংশজবদু থিবা যুমদগী মপান থোবক্লম্মী।

মহাক সব্রগী লৈবাক কদায়দনো খঙদে, উমংদা মযম মফম খদিংদা লক্কাওনবম্মী অদুবু শহজাদেগী কবিগুম্বা লৈফমনাচিংবা খঙবা ঙমদে।

নুমিৎ কযামা বানা বানা কোমকবদা মশাদু যাম্না চোকথরে। অনাবগুম খাওরে, শিরবানি খাও খঙ্গলে। নোংমা মহাক তুবেল মপান্দা হৌবা উপাল্লী মকমদা পোত্থবম্মী। মতমদুদা উখল্লা ঈশ শাক্লবা উচেক পুংবা অমা উবকখি। মখোয়দুনা মীওইবগুম ডাওবা তাবগা যাম্না ঙক্লম্মী। উচেকঅমনা হায়বম্মী, "আহা নংঙ শহজাদা সব্রগী মবমদা লেববা? তোল্লবদু মঙোন্দা যূখিব মিংশেল মকুপশিংদুদা হৈবা হদুগী মৈচাক ফংলে। কনাগুম্বনা ঐহক্কী থাসদা অংবিদু ফহনবা ঙম্বা মতুং যাওবি হায়বদ খঙলবদি মহাক্কী মশাদা হেক নৌবগা মিংশেল মচেৎশিংদু তাবক্লন। অনীনক হন্না নোংদা থনাবদু নিক্লনি। এশোকপগী দাগাখাও লৈবোই।"

অতেপ্পদুনা অমুক হায়বম্মী, "মসিবুদি চুনবা অদগা। মখোয়না তোংলিবা উচিনী মকনা খুবক শান্দবানি। মদু তাংলগা তুবেলসিদা চৎপ উক্ক নি। লৈমায়দা চৎপগুম। মসি এখোয়দি হৌবা ঙম্লোই। কনা কনাগুম্বনা এখোয়গী বাসি তাববাদ ।"

মসি হায়বগা উচেক অনীদো পাইখ্রে। শহজাদীগী থম্মোয় হবাওমথোই কাবম্মী। হৌজিক নহাক কবি তৌগদবনো হায়বদ খ ডলে হুবাবদা উপ ম্বাগী মকু খোক্লনা খুবক শাবে, মদু উবাবা খোউদা পুনাশল্লে। ঈশো শকপা উচেক্কগী মথী খাং অমা থন্না খুপ্পিল্লে। খান্দু মবেং পান্দা যাল্লদুনা তুবেল্লোমদা চৎলম্মী মতমদুদা পাক্রংদ মথল মখাগী চিংনবা পোক্লম্মী। ঈশিংদা অহানবা খোঙ থাবম্মী অনীশুবা কনা কিনা মমাংদা চৎলদ্রা চৎলোইদ্রা খাল্লউদা যাংনা চেল্লবা তুবেলগী ইমাংদা নাক্লম্মী। মহাক কবম্নো হায়নবউদা অতেপ্পা তুবেল তোন্দান্দা খুংলুবে। মহাক্কা অমুক্কা

খোমজিনবা ফুঙ্গা ৱারীশিং

উখিদ্রিবা লৈবাক অমা উরম্মী।

মাইবা ফিজেৎ শেৎলিবা শহজাদীবু উনা-উনা ময়াম্না কোয়শিল্লম্মী। মীওইশিংদুনা মঙোন্দা হায়রম্মী, শহজাদা সত্র মমিং লৈর-লৈরবা মাইবশিংনা লায়েংবদা ফীভম ফৎলক্তে, মহাক অকিবগী মশক ওইনা নাই। মহাক্কী য়ুমগী মীশিংনা হিংবগী আশা উদ্রবনি। মপানা লাউথোক্লে, "কনাগুম্বা হকীম নৎত্রগা মাইবনা অরোইবা নুংশাস্বর মশীং থীরবা মচাদা মশাগী হৈশিংবা উৎপীয়ু।"

শহজাদী থুনমক কোনুং মনুংদা থুংলুরে অমসুং হায়হল্লুই মহাক্কী মনাক্তা শহজাদেবু ফহনবা ঙম্বা হীদাক লৈ। থীন্থদনা মহাকপু মাগী মতম শাংনা কায়নখ্রবা নুংশিজবদুগী অনাবদুনা থরো-থরো ওন্দুনা লৈরিবা কাদুদা পুরম্মী। শহজাদা সত্র অকংবা তিংখংগুম্লে। মহাক্কী মীৎয়েং মশেন মরাংই। শহজাদী থম্মোয় কনশিঞ্জরম্মী। মায়থোঙদা ৱাখল অমত্তা ফাওহন্দ্রে। মীনাইশিংদা অমোনবা ফিদা লৈমায়দা থাহল্লম্মী মদুদা উচেক্কী মথীদু চাইথোকহল্লম্মী। মদুনা শহজাদেবু য়োমশিল্লম্মী। মহাক্না শহজাদেগী মকোক মখাদা মোন থম্মী, মকোক্কুদা তপ্না তপ্না পোপ-পোপ থারম্মী। ঙাইহাক লৈরগা শহজাদে তূমথরম্মী। মদু উবদা মমা-মপানা নুংঙাইবগা লোয়ননা ঙক্লম্মী মরমদি মতম কুইরে মহাক মীৎকূপ অমা ফাও তূম্লক্তবা।

শহজাদী মহাক্না তূম্বদু য়েংদুনা লৈরম্মী। পুংমুক্কী মতুংদা মহাক মমীৎ পাঙলক্লম্মী, মদুদা অনাবগী মওং মাঙখ্রে, মায়থোঙদা তেকখৎপা অমসুং ফববগী খূদম উরম্মী।

শহজাদীনা মাগী হকচাংদগী ফিদু লৌথোক্লম্মী। মিংশেলগী মশীং শীঙমদ্রবা মকুর্পাশিং অমসুং মনম নমথীবা মরোক্না ফিদু থন্না পক্লম্মী। অউবা পূম্নমক পূমঙক ঙক্লখি। উনশাদা হৌজিক ফাওবা খোৎতৎপা অমসুং খরা ফরবা অশোকপসু য়াওরি। শহজাদীনা (ময়াম্না মাইবা ওইনা খঙনরিবা) অমুক হন্না মহাক্কী হকচাং পূম্বদা মথীদু তৈরম্মী। ময়াম্না তূক্কৎচনা মায় লৈথোক্লরম্মী। পূং খরা লৈরগদি শহজাদে চৎপা কোয়বা ঙম্লে।

শহজাদীগী মমা-মপানা স্বর্গ ফংবগুম পেল্লে। শহজাদীসু হরাওরম্মী অদুবু মহাক্কী ভাবতু ফোঙদোকপা ঙমদে। মহাক্কী মায়থোঙদা (লায়েংবা) মাইবা ওইনা লৈবা তারম্মী।

শহজাদীগী অহল ওইরবা বাদশাহনা 'মাইবা'দা মমল য়াম্লবা পোৎচৈ পীদুনা সেবা তৌবা পাম্লম্মী। মহাক্না করিসু লৌ হায়বা য়াবমদে অদুদগী মখোয়না লৈবাক-কোনুং অমসুং অদুদগী হেনবা মমল নাইদ্রবা পোৎ পীনিংলম্মী। শহজাদীনা করিসু লৌরমদে হায়রম্মী, "লায়েংবগীদমক করিসু পামজদে অদুবু নীংশিং খূদম ওইনা অচম্বা পোৎ অমনা হরাওজগনি। শহজাদেগী খূদোপ মতম লৈবা থীবিক্তা মহাক্কী খ্বাংদা য়ান্দুনা লৈবা থাঙ অমসুং রেশমগী রুমাল, পোৎশিংসি মঙোন্দা পীরম্মী। মদু খাউদা হাপচিন্দুনা হায়রম্মী, "পূম্নমক ফংলবনি।" মফমদুদগী চৎখ্রে।

অঙকপা খুকমদুনা তুরেল লানবদা খুদোংথীবা থোক্লে। মফমদুদগী মহাক্কী কোনুং (মযূম) য়ৌবদা নুমিৎ কয়ানিমুক চৎপা তারম্মী। মযূমদা থুংলুবগা মাইবগী ফিজেৎ লৌথোক্লম্মী অমসুং ইরু-মায়থজদুনা ফজরবা ফিরোল অমদি লীক কোল শেৎ-শিদুনা শহজাদেবু কৌনবগীদমক যাদুগী হুমাইদু হুন্নম্মী।

চন্দকমুক্তি শহজাদেনা মাবু কৌবগী ইজ্জৎ থম্লম্মী। শাউবদি হৌজিকসু নেম্লমদে। মঙোন্দা হংলম্মী, "ঐঙোন্দগী কারি পাম্লিবনো? নচেশিংগা লোযননা নঙগীদমক্তদি মতীক চাদ্রব্রা?"

শহজাদেনা মাগী ব্রাদো খাঙমদবা ফাওরম্মী অমসুং হায়রম্মী, "ঐগী থৌনা ফরবা, ঐঙোন্দা হায়্রবিয়ু, মফমসিদগী চৎখ্রবা তুংদা নঙোন্দা করম তৌখিবগে? ঐঙোন্দদি কয়াদা অৱাবা ওইখ্রিবা। ঐগী ইচে কনানসু ঐবু হংনা নৎত্রগা উনবা লাকপিখিদ্রে। মখোয়না নঙোন্দা তৌবম্বদুগী তুংদদি ঐনা মখোয়গী কবিগুম্বা মরী অমত্তা থম্লরোই খল্লে, মশকসু য়েংলরোই।"

মসিদা শহজাদেগী অশাওবদু খরা ঈংথবগুম তৌই। মাগী অনাবগী মরমদা হায়রম্মী, "থামুক অনাবদুনা ওম্লোইনা খাঙই। ফগনি হায়বগী আশা থাদোক্লবনি। কোয়না চৎপা মাইদা অমা লাকই অমসুং মনম নমথীবা উচেক মথীনা ফহল্লম্মী। অচৌ-অচৌবা হকীম-মাইবনা ফহনবা ঙমদ্রবা অনাবদু মহাক্না লায়না ফহল্লে।" মমৈদা অসুম ঙাঙন ঙাঙনা শহজাদেগী থৌরী চবম ফুনগৎলক্লম্মী। মাইবগা অমুক্তং উননীংবা অমদি মঙোন্দা লৈজবা পূম্বা পীনিংবগী অপাম্বা ফোঙদোক্লম্মী। মহাক্না ঐগীদমক্তা তৌবিখিবদুগীমক্তা উৎপা য়াবা মওংদা তৌবিমল খঙবা উৎচনিংবনি। কয়াদা ফখ্রবনো মহাক্তো মহাক্কী মখূত্তা যাদু য়াওই। মতৌ অসুম্না মহাক্না ঐবু

লায়েংবীরম্বনি অমসুং ঐবু ফহনবীরম্বনি। অদুগা ঐহাক মাগী মনাই ওইখ্রবনি। তশেঙনা খল্লি শূপ্পতগী ঐহাক্কী লায়েংবা লাকপনি ঐগী খূদোপ, থাঙ অমসুং রুমাল নত্তনা মহাক্না অতোপ্পা অমত্তসু লৌ হায়বা য়াখিদে।"

শহ্জাদেবু খরগা হেন্না পূক্নিং ঈংথহল্লবা মতুংদা মরৌ নৈনা নোক্লদুনা পোৎ অহুমদু পুথোক্লগা হংলম্মী, "ঐগী নুংশিজরবা মসি নৎত্রনে নহাক্কী খূদোপ, থাঙ অমসুং রুমাল, মসি নৎত্রা নঙনা মাইবদুদা পীবিবদুবো?"

"ময়ামসিদি করম্না নঙগী ননাক্তা। নঙ মাইবদু খঙব্রা?"

"চিংনবা লৈতনা ঐহাক মহাকপু য়াম্না মুন্না খঙই, অদুদগী মহাক্না হকীমগী ফিরোল, খুরুমনচিংবা অতৈ পোৎলম কয়ামরুম উৎলম্মী অমসুং মঙোন্দা ৱাফম পূম্নমক তাক্লম্মী– মহাক্না থিবা চৎপা, ঈশৈ শকপা, উচেকশিংগী মরম, খুরুম অমসুং উচেকশিংগী মথীগী মরমদা মদুনা মহাক্না ফরকখিবদো।

শহ্জাদেনা তারিবদু থাজবমদে। মাবু কনবীরকখিবা মহাক্তু অতৈ কনাসু নত্তে মহাক্কী চান্নজরবীদুনা হেক খঙখিবদগী মহাক তরেৎশুবা অতিয়াদা থুংলবগুম্মী। মহাক্না শহজাদীবু চেৎনা কোনশিঞ্জরম্মী। শহ্জাদীনা মহাক্কীদমক্তা কয়াদা অৱাবা নংলুবিবনো, মদুগীদমক্তা তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী। নুমিৎ খরনি তুংদা শহজাদেনা মাবু মরৈবাক্তা পুদুনা চৎলম্মী অমদি মমা-মপানা মহাকসি লমকোয়বা মাইবদুনি, মহাক্কী মথৱায় কনবীরকখিবাদুনি হায়না মশক তাক্লম্মী। মাইবদুমমক শহ্জাদীনি হায়বা খঙলকপদা মখোয় হায়নীংঙাই লৈতনা পেল্লম্মী। মহাক্তুমক মখোয়গী অমত্তা পোকচবা মচানুপাগী পামজরিবদুনি।

থীন্থবা তৌদনা নিকাহ শোন্নবা শেম শারম্মী। অহল ওইরবা বাদশাহনা য়ুম্লোন্নবা বাদশাহ কয়া, সুলতান কয়া, ইনাকখুনবা অমসুং সরদারশিং কয়ামরুমদা বার্ত্তন থাখিরম্মী। বার্ত্তন লৌহৌবশিংদুগী মরক্তা চিংননিংঙাই লৈতনা শাহজাদীগী মপাসু য়াওরি। শহজাদা সব্রনা নিকাহগী তুংসিদা অহল ওইরবা বাদশাহনা দরবার কৌরম্মী। মদুদা অতিথিশিংদা বর-কন্যাগী মশক তাক্লম্মী। সুলতানগী মতাং য়ৌরকপদা কন্যাদু মহাক্কী মচানুপীনি, মহাক্না তৌবিমল খঙদবীনি হায়না তাম্থোকখিবা মদু হেক খঙলকখি। কন্যানা মাবু ঙাকপীনবা হায়জরকখি তৌইগুম্বসুং মঙোন্দা ব্যবহার লোনচৎ নাইদনা ঙাঙখিবা অমসুং লৈবাক্তগী তাম্থোকখিবা অদুবু মহাক্কী

মরায়বক্লা ঙসিদি নুংঙাই য়াইফবা ওইরে হায়না হায়রকখি।

সুলতান ৱাখল তৌরকখি অমসুং শহাজদীবু কোনখৎপীরম্মী। ময়াম পুম্নমক্কী মমাঙদা তৌখিবা ফত্তবা লোনচৎতুদা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লম্মী। মীওইবা পুম্নমক মা-মাগী থৱানমিচাক্কী মতুং ইনবনি হায়বসি থাজরম্মী। ❑

টামিল ফুঙ্গা ৱারী

# অখোয়বা শম অমসুং হিংচাবা

ইনাক খুনবা, লৌয়াম চাবা অমা ঙমখৈদগী হেন্না লীক্লম্মী, মহাক্কী খূৎলীক অমসুং চক্রীনা মরম ওইদুনা লৌমী অমত্তা মাগী মনাক্তা কুইনা লৈরমদে। খরা লৈরগদি মহাক্কী লৌবুক লাঙ্গোলগী মশক উবা ফংলক্কে। পূখ্রি কংলম্মী, লাংখোং মরীন নাপী-শিংবীনা ফুঞ্জিল্লক্লে। লৌয়াম চাবদুগী ফীভম নোংম-নোংমগী শোকচিল্লক্লে। অসুক য়াম্না হোংলবসি ফাও মহাক্তি তশেঙনা হোংলমদে। থবক শূবশিংদা খূৎশূমল পীবদা অৱাবা ওইরম্মী। মহাক্কী মনাক্তা সন্যাসী অমা লাক্লম্মী। লৌয়াম চাবদুগী অৱাবদুগী ৱারী তারগা হায়রম্মী, "ঐঙোন্দা মন্ত্র অমা লৈ করিগুম্বা নঙনা থা অহুমফাও মন্ত্রসি শোল্লবদি ব্রহ্ম হিংচাবা থোরক্কনি। মহাক নঙগী মীনাই ওইগনি অমসুং নহাক্কী য়াথং পূম্নমক ঙাক্কনি। মহাক মতোমতনা নুপা চাম্মগী থবক শূগনি।"

লৌয়াম চাবনা সন্যাসীদুগী মখোঙ পায়দুনা থুনমক মহাকপু দীক্ষা পীনবা

হায়জরম্মী। সন্যাসীনা মহাকপু নোংচুপ ওন্দুনা ফমহল্লম্মী অমসুং মন্ত্র পীরম্মী। লৌয়াম চাবদুনা মতীক চাবা দক্ষীনা তৌরম্মী। মদু লৌরগা সন্যাসীদু চৎখ্রে।

লৌয়াম চাবদু থা অহুম চুপ্পা তত্তনা মন্ত্র শোল্লম্মী। মরিশুবা থাগী অহানবা নুমিত্তা ব্রহ্ম হিংচাবা অমা মহাক্কী মমাঙদা থোরক্লে। মশা-মউ ৱাং-চাউরবা, ঙংলদুনা ঙাঙবা খোঞ্জেলদুদা লৌয়াম চাবদু তু চুংলম্মী। হিংচাবদুনা য়াম্না ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা মখূৎ লোন্নদুনা হায়রম্মী, "অদোমগীদক লাক্লিবনি তৌইগুম্বসুং থবক অমা নৎত্রগা অমা মতম পূম্বদা লৈগদবনি। করিগুম্বা নঙনা ঐবু থবক পীবা ঙমদ্রবদি ঐনা নঙবু চাথোক্কনি। মসি ঐগী লমচৎনি।"

লৌয়াম চাবদু মোমোন্নরকখি। খল্লি— থবক্কী করি অৱাৎপা লৈবনো? অসিগুম্বা হিংচাবা কয়ামরুম লৈরবসু থবক লোইবা নাইরোই। মহাক্না হিংচাবদু পূখ্রি অমগী মপান্দা পুরম্মী। মদু চহী কয়াদগী কংদুনা লৈরক্লবনি। মঙোন্দা হায়রম্মী, "পূখ্রিসি অমুক হন্না তৌ, মসিদা লুথবা ঙম্বমখৈ লুনা তৌ মদুদা কোনা পাম্বী অমগী মরেপ য়ৌনবা।"

"নয়াথং, ইপু ইবুংঙো," হিংচাবদুনা হায়রম্মী অদুগা থবক্তা মায় ওনশিল্লম্মী। লৌয়াম চাবদু নুংঙাইরম্মী। মসিদা থামুক্তি চঙলগনি। পূখ্রিদু কোস অমা পাকপা, কোস অমা শাংবনি। মহাক মথৱায় নুংঙাইনা যূমদা হল্লম্মী। মাগী নুপীগা করি করিনো ৱাবী শানরম্মী। মাগী নুপীনা চহীমুক্কী তুংসিদা মহাকপু অসুক হরাওনা উরল্লিবনি তৌইগুম্বসু নুমিদাংৱাইদা হিংচাবদু লৌয়াম চাবদুগী মমাঙদা লেপ্লরে অদুগা হায়রম্মী, "পূখ্রি তৌবগী থবক্তু লোইরে।"

"অসুক য়াম্না থুনা! ফরে হৌজিকমক ঐগী লৌবুকশিংসি নৈরো অদুদগী নূং মচা-মচা পূম্নমক মপান্দা লংথোকউ। ঐগী লৌ খুন কুনমুক্তা শন্দোক্লিবনি। ময়ামসে খোইনবা শেম-শারো, থবকসি লোইদ্রিমখৈ ঐগী ইনাক্তা লাক্কনু।"

"য়াথং, ইপু ইবুংঙো," হিংচাবদুনা অসি হায়রল্লগা মশক অমুক উখিদ্রে।

মহাক্কী বিঘা লিশিংগী লৌ চহী কয়াদগী লৌ পান্দনা শীৎতুনা লৈরক্লবনি। কনাগীসু মদুদা খোঙ্গুল তাদ্রবনি। নাপী অমসুং উরী ৱারীশিংনা পূমকূপ কূপশিল্লবনি। থামুক্তি চঙলবা য়ারি। নুমিদাংদা লৌয়াম চাবদো তূম্বা চঙগে তৌবদা মঙায়রি হিংচাবদু মহাক্কী মমাঙদা লাক্লগা হায়রম্মী, "লোইরে মপু ইবুংঙো, অদোমগী লৌ শেম শাবা

লোইরে।"

লৌয়াম চাবদু মাগী থবক তৌবগী খোঙজেন্দুদা ঙক্লম্মী। অমসুং কিরম্মী। থুনমক হায়রক্লে, "ফরে ময়ামদু খোইদোক্লগা ফৌ হুঞ্জিল্লো, হেনবসু য়াদে, তাবসু য়াদে।"

"ফনি," হায়রম্লগা অমুকসু মশক উখিদ্রে।

মসিদা য়ামদ্রবা চয়োল অমদি শোয়দনা চঙগনি— লৌয়াম চাবদুনা খল্লম্মী। তূমথবদা ঙায়রিঙৈদা হিংচাবদুনা হৌদোক্লম্মী অমসুং অতৈ থবক তাক্লবা হায়রম্মী। লৌয়াম চাবদু নীক্লম্মী। অহীং চূপ্পা অনৌ-অনৌবা থবক অমগী মথংদা অমা পীনবা শেম-শাদুনা লৈরম্মী। মহাক্কী যূম তৈথোক-চামথোকহল্লম্মী, শনশিং শঙ্গোম শুমহল্লম্মী। ময়ামদু ইরুজথোকহল্লম্মী। অনৌবা যূম শাহল্লম্মী। সংসারগী কোচিন-কোচিন্দগী উহে অমদি লৈশিং, তোঙান তোঙানবা মখলগী পাম্বী পুরক্কুনা মহাক্কী লৈকোলদা থাহল্লম্মী। হিংচাবগী থবক্কী খোঙজেলসু য়াঙখৎলম্মী। অয়ূক ওইরকপদা অকিবনা লাকহৎলবা লৌয়াম চাবদু চোকথরদুনা ৱান্থগদৌরে। মঙোন্দা করি থবক অমুক পীগদবগে হায়বসি খঙবা ঙম্লক্লে। 'হৌজিক ঐহাক করি তৌগনি' মহাক নীংবা কায়রদুনা লাউরম্মী অমসুং মশা মথন্তগী শম ফোয়বা হৌরক্লম্মী।

মহাক্কী ফীভমসি উবদা মাগী নুপীনা পূক্নিং ফাথরম্মী, "অদুম্না থৌনা মাঙলবদি করম তৌনা শীনগনি। নঙনা করিগুম্বা তৌহনবা পাম্বা থবক্তু নীংশিংউ পূম্নমক হিংচাবসিদা তৌহল্লু অদুম্না পীনিংঙাই থবক লৈত্রবদি  মহাকপু ঐগী নাক্তা থাজিল্লকউ।"

লৌয়াম চাবদুনা মমৈদা হায়রম্মী, "নহাক্না তৌবা থবক পূম্নমক্তু য়েংহল্লু।" হিংচাবনা মনঙ্গলদা ফমহন্দুনা পুরম্মী। কোস কয়ামরুম লৌয়াম চাবদুগী লৌশিং য়েংলম্মী। পাক-চাউরবা পূখ্রি ঈশিংনা নীক-নীক লাউনা থন্না লৈরম্মী। খুঙ্গং কুনমুক শন্দোকখ্রিবা মাগী লৌবুক্তা নাপী, চুগী মখোকনচিংবা অমত্তা উবা ফংলমদে। মদুদা ফৌ হুল্লম্লে। লৈকোলসু করিগুম্বা অৱাৎপা অমত্তা উবা ফংলমদে। মদুদা লৈবাক ৱাংমদগী অমসুং ইরৈবাক্তগী ফজ-ফজরবা পাম্বী কয়ামরুম হৌরম্মী। অনৌবা যূমদু য়াম্না ফজরম্মী, মদুদা দরকার ওইবা অমদি লৈতেংগী ওইবা পোৎ কয়ামরুম লৈরম্মী। শনবীশিংগী শঙ্গোম শুমখ্রে অমসুং ময়ামদু ইরুজবিরম্লে। থবক পূম্বা পূং খরদংদা

লোইনা তৌথোক্লন্নে। লৌয়াম চাবদু অনৌবা থবক্কীদমক খল্ল-খল্লগা খোয়শাওনবা হেনগৎলম্মী। হিংচাবদুনা ঙাইঙমদনা হায়রম্মী, "ঐঙোন্দা অনৌবা পীগদৌরিব্রা তাকউ ঐহাক ঙাইঙমদরে।" লৌয়াম চাবদুনা মাগী নুপীনা হায়রম্বদু নীংশিংলম্মী অমসুং হায়রক্লে, "ঙসি ফাওবদা ঐগী মীনাই ময়ামদগী নঙনা খ্বাইদগী ইহেন হেল্লি। হৌজিক ঐগী থবক লোইরক্লে নুপীগী মনাক্তা চৎলু, মহাক্কীদা নঙনা তৌনবা থবক অপীকপা অমা লৈরে।"

লৌয়াম চাবনা খল্লম্মী– চোকথবা লৈত্রবা হিংচাবসিগী মখূত্তা শিবসিদগী কনাসু থৈদোকপা ঙম্লরোই। মহাক্কী নুপীনা মাবু কয়াম কুইনা থৌ শীন্দুনা থম্বা ঙমগনি? ফরে, ঙাইহাক্কী ব্রা মঙাই। অদুদগী মাগী শান্নবা লোইরনি। মমীৎ উইশিন্দুনা ঈশ্বরবু নীংশিংজরম্মী।

মতমদুদা মাগী নুপী মশামক অদোমদা লাক্লম্মী। মহাক্কী মখূত্তা যাম্না শাংলবা, মুববা অখোয়বা শম অমা পায়রম্মী। শমদু হৌজিক্তমক কোক্তগী থৎপনি। হায়রম্মী, "ব্রহ্ম হিংচাবা! ঐগীসু অপীকপা থবক অমা তৌবিয়ু শমসি লৌ অমসুং মসিবু চুমথোক্লক্কদবনি।"

হিংচাবদু হরাও হরাও মাগী মখূত্তগী শমদু লৌরম্মী অমসুং খোংনাং বটকী মখাদা ফমদুনা মদু চুমথোক্লবা লাক্লরম্মী। মহাক শমদু মাগী পাক্লবা ফৈবাক্তা থম্মী, খূবাক্তা নাল্লম্মী। লৌথোকই অমসুং হন্না হন্না মদু পায়খত্তুনা য়েংই– মদু চুম্লব্রা নৎত্রগা চুমদ্রিবরা? মহাক্না দেশা উপায় কয়াসু তৌরে অদুবু শমদু হান্নগুম খোয়দুনা লৈবম্মী। তামিল নুপীগী অখোয়বা শম্না তিংনবা উপায় কয়া তৌরসু মদুগী মহয় ফংলমদে। খঙহৌদনা সনা শাবনা তরাদু মৈদা ঈক্লগা মদু য়ৈদুনা চুমথোকপদু নীংশিংলম্মী অদুনা মহাক মৈফমদা থাদরম্মী। শমদু শুংজিল্লম্মী অদুদগী মৈখূগী অয়াকপা মনমদুদা ঙাযহৌরে। হিংচাবদুগী খোঙ ফারিবা লৈমায়দু পৃথবগা মান্নরম্মী। হৌজিক ঐহাক করি তৌগনি, শমদু অমুক হন্না পীরুদ্রবদি মপু ইবেম্মনা করি হায়গনি।" মহাক করি তৌগদবনো নৎত্রগা তৌরোইদবনো হায়না খনবা ঙম্লমদ্রে। নীংবা কায়বা অমসুং অকিবগী ঙমখৈ নাইরমদে। মহাক মপু ইবেম্মদা করম্না শক উৎলুগনি? মহাক্না করি হায়গনি? মমৈদদি মহাক চেনখ্রে হন্না ফাও য়েংলমদ্রে। ❑

### কন্নড় ফুঙ্গা ৱারী

## মীরোল থোকপা লাইধি

নিংথৌ অমগী শৃপ্পগী মচানুপী অমত্তমক পোক্লম্মী। মচানুপাসু পোক্লমদে। সাধু অমা নুংতিগী কোনুংদা ভিক্ষা নিবা লাক্লম্মী। মতমদুদা হায়রম্মী, "নহাক অশিবগা লুহোংগনি, বাবাবু ভিক্ষা হাপ্পু, ইচানুপী।" রাজকুমারীদুবু ৱাখল খলহল্লম্মী। মহাক্না ফত্তবা ৱাসি কনিগী হায়রম্লিবনো? তৃমিন্না ভিক্ষা হাপ্লম্মী। সাধুদো চহী তরানিথোই চুপ্প' তত্তনা মহাক্কী থোঙ্গালদা ভিক্ষা নিবা লাক্লম্মী। কৈদৌঙৈদসু লেপ্পমদে। অদুগা নুমিৎ খুদিংগী হায়রম্মী, "নহাক অশিবগা লুহোংগনি।"

নোংমাদ মীহুৎথোঙদা লেপ্পবা নিংথৌনা ৱাহৈদু তারম্মী। মহাক মখাদা লাক্লগা মচানুপীদা হংলম্মী, "সাধুনা হায়রম্লিবদু করিনো ইবেম্মা?"

রাজকুমারীনা 'মহাক্না নুংতিগী ঐঙোন্দা অশিবগা লুহোংগনি ভিক্ষা হাপ্পু ইচানুপী' অসুম্না হায়রম্লিবান। অদুগা ভিক্ষা লৌরগা চৎখি। চহী তরানিথোইগী মমাঙদগী মতম লৈবা খোঁবক্তা অসুম্না হায়রম্লিবনি।

নিংথৌ ৱাখল তৌরম্মী অমসুং কিবা ফাওরম্মী। বাবাগী মাঙওইননা হায়বসি অচুম্বা ওইগনি। মহাক্কী মচা অমত্তনি অদুগা মহাক্কী লাইবকপু অসুম্না। নুংঙাইতনা হায়রম্মী, “ঐখোয় লৈবাকসি থাদোক্তুনা চৎপা তাই, শেম-শারো, লমকোয়বা চৎলসি।” মীনাইশিং কৌদুনা দরকার ওইবা পোৎ য়োম্নবা য়াথং তৌরম্মী অমসুং ইমুং হূপ্না তীর্থ চৎনবা থোরক্লম্মী।

সোমদা য়ূমথংনবা লৈবাক্কী রাজকুমারদু অঙকপা লায়না অমনা নাবা হৌরক্লম্মী। মখল মথেলগী লায়েং চত্থববা মতুংদা মহাক শিরে। তৌইগুম্বসুং মহাকপু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইনা তূম্লিবগুম তৌই। পণ্ডিতশিংনা হায়রকখি, “মহাক চহী তরানিথোইগী তুংদা মঙোন্দা থৱায় অমুক হল্লকখিগনি। মরমসিনা মাবু ফুম্নবা য়াথং পীদরে। শহরগী মপান্দা অচৌবা কোনুং অমা শাহল্লম্মী, মদুদা রজকুমারগী হকচাংদু থম্লম্মী। য়ূমজাওদুগী থোঙদো শো লোল্লি মদুদা অসুম্না ইরম্মী — নোংমা নুপী অমা মফমসিদা লাক্কনি, মহাক্না মপুরোইবগীদমক ঈশ্বরদা খুরুমজগনি। শূপ্নগী মহাকখক য়ূমজাওসিদা চঙবা য়াগনি। মহাক্কী মখূৎনা শোকপদা থোঙসি মশা মথন্তা হাংদোকচরক্কনি, কনাগুম্বগীদমক্তদি হাংদোক্লোই।

অসিগুম্বা অৱাবা থৌদোকসিগী নুমিৎ খরনিগী তুংদা অতোপ্পা লৈবাক্কী নিংথৌ, রাণী অমসুং রাজকুমারীগা লোয়ননা মফমসিদা থুংলখি। লাম্বনা পূম্নমক্কী ফীভম শোকচিল্লম্মী। থুনমক চাক থোংনবা শেম-শারম্মী। রাজকুমারী কোয়বা ওইনা চৎথোরকপদা য়ূমজাওদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী। থোঙদা য়াল্লিবা শোদুদা মহাক্কী মীৎয়েং তারুরে। নীংথিনা শারবা অরংবা শোদু শোক্তুনা য়েংলুই মহাক্কী খূৎনা হেক শোকপগা শোদুগী মঙক্তু লেঙলগা মতোমদা হাংদোক্লকখি। মহাক মনুং চঙলম্মী। মনুংদা মখোঙ হেক থাংজিনবগা থোঙদু অমুক হন্না লোনশিল্লকখি। মনুংদা মথং মথং থোঙ তরানিথোই পাল্লম্মী। থোঙ খূদিংমক মানা শোকপদা হাংদোক্লম্মী। অদুম্না হাংদোকপা থোঙদুদা মখোঙ হেক থাংজিনবগা থোঙদু মথন্তা থিংজিনজরকখি।

য়ূমজাও ময়ায়মক্তদা ফমুংদা থৱায় য়াওদ্রবা মীওই অমা উরম্মী। মহাক নীংঙাইদনা তূম্লিবগুম তৌই। মদুগী মমাঙদা করিসু খঙবা ঙল্লমদে। থোঙশিংদু মতোমতা হাংদোক্লক্লিবা অমসুং মতোমতা থিংলিবসিনা করিগীনো? অদুগা মশাবু অশিবদুগী মনাক্তা লৈরম্লিবা, থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদুদা অশেঙবা ফিরোল অমদি রত্ন

থাম্বা লৈতেং মরি/মঙা শিরম্মী। অশিবদুগী অহল-লমনশিংনা চহী তরানিথোইহ্ চাবা ওক্লবা চেঙ-হ্ৱাই মখল খবা, যসালা অমসুং ফিরোল, কোল-লীক, পুখম-তেঙ্গোৎ পূম্নমক মফম চানা থম্লম্মী। বাজকুমারী ঙক্লম্মী। মহাক সাধু বাবানা হায়বম্বদু নীংশিংলম্মী। থল্লম্মী-- "ঐহাক মসিদগী কঞ্জবা ঙম্লরোই, মহাক্লা হায়খিবদু ওইররেদনা। মহাক্লা অশিবগী মমায়দগী ফিদু লৌথোক্লম্মী, মায়থোঙদু নীংঙাইদনা তূম্লিবগুম তৌই। "হৌজিক করি তৌগনি? অশিবসিগা লোয়ননা ঐবুসু জেলসিদা বন্দী ওইনা থম্লরে, করিনো খরদি তৌবা তাই," মহাক মশা মথন্তা শোঞ্জরম্মী অমসুং অশিবগী মখোঙদু নোইবা হৌরম্মী।

চাউরাক্লা চহী তরানিথোইহ্ চুপ্না মহাক্কী সেবা তৌরদুনা মাবু য়েংশিল্লম্মী। মহাক্কী মখোঙ নোইরম্মী, থোঙ তবানিথোই থিংলিবদুদগী চৎকদবসু কদায়দনো? অমুক হৌগত্তুনা শেংদোক-শেংজিন তৌরম্মী, ইরুজৈ, চাক থোংই, অশিবদুগী সেবা, য়েংশিনবা অমসুং মশাগী তোপ-তোপ্লা লাইবক্তুগী মরমদা থল্লম্মী।

অসোমদা জঙ্গলদা রাণীনা চাক লোইরে, বাজকুমারী কদায়দা চৎখ্রে হায়নবকপদগী নিংথৌনা মাবু থিবা চৎলম্মী। মফম কৈদসু মাবু লৈবা থেংনদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা য়ুমজাও মনুংদগী লাউবা তারকখি, নিংথৌনা হায় — ইবেম্মা, মনুংদা করি তৌবিবগে, মপান্দা থোরকউ।"

বাজকুমাবীনা মঙোন্দা ৱাফম পূম্না তাক্লম্মী, "ঐগী খূৎনা শোকপদা থোঙ হাংদোকই, ঐনা মনুংদা খোঙ হেক থাংজিনবগা মতোমতা অমুক থিংজিল্লকখি, মফমসিদা ঐহাক ইতোমতনি।"

"মনুংদা কবি লৈবগে?"

"মনুংদা অশিবা মী অমগী হকচাং থম্লি অমসুং অতৈ করিসু লৈতে।"

"ইবেম্মা নঙগী লাইবক্তা মদু ইরম্লবগুম তৌই, বাবানা হায়খিবদো, ওইরবনি। শোসে হাংদোকপা ঙমদ্রে। মতুংলোমদা চিংনবা পূম্নমক্লা কন্না হোৎনৈ। ঐখোয় অমুক চৎলগনি, নহাকপু নরায়বক্তা থাদোকপা নত্তনা অতৈ উপায় অমা লৈত্রে।" অয়ূক্তা থম্মোয শোক্লা মখোয় মফমদু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। মতমদি হৌখিবা খঙহৌদে, মখোয় হনুশল্লকই।

থিংলবা য়ুমজাওদুদা বাজকুমারী অশিবদুগী খোঙ নোই, ইরু- মায়থজদুনা ধ্যান

তৌই। অহীংদা ঈশ্বরগী পূজা তৌই অমসুং মপুরোইবগীদমক্তা হায়জে। তরাশুবা চহীদা জগোই শাবীগী মচানুপী অমা অদোমদা লাক্লম্মী। মহাক্না মায়কৈ মরিদা কোয়না যূমজাওদু য়েংলম্মী। থোঙদু হাংদোক্লবা হোৎনরম্মী অদুদগী যূমথক্তা কাখৎলম্মী।

কনাগুম্বা মীওই অমগী মায়থোঙ য়েংনিংবনা রাজকুমারীদু ঙাওরম্মী। করিগুম্বা যূমসিদা মখুল অহোবা লৈরবদি কনাগুম্বা অঙাং অমবু মনুংদা পুশিনগনি। নুপীমচা অমা লৈরবদি পূংমুক ৱারী ৱাতাই শান্ননি— মহাক্না খল্লম্মী। মতমদুদা খিড়কীদা য়েংখিবদা নুপীমচা অমা উরকখি। "হে নুপীমচা মনুংদা চঙলকউ।"

"হোয়," জগোয় শাবীগী মচানুপীনা খুল্লম্মী।

"নহাক্কী নপা-নমা লৈব্রা? করিগুম্বা লৈরবদি মনুংদা চঙলকনু, অমুক হন্না মপান থোকপা ঙম্লোই, করিগুম্বা কনাসু লৈত্রবদি মনুংদা লাকউ।"

"কদায়দা? ঐগী ওইবা কনাসু লৈত্রে।"

রাজকুমারীনা মিহুৎথোঙদগী মনুংদা পুশিন্নবা হোৎনরম্মী। জগোয় শাবীগী মচানুপীদুগী মশাদু য়াম্না থোৎলি। হকচাংদু লৈথোক লৈশিন তৌদুনা মনুংদা পুশিল্লম্মী। রাজকুমারী হরাওরম্মী। কনাগুম্বা মরূপ অমদি ফংলে। মরূপ লোয়নরবদি মতম নুংঙাইনা লেল্লি। অসুম্না চহী অনী হৌখিবা খঙহৌদ্রে।

অশিবা রাজকুমারদু চহী তরানিথোই শুগদৌরে, মহাক্কী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদা থৱায় লাক্কদবা মতম কুইশিল্লক্রে।

নোংমগী নুমিত্তা রাজকুমারীনা ইরুজরিঙৈদা মিহুৎথোঙগী মনাক্তা উপাস্বীদা অফবা পাউ পুবা উচেকশিংগী খোঞ্জেল তারম্মী অদুনা হায়রম্মী, "চহী তরানিথোইগী মতম লৌইগদৌরে, করিগুম্বা লুপাগী তেঙ্গোৎতা উসিগী মনা-মহী লৌরগা রাজকুমারগী মচীন্দা তপ তপ তাহল্লবদি মহাক্কী থৱায় লাক্কুনা হিংগৎলক্কনি।"

রাজকুমারীনা উদুগী মনা হেক্কুনা শুরম্মী। অদুগা লুপাকী তেঙ্গোৎতা মহী শুল্লম্মী। তেঙ্গোৎ পুরদুনা অশিবগী মায়কৈরোমদা লাক্লম্মী। মতমদুদা মহাক্না খল্লম্মী— ইরুজরিঙৈদা মরক্তা হৌগৎলকপনি। অহানবদা ইরুজদুনা মশা শেংদোক্লগা শিবগী পূজাগী নিয়ম চুম্না তৌরগা রাজকুমারগী মচীন্দা উনা মহীদু হাপ্লিংবনি। তেঙ্গোৎতু থম্লগা মহাক ইরুজবা চঙখ্রে।

জগোয় শাবীদুনা হংলম্মী, "তেঙ্গোৎসি করিগীনো? মসি মফমসিদা করিগী

থল্লিবনো?"

রাজকুমারীনা মঙোন্দা করিসু লোৎতে, জগোয় শাবীদুনা তাঞ্জাসে নাম্বোকহন্নিংদে। রাজকুমারীনা পূজাগীদমক ফমথখিঙৈদা মহাক্লা অশিবা হকচাং মনাক্তা চৎলম্মী। মহাক্কী মচীনবানদু লৈথোক্লুনা লুপাগী তেঙ্গোৎতগী মহীদু তপ তপ থাদরম্মী। মহীদু রাজকুমারগী পুক্লুংদা চঙখিবগা মমীৎ পাঙথোরক্লম্মী। নীংঙাইবা লৈতনা তূম্লবগী 'শিব-শিব' হায়দুনা হৌগৎলম্মী। জগোয় শাবদু উবদা হংলম্মী, "নহাক কনানো?"

"অদোমগী নুপীনি।"

রাজকুমারনা মহাক্কী তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী। মহাকপু কোনশিল্লম্মী। চহী তরানিথোই চূপ্পা মহাক্কী সেবা তৌরক্লিবী নুপীদুদি থংনবা কাদা পূজা তৌবি।

রাজকুমারী কাদগী মপান থোরকপদা মখোয় থম্মোয়গী ওইবা ৱারী শানবদু তারম্মী। "হে ভগবান ঐনা চহী তরানিথোই তৌজরকপাগী মহয় লোইরবা, তশেংবমক ঐগী লাইবক্তা নুংঙাইয়ু হায়না ইরমদ্রবনি" মহাক্লা খল্লম্মী। মহাক মনাইনুপীগী মতৌগুম মখোয়গী থবক তৌবা হৌরক্লম্মী। রাজকুমার অমসুং জগোয় শাবী অনীনা নুংশি নুংঙনদা পূক্লিং লুপ্লম্মী। অদু ওইরবসু তশেংবদি মহাক রাজকুমারীনি। মহাক রাণীগী গর্ভদগী পোকপনি অমসুং রাজকুমারগী নুপী শাবিবদুদি করিসু লৈত্রবী জগোয় শাবীনি। অনীগী লমচৎ-ব্যবহার, মওং-মতৌ, খূৎহিং অমদি ঙাঙথোরকপা ৱাঙাঙ শাঙাঙগী খেন্নবা রাজকুমারনা খঙদবা নত্তে। মহাক চিংনরম্মী। নোংমা জগোয় শাবীদুদা হংলম্মী, "ঐহক শিকার চৎলুগে, মফমদুদগী নঙগীদমক করি লৈরকউগে, ঐহাক শহরদসু চৎলুগনি।"

মতম শাংনা জগোয় শাবুদী মখোয়গী চাক ইঞ্জাং চাবা ফংদনা লৈবক্লবনি। মদু মহাক্লা (জঙ্গলগী ইঞ্জাং) অমসুং সাড়ী, মনম নুংশিবা থাউ নুপীনা পাম্বা পোৎ থাদোক্লুনা করিসু লৈত্রবাঅকংবা তলগীদমক হায়রম্মী। অদুদগী জগোয় শাবীদুগী মতেংনা রাজকুমারীদা হংহল্লম্মী, "মহাক করি লৈহন্নিংবগে হাযবদু। বাজকুমারীনা হায়রক্লম্মী, "মপু ইবুংঙোদা হায়বীয়ু, ওইথোকপা ঙম্লবদি মীবোল ঙাঙবা লাইধি অমত্তং লৈবীরকউ।"

"মসিসু অঙকপনি, মহাক শূপ্নগী মীরোল ঙাঙবা লাইধি নত্তনা অতৈ অমত্তা

পামদে।'' রাজকুমারনা খল্লম্মী। রাজকুমারনা শা তানবা চৎলুবা হল্লকপগা জগোয় শাবীশিংগী খুঙ্গংদা মানা তপ্পকপা ইঙ্খাং অমদি তল অকংবা লৈরম্মী। শহরদা রাজকুমারীগীদমক্তা মীরোল ঙাঙবা লাইখি লৈবদুসু কাউরমদে। মশানা পামজবা চানবা পোৎচৈদু উবদা জগোয় শাবীদু মায়থোঙ মকা লামজবম্মী। নিংথৌ কোনুংগী চাক-ইঙ্খাং চাবদা মাগী হকচাংদি তঙ্খায়মুক্তা ঙায়ববনি।

অহীংদা পুম্নমক চা-থক্কুনা তুমথখ্রবা মতমদা মীরোল ঙাঙবা লাইখিদুনা রাজকুমারীদা হায়রক্লে, ''ঐঙোন্দা ৱাবী লীবিয়ু।''

রাজকুমারীনা হায়রম্মী, ''করম্বা ৱারী তাহনগনি, ঐহাক্কী পুন্সিসু মশামক বাবী অমনি।''

''অদুদি মদু লীরকউ,'' লাইখিনা হবাওনা হায়রম্মী। মসিদা রাজকুমারীনা মশাগী ওইবা মপুং ফাবা ৱাবীদু লীদুনা তাহল্লম্মী। লাইখিনা 'হুং হুং' হায়না তারি। মথংগী কাদা রাজকুমারসু ৱাবীদু তারম্মী। মমৈদা রাজকুমারীনা হায়রম্মী, ''নুংদা তেঙ্গোংতু থনম্লগা ঐহাক পূজা তৌরম্মী। ঐনা পূজাগী হল্লকপদা রাজকুমারদু জগোয় শাবীসিনা মহীদু পীথক্লম্লে অদুনা তৌজিক মহাক মপু ওইরেম্মী, ঐনা মীনাইনি।''

ৱাবীদুগী অরোইবদু তাকুবগা রাজকুমারদু মশাবু ফাখজনা ঙম্লমদে। নাকন্দা তুম্লিবী জগোয় শাবীদু চিংথোক্কুনা লাইচেনা কৃথবম্মী। ''নহাক ঐগা নুপী নত্তে, জগোয় শাবীগী মচানুপীনি। থাপ্পা লৈয়ু ঐগী মীৎমাঙদগী,'' মহাক্না লাউবম্মী। অদুদগী মহাক রাজকুমারীগী মনাক্তা চঙলম্মী। চহী তরানিথোই চুপ্পা অসুক পূক্নিং চঙনা সেবা অমসুং য়েংশিনবীবক্লিবীদুবু পূক্নিং ফাথবরক্লম্মী। মখোয় অনাগা বানো ৱাতায় অমসুং হরাও-মিনোক্না য়ুমজাওদু পুম্নিন লিনখ্রে।

য়ুমজাওদুগী মপানাগী সংসারদা রাজকুমারগী মমা-মপানা নোংমা নোংমা মশীং থীরি। চহী তরানিথোই মপুং ফাববদুদা লাক্লম্মী। শহর পুম্বা মখোয়গা লোয়নরম্মী। মখোয়না থোঙ হাংদুনা লৈবা থেংনবম্মী অমসুং য়ুমজাওদুগী মযাথ থংবা কাদা রাজকুমার অমসুং রাজকুমারী ৱারী শানরম্মী অমসুং তপ্পা তপ্পা নোক্লম্মী।

তৌবিমল খঙলবা নিংথৌ অমসুং রাণীনা মমৌগী মখোঙ শোক্কুনা হায়রক্লম্মী, ''নহাক্কী মমাঙগী মপোক পুন্য অমসুং মপোকসিগী তপস্যাগী মগুণনা ঐখোয়গী

ইচানুপা অমুক হন্না হিঙ্গৎহল্লবনি। মহাক্কী মায়থোঙদো অহীং তূম্নুবদগী হৌগৎলকপগুম খল্লম্মী। মসিগী মহয়সি নহাক্কী তপস্যানি ইবেম্মা।”

মচানুপা অমসুং মমৌবু মখোয়না কোনুংদা পুরক্লম্মী। লুহোংবগী নুমিত্তো লৈ অমসুং থাউমৈ পরেং লৈতেংলম্মী। অসিগুম্বা মঙ্গলগী মশক ওইরবা মতমসিদা মমৌগী মমা-মপাবু কৌরম্মী। মখোয় য়াম্না অহল ওইশিল্লম্লে। অমসুং য়াম্নসু শোল্লম্লে। মমীৎতু লশিং মরুগুম্লবনি। লৈবাক্কী হকচাংসি লৈবাক্তা তিন্নবা শেম শারক্লবনি। অসিগুম্বা অফবা নুমিৎসি খঙজবদা অনৌবা পুন্সি ফংবগুম্লম্মী। মচানুপীবু য়েংনিংবা অমসুং মহাক্কী লুহোংবদা য়াওজনবগীদমক্তা মখোয় থীন্দদনা খোঙশাল্লম্মী। ❑

গুজরাতী ফুঙ্গা ৱারী

## লিন মমা

অহল ওইরবা মতৈ মনাও অমখক্কী লুহোংলবা মচানুপা তরেৎ লৈরম্মী। পূম্নমক পূন্না লৈমিন্নরম্মী। মৌ অহল তরুকমক য়ূমদুদা ইকায়খুম্নবা অমসুং নুংশিবা ফংজরম্মী। মখোয়গী মপামদো ইকায়খুম্নবিবনি। পূম্নমক্তগী ইতোন তোনবীদুদি মরায়বক থীরবী কনা লৈজদ্রবীনি। মপামদা অমসুং মমাগী মপামদা মাগী মরী মতানি হায়বা কনাসু লৈজদে। পূম্নমক্না 'মপাম লৈজদবী' হায়না কৌনরম্মী।

মকু ময়ূমদা পূম্নমক্না অহাওবা পোৎ পেন্না পেন্না চানৈ। মৌ অতোনবীগী মতাংদি অরোইবদনি। অয়াম্বা মতমদা মহাক্কীদমক্তদি করিসু লেমহৌদ্রে। মহাক্কীদি চাকানা পূক থনবা তাই। চারবা মতুংদা য়াম্লবা কোলশিংদু মানা ফেঙবা তারম্মী।

মতম হৌখ্রে। অহল-লমন নীংশিং উসব কৎনবা নুমিৎ থোক্লম্মী। মসিগা ইরোইগী শঙ্গোম্না চাকহাউগা ক্ষীর থোংলম্মী। মৌ অতোনবী গর্ভবতী ওইরে, মহাক ক্ষীর চানিংবা পোক্লম্মী। কনানা মঙোন্দা চানবা হংবিগনি? পূম্নমক্না মখোল থোক্না

পেন্না পেন্না ক্ষীর চানৈ অদুবু মহাক্কীদি চফূদা তঙ্খায় কারবা চাকাদুখক লেমহৌই। মহাক্কা পূন্নমক্কী মায়কৈদা য়েংলদুনা হায়রম্মী, "ঐগীদি মসিসু য়াম্লবনি।" মহাক্কা চেকশিন্না খোত্তুনা লৌথোকপা চাকাদু ফি অমদা পুনশিল্লম্মী মদু কনানসু উরোইদবা মফম অমদা চাগে খল্লম্মী। গুহাদগী ঈশিং শোকপা মতম ওইরে গুহাদা থুংলুবদা খুনগী নুপীশিংনা পীক থল্লম্মী। মৌ অতোনবীদুনা পূন্নমক চৎখ্রগা ক্ষীরগী চাকাদু চাগে খল্লম্মী। মহাক্কী মতাং লাকপদা ক্ষীর চাকাগী অপীকপা ময়োমদু লিন মকোল ময়াদা থম্লগা ঈশিং চিংখৎলম্মী। মথংদা হান্না ইরুজখিগে খন্দুনা ইরুজবা হৌরম্মী। মরকসিদা লিন অমোম অমা মকোন্দগী থোরক্লে, মাসু গর্ভ লৈরবীনি। ক্ষীরগী মনম্মা চিংদুনা পুরক্লম্মী, চানিংবনা মতীন তারম্মী। ক্ষীরদু চাথোক্লগা মকোলদা চঙখ্রে। 'করিগুম্বা ক্ষীরগী মপুনা হূরানবদু অফ-ফত্ত থাদুনা চৈরবদি মাবু চীক্কনি' খল্লম্মী।

ইরুজরবা তুংদা মৌ অতোনবীদু য়াম্না মোন্দা নুংঙাইনা ক্ষীর চানবা লাক্লম্মী। ফিদি লৈবা উই, ক্ষীরদি মাঙখ্রে, চাকাদুগী মরু অমফাও তারমদ্রে।

মৌদু লাউরম্মী, "ও য়ূমদসু ক্ষীর ফংদরে, অমসুং মফমসিদসু কনাগুম্বা ঐগুম্না ৱারবীনা ক্ষীরদু উরম্বা য়াই, অদুদা মশাদু খামজবা ঙমদবদগী চাথোকখিবা ওইরিনি। ফরে, ঐনা নৎত্রবসু কনানো অমদি শোয়দনা পেল্লমগনি।"

মসি তারগা লিন অমোমদু মকোলদগী থোরক্লম্মী অদুগা হংলম্মী, "নঙ কনানো ফরবী নুপী?"

"ঐ য়াম্না ৱারবী অমনি, ঐহাক গর্ভবতী ওইরে ক্ষীর চানিংলম্মী। ঐনা চাকা খরা পুরকপনি অদুবু ইরুজরিঙৈদা কনানো অমনা চাথোক্লল্লে। ঐহাক হরাওই, ক্ষীরদুনা কনাগুম্বা অমা পেলহনখ্রে খনবদা।"

লিন অমোম্না হায়রম্মী, "নহাক্কী ক্ষীর ঐনা চাবনি। করিগুম্বা নঙনা অফ-ফত্ত চৈরবদি অমদি শাপ তৌরবদি ঐনা নঙবু চীক্কদবনি তৌইগুম্বসুং নঙনা ঐবু নঙগী ওইনা খল্লে, হায়যু নহাক করিগী ৱারিবনো?"

"ইমা! ইপামদা ঐগীনি হায়বা কনাসু লৈতে, থুনমক ঐগী অঙাং উনবগী উসব লাক্কনি। উবসসি ইপামগী মীওইনা পাঙথোক্কদবনি অদুবু ঐগীদি ইপামদদি কনাসু লৈত্রে।"

"ইচানুপী, নঙ ৱাগনু, ঙসিদগী ঐসে নঙগী নমা ওইরবনি। ঐগী য়ূম্না নঙগী

নপাম। ঐখোয় মকোলসিদা লৈ। নঙগী অঙাং উনবা উসব নকশিল্লক্কবদি মকোলসিদা বার্ত্তন থল্লম্মু। অসিগুম্বা মঙ্গলগী মশক ওইরবা মতমদো নুংঙাইনা পাঙথোক্কদবনি।" মতৌ অসুম্না লিন অমোম্না মহাক্কী হায়জবী মমা ওইরম্মী। ওইথোক্তনা ওইরকপসিদা মৌ অতোনবীদু হরাও হরাওনা যূম হনখ্রে।

অহানবা গর্ভগী উসব নুমিৎ নকশিল্লক্লে। মনেম্না "মৌ অতোনবীগী মবুং লৈত্রে, কনাসু লৈত্রে, উসব করম পাঙথোক্কনি" হায়রম্মী। "ইমা! উসবকী বার্ত্তন চে অমদা ইরগা ঐঙোন্দা পীবিয়ু," মৌ অতোনবীনা হায়জরম্মী।

"নহাক্কী নপামদা কনাবু লৈবগেনে বার্ত্তন পীগদৌবসিবু কনাদনো?"

"ঐগী অথাপ্পা মরী অমা লৈ, মঙোন্দা পীগে, অদোম্না চেদা বার্ত্তন ইরগা পীবিয়ু।"

"যেংউ, তাউসে, খঙহৌদনা নঙগী মরী মতাসে কদায়দগী তারক্লিবনো হায়বনি।"

যূম্লোন্নবী নুপীনা হায়রম্মী, "ইহে, তোক্লোসে, পীয়ুদনা মঙোন্দা, চে মচেৎ অমনা নঙোন্দা কয়াম মাঙগদবনো?"

অসুম্না মৌ অতোনবীদুনা গুহাদা চৎলম্মী। লিন মকোলদা বার্ত্তনদু থল্লম্মী।

অহানবা গর্ভগী উসব নুমিত্তু লাক্লে। মনেম অমসুং মচেশিংনা মৌ অতোনবীবু লংনরম্মী, "ঙাইহাক তপথখো, মহাক্কী মপামদগী, মমাগী মপামদগী, খঙদে, কদায় কদায়দগী মরী মতানো লাক্কদৌরি। মখোয়না মাগীদমক খূদোলপোৎ অমসুং উপু থন্না ফি পুরক্কদৌরি। মখোয়গী ইরুজনবগীদমক ঈশিং শাহল্লু, বেসনগী হলৱা হৌনবা পোৎচৈ পুরকউ, মখোয় হেক্তা লাক্কনি।" মখোয়না প্রমাণ-পাম্হে তৌদুনা ঙাঙলম্মী।

খূদক্তা অতিথি লাক্লে। ফজরবা অঙাংবা কোয়েৎ য়েৎপা মুগল ইনাক খুনবা মাল্লি। রাজস্থানী শেৎপা ঙৌরবী, মহারাণীগুম্বী নুপী অমসু মহাক্কা লোয়নরকই। মৌ অতোনবীনা খঙখি মহাক লিন মমানি। মনেম অমসুং মচেশিংদু ইঙক ঙক্লে। শোন্থাংননা হায়, "মখোয় কদায়দগী লাক্লিবনো? মপামদা কনাসু লৈতে, মমাগী মপামদসু। খঙদে মখোয়সিনা কনানো? অদুবু ইনাক খুনবা।"

অহলশিংনা অতিথি ওক্লম্মী, "লেঙশিনবীরকউ লেঙশিনবীরকউ, অদোমগী যূম্মক্লি হেক খনবীয়ু, মৌ অতোনবীগী মরী-মতাগী খোঙ্গুল ঐখোয়গী যূমদা তাররে,

ঐখোয়গী লাইবক ফবনি।" হলব্রা শান্নবা খাঙ অচৌবা লৈরংদা থাঙ্গৎলি। শানবা শেম শাবা লোইরে।

লিন মমানা মৌ অতোনবীদু মায়কৈ অমদা পুথোক্লগা হায়রে, "ইচানুপী, ঐখোয় করিসু চারোই, মসালা থাকপা শঙ্গোম অঙৌবা কাসিদা থমহল্লু। থোঙ লোনশিল্লগা ঐখোয় থক্কে, নঙদি খঙলিবদুনি, লিনগী চীঞ্জাক তোঙাল্লি।"

মৌ অতোনবীনা মনেমদা হায়রম্মী, "মহাক্কী মরী মতাদি চাবা থকপা ইতোপ তোপ্পী। মসলা থাকপা শঙ্গোম থকই।" চানাথক্লবা মতম ওইরে। অশাবা মসলা থাকপা শঙ্গোমগী পাত্র কাদুদা থল্লম্মী। মখোয়না মনুংদা থোঙ লোনশিল্লগা মশাগী অশেঙবা মশক ওন্থোক্লগা পাত্রদুদা মচীন লূপ্পগা মীৎনা কূপ্পদা শঙ্গোম লোইনা থক্তোক্লে।

মৌ অতোনবীগী অহানবা মীরোনবগী উসব য়াম্না হরাও তয়াম্না পাঙথোক্লে। অতিথিশিংনা মপুরোইবগী অমসুং মাগী মরী মতাগী মখল মখলগী লীক-কোল, ফিরোল কয়ামরুম পীরম্মী। পূম্নমক্না ঙকপাগী মপান নাইখিদ্রে। 'য়েংউদনা পোৎ কয়ামরুম পুরক্লিবনো? অসুক য়াম্বদি কনানসু পুনরকখিদে।'

উসব লোইরবদা অতিথিনা হায়রম্মী, "হৌজিক ঐখোয় চৎলগে। মহাক ঐখোয়গী ইচলনি, অদোম্না য়াবিরবদি মচা পোকপগীদমক ঐখোয়গা লোয়ননা পুজখ্রগে?"

মনেম্না হায়রম্মী, "অওইবমক তশেংনা করিগী পুবিদনি হায়বগে, মা নখোয়গী নচলনি, মসিদা হংলিবগী মরম লৈতেদো।"

"মহাকপু লৌবা লাকপগী কনাসু থারক্লবা মথৌ তাদে, ঐখোয়না অদুম থিঞ্জরক্কনি।"

পূম্নমক্না মখোয়বু বিদায় তৌনবা থোরক্লম্মী। অতিথিনা খূৎ লোন্নদুনা হায়রম্মা, "অদোম ব্রাবিরুনু, ঐখোয় চৎখ্রগে।" হৌজিক পূম্নমক চৎখ্রে। লিন মবুংনা মৌবু মখোয়গী মকোলদা পুরম্মী। "ইচন কিগনুকো। ঐখোয় হৌজিক ইশাগী শক্তমদা ওন্থোক্লগে। ঐখোয়না নঙবুসু মকোন্দা পুদুনা চৎকনি।" মৌনা হায়খি, "ঐহাক্না করিগী কিরুনি।"

পূম্নমক মকোন্দা চঙলম্মী। মৌ অতোনবীসু মখোয়গা লোয়ননা পুরম্মী।

মনুংদা চাউর-চাউরবা কা কয়ামরুম লৈরম্মী। কাশিংদু শগোইদাক মপান্দগী হেন্না ফজরম্মী। ফমুং অমসুং থৌরী হাইবীগী মফমদি করি অমুক হায়রুনি। যুমগী মকোক লিন মমানা ফমথবগা থৌরী হাইবীদু হাইগদৌরিবশিংদুনা তপ্না-তপ্না হাইবা হৌরম্মী। লিন লাইদুগী মকোক্তা মণিনা ইরং ইরং লংলম্মী। মহাক্কী মকোই শাংলম্মী। মহাক্না রেশমগী মোল্লবা মোনপাক থাবা চৌকিদা ফম্লম্মী। পতাললোক্তা মহাক্কী অপীক অপীকপা দরকার ওইবা খূদিংগী ৱাখল তৌরম্মী। সনা-লুপাগী ফমুংদা মহাক নুংঙাইনা তূম্লম্মী। মহাক্কী অনৌবা মমা-মপা অমসুং অচৌ-পীশক খূদিংমক্না লুনা চান্না তৌবিরম্মী।

লিন অমোমগী অঙাং উনবগী মতম য়ৌরক্লে। মহাক্না মৌ অতোনবীদা হায়রম্মী, "তাও ইবেম্মা, ঐহাক নঙোন্দা ৱা অমা হায়গে। মসিদা কিনিংঙাই করিসু লৈতে। ঐখোয় খঙই করিগুম্বা ঐগী লিন মচাশিং পূম্নমক হিংলবদি, সংসারসি মতৌ অমা ওইরনি। অদুনা অতোপ্পা জীবশিংসি হিংবা ঙম্লরোই। মখোয় চৎথোক চৎশিন তৌবদা অৱাবা ওইরনি। মরমসিনা লিন মচাশিংসি পোকপগা মমানা চাথোকই, মদুদা চেন্থোকহৌবা খরদং হিংহৌই। ঐনা অসুম তৌবসি উরগা নহাক কিগনুকো।

লিন অমোমদুগী মচা পোকপা মতমদা মৌ অতোনবীনা থাউমৈ পায়দুনা মনাক্তা লেপ্লম্মী। মরুমদুনা মপান থোরকপগা লিন অমোমদুনা চাথোকই। মসি উরুরগা মৌ অতোবীদুসু মমা ওইগদৌরিবনিনা পূক্লিংদা তূক্কচ্চবা ফাওরম্মী। মহাক্কী মখূৎ নীক্লম্মী, থাউমৈদু মখূত্তগী তাখিরম্মী। অমম্বদা লিন মরুম অনীদগী মচাদু নান্থোক্লুনা চেন্থোকখ্রে। লিন অমোমদুনা মখোয়গী মমৈখক চাবা নংহৌই।

মীরোনবগী থা মাপল মপূং ফারবদা মৌ অতোনবীদুনা লিন লাইদুগী খূদোপকুম ফজরবা মচানুপা অমা ফংজরম্মী। মচানুপাদু নোংমা নোংমগী চাউরকই। মহাক শন শাদুনা চৎপা ঙম্লক্লে। মতমদুদা লিন মমাদা মৌনা হায়রম্মী, "নহাক্না ঐগীদমক্তা তৌবা য়াবদগী হেন্না তৌবিরকখ্রে, পূক্লিংনদি চৎনিংদ্রে অদুবু চৎতর্বাদি য়াদে, অদুনা ঐবু থিনবীয়ু।"

লিন মমানা মঙোন্দা কান্থু, নাউহোং, লীক-খূজি অমসুং মখল মখলগী লীক-লৈ, খূদোলপোৎ কয়ামরুম পীরম্মী। মমৈদা হায়রম্মী, "ইবেম্মা, থবক অমা তৌসি, নপুবোক্কী ময়াদা নখূত্তু থিংজিল্লু, কিগনু চীক্লোই।"

## খোমজিনবা ফুঙ্গা ৱারীশিং

মৌ অতোনবীদু নীক্লম্মী অদুবু মাগী খূত্তু লিন মপুবোক্কী ময়াদা থিংজিল্লম্মী, খূজেং য়ৌনা, নীক্লবা খূত্তো মপান্দা শৎতোক্লম্মী মদুদা সনাগী খূজিনা খূৎ থল্লম্মী।

"হৌজিক অমুক অতোপ্পা খূৎতু থিংজিল্লু," লিন মমানা হায়রম্মী। খূৎ অদুমসু সনাগী খুজিনা থল্লম্মী। মবুং অনীনা মীওইবগী শক্তমদা মকু ময়ূম ফাওবা থিনবীরম্মী। মচানুপাদু পল্লদুনা মৌদু মকু ময়ূমগী মাঙ্গোলদা থুংলুবদা পূম্নমক্কা কোয়শিল্লম্মী অমসুং লাউরম্মী, "মৌ অতোনবী লাক্লে, য়েংউনে, পোৎচৈ কয়া য়াম্না পুরক্লবনো? অদুবু মাগী মরী মতাদো কদায়দা লৈবনো হায়বসিদি কনাসু খঙনদে।"

মৌ অতোনবী পাউখুম পীরমদে। মহাক্কী মচাদু চাউরে। নোংমা মচে অহলদুনা গেহু মন্দুনা লৈরম্মী। অতোনবীগী মচানুপাদুনা গেহু খূবাম খূবাম পায়দুনা চাইখাইরম্মী। মচে অহলনা চৈরম্মী, "নত্তে ইবুংঙো, গেহু চাইখাইগনু, ঐখোয়দি লায়রবা মীনি। অসুম্না গেহু মাঙহল্লবদি করম তৌগনি।" মৌ অতোনবীদু থম্মোয়দা তাশোন্না থিল্লম্মী। মহাক খুলগী মপান্দা লিন মকোন্দা চত্তুনা কপ্পুরে। হল্লকপদদি মরু মরাংগী বোরা কয়ামরুম মাগা লোয়ননা পুরক্লম্মী।

নোংমনা অঙাংদুনা শঙ্গোম খরা হৈদোক্লুরে। মচে অহলনা প্রমাণ তৌনা মচেক্না ঙাঙলম্মী, "নত্তে ইবুংঙো, শঙ্গোম হৈদোক্কনু নখোয় নবেন ময়ূমদি ইনাক খুল্লি, মখোয়না নঙগীদমক ইরোইগী শঙ্গু অমা থাবিরকইদনা, অদুবু ঐখোয়দি লায়রবা মীনি। ঐখোয়গী শঙ্গোম হৈদোক্কনু।"

মৌ অতোনবীদু লিন মকোন্দা চত্তুনা কপ্পুই, লিন মমাদু মপান্দা থোরক্লে অদুগা হায়রম্মী, "পূম্নমক ফরগনি, ৱারনু চৎলো য়ূমদা চৎখিবা মতমদা তুং হন্না য়েংলুনু, লম্বীদা ঈশ্বর নীংদুনা চৎলু।" মৌ অতোনবীদু হল্লক্লম্মী।

য়ূম য়ৌরগা মকু ময়ূমগী মীওইশিংনা 'ঐখোয় ইরোই থমফম শেমগদবনি' হায়রম্মী। মহাক্কী তুংদা মশীং থীঙমদ্রবা ইরোইশিংদু উরগা পূম্নমক্না ঙক্লম্মী। ইরোই খূদিং মরায়বক্তা অঙৌদা দাগ লৈরম্মী।

অসোমদা লিন মকোলদা করি তৌরবনো খঙদে, মমৈ ককপা লিন মচা অনীদু য়াম্না ৱারম্মী। কনাসু মখোয়গা লোয়ননা শান্ননিংলমদে। মখোয়বু হেক উবগা খৎনবা হৌদুনা লাউরম্মী, "মমৈ ককপা, মমৈ ককপা, নখোয়বু পীজরোই, মমৈ য়াওদবা, মমৈ য়াওদবা নখোয়বু পীজরোই।"

মমৈ ককপা লিন মচাশিংদুনা মমাদা চৎলগা হংলম্মী, "ইমা হায়যু ঐখোয়বু কনানা মমৈ ককপা ওইহল্লিবনো?"

মমানা খুল্লম্মী, "অঙাংশা লৈমায়দা নখোয়গী নচে অমা লৈ। নখোয় পোকপা মতমদা শোয়বদগী মাগী মখূত্তগী থাউমৈ তাখিরম্মী অদুনা নখোয়গী নমৈ য়াওদ্রিবনি।"

"মহাক্লা ঐখোয়বু অসুম্না তৌরিবা, ঐখোয় মাবু চীক্কনি।"

"করিনো নশাগী নচেবু অফবা কনাগুম্বনা চীকপগেনে। মহাক্লা নখোয়দা অশীর্ব্বাদ পীরক্কনি।"

"ফৈ মহাক্লা ঐখোয়দা অশীর্ব্বাদ পীরবদি, ঐখোয়গী সাড়ী অমসুং ফূরিৎ পীবম্লগা হল্লক্কনি। মহাক্লা ঐখোয়দা নত্ত-নত্তবা ঙাঙলক্লবদি ঐখোয়না শোয়দনা মাবু চীক্কনি।"

করিনো খরা হায়দ্রিঙৈ মবানি মাঙখ্রে। মখোয় চুমদ্রিং মচেগী ময়ূমদা থুংলুরে। নুমিদাংৱাই ওইরম্মী। অমনা থোঙ মরুমদা লোৎলম্মী। অতোপ্পদুনা চাকখূমদা খিল্লিবা চফ্ মখাদা। মখোয় অনীনা লেপ্পরম্মী, "মহাক লাকপগা মাবু চীক্কনি।"

মৌ অতোনবীদু থোঙদুদা লাক্লম্মী মদুদা মহাক্কী খোঙদু করিগুম্বা অমদা থেংজিল্লম্মী। মানা হায়রম্মী, "ঐগী ইমা লৈজদে করিগুম্বদা ঐগী খোঙনা কনাগুম্বদা থেংলুরবদি ঐগী ইপামগী মীওইশিংনা ঐবু ঙাকপিয়ু, লিন লাইনা ঐগী ইপানি অদুগা লিন ইমানা ঐগী ইমা, মখোয়না ঐঙোন্দা লীক অমসুং রেশমগী ফিরোল খূদোল তৌরকই।"

মসি তাবদা মফমদুদা লোৎলিবা মমৈ ককপা লিন মচাদুনা খল্লম্মী– মাদি ঐখোয়বু কয়াদা নুংশিরিবা, ঐ মাবু করম্না চীক্লনি।

অদুদগী মৌ অতোনবীদুনা চাকশঙদা চঙলম্মী। মফমদুদা মাগী খোঙনা করিনো অমদা থেংলম্মী। মহাক্লা অমুক হায়রম্মী, "ঐগী ইমা লৈজদে, করিগুম্বা ঐগী খোঙনা কনাগুম্বদা থেংলুরবসু ইপামগী মীওইশিংনা ঐবু ঙাকপিয়ু, লিন লাইনা ঐগী ইপানি, লিন ইমানা ঐগী ইমা। মখোয়না ঐঙোন্দা লীক অমসুং রেশমগী ফিরোল খূদোল পীরকই।"

অতোপ্পা মমৈ ককপা লিন্দুনা খল্লম্মী– মসিদি ঐখোয়বু কয়াদা নুংশিরিবা, ঐ

খোমজিনবা ফুঙ্গা ৱারীশিং

মাবু করম চীক্লুনি।

মচীন মনাও অনীমক্লা মীওইবগী শক্তম লৌরগা মচেগা উনরম্মী। মঙোন্দা সাড়ী অমসুং ফৃরিৎ পীরম্মী। অঙাংদুগী সনাগী লীক পীরম্লগা মখোয় মকোলদা হনখ্রে।

লিন ইমানা মৌ অতোনবীদা থৌজালবীবগুম ঐখোয় পুম্মমকপুসু থৌজানবীসনু। ❑

গুজরাতী ফুঙ্গা ৱারী

## বুদ্ধি লল্লোনবা

লায়রবা মপা-মমা লৈজদ্রবা ব্রাহ্মণ মচা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী হিংনবগী পাম্বৈ লৈরমদে অমসুং শূনবা থবক। অঙাং ওইরিঙৈদা মপাবুংদগী ৱাহৈ-ৱাতা কয়া ঙাঙ শকপা তমহৌই। নোংমদি মঙোন্দা অঙকপা ৱাখল মা ফাওরক্লম্মী।

খূদক্তা শহরদা চৎলম্মী। মফমদুদা খরা হোঙবা দুকান অমা ভারাদা লৌরম্মী। পৈশা অমা/অনী খরচ তৌদুনা কলম, মুক, চেনচিংবা লৈরম্মী অমসুং দুকান্দুদা উপাক অমা য়াল্লম্মী। মদুদা ইরম্মী 'বুদ্ধি য়োল্লি' 'বুদ্ধি মখল মথেলগী বুদ্ধি, বুদ্ধি য়োল্লি, অচুম্বা মমল, মমল মান্নবনি" লাউরম্মী। লল্লোন ইতিক্কী চৎলিবা মীওইশিংনা খল্লম্মী – 'মদুগুম্বা ৱাখলগী মতম লোইখ্রে। মহাক্কী দুকান মমাঙদা কূম্মে য়েংবশিংগী মপৈ পৈরম্মী। পূম্নমক্না মাবু ফাগী তাহল্লি। কনাসু পাই অমগী বুদ্ধি লৈরমদে। অদুবু ব্রাহ্মণ মচাদুগী পূক্লিং তপথবদুদি মাঙবা লৈরমদে।

নোংমদি ইনাকখুনবা নুপা অমগী পঙত্থবা মচাদু অসোমদা লাক্লম্মী। মহাক্না

ব্রাহ্মণ মচানা লাউবদু তারম্মী – 'বুদ্ধিদি বুদ্ধিনি, মখল মখলগী বুদ্ধি, মফমসিদা বুদ্ধি য়োল্লি।' ইনাক খুনবগী মচানা মহাক করি য়োল্লিবনো হায়বসি খঙলমদে। মানা খল্লি— মহাক করিগুম্বা ইঙ্গাং নাপী নৎত্রগা থোংদুনা চাবা, থাংদুনা পুবা য়াবা পোৎ অমা য়োল্লিবনি। অদুনা মহাক্না ব্রাহ্মণ মচাদা হংলম্মী, "সের অমগী মমল কয়ানো?" ব্রাহ্মণ মচানা হায়বম্মী, "ঐদি বুদ্ধিবু ওল্লগা য়োন্দে, মখলদা য়োল্লি।" ইনাক খুনবগী মচানা পৈশা অমগী শেল ময়েক লৌথোক্লগা হায়রম্মী, "পৈশা অমগী কয়া য়াম্না পীগদবনো অদুদা পীয়ু।" ব্রাহ্মণ মচানা চে মচেৎ অমা লৌরগা মদুদা ইরকই – মী অনী খৎনরবদি মফমদুদা লেপ্তুনা য়েংবসি বুদ্ধি লৈবা নত্তে।" অদুগা চেজেৎতু ইনাক খুনবগী মচাদা পীরদুনা হায়রম্মী, "মসি নঙ চেকশিন্না থম্মু।"

ইনাক খুনবগী মচাদু ময়ূমদা চৎলগা মপাদা উৎতুনা হায়রম্মী, "ঐনা পৈশা অমগী বুদ্ধি লৈরকপনি, য়েংউ।" মপানা চেজেৎতু লৌবগা পাবম্মী। মাগী অশাওবগী চাং ৱাংলম্মী। মচাদা লাউরম্মী, "অপঙবা, অসিগুম্বা ৱারেমসিদি মীপূম তিংনা খঙনৈ। কনাগুম্বা অনী খৎনরবদি মনাক্তা খক লেপ্লোইদবনি।" ইনাক খুনবদু বাজারদা চৎলগা ব্রাহ্মণ মচাদুদা অফ-ফত্ত কয়া থাদুনা চৈরম্মী, "বদমাস! মীফত্ত নঙনা ঐগী ইচাবু নমথাক তৌরে, অপঙবনি মাদি, নঙনা থোক তৌবা। ইচম চম্না পৈশা হন্দোকউ, নৎত্রবদি থানা কৌরুগনি।" ব্রাহ্মণ মচানা হায়বম্মী, "করিগুম্না অদোম্না ঐগী পোৎ পামদ্রবদি হন্দোকপিয়ু ঐগী পাউতাক ঐঙোন্দা হন্না পীয়ু, নঙগী পৈশা লৌখো।" ইনাকখুনবদুনা চেজেৎতু লংশিন্দুনা হায়রম্মী, "সে লৌরো ঐগী পৈশাদু হন্দোকউ।" ব্রাহ্মণমচানা হায়রম্মী, "চেজেৎতু নত্তে, ঐগী পাউতাক্তু হন্দোকউ। করিগুম্বা নঙগী পৈশাদু হন্দোকপা পাম্লবদি অদোম্না মসি ইদুনা পীবা তাই, "অদোমগী নচা ঐগী পাউতাক্তু চৎলোই মী অনী খৎনরবদি শোয়দনা মফমদুদা লেপ্তুনা য়েংগনি।" য়ূম্লোন্নবা অমদি লম্বী চৎপা ব্রাহ্মণগী মীচঙদা লেপ্পী। ইনাক খুনবনা থুনমক ব্রাহ্মণনা হায়বদু ইরগা সহী তৌদুনা পীরম্মী। পৈশা লৌরগা হরাওনা চৎখ্রে। অসুক লায়না মাগী মচা অপঙবদুগী পোৎ লৈবদু হন্দোকহল্লম্মী।

মফমদুগী নিংথৌ রাণী অনী লৈরম্মী। মখোয় অনী অমনা অমবু মীৎনা য়েংবা ফাও পাম্নরমদে। মখোয়দি লায়রদুনা মীনাই নুপীশিং ফাওবা অমনা অমগী য়েক্লবা ওইরম্মী। অমনা অমগী মপু ইবেম্মগুম্না করিগুম্বা খৎনবগী তাঞ্জা ফংলবদি মদু খক

নাম্থোকহন্দে। নোংমদি রাণী অনীদুনা মাগী মাগী মীনাইনুপী অমমক কৈথেন্দা থারম্মী। মীনাই অনীমক দুকান অমদা পূন্না চঙলম্মী অমসুং অনীমক্কা মাইরেল অমখক লৌবা পান্নম্মী। দুকান্দুদা মাইরেলদি অমত্তা ঙায়রম্মী অমসুং অনীমক্কা মাগী মাগী ইঙ্খাংগীদমক লৈনিংলম্মী।

খৎনবা হৌরম্মী। মচীন অমসুং মখূৎ অসুক্কী মতীক য়াঙনা থানরক্লম্মী। দুকান্দারসু চেম্থোকখ্রে। অসোমদা ইনাক খুনবগী মচাদু লম্বী মপা থোক্লুনা খৎনবদু উরম্মী। অদুদা মাগী মপাবুং অমসুং ব্রাহ্মণ মচাগা য়ানখিবদু নীংশিংলকখি। মহাক খৎনবদু য়েংনবা লেপ্লম্মী। খৎনবদুদা মীনাইশিংদু অমনা অমগী মশম পায়দুনা ফোয়নরম্মী অমসুং থুনা য়াঙনা অমনা অমদা মখোঙ-মখূৎনা কাওনরম্মী। মীনাই অমনা ইনাকখুনবগী মচাদু উরদুনা হায়রম্মী, নঙনা ঐগী সাক্ষী ওইয়ু, মসিনা ঐবু কয়াদা ফৃবিরবনো?'' অদুদগী মখোয় থবক কয়ামরুম তৌগদবা লৈহৌরি হায়বসি ভাব তানরম্মী। হূনবদা থেঙবা য়াদে অদুনা মখোয় হন্নখ্রে।

মীনাইশিংদুনা মাগী মাগী মপু ইবেম্মদা খৎনবদুগী হেক্সিন্না হায়শিন্দুনা তমশিন্নরম্মী। রাণীশিংদুগী অশাও মৈহৌরম্মী। মখোয়না নিংথৌদা ৱাকৎলম্মী। রাণী অনীমক্কা ইনাক খুনবগী মচাদু সাক্ষী ওইনবা হায়হল্লম্মী। করিগুম্বা মখোয়গী মায়কৈদা লেপত্রবদি মকোক্তু ককথৎহনগনি হায়ররে। ইনাক খুনবগী মচাদু স্তান মাঙলম্মী। ইনাক খুনবদুনা মদু খঙলকপদগীদি মিপাইখিবনা মথৱায় পাইখিবগুম খল্লম্মী। মমৈদা মচানা হায়রে, "চৎসি ব্রাহ্মণ মচাগীদা হংলুসি, মহাক বুদ্ধি যোনবনি। য়েংসি খুদোং থীবসিদগী নাম্থোক্লবা করি পাউতাক পীবগে?" অদুনা মপা মচা ব্রাহ্মণ মচাগী মনাক্তা চৎলম্মী। ব্রাহ্মণদুনা হায়রম্মী, "ইনাক খুনবগী মচাদু কল্লগে, মদুগী মমল লুপা চাম্মা ওইগনি." ইনাক খুনবদুনা লুপা চাম্মা পীরম্মী। ব্রাহ্মণ মচানা তাক্লম্মী, "মখোয়না নঙবু কৌরবা মতমদা নঙ অঙাওবা অমা ওইনা তৌশিন্নরো। মখোয়গী ৱাফম অমত্তফাও নঙ খঙদবগী মওংদা।"

মথংগী নুমিত্তা নিংথৌনা সাক্ষী কৌহল্লক্লম্মী। নিংথৌ অমসুং মন্ত্রীনা ৱাহং কয়ামরুম হংলম্মী। মদুদা মহাক্লা অমফাওবা খুল্লমদে। মহাক্কী পংঙাঙ-ঙাঙবা অমসুং মরী লৈনদবা ৱা ময়ামদুদগী নিংথৌ শাউনিংদুনা কোর্টতগী তাম্থোকহল্লম্মী। মসিদা ইনাক খুনবগী মচাদু য়াম্না হরাওরম্মী অমসুং মানা উন-উনবা মীদা ব্রাহ্মণ মচাগী ৱারী

কয়ামরুম লীরম্মী।

মদুদা ইনাক খুনবদু হরাওরমদে। মহাক্না খল্লম্মী — মচাদু মতম লৈবা খিবিক্তা অঙাওবা শাবা তারিব্রা নৎত্রবদি নিংথৌনা খঙলক্লগা মঙোন্দা মীনম্বগী মাগী অমত্তা পোকপা মচাদু হাৎতোকখিবা য়াই। অদুনা অমুক হন্না ব্রাহ্মণ মচাদুদা পাউতাক লৌবা চৎলম্মী। ব্রাহ্মণ মচাদুনা লুপা চামঙা লৌরম্মী অদুগা হায়রক্লে, "নিংথৌনা মথৱায় হরাওনা লৈবা কালদা অশেংবা ৱাদু হায়দোকউ, মদুদা মহাক পূক্লিং হরাওহনগদবনি অমসুং মহাক্না নঙবু ঙাকপিগনি, ৱাখল তৌগদবনি, মহাক্কী পূক্লিং হরাওবা মতাংদুগী।"

ইনাক খুনবগী মচানা অদুমক তৌরম্মী। ৱা পূন্নমক তারগা নিংথৌ য়াম্না নোক্লম্মী অমসুং মাবু ঙাকপিরম্মী। ৱারীসি তারগা নিংথৌ ব্রাহ্মণ মচাগী মরমদা খঙনিংলম্মী অমসুং মাবু কৌহল্লম্মী। মঙোন্দা য়োন্নবা অতোপ্পা বুদ্ধি লৈরিব্রা হংলম্মী। ব্রাহ্মণ মচানা হঙ্গৎচরম্মী, "করিগী লৈরোই য়াম্না লৈ থোইদোক্লা নিংথৌগীদমক্তদি মঙোন্দা বুদ্ধিগী পূক্লৈ লৈ অদুবু মমলদি লুপা লাখ অমা ওইগনি।"

নিংথৌনা মঙোন্দা লুপা লাখ অমা অমসুং মানা নিংথৌদা চেজেৎ অমা পীরম্মী। মদুদা ইরম্মী, "করিগুম্বা খরা তৌদ্রিঙৈদা মুন্না খনগদবনি।" পাউতাকসিদগী নিংথৌ য়াম্না হরাওরম্মী। মদু মহাক্কী মন্ত্রনি হায়না লৌবম্মী। মদু নিংথৌনা মায়থদা, মোনখুমদা, খুৎহৈবশিংনা লোনহল্লম্মী অমসুং প্লেট, পুখমদসু হকহল্লম্মী। করিগীনো হায়ববু মদু কাউদনবনি।

মতম খবগী তুংদা নিংথৌদু নারম্মী। মন্ত্রী অমসুং ৱাণী অমনা নিংথৌদগী নাম্থোক্লবা শরৌ শীন্নবম্মী। মাইবদা শেঞ্জা-থুমজা তৌদুনা মখোয়গী মী ওইশিল্লম্মী। মহাক্না নিংথৌদা হীদাক্কী মহুত্তা হূ পীথক্লবগীদমক্তা য়াহল্লম্মী। হীদাক নিংথৌগী মনাক্তা পুরক্লম্মী। নিংথৌনা সনাগী প্লেটতুদা চীনবান ফাও থেংলম্মী। মতমদুদা মহাক্কী মীৎয়েংদু প্লেটতুদা হক্লিবা ৱাহৈদুদা তারম্মী। 'করিগুম্না খরা তৌদ্রিঙৈদা হন্না হন্না খন্থগদবনি।' কনাদসু চিংনবা লৈতনা ৱাহৈদুদা খল্লম্মী। প্লেটতু মখাদা থম্লম্মী। হীদাক্তু য়েংদুনা লৈরম্মী। মাইবদু মিপাইরম্মী, মহাক্কী মরাল লৈরবা পূক্লিংনা খল্লম্মী, নিংথৌনা হীদাক্তু হূ য়ানশিনবদু খঙখ্রে। মসিদা মহাক্না নিংথৌগী মখোঙদা তুরম্মী। অদুবু ঙাকপীনবা হায়জরম্মী। নিংথৌ পূমঙক ঙক্লম্মী, থুনমক মশাবু লাকশিঞ্জরম্মী

অমসুং থোঙ ঙাকপশিংবু কৌরগা মাইবদু জেলদা থমজিনখ্রে। অদুদগী নিংথৌনা মন্ত্রী অমসুং লৌনম চাউবী রাণীদু কৌহল্লম্মী অমসুং প্লেটতগী হূদু থক্লবা হায়রম্মী। অনীমক্না নিংথৌগী খোঙ পায়দুনা থৌজাল নিরম্মী। নিংথৌনা থুনমক মখোয় অনীগী মঙক ককথৎহল্লম্মী। মাইবদুনা লৈবাক ব্রাংমদা তান্থোকহল্লম্মী। ব্রাহ্মণ মচাবুনা মহাক্কী মন্ত্রী হাপ্লম্মী অমসুং লন-থুম, মনা কয়ামরুমসু পীরম্মী। ❑

কন্নড় ফুঙ্গা ৱারী

## হাঁঞ্চী

হনুবী অমগী মচা অনী লৈবম্মী অমনা নুপা, অমনা নুপী। মচানুপীদুগী মশমদু সনাগী ওইবম্মী অদুগা মদুদা মবুংনা করিসু খনখিদে তৌইগুম্বসুং হৌজিক মখোয় চাউরক্লে অমসুং নুপীমচাদু ফজরবা লৈশাবী অমা ওইরক্লম্মী। মতমদুদা খঙহৌদনা মাগী সনাগী মশমদু উরকখি। মহাক্লা ইহান হান্না উবগুম অমসুং মহাকপু পান্নক্লম্মী। মমাগী মনাক্তা চৎলগা মাগী লুহোংবদি মচননুপীগা হোংনবা হায়জবা হৌরম্মী। মসি তারগা মমাদো তূমিন্না লৈখ্রে। খুদোংথিবা লাক্লে হায়না খল্লম্মী অদুবু ৱাখলদু ফোঙদোক্লমদে অমসুং মচানুপাবু লুহোংবগী চাক্লেনগী চেঙ-হৱাইনচিংবা লৈরুনবা শহরদা থাখিরম্মী। মচানুপানা চৎখিঙৈদা মহাক মচানুপীগী নাক্তা চঙলম্মী অমসুং হায়রম্মী, "ইবেম্মা, নহাক ঐঙোন্দগী লাপথোক্লবগী মতমদু লাক্লে। ঙসিগী তুংদা নঙ ঐগীদমক্তদি শিরবগা মান্নরবনি। নঙ অদুক্কী মতিক ফজৈ অদুনা ঐনা নঙবু ঙাকশেন্দুনা থম্বগী শক্তি লৈত্রে। নহাক্কী সনাগী শমদু উবদা নঙবু পামদবা কনাসু

লৈত্রে। নঙগীদমক ঐনা মায়খূম অমা শাবিরবনি। মদুনা নঙগী মায়থোঙ অমসুং শমবু লোত্তুনা নঙবু খুদোংথিবদগী কনবীগনি।"

মমানা চেন্না চেন্না চফূ শাবগীদা চত্তুনা সনাগী কোল পীরগা মচানুপীগীদমক মায়খূম শানবা হায়রম্মী। অহীংদুদা মহাক্না চানবা চয়োম পীরগা মচানুপীবু বিদায় তৌরম্মী। মমানা হায়বম্মী, "নঙগী অফবা মতম লাক্লিফাওবা মায়খুমসি লৌথোক্কনুকো। মচানুপীনা চৎথ্রবা তুংদা ৱাবনা লাকহৎখিদুনা তোল্লবী মমাদো হূ চারম্মী। মথংগী নুমিত্তা মচানুপা শহরদগী হল্লক্লম্মী। মমা শিদুনা লৈবদু উরম্মী। মচনবু মহাক্না য়াম্না থিরে, মহয় য়াল্লমদে। মহাক ঙাওচৎনদুনা মফম খূদিং কোয়না চৎখ্রে।

সোমদা মচননুপীসু মফম খূদিং কোয়না চৎলম্মী। মমানা পীরকপা চাক-ইঞ্চাং অমসুং তল লোইরদ্রি ফাওবা মহাক্কী মায়থোঙদু লৈবাক্কী য়ূমগুম উবম্মী, মরমসিনা য়ূমথকপু 'হাঁঞ্চু' হায়নবদগী মহাক্কী মমিং 'হাঁঞ্চী' থোল্লম্মী। নুমিৎয়ুংবা অমসুং অহীংদা তুরেল মপান্দা লেকই। ময়োমদগী করিনো খরা চারম্মী। চৎনা চৎনা ময়ূম য়াম্না থাপহৌরে। মফমদুদা হনুবী অমগা উনরম্মী। মানা ময়ূমদা থম্নীরম্মী। পীজ-পীথক তৌরম্মী। নোংমা হনুবীনা মঙোন্দা হায়রম্মী, "ইনাক খুনবা অমগী মীনাই নুপী অমা দরকার লৈরে, মহাক মনাক অদুৱাইদা লৈবনি। মদুদা হাঁঞ্চীবু থম্নবা ৱা লোইনরম্মী। মানসু য়ারদুনা থবক শূবা চৎলম্মী। মহাক চাক-ইঞ্চাং হাওনা থোংবদা পাবীনবা লৈরমদে।

নুমিৎ খরা লৈরগা ইনাকখুনবনা মাগী লৈকোন্দা চাকলেন অমা লাঙলম্মী। হাঁঞ্চীনা মদুগীদমক অহাওবা চাক ইঞ্চাং মখল-মথেল থোংলম্মী। য়ূমগী মী পূম্নমক লৈকোন্দা চাক্লেন য়াওখ্রে। হাঁঞ্চী অমসুং ইনাকখুনবগী মচানুপা নত্তনা, মহাকসু থবক অমগী মপান্দা চৎথোকখি। হাঁঞ্চীনা মতোমতা লৈবসিদা য়ূমগী মীওইশিংনা হল্লক্লিঙৈদা ইরুজথোক্কে খল্লম্মী। মহাক্না কংলবা হকচাংদা থাউ তৈরম্মী। মায়খূম লৌথোক্তুনা অঙকপা সনা মচুগী শম্বুল থোক্লদুনা ইরুজরম্মী। ইনাক খুনবগী মচাদু হল্লক্লগা হাঁঞ্চী কৌবদা তারমদে। ইমুং থুংনা থিরকপদা ইরুজফমদা য়েংশিল্লম্মী। মাগী ফজরবা, মপূং-মরৈ ফারবা সম্পত্তি অমদি সনাগী শমদু উখিরম্মী। হাঁঞ্চী খঙদ্রিঙৈদা তূমিন্না চৎখ্রে। হাঁঞ্চীগী মঙাল লৈনা ফজরবা মায়থোঙ অমসুং সনাগী শম্লাং উরুবদা মঙোন্দা পূক্লিং লূপখিরম্মী। মাবু মাগী নুপী ওইনবা লেপ্লম্মী।

খোমজিনবা ফুঙ্গা ৱারীশিং

য়ুমগী মীওই পূন্নমক হল্লক্লম্মী। মতমদুদা মচানা মমাবু কা অমদা পুথোক্লুনা মঙোন্দা মাগী অনীংবদু তাক্লম্মী। মমানা মসি খঙলকপদা ঙক্লম্মী অমসুং ৱারম্মী। মচাবু থেমজিল্লম্মী, "মা অনেম্বা জাৎকী মচানি, শকথীবী, অমুবী মীনাই নুপীসিগীদমক্তা নশাবু মাঙহনগনু, মতম খরগী মতুংদা মচীঙ্গাক চাবা ইমুংগী ফজরবী মমৌ পুরক্লুনা পীগনি।" মচানা নিংঙাই থাদোক্লমদে। মমা-মচাগী মরক্তা য়াম্না ঙংখৎনরম্মী। মমৈদা মচানা মমাগী মখূৎ পায়দুনা হাঁঞ্জীগী নাক্তা পুরম্মী। মানা করিসু খঙদ্রিঙৈদা থুনমক মায়খূম লৌথোক্লুরে অমসুং লৈমায়াদা থাজিন্দুনা থুগায়রম্মী। মখোয়গী মমাঙদা সনাগী শল্লাং লুহূপ উপ্লবী হাঁঞ্জী লেপ্লম্মী। অসিগুম্বা মপান নাইদনা ফজরবীদু উরুবগা মমা ৱা ঙাঙখিদ্রে। মচাগী অঙাওবদু খঙলকখি। হাঁঞ্জীগী লমচৎ ফজবা অমসুং নোল্লুকপদি হৌবদগী পামজদুনা লাকখিবনি। মূর্ত্তিগুম লেপ্লিবী হাঁঞ্জীবু অতোপ্পা কা অমদা পুদুনা মঙোন্দা ৱাহং কয়া হংলম্মী। মহাক্কী অঙকপা ৱারী তারুরগা অমুক্কা হেন্না পামজরম্মী। অফবা মতম অমা লেপ্লগা হাঁঞ্জীগা মচানুপাগা লুহোংবিরম্মী।

নৌনা লুহোংলবা বর-কন্যাদো উচেক পূংবাগুম হরাওরম্মী। অদুবু মখোয়গী নুংঙাইবদু মতম কুইনা চৎনরমদ্রে। তান্ত্রিক অমা ইনাক খুনবদুগী অখন্নবা ৱা তান্নফম ওইরম্মী। ইনাক খুনবগী য়ুমগী মীওই পূন্নমক মহাকপু গুরু স্বামী কৌনৈ। যাদু-মন্ত্র তৌবা হৈবদা সিদ্ধিগী মওংদা মহাক ফাওরম্মী। গুরু স্বামী মতম কুইনদগী হাঁঞ্জীদা মীৎয়েং থল্লম্মী। পাম্বৈ অমা তৌদুনা মাবু ফংবা পাল্লম্মী।

নোংমা মনেম্না গুরু স্বামীদা হায়রম্মী, "মশুগী মায়থোঙ য়েংনিংবনা হৌজিক অমুক ঙাইবা ঙমদ্রবনি। মদু তারগা গুরু স্বামীগী মপূক্লিংদা হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদ্রে। মহাক্লা থুনা পাম্বৈ পূন্নমক খল্লম্মী। হাঁঞ্জীবু মনাক্তা থারক্লবা হায়রম্মী। মদুদা অসিগুম্বা যাদু-মন্ত্র তৌগনি মদুনা থুনমক হাঁঞ্জী মীরোল্লগনি। মদুগীদমক্তা লফোই, বাদাম, ক্বা-হৈ অমসুং সুপারীনচিংবা হায়রম্মী।

নোংমা ফরবা নুমিৎ অমদা গুরু স্বামীনা হাঁঞ্জীবু কৌহল্লম্মী। মন্ত্র সিদ্ধি উহৈ-ৱাহৈ মহাক্কী মমাঙদা থল্লম্মী। করিগুম্বা হাঁঞ্জীনা মদু চারবদি শুমহৎয়াইগী মন্ত্রদুনা থবক তৌগদৌরিবনি অমসুং মহাক গুরু স্বামীগী মনাক্তা চৎপা তাবনি। হাঁঞ্জীনা মাগী ওইনবা লাই খুরুম্লম্মী অদুবু হাঁঞ্জী ইরায় লাইনা মাগী খূবামুংদা লাক্কদবী

নত্তে। মসিগুম্বা তান্ত্রিকী মরমদা য়াম্না মুন্না খঙলম্মী। গুরুস্বামীনা মঙোন্দা লফোই অমা চানবা পীরম্মী মদু লোন্না নালাদা থাদরম্মী অমসুং মানা পুরকপা লফোই অমা চারম্মী। নুমিত্তু গুরুস্বামীনা হাঁঞ্চীবু মাগী মোহিনী মন্ত্রদুনা শোয়দনা চিংদুনা মনাক্তা পুরক্কনি হায়বসি থাজরম্মী। মহাক ফমুংদা হীপুনা ঙাইরম্মী।

তাঞ্জানরুবগী রানি। নালাদা তাখিবা মন্ত্র সিদ্ধি লফোইদু ইরোই অমোম অমনা চাখিরম্মী অমসুং গুরু স্বামীবু থৱায়দগী হেন্না পামজরক্লম্মী। ময়াই কারদুনা গুরু স্বামীগী কারোমদা চেল্লক্লম্মী। মচিনা থোঙদা থিনবা হৌরক্লম্মী। হাঁঞ্চী লাক্লবনি খন্দুনা চেনখিদুনা থোঙ হাংদোক্লম্মী। থোঙ হেক হাংদোকপগা ময়াই কারবা ইরোইদুনা মঙোন্দা চোংশিল্লম্মী মদুদা মহাক থীনা শোক্লম্মী।

অদু ফাওবদা গুরু স্বামী মায়থীবা য়ানিংলমদে। নুমিৎ খরনিগী তুংদা মনেমদা ধর্ম্মগী থবক অমগীদমক হাঁঞ্চীবু থারক্লবা হায়রম্মী। হাঁঞ্চীনা মনাক্তা লাক্লবদা বাদাম অমসুং ক্বা চানবা পীরম্মী। হৈশিংলবী হাঁঞ্চীনা হান্নগী পোরমদু থবক ওইনা শীজিন্নরম্মী। মদুগী মহুত্তা মানা পুরকপা বাদাম অমসুং ক্বা চারম্মী। গুরু স্বামীনা পীরকপা বাদাম অমসুং ক্বাদু তোঙান তোঙানবা প্লেটশিংদা থম্লম্মী। অহীংদা প্লেটশিংদু গুরুস্বামীগী কাবোমদা শীত্তুনা লাক্লগা থোঙদা থেংজিল্লম্মী। খাঙঙমদনা হাঁঞ্চীবু ঙাইহিবা গুরু স্বামীনা চেনশিন্দুনা থোঙ হাংদোক্লম্মী। থৱায় য়াওদ্রবা পাত্রশিংদুগী চৈফূ চাবা তারম্মী। অহুম্লকশুবদা হাঁঞ্চীনা গুরু স্বামীনা পীবা ক্বাদু শুমচীৎ মথক্তা লংশিল্লম্মী। তিঙ্খাং পানবা শুমচীৎনা ফৃবদগী তান্ত্রিকী মশা পূম্বা ঈহিং-নাইহিং শারম্মী। মসিদা মোহিনী মন্ত্রনা কান্নবরোই অদুনা অতোপ্পা পাম্বৈ শীজিন্নরগে খল্লম্মী।

হাঁঞ্চী মকুবোক্তা অমুক হন্না লৈকান্দা চাক্লেন অমা লাংনবা পাউতাক পীরম্মী। অহল ওইরবা ইনাকখুনবদো য়ারম্মী। হন্দকসু হাঁঞ্চীনা চাক-ইঞ্জাং মথেলশিংদু থোংলম্মী। লমচৎ খঙবী মৌ অমগুম ইমুংদা লৈহৌরম্মী। মহাক নত্তনা য়ুমগী মীওই পূম্নমক চাক্লেনদুদা য়াওরম্মী।

মরক্তুদা গুরু স্বামী মাগী কাদা করিনো অমা কাউরক্লে হায়দুনা থুনমক হল্লক্কনি হায়রম্মী। হাঁঞ্চী চাকশঙদা থবক তৌরম্মী। মহাক্না তৃমিন্না হাঁঞ্চীগী কাদা চঙলম্মী, মফমদুদা মানা ফৃরিৎ খুদাং য়াওদবা, কোকয়েৎনচিংবা, বীড়ীগী মতেক খরা ফম্মাংদা চাইখাইরম্মী। মদুগী তুংদা মহাক লৈকোন্দা ইনাক খুনবগী মীওইশিংগা চান-থক্লবা

শীল্লিবদুদা চেনখিরম্মী। মহাক মফমদু য়েংবগা নুংশাশ্বর থিংবমখৈ লাউরম্মী, "নহাক্কী নমৌ ওক্তবীনি। মাগী মরূপকা লৈমিন্নবা উরদুনা লাক্লিবনি। ঐদি লৌশিং ফাও তাদ্রবনি। ইকায় খঙদবীসিনা ইমুংগী ইজ্জৎ পূম্না মাঙহল্লে। নুপীগী ইজ্জৎপু করিসু লৈতনা খন্দোক্লিবনি। অঙকপা মতৌনি, মহা পাপকী মশক্লি। পাপীসিনা শাগেসি মাংথোক্লবনি। ইকায় খঙদবী ওক্তবীনি।"

ইমুংগী কান্নবা তৌরিবা মীওইদুগী মচীন্দগী অসিগুম্বা চাক্লবা ৱাহৈ ঙাক্তা তাবসিদা পূম্নমক য়ুম্লোমদা চেল্লম্মী। মখোয়না প্রমাণ পূম্নমক থেংনরম্মী। শাজিনবা অশাওবনা ঙাওরবা গুরু স্বামীনা তাক্লম্মী, "খূদাং য়াওদবা ফূরিৎ (মোজা ফূরিৎ), কোকয়েৎ, ক্বাগী লেমখাক, বীড়ী মতেকশিং, ময়ামসিনা লাউ-লাউদুনা হায়রি, হাঁঞ্চী লমচৎ নাইদবীনি, মাগী কাদো পোৎচৈশিংসি উরুবদা হাঁঞ্চী ঙকখিরম্মী অদুবু কনানসু মাগী শেংদোকপদু তাবিরমদে। মাবু ফূবদা মশাদু অমুবা দাগ ঙাক্তা ঙায়রম্মী। পূম্নমকসি মাগী মায়োক্তা লৈখ্রে খঙবদগী মচীন কাংথোকখিদরে। ওইরিবদুদা মশাবু কৎথোক্লে। কাদা থোঙ থিংজিন্দুনা নুমিৎ হুম্নি চূপ্পা চাক পীজদবে অদু ফাওবা মাবু মরাল য়াহনবা ঙল্লমদে। মহাক্কী মনুং কনবদুনা অমুক্কা হেন্না মপুরোইবা অমদি মকুবোক্কী অশাওবা হেঙ্গৎলম্মী। মশাগী পোরমদা মায় পাকপদুদা গুরু স্বামী হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে, হায়রম্মী, "ফূ চৈবনদি ওক্তবীসিদা ফল ফংলরোই। মাগী মপাপকী মতিক চাবা দন্দি ফংহনগদবনি। মসি উপু অমদা হাপ্তুনা মখুম খুমজিল্লে। অদুগা ঐঙোন্দা পীয়ু, ঐনা মাবু তুরেন্দা লংথখিগে। পাপীদবু য়াম্মা থোৎনা হায়রিনে, মানা তৌবা মানা ফংগদবনি। মদুগী মতিক চাবা দন্দি ফংহনগদবনি।"

অশাওবা অমসুং ইকায়বনা মখোয়বু মমীৎ তাঙহল্লম্মী। মখোয়না হাঁঞ্চীবু চিংদুনা পুরগা উপু অমদা হাপচিল্লম্মী। অদুগা গুরু স্বামীদা পীরম্মী। উপুদু মীনাইশিংবু থাংহন্দুনা গুরু স্বামী চৎখ্রে। মাগী ফত্তবা খুজিন্দা মায় পাকপদুদা হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে।

হৌজিক মহাক মীনাইশিংদগী নাম্থোকপা পাম্লম্মী। তুরেল য়াম্মা থাপ্পী, মরমসিনা মখোয় অয়ূক ফাওবদি উপুদু হনুবীসিগীদা থল্লমউ মহাক শহরগী মপান্দা লৈবনি। হায়রিবা হনুবীদু হাঁঞ্চীগী মমানি মহাক্লা হাঁঞ্চীবু ইনাকখুনবগী য়ূমদা থবক তৌনবা থাখিবনি। মঙোন্দা হায়রম্মী, "উপুসে শাহীং চাবা অঙাওবা হূই য়াওবনি,

অযূক তুবেন্দা লংথখিগদবনি।" মহাক্না হনুবীদা চেকশিনবা হাযবম্মী। অদুগা শোক্লবদা মাবু শেক্তুনা চাখিগনি।

হনুবীদু কিবনা শকফম ওল্লম্মী। গুরু স্বামীনা মঙোন্দা থুনমক হূইদু লৌবগনি হাযনা থাজহল্লম্মী।

মতাক চৎথ্রবা তুংদা উপুদুদগী অঙকপা খোঙ্গেল তাবক্লম্মী। অতানবদাদি হূইনা ঙংলিবগুম খল্লম্মী অদুদগী মাগী মমিং তাবম্মী। হাঁঞ্চীনা হনুবীদু খঙলম্মী অমসুং মতেংগীদমক হাযজবম্মী। হনুবীনা উপুদুগী মনুংদা যেংলবদদি হাঁঞ্চী আশবগুম তাদুনা লৈবা উবম্মী। মহাক নুামৎ কযানিমুক চাবক্রুবনি। মানা মপান্দা লৌথোক্লম্মী অমসুং খবা পীজবম্মী। লাম্নানা থবায খাগদৌববনি। হনুবীদুনা মাগী মবাগবক ঘীবগা অমদি গুরু স্বামীগী ফত্তবা থৌওংশিংগী মবমদা শুগাযনা ওল্লম্মী। হনুবীনা বা পুম্বা মমৎ তানা খঙলম্মী। হাঁঞ্চীবু মানা কা মনুংদা লোৎলম্মী। মাগী মমা ওইবগী থৈশিংবদনা থুনমক উপায অমা খল্লম্মী। লৈবক কযামকম কোয়চৎ চৎলবগা তুংদা অঙাওবা হূই মপু অমা থেংনবম্মী। হনুবীদুনা হূইদুগী মচীন খাজিন্দুনা পবক্লগা উপু মনুংদা থল্লম্মী। মখুমদু খেংদ্রিঙৈদা, মচীন পুনবদু কোমথোকহল্লম্মী।

গুরু স্বামী থুনমক হল্লক্লম্মী। মহাক্না মায পাকপগী মতম হাঁঞ্চী যেংবা পাম্লম্মী। মনম নুংশিবা থাউ চাইবা ফি শেক্তুনা ঈশ ঙংলদনা মনুংদা চঙলম্মী অমসুং উপুদু যেংলম্মী। হনুবীদু কাখবনা নাক্লদুনা হাযবম্মী, "এ্রাদ কিবনা উপুদু শোকপফাওবা শোক্লদে।" গুরু স্বামী মহাকপু কাদুদা মতোমতা লৈনব হাযবম্মী মবমদি মতাক নুংদাংরাইবমগী প্রার্থনা তৌজবা যানবনি।

হনুবীদু চৎথ্রবা তুংদা কাগী থোঙদু মনুংদগী খেংজল্লে। অদগা হাঁঞ্চীদা নুংশিনা কৌবম্মী অমসুং থুনমক উপুগী মখূমদো হাংদোক্লম্মী। উপু মনুংদা শাঈীং চাবা অঙাওবা হূইদু উবদা পাখৎখিবম্মী। হূইগা মচান্দু মতৌন কোঙ্গোন্না খনা চোবম্মী। হূইদু মঙোন্দা চোংশিন্দুনা মচেৎ-মচেৎ চীকখাযবম্মী। গুরু স্বামীনা লাউ খোংবদু তাবদগী যূমথংনবাশিং চেল্লবক্লম্মী। মখোযনা হূইদু হাৎতোক্লম্মী অদুগ্ন গুরু স্বামীবুদি কনবা ঙল্লমদে। গুরু স্বামী শিবগী পাউ তাবদা হাঁঞ্চীগী মপুবোইবা অমসুং ঈমুং মনুংগী মীওইশিং যাম্না ৱাবম্মী।

থা খবগী মতুংদা হনুবীনা মখোযবু চাক্লেন অমদা কৌবম্মী। অচুম্বা ফংদ্রিফাওবা

## খোমজিনবা ফুঙ্গা ৱারীশিং

হনুবীদো ফমদুনা লৈবা ঙম্লমদে। ইনাক খুনবা অমসুং মাগী ইমুংগী মীওইশিংদু হনুবীনা য়াম্না হাউবা মথেলশিং পীজরম্মী। মখোয়গী চানবদুদা চাক্কী মথেল অমা য়াওরম্মী মদু হাঁঞ্চী নত্তনা কনানসু থোংবা হৈরমদে। মদু চারগা হাঁঞ্চী নীংশিংলম্মী অমসুং নীংবা কায়রম্মী। মখোয়না অসিগুম্বা মথেলসি কনানো থোংবনো হংলম্মী। তশেংবদি হনুবীদো য়াম্না হৈশিংলম্মী। পাউখুম পীদ্রিঙৈদা হাঁঞ্চীবু পুরক্তুনা মমাঙদা লেপহল্লম্মী। মখোয়দি মহাক নহান্না তুরেন্দা তাউথখ্রবনি, য়াম্না থাপ্না চৎখ্রবনি মদুদগী কনাসু হল্লকপা ঙম্লরোই খল্লুরবনা হাঁঞ্চীবু উবদা মকু ময়ূমগী মীওইশিংনা মমীৎতু ফাও থাজরমদে। গুরু স্বামীনা মখোয়বু মঙোন্দগী নাম্থোকহল্লবনি অদুগী তুংদা তোল্লবদু ঙাওদুনা শিখ্রবনি। হনুবীদুনা মখোয়দা হাঁঞ্চী অমসুং গুরু স্বামীগী অশেঙবা ৱারী লীরম্মী।

হাঁঞ্চী অমসুং মাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিং নীংঙমদবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মমৌ নুপীদা কয়া ফৎত্রবা ব্যবহার তৌখ্রবনো অমসুং লিনগা পাঙখক ওইরবা গুরু স্বামীগী মরমদা মীচৈ থাদুনা চৈরম্মী অমসুং হাঁঞ্চীদা মখোয়বু ঙাকপীনবা হায়জরম্মী।

হাঁঞ্চীগী অফবা মতম লাক্লম্মী। নুমিত্তুদগী মহাক্কী করিগুম্বা অৱাৎপা অমত্তা লৈখিদ্রে। ❑

কন্নড় ফুঙ্গা ৱারী

# নমথবা য়াদবা মচাগী থৌনা

চক্রবতী নিংথৌরেল অমগী রাণী মরি লৈরম্মী। রাণীশিংদুগী মচানুপা অমমম পোক্লম্মী। নিংথৌরেলগী পুন্সি হরাও-তয়াম্না অমসুং নুংঙাই যাইফবনা মপূং ওইরম্মী। মহাক অচৌ অচৌবা মিংথোল কয়া ফংলম্মী। নিংথৌ কুন্মবি মাগী মখা পোল্লম্মী অদুনা মহাক্কী লৈবাক য়াম্না চাউরম্মী।

পূর্ণিমাগী অতীং অমা মহাক রাণীশিংগা লোয়ননা নোক খেদুনা থৌরী হাইবী শান্নরম্মী। খঙহৌদ্না মঙোন্দা ৱাখল অমা কাওবক্লম্মী। রাজকুমাব মরিমক কৌহল্লম্মী অহলদুদা হংলম্মী, "ইচা ইবুংঙো, নঙ যুবরাজনি। লৈবাকসিগী ওইরগদবা নিংথৌরেল। নঙগী তুংগী করি থৌবাং লৈবগে?"

যুবরাজনা য়াম্না নোল্লুক্না খুল্লম্মী, "পাবুং অদোমগী মতৌগুম চৎচবা ঙম্নবা হোৎনজগনি অমসুং অদোমগুম্না অচৌবা নিংথৌরেল ওইগনি।"

নিংথৌরেলনা অনীশুবা রাজকুমারদসু ৱাহংদুমক হংলম্মী, "ইচা ইবুংঙো,

নঙগী করি থৌরাং লৈবগে?”

“পাবুং ঐহাক রাজনীতিদা খঙ-হৈবা ওইদুনা যুবরাজগী মতেং পাংগনি।”

অহুমশুবা রাজকুমারদসু ৱাহংদুমক হংলুবদা মহাক্লসু খুম্লকখি, “পাবুং অদোমগী মতীক লৈবা সেনাপতি ওইগনি। লৈবাক ঙাক শেনবদা যুবরাজগী মতেং পাংগনি।”

মরিশুবা রাজকুমারগী মতাংদা মহাক্লা পাউখুম্লম্মী, “অদোম চক্রবর্তী নিংথৌরেলনি। লৈবাক কুন্নরি অদোমগী মখা পোনবনি। ঐহাক অদোমদগীসু হেনবা পাম্মী। লৈবাক কয়ামরুম জয় তৌগনি, মপান নাইদ্রবা পৃথিবী ৱাংমগী নুপী মরিগা লুহোংগনি অমসুং অনৌবা শহর শেমগনি।”

নিংথৌরেল শাউরম্মী, “করি হায়বা? ঐঙোন্দগী হেনবা ওইগনি হায়বা? পৃথিবীগী জীব ওইরগা পৃথিবী ৱাংমগী নুপীশিংগা লুহোংগনি হায়রিবা?”

নিংথৌরেল অশাওবনা মশাবু লাকশিনবা ঙল্লমদে। মহাক্লা লাউরদুনা য়াথং পীরম্মী, “মসি শহরগী মপান্দা উমংদা লংথোকউচো।”

অতোনবা রাজকুমারগী মমানা মপুরোইববু শান্তি ওইনবা হায়জ-চৎচ কয়া তৌরম্মী অদুবু হনুরবা নিংথৌরেলনা তাবিখিদে। চাকয়োম লৌরুদুনা পীরগা পিরাং ঈরা চেন্না বিদায় তৌরম্মী।

রাজকুমার অতোনবদু কোনুং থাদোক্তুনা চৎখ্রে। চৎনা চৎনা উমং অমদা থুংলুরে। মফমদুদা নোংশানা ঙংবা শামুশিংনা খোংবা অমসুং লমওক্লা খুর খুর তৌবা নত্তনা করিগুম্বা খোঞ্জেল অমত্তা তারমদে। মহাক উ অমদা কাখত্তুনা ফম্লম্মী অমসুং মদুম তৌনা অহীং লেল্লম্মী। অয়ূক মখাদা কূমথদুনা পৃথ্রীদা ইরুজথোক্লগা শাগৈগী লাই নন্দীদা মাবু ঙাক শেনবীনবা হায়জরম্মী। লাই খুরুম্বা লোইরগা উমংদুদা কোয়না চৎলম্মী। মতমদুদা অমুবা লিন অমা উরকখি। লিন্দুনা হঙোই অমগী মনাক য়ৌরক্তুনা য়োৎকদৌরম্মী। মদুদা রাজকুমারনা চৈনা তাম্থোক্তুনা চেলহনখি। হঙোইদুনা মঙোন্দা তৌবিমল খঙবা উৎলদুনা ঙাঙলকপদা মহাক য়াম্না ঙক্লম্মী, “করিগুম্বা দরকার লৈরবদি ঐবু নীংশিংবিরকউ।” অদুগা ঈশিংদা চোংথখ্রে।

অদুগী তুংদা রাজকুমার মমানা পীরকপা চাকয়োমদগী চাক খরা চারগা নুমিৎ তাদ্রিফাওবা উমংদা কোয়না চৎলম্মী। মমশিল্লকপদা, মধুমখীবু লৈনা চিংশিনবগুম

মাবুসু মৈঙালদুনা চিংশিল্লম্মী। মহাক্না অথাপ্লদা থাউমৈ মঙাল উরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা খাংপোকশঙ অমগী মনাক্তা লেপ্লুরে অদুগা কন্না লাউরম্মী, "কনা লৈবগে?" থুনমক হনুবী অমা মপান্দা থোরক্লম্মী অমসুং মাবু ইমুংদা পুনিশবীরম্মী। হনুবীদুনা নুংশিনা হায়রম্মী, "নঙ চোকথবগুম উরে, খোঙ-খূৎ হামদোকউ অমসুং পোত্থারো।"

হনুবীদুনা মঙোন্দা উমংসিদা করি তৌরল্লিবনো হংলম্মী। রাজকুমারনা ৱাফম পূম্নমক তাক্লম্মী অমসুং হনুবীদুনা মতোমতা উমংদা করিগী লৈরিবনো হায়বদু হংলম্মী।

"ঐগী ইমিং হংসিরা ইবেন কৌই। ঐগী ৱারী য়াম্না শাংই। হৌজিক নঙ পোত্থারো, কোন্না লীরগে।" অদুবু রাজকুমারনা মতমসিমক্তদা হনুবীদুগী হৌখিবা পুন্সিগী ৱারী খঙনিংবগী অপাম্বদু ফোঙদোক্লম্মী অদুনা হনুবীদু ৱারী লীবা হৌরক্লম্মী।

"ঐহাক য়াম্না চাউরবা ঋষি অমগী মচানুপীনি। পাবুংদো অকনবা তপ তৌবগীদমক ফাওরম্মী। অদুবু নোংমদি মহাক ঈরাংদা মমীৎ তাঙলম্মী অমসুং ইমাগী তুং ইন্নরম্মী। ইমানা মপুরোইববু ঈরাংদা পঙথদুনা লৈবদো পাল্লমদে অদুনা মাবু য়াম্না থেল্লম্মী অদুবু পাবুংদু ঈরাংদুদা অঙাওবগুমখি। ইমাবু নমজা নমথেক্লদুনা হকতিন্নখি। মাগী অপেনবা ওইজখি। অদুগুম্বা সংয়ম কায়বদুগী মহয় ওইনা ঐ পোক্লকখি। পাপকুম শকথীবী। ঐ পোক্লবা মতম খরা লৈরগা পাবুং নঙনা শমদুনা লাকখিবা বনদো অদুদা উহৈ থিবা চৎখিবনি। মফমদুদা কৈ অমনা মচেৎ মচেৎ শেত্তুনা চাখি। মতম খরগী তুংদা ঐগী ইমাসু লৈখিদ্রে। ঐহাক মমা মপা লৈজদবা অঙাং ওইহৌরে। ঐনা খঙজে ঐসে য়াম্না লাইবক থীবীনি। মরমসিনা ঐহাক বনদা অসুম লৈরে, করিগুম্বদা খুঙ্গংদা চৎলুদ্রে। ঐগী অয়াম্বা মতম তপ, ধ্যান, সন্ধ্যা অমসুং পূজাদা লেল্লম্মী। অঙকপা ৱাফম কয়া ঐনা থেংনৈ অকনবা তপ তৌবদগী ঐহাক্না শক্তি কয়ামরুম ফংলম্মী। হায়বা য়াবসু কয়া লৈরি, মদু লৈখিসনু চৎলো তূম্লুরো।"

রাজকুমার মাগা লোয়ননা লৈরম্মী। ষণ শেল্লম্মী। হনুবীনা মহোন্দা য়াদবা অমখক থল্লম্মী। ষণশিংদু হোইদুনা চৎপা মতমদা অৱাংথংবা মায়কৈদা চৎকনু।' রাজকুমার চৎলমদে অদুবু নোংমদি মাগী খঙনিংবদু থিংদুনা থম্বা ঙল্লমদে। য়েংবা য়াদ্রিবসি করি লৈবনো। মহাক্না ষণ হোইদুনা অৱাং থংবা মায়কৈদা চৎলম্মী।

### খোমজিনবা ফুঙ্গা ৱারীশিং

অদোমদা ফজরবা দৃশ্য সনানা হক্তুনা শাবা জীবশিং অমসুং সনাগী চেক্লা চনবা ফজরবা কুন্দ উরুবদা ঙকপনা থেংলম্মী। কুন্দদুদা অশংবা, অঙাংবা, গুলাবী, শংবান্নবী অমসুং নাপু মচু মানবী ঙা কয়ামরুম্না চাদুনা শান্নরম্মী। কুন্দদুগী মনাক্তা জাম পাম্বী অমা হৌরম্মী। মহাক্লা জাম পাম্বী মরুমদা ফমথবদা ঙায়রি। খঙহৌদনা মপান নাইদনা ফজরবী নুপী মবিখক মফমদুদা থোরক্লম্মী। মখোয়দু আকাশতগী কুমথরকপগুম তৌখি। রাজকুমারনা জাম পাম্বী মরুমদগী মখোয়বু য়েংলম্মী। পীতাম্বর কৌশিয়া সাড়ীশিংদু লৌথোক্তুনা কুন্দদুদা চোংথরম্মী অমসুং জলকেলী শান্নরম্মী। করম্বা নুংগী ওইবা থৌইশিননো খঙদে রাজকুমারনা সাড়ী অমা পায়খত্তুনা চেল্লম্মী। সাড়ীদু ইন্দ্রগী মচানুপীগী ওইরম্মী, রাজকুমারনা সাড়ী পুদুনা চেনখিবদু উবদা থুনমক ঈশিংদগী কাখত্তুনা মাবু তান্নরম্মী, "হে নুপা, লেপউ, নঙ য়াম্না ফজবা অমসুং থৌনা ফবনি, ঐহাক নঙোন্দা লুহোংগে, লেপউ অমসুং লৈদুনা ঐঙোন্দা য়েংলকউ।" রাজকুমার তারিবদু থাজরমদে। মহাক লেপ্লম্মী। ইন্দ্রগী মচানুপীনা থুনমক মখূত্তগী সাড়ীদু মুনখ্রে। মহাক নূং ওন্দুনা লৈহৌরে।

হনুবীদো রাজকুমারনা নুমিদাংৱাইফাও য়ূমদা হল্লক্তবদুদা নুংশা থীরম্মী অদুনা থাউমৈ অমসুং চৈ পায়দুনা থিবা থোরক্লম্মী। মায়কৈ অতৈদদি মাগী খূদম অমত্তা উবা ফংলমদে। অদুনা হনুবীদু খঙখিরম্মী মহাক শোয়দনা অৱাং মায়কৈদা চৎলমগনি হায়বসে। অৱাংদা চৎলুবর্দদি রাজকুমার নূং ওন্দুনা লৈমায়দা তাদুনা লৈরম্লে। হনুবীদুনা নূংদুদা মাগী চৈনা ফূরম্মী। নূংদুদা থৱায় লাক্লম্মী অমসুং রাজকুমার হৌগত্তুনা লেপ্লম্মী। খুদোংথীবা থোক্তনবা মখোয় থুনমক য়ূমদা হল্লক্লে। লম্বীদা হনুবীনা চৈরম্মী, "ঐনা নঙবু অৱাং মায়কৈদা চত্তনবা হায়বা নৎত্রা?"

"হোয় ইবেন নঙনদি হায়খিবনি অদুবু ঐনা খল্লি মফমসিদনি ঐনা নীংবা থুংগদবা, মরমসিনা ঐহাক লৈবা ঙম্লমদে। অচুম্বনি ঐহাক অমুক হন্না মফমসিদা চৎনিংই।"

"ফরবনি, চৎপা পাল্লবদি চৎলু অদুদা ৱাফম খরদি নীংথিনা তারগা চৎলু। নঙ ষণশিংদি হোইদুনা পুগনু। মপান নাইদবী নুপীশিংদুগী শক্তম অমদি নুংশি ৱাহৈদা থাজরুনু, তুংদা সাড়ী পায়দুনা চেল্লকপদা য়ূম য়ৌনবা চেল্লকউ, অদুগী তুংদি ঐনা থেংনরগে।"

মথং নুমিত্তা অয়ূক রাজকুমারনা খরা চা-থক্লগা য়ূমদগী থোরক্লম্মী। মহাক চুমদ্রিং ফজরবা কুন্দদুগী মপান্দা চৎলম্মী অমসুং জাম পাম্বী মরুমদা লোত্তুনা লৈরম্মী। ঙসিসু মপান নাইদনা ফজরবী মরিদু লাক্লম্মী। মহাক্কী মীৎমাঙদা সাড়ী লৌথোক্লম্মী। অয়েকপা লাইগুম খোঙদগী তোনফাওবা য়েংদুনা লৈরম্মী। অঙৌবা কুচু সাঞ্চাদা হকপা, মপূং ফাবা হকচাং, কাজল তৈরবা মীৎ, থাজগুল্লবা মায়থোঙ, নীংদু য়ৌনা য়ৈরবা লেঙ-লেঙ চৎলিবা অমুবা শম্লাং, খরবুজগী মতৌগুম মওং তারবা থা। ইহে: কয়াদা শুমহৎনীংঙাই ওইরবা যৌবনগী শক্তম। সাড়ীশিং, মোতিগী লৈতেংশিং লৈমায়দা থম্নগা ঈশিংদা চোংথখ্রে। রাজকুমার লোৎলিবদুদগী থোরক্তুনা ইন্দ্রগী মচানুপীগী সাড়ী পুদুনা য়াঙনা চেল্লম্মী। ইন্দ্রগী মচানুপীনা বিজলীগী মতৌগুম ঈশিংদগী কাখত্তুনা মাবু তান্নরম্মী। মহাক্না য়াম্না কৌই, কপ্পী অদুবু রাজকুমার মহাক্কী লৌশিংদা থাজদ্রে। চুমদ্রিং লাক্তুনা খাঙপোকশঙ য়ৌরগা সাড়ীদু হংসিয়াদা শিন্নরম্মী। হনুবীদুনা থুনমক রাজকুমারবু অঙাং ওলহন্দুনা নাউশুমদা হাইদুনা লৈরম্মী। মায়াগী শক্তিনা সাড়ীদু অঙাংদুগী খূকউ মখাদা লোত্তুনা থম্লম্মী। মীৎকূপ খরগী তুংদা ইন্দ্রগী মচানুপীদু মফমদু য়ৌরক্লম্মী। মহাক্না নুংশাশ্বর মপী হোল্লদুনা হনুবীদুদা হংলম্মী, "অদোম্না কনাগুম্বা অমা সোমদা চৎখিবা উহৌব্রা? পাখঙ অমা?"

"পাখঙ নত্তে ঐদি কনাবু উখিদে। ঐহাক কুইরবনি ফমদুনা লৈরিবা।"

'মহাক অসিৱাইদা লোৎলম্বা য়াই।"

"পাল্লবদি থিয়ু অদুবু অহানবদা নশাগী ইকায়বদু ঙাকউ, ফি য়াওদনা চৎপদি হৌনদে, সে লৌরো লশিং ফিসিনা শেৎচিল্লু।" ঙাইহাক লৈরগা মাবু খরা ৱাহল্লবা তুংদা হনুবীদুনা হায়রম্মী, "সাড়ী কদায়দা লৈবগে ঐ খঙই, করিগুম্বা নঙনা নহাদুগা লুহোংবা য়ারবদি নঙগী সাড়ী অমুক হন্না ফংগনি।"

ইন্দ্রগী মচানুপীনা ৱাফমদু য়ারম্মী। হনুবীদুনা অঙাংদু অমুক পাখঙ ওম্লোক্লম্মী অমসুং খূদক্তা খাঙপোকশঙদুদা লুহোংনবগী থৌরম পাঙথোক্লম্মী। পুরোহিতকী থবক হনুবী মশামক্তা তৌরম্মী।

মতম খরগী তুংদা মখোয়না হংসিয়া ইবেন্দগী বিদায় লৌরম্মী। রাজকুমারদি অতোপ্পা অহুম অমগসু হোংগদবা লৈরিবনি।

রাজকুমার অমসুং মহাক্কী স্বর্গলোক্কী লোয়নবীগা ৱারী শানদুনা চৎলম্মী।

মখোয়গী ৱারীদু লোইবা নাইরমদে। চৎনা-চৎনা শহর অমদা থুংলুরে। মীওইশিংদুনা মমীৎ নোইর-নোইরদুনা মখোয়গী ফজবদু যেংলম্মী। মবানীবু কৃষ্ণ অমসুং রুকমনীগুম ফজনা উরম্মী। জগৎকী ফজবা পূম্বনা মবানীগী হকচাংদা চঙজফম লৌদুনা লৈখ্রবগুম্মী। মখোয়বু উবদা অসুক্কী মতীক শুমহৎখিদুনা মখূৎ চীকথৎলম্মী। উয়ানবা অমগী য়াল্লিবা মপাদু শোয়দুনা মখোঙদা শীংজংনা যানশিঞ্জরম্মী। মীতোপশিংদু য়েংবদা শহরগী মীওইশিংদু জ্ঞান মান তাখিরমদে।

রাজকুমারনা অপীকপা য়ূম অমা ভারাদা লৌরম্মী অমসুং ইন্দ্রগী মচানুপীগা লোয়ননা লৈরম্মী। মফমদুগী নিংথৌনা মাবু কোনুংদা থবক অমা তৌহল্লম্মী। নোংমা রাজকুমার মাগী নুপীগা লোয়ননা থৌবী হাইদুনা শান্নরম্মী। মতমদুদা নিংথৌগী মনাই খরনা মাগী তলব থিনবা লাক্লম্মী। মাগী নুপীগী ফজবদু উরুবদা ঙকখি। মখোয় চেন্না চেন্না নিংথৌগী মনাক্তা য়ৌখ্রে অমসুং মচেৎ মচেৎ ওইনা তল্লম্মী, "মহারাজ অতোপ্পা লৈবাক্কী সেবক্কী নুপীদো কয়া য়াম্না ফজে মদুদি অদোমগী মতীক চাবীনি। মহাক্কী খূৎফজদুদি চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবনি। করিগুম্বা অতোপ্পা লোক্কী ওইরবোহ নীংই।"

নিংথৌদু অচুম-অবানগী ৱাফম খন্তবা ঙমখিদে। মঙলান্দুগী তাইবংদা চাক্তাবা হৌরক্লম্মী। মাগী ফজবগী শীংথাবদু তারুবগা মাবু ফংনিংবগী অপাম্বদু যাঙখৎলম্মী।

মথংগী নুমিত্তা রাজকুমাব নুমিৎ খূদিংগী মতৌগুম রাজসভাদা চৎলম্মী। নিংথৌ লৈরমদে, হংলুবদা পৃক্তা অকিবগী মশক ফংনা নারে হায়বসি খঙলকখি। মথাক থুনমক নিংথৌগী কাদা চঙলম্মী অমসুং খুরুমজবে 'মহারাজগী জয় ওইসনু।'

"নহাক উবদা ঐদি য়াম্না নুংঙাইরে, কায়নখ্রবা ইনাও উনবগুম খল্লি। ঐগী পূক্নুংদা অশোকপা অমা লৈবে। মাইবনা মসিগী হীদাক অমা লৈ হায়, কোর্কোতকা লিনগী হূ, ঐগীদমক হূসি কনানা লৌবিকুগনি।"

রাজকুমারনা অহল ওইরবা নিংথৌগী লৌনম করি খঙলুনি। মহাক্না হায়রম্মী, "মদুনা নিংথৌগী থৱায় কনবা ঙমগদবা লৈরবদি অকিবা ফংলবা কোর্কোতকাগী হূদু লৌরুগনি, মদু কদায়দা ফংগনি।" খন্না-খন্না ময়ূম যৌরক্লম্মী। ৱাখন্দা লূপখিদুনা চাবা থকপা কাউরম্মী। ফীভমসি উরুবদা মাগী নুপীনা হংলুবদা নিংথৌগী অনাবগী মরম, মদুগী লায়েংনবা হীদাক্কী মরমদু তাক্লম্মী।

ইন্দ্রগী মচানুপীনা থুনমক মাগী অৱাবদু কোকহল্লম্মী। অৱাংবা জম্বু চীংশাংদগী

খবা চৎলগা শেশান্দ্রি চীংশাং পবেং লৈ, চীংশিংদুদা তাম্না উ-খাদা লিনশিংগী মকোল থেংনগনি। ঐগী চিঠিসি নঙনা মকোন্দুদা থাদখো অমসুং ঙাইয়ু।"

রাজকুমার চাক চাবগা চিংনবা লৈতনা তূমথখিবম্মী। অযূক ওন্না হৌগভুনা মাগী খোঙচত্তুগীদমক খোবক্লম্মী। লম্বীদা উ পাম্বী অমদা মিবাং মহুম থেংনবম্মী মদুদা উচি জাৎকী জীব মচা অমা পন্দুনা লৈবা থেংনবম্মী। মহাক্না যাম্না চেকশিন্না হোৎনদুনা জীবদু লাংদগী লৌথোক্তুনা কনবীবম্মী। মফমদুদগী শেশান্দ্রি চীংশাংদা লিনশিংগী মকোন্দা চৎলম্মী অমসুং নুপীনা পীবা চিঠি মকোন্দা থাদবম্মী। থুনমক মনুংদা লাঙবা তাবম্মী। লিন কযামকম মপান্দা থোবক্লম্মী। মাবু মনুংদা পুশিল্লম্মী। লিন নিংথৌগী মনাক্তা পুশিল্লম্মী। "হো পাতাল লোক্কী লিন নিংথৌ। চিঠিসি ইন্দ্রগী মচানুপীগীনি ঐহাক নচানুপীগী মমান্নবীনি। চিঠি পুখ্রিবদু ঐগী নুপানি, পৃথিবীদা ঐগী মরূপ অমত্তা লৈতে। ঐগী নুপাগা লোযননা নচানুপীগী লুহোংবীযু, অদুগা মাগা লোযননা থাবকউ। ঐহাক অদোম্বু থাজবা থমজবি। ঐখোয অনী অমনা অমবু ফংবদা নুংঙাইনা লৈগনি, লোযননা ঐগী নুপাগী অনীংবা অমতংদা থুংহনবীযু। মাগী অনীংবদুদি মানা অদুম হাযজগনি।"

লিন নিংথৌনা রাজকুমারবু যেংবদা ফনা উবম্মী। মহাক্না নুমিত্তুদা মচানুপীগা লুহোংবীবে। মথংগী নুমিত্তা মখোয অনীবু বিদায তৌবম্মী। লিন নিংথৌনা থাজবা যাবা মনাই খবনা মখোযবু জম্বু দ্বীপ ফাও থিলহল্লম্মী। কোর্কোৎকাগী হূ লীক্লি অমসু পাবম্মী। যুম যৌবে, অঙাং ওইবিবেঁগী মতাশিংদু অমনা অমব লেপ্সোন্নবম্মী।

মথংগী নুমিত্তা রাজকুমার অকিবগী মশক ফংলবা হূগী লীক্লিদু পুদুনা নিংথৌগী মনাক্তা চৎলম্মী। নিংথৌনা লম্পাক্তা চেকশিন্না লীক্লি মখূম হাংদোক্লনবা হাযবম্মী। লীক্লিগী মখূমদু খজীক হাংদোক্লবদা লম্পাক্তা হৌবিবা মঙ্গে পাম্বীদু মৈ হৌনা চাক্লম্মী। উনা উনা উপাম্বীদু উৎ ওল্লম্মী। নিংথৌনা হূদু লৈবাক্তা ফুমজিলহল্লম্মী। নিংথৌগী অহানবা লৌনম মতম্ যানখিদ্রে।

থামুক্কী মতুংদা নোংমা ছুটি নুমিৎ অমদা নিংথৌ মনাইশিংনা মীবৈবাক্কী রাজকুমারদুগী তবল পীবা লাক্লম্মী। হূন্দকমুক্তি মখোযনা নুপী অমত্তা নৎত্রে ফজবরী অনী উবম্মী। কোনুংদা চৎলগা নিংথৌদা মখোযগী ফজবগী মরমদা শুমহৎনিংঙাই ওইনা বর্নন তৌবম্মী। মীবৈবাক মচাগী চাংদাম্নিংঙাই লৈত্রবী নুপীশিংদু ফংনিংবগী

অপাম্বগী খোঙজেল য়াঙখৎলম্মী। মহাক ধর্ম্ম-কর্ম্ম অমদি মপোক কয়াগী ৱাখল তৌরমদে। রাজকুমারবু অমুক কৌহল্লম্মী। অমসুং মঙোন্দা হায়রম্মী, "কোক্তা অকিবগী মশক ফংলবা অনাবা অমা লৈরে, মদু গুন্তীর মহাও তৈরবদি ফবা য়াই, অদুগুম্বা হীদাক্তু নঙ নত্তনা পুবিরক্কবা কনাসু লৈতে।"

রাজকুমার ৱাখলদা লূপ্তুনা হল্লক্লম্মী। নুপী অনীমক্লা শ্বর অমত্তদা হংলম্মী, "থৱায়গী মপু, করি তৌবগীনো অদোমগী মায়থোঙ মকশিল্লিবদুবো?" মহাক্লা নিংথৌনা করি পাল্লিবনো হায়বদু হায়দোক্লম্মী। গুন্তীরগী মহাও কদায়দগী ফংলুনি, হায়বসু খঙহল্লম্মী। মহাক্কী নুপী অনীমক্লা য়াম্না চম্বা ৱা ওইনা খল্লম্মী। মখোয় অনীমক চিঠি ইরম্মী মদু লোইরগা হায়রম্মী, "হয়েং চিঠিশিংসে সমুদ্রদা লংথখো।"

রাজকুমারগী অৱাবা কোক্লে। অয়ূক নুমিৎ থোক্ত্রিঙৈ নুপীশিংদুনা তাকপা মায়কৈদা চৎখ্রে। লম্বীদা নহা ওইরিবা গুন্তীর অমা অকংবা লৈমায়দা উপায় লৈতনা লৈরম্মী। চেকশিন্না থাঙ্গৎতুনা তুরেলদা থাদোকপীরম্মী। ঈশিং হেক শোকপগা গুন্তীরনা হায়, "ফরবা মীওই, নঙনা ঐবু কনবীরে, করিগুম্বা খুদোংথীরবা মতমদা ঐবু নীংশিংলকউ," ঈশিংদা লূপখ্রে।

রাজকুমার সমুদ্র মপান্দা থুংলবগা চিঠি অনীদু ঈথক্তা শিন্নরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা গুন্তীর মরি লাক্তুনা মাবু সমুদ্রগী নিংথৌ মনাক্তা পুরম্মী। নিংথৌনা চিঠি পারগা য়াম্না থৌনা লৈনা মচানুপীবু শিন্নরম্মী। মহাক্লা অউনপোৎ ওইনা খ্বাইদগী অথোইবা হীরা পীরম্মী। গুন্তীর মহাও পীবসু কাউরমদে।

রাজকুমার য়ূমদা লাক্লম্মী। চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবী ফজরবী অহুমদু হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মখোয় মশেল অফ-নুঙাই হংনরম্মী। নোংমসু লেল্লগা রাজকুমারনা গুন্তীর মহাওদু নিংথৌদা পীরম্মী। অদুদা নিংথৌ আশা কায়খি।

মথং থাগী তলব পীবা লাকপদা রাজকুমারগা লোয়ননা চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবী অহুমদুনা হরাওনা নোক-খেদুনা লৈরম্বা উবদা মমীৎ থকখ্রে। মখোয় মরি থৌরী হাইবী শান্নরম্মী। মীনাইশিংনা নিংথৌদা চুমদ্রিং চৎতুনা তম্লুরে। পৃথিবীসিদা মখোয়গুম্না ফজবী কনাসু উখিদ্রি। মখোয়বু ফংনিংবনা নিংথৌ ঙাওরম্মী।

মথংদি নিংথৌনা রাজকুমারদা হায়রম্মী, "নঙদি তশেংনা থৌনা ফবনি। ওইথোক্তবা থবকপু ওইথোকহল্লি। নঙ স্বর্গদা চৎলগা ঐগী পাবুং ইমা অমদি ইচীন

ইনাওশিংগী য়াইফ-নুংঙাই হংলুরগা লাকপা ঙমগদ্রা? মদু নহাক নত্তনা কনাসু পুরকপা ঙল্লোই।”

“অদোমগী য়াথংনি মহারাজ।” রাজকুমার ময়ূমদা নুপীশিংগা তানবা চৎলম্মী। মতারোই অহুমদু অহীংদুদা চিঠি চাম্মা ইরম্মী। চিঠিশিংদু বোরাদা হাপচিন্দুনা রাজকুমারদা পীরে।

রাজকুমার মৈগী কুন্দ শেম শাবা লোইরগা মৈনুংদা চোংথখ্রে। মৈ নিংথৌনা মাবু মাগী লোক্তা পুরম্মী। লাইয়াম্মা চিঠিশিংদু পারম্মী। মৈগী নিংথৌনা মচানুপীবু পৃথিবীদা অমুক্হন্না থারম্মী। লম্বীদা ঈচেন্না ককচেং মকোন্দা চেনশিনবা থেংনরম্মী ককচেংশিংদু কনবীনবগীদমক অতোপ্পা মায়কৈদা ঈচেল থৈদোকখ্রে।

ময়ূমদা চমজরবী নুপীশিংদুগা নুংঙাইনা পোথারম্মী। মথং নুমিত্তা নিংথৌ অমদি মন্ত্রীগীদমক চিঠি অমমম পুদুনা লাক্লম্মীই। নিংথৌগী চিঠিদা ইরম্মী—

কুইনা পুন্সিয়ু,

নহাক্কী পাউ পুবদগী পাউ তাবদা য়াম্মা নুংঙাইরে। ঐখোয় মফমসিদা য়াইফরি। লাইশিংগা চান্না লৈরি অমসুং খুদোংচাবা পূম্নমক ফংই। নঙসু ঐখোয়গা উনবা করিগী লাক্লিবনো? নঙনা পাম্লবদি মতম পূম্নমক্কী ওইনা লৈবসু য়ানি। নঙগী পাউ পুবনা লাকপগুম লাক্দবনি অতৈ পাম্বৈ লৈতে। নঙনা লাকপা থৌরাংনা ঙাইহি।

নহাক্কী নপাবুং।

নিংথৌ অমসুং ফৎত্রবা মন্ত্রীদু চিঠি পারগা মতু চুংলম্মী। হকচাংগা লোয়ননা স্বর্গ চৎনবগী অপাম্বনা তুখোঙ খূদিং জগোয় শারম্মী। নিংথৌনা নুমিৎ থোক্লিঙৈ চাউরবা মৈগী কুন্দ শেম শানবা য়াথং পীরম্মী। ঙাইহাত্তংদা যূমথোঙ খূদিং পাউ শন্দোকখ্রে মৈগী কুন্দদা চোংথনবগীদমক শহর পূম্বা লাক্লম্মী। পূম্নমক স্বর্গগদা মরী মতাশিংগা উননীংবনা লাঙতক্লরম্মী। বাজকুমারনা মখোয়বু থেমজিল্লম্মী “মরুপশা তপ্থখো। হান্না মহারাজ অমসুং ইকাইখুম্নজরিবা মন্ত্রীবু থাখিসি।”

অশেংবা ফিরোল শেৎ-চাদুনা নিংথৌ অমসুং মন্ত্রী মখোয়গী অহল-লমনশিং অমসুং মনাই-মশলশিংগী লোয়ননা মৈনুংদা চোংথখ্রে। উনা উনা মৈনা চাক্লুনা উৎ ওনখ্রে।

“নমীৎতু পাঙথোক্লুনা য়েংউ। ফৎত্রবা নিংথৌ অমসুং লমচৎ য়াওদ্রবা মন্ত্রী

শিখ্রবনি। মৈসিনা মখোয়বু স্বর্গদা নত্তে নরক্তা পুদুনা চৎকদৌরিবনি। নশা নশাগী যূমদা চৎখ্রো অমসুং নুংঙাইনা লৈয়ু।"

নিংথৌগী কাদগী রাজকুমারনা চে অমা ফংলম্মী। মদুদা ব্রাহ্মণ অমগী মমিং ইরম্মী। মহাক্না থুনমক ব্রাহ্মণদুবু থিদুনা পুরক্লম্মী অমসুং নিংথৌগী লুহুপ উপ্পীরম্মী। ব্রাহ্মণনা হায়রম্মী, "ঐহাক লায়রবা ব্রাহ্মণ অমনি অসুম্না অসুম লৈহনবীয়ু। ঐদি করিসু পামজদে। ঐনা লৈবাক লৌরুদুনা করি তৌরুনি। লৈবাক শাসনদি নঙনা পুরো।"

রাজকুমারনা মাবু থেন্নম্মী, "নত্তে, মসি পূম্নমক অদোমগীনি। ঐনা হায়রিবসিনি, তুংদা ঐনা করিগুম্বা সোমদা লাক্লবদি চঙজফম পীবিয়ু অদুদগী হেন্না পামজদে।"

শহরদু থাদোক্লুনা নুপী মরিগা লোয়নননা উমংদা চৎখিরম্মী। মফমদুদা মখোয়গী মতেংনা চাউরবা শহর অমা শেমগৎলম্মী।

অসোমদা মাগী পাবুংগী য়াম্না ফত্তবা মতম ওইরক্লে। চক্রবর্তি নিংথৌরেল মহাক্কী লৈবাক অমসুং সম্পত্তিদগী লাম্থোকপা তারে। পুন্সি হিংনবগীদমক উ য়ান্দুনা, শীং চন্দুনা হিংবা তারক্লে। লম কোয়বদগী লক্সাঙনদুনা নোংমদি অনৌবা শহরসিদা থুংলুবে। রাজকুমারনা কোনুংগী মিহুৎথোঙদগী মখোয়না চৎখিবদু উরম্মী। মানা মখোয়বু ইকাইখুম্ননা কৌরম্মী অমসুং মখল খূদিংগী নুংঙাই য়াইফবা ফংহল্লম্মী।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা রাজকুমার অমসু মাগী মচীন মনাওশিং শাদান্নবগীদমক চৎপা লেপ্লম্মী। চৎত্রিঙৈ মমাঙদা মহাক্না নুপী অহলগী পীতাম্বর কৌশিয়া সাডী মমাদা চেকশিন্না থম্নবা পীরম্মী। সাড়ীসে কনাদসু পীথোক্কনু অমসুং মীৎমাঙদা থম্নবসু হায়রম্মী। মতমসিদা বাজকুমারগী নুপী মরিমক ইরুজরম্মী। করম্না নুপী অহলদু না মাগী সাডীগী মরমদা খঙখিবনো খঙদে, মনেমদা য়াম্না নুংশিনা হায়রম্মী, "ইমা, অনৌবা কৌশিয়া সাড়ীদো খরা য়েংজগে, কয়া ফজরিবনো? অদোমগী য়াথং ফংলবদি ঐহাক নোংমতং শেৎচগে?"

মনেম্না হায়রম্মী, "নত্তে মসি ঐনা পীবা ঙমদে, নখোয়গী নপুরোইবনা কনাদসু পীবা য়াদে হায়রম্মী।"

"করিগীনো? ঐঙোন্দসু য়াদবরা?" মমৌনা মচীন পোমথোক্লুনা হায়। মমৈদা

মাগী ইচম চমজবী হনুবী মনেম্বু মাগী লৌথুপ লৈবী ৱাহৈনা পেলহল্লম্মী অমসুং সাউী লৌরম্মী। কনাগুম্বনা খঙদ্রিদৈঙে চাংদম্মিংঙাই লৈত্রবী নুপী মরিদু সাড়ীদুনা মশাবু য়েৎশিল্লম্মী অমসুং আকাশতা পাইখৎখিরম্মী। শহরগী মহুত্তা হান্নগী উমংদু অমুক হনজিল্লে। তোল্লবী হনুবীদু কপহৌরে।

অসোমদা শা তানবা চৎখিবা রাজকুমাব অমসুং মাগী মচীন মনাওশিংদু খঙহৌদনা মায়কৈ মরিদা কোয়শিল্লকপগুম তৌবক্লে। উমংদুসু হেন্না কুংশিল্লক্লে। মচীন মনাওশিংনা মঙোন্দা হংলম্মী, "মসি করি তৌরিবনো?" রাজকুমারনা হায়রম্মী, "মসি পূম্বা ইমানা তৌরিবনি।" থাঙনা মোংশোং অমসু উরী কক্কুনা লম্বী শেম্ল শেম্লদুনা হান্নগী মফমদু য়ৌরক্লম্মী। মদুদা মমানা নীংবা কায়না কপ্পুনা লৈবা থেংনবম্মী।

রাজকুমারনা ব্রাহ্মণ অমনা লৈবাক ঙাক্কুনা লৈবিবা মফমদুদা মখোয়বু পুরক্লম্মী। মখোয়গী সেবা ফংবদা ব্রাহ্মণদু হরাওবম্মী। মচীন মনাওশিং মফমদুনা থনম্লগা রাজকুমাবনা তথক্লবী নুপীশিংদু থিবা থোরক্লম্মী।

লাইরৈবাক্তা নুমিৎ খরনিগী তুংদা রাজকুমারগী নুপীশিংদুনা মাবু নীংশিংবনা ওৎপা হৌরক্লম্মী, মখোয়না মহাক্কা লোয়ননা শান্নবা কযাদো নীংশিংলম্মী। মাগা উননিংবনা লাঙতক্লরম্মী। অদুনা অমুক হন্না পৃথিবীদা লাক্লম্মী। মখোয়না রাজকুমারনা পান্দম খঙদনা লম্মাঙনদুনা কোয়চৎ-চৎপা থেংনরম্মী। বাজকুমারবু মখোয়গা লোয়ননা চৎনবা হায়জরম্মী।

ইন্দ্রগী মচানুপীনা হায়রম্মী, "চৎলগা ঐগী পাবুংগা উনৌ, মাগী অয়াবা ফংলবদি ঐখোয় মরিমকপু অমুক ফংগনি। ঐবু ফাদুনা পুবা মতমদগী নঙনা মাগী অয়াবা লৌখিদে।"

"অচুম্বনি। ঐ চৎকনি, নপাবুংদগী অযাবদু ঐ শোয়দনা লৌগনি।" মখোয়না রাজকুমারবু ঙাগী মওং ওন্থোক্কুনা ঈশিং পাত্র অমদা হাপ্পুনা লাইরৈবাক্তা পুখ্রে। মফমদুদা অমুক মী ওন্থোক্লম্মী অমসুং মখোয় মাঙখ্রে। 'অফবী নুপীশিং' রাজকুমারনা মুরুম মুরুম শোল্লদুনা হং হংদুনা ইন্দ্রগী কোনুংদা থুংলুরে। পৃথিবীদা লৈবা মীবু মফমদুদা উবাদ পূম্নমক্কা ইঙক ঙক্লম্মী। ইন্দ্রগী মনাক্তা থুংলুবদা মাগী ৱারী তাবগা মোমোন নোক্লদুনা হায়বম্মী, "নঙনা কন্যাশিংসিবু পাল্লবদি নশামক মখোয়গী মতীক

চাবদু উৎপা তাই, ঐনা হায়বা থবক মবিখক তৌবা তাই। মসিদা নঙনা মায পাক্লবদি মখোয মবিমক অমুকহন্না নঙগী ওইবগনি।"

ইন্দ্রনা পাক্লবা লম্পাক অমদা থোইদিং তেঙ্গোৎ অমা হৈদোক্লে। "নহাক্লা অকক্লবা পূংশিং অমদা খূনজিনবা ঙম্লবদি মৈ নিংথৌগী মচানুপী নঙগী ওইবগদবনি।"

বাজকুমাব মিপাইবম্মী। খঙহৌদনা ককচেংশিংদু নীংশিংলক্লে, মখোযবু ঈশিংনা চেন্থখিগদৌবদগী কনবীখিবদো। নীংশিংবদা ককচেং মশীং থীঙমদনা লাক্কুনা মাগী অনীংবা মতুংইন্না থোইদিং খুনজিল্লগা মপৈ মপৈ পৈখৎলম্মী। অসুম্না খ্বাইদগী অতোনবীদু অমুক হন্না ফংলে।

মথংদা ইন্দ্রগী খূদোপ্তু লুববা গুহা অমদা থাদবম্মী। মদু লুবদা লৈখা লৈত্রবোই নীংলম্মী। অদুগা খূদোপ্তু থিদুনা পুবক্লবা হাযবক্লে। মীৎকুপ্তুদা মানা কনবিখিবা হুঙোইদু নীংশিংলম্মী। থুনমক লাক্কুনা গুহাদা চোংথখ্রে। থুনমক হল্লক্লে। কবিগীনো হংবদা লিন মযাম লৈখাদা খুদোপ্তু শঙদুনা লৈবে, হাযবম্মী। হুঙোইনা মচা বেঙ্গচাবৃ লিনলোমদা থাজিল্লম্মী। মাবু যোৎনবা লিনশিংনা তাখৎখ্রিঙৈদা মানা লৈখাদগী খূদোপতু মথক্তা পুদুনা লাক্লম্মী। মতৌ অসুম্না বাজকুমাব ঈশিং লমগী বাজকুমাবীসু অমুক ফংলম্মী।

ইন্দ্রনা লফু পাম্বী উৎলদুনা হাযবম্মী, "খূৎকক অমুক্তা মকক অহুম থোক্লা কক্কদবনি অমসুং লিন নিংথৌগী মচানুপী নঙগী ওইর্গনি।"

বাজকুমাব থুনমক মানা কনবীখিবা গুম্ভীব নীংশিংলম্মী, খূদক্তা লাক্কুনা মাগী অনীংবা হংলম্মী। "লফু পাম্বীসি উব্রা' মসি নঙগী অথৌবা নমৈদুনা চৈফু অমুক্তা মকক অহুম থোক্কদবনি। ঙমগদ্রা?" ৱাহৈ মপূং ফাদ্রিঙৈদা লফুদু মকক অহুম চপ চানা মান্নবা মাঙদা তাদুনা লৈবম্মী। লিন নিংথৌগী মচানুপীবু মহাক্লা জয তৌবম্মী।

হৌজিক ইন্দ্রনা অবোইবা পবীক্ষা লৌবম্মী। মাযানা জগোয শাবী হুম্মক অনা তবাতকক মচানুপীগা মান্নবা শেম্লে অদুগা হাযবম্মী, "হাযযু মখোযগী মনুংদা নঙগী নুপী অহলদু কবম্বনো?"

বাজকুমাব কবি তৌগদবনো খঙদে, চাম্মদা চাম্মা মান্নবা লৈশাবী মবি মমাঙদা লেপ্লম্মী। নক্লা যেংবদা মখোযদা খেন্নবা শম্না অমফাওবা উবা ফংদে। খঙহৌদনা মানা কনবীখিবা খোই অমোমদু নীংশিংলম্মী, খূদক্তা পাইবক্কুনা ইন্দ্র মচানুপীগী সাউীদা

শোক্লম্মী অমদি কোকথক্তা পাইবম্মী। বাজকুমাব লাউবম্মী, "মসিনি মসিনি ঐগী নুপী অহল" অমসুং মাগী মখূৎ পায়বম্মী। নুপী অহুলদুসু জয় তৌবম্মী।

লাইয়াম্না মতৌ কবম্না অশিলোক্তগী লৌশিং লৈবা তোল্লবা জীবশিং লাক্লিবা অমদি মাঙবা নাইবা মীওইববু কল্লিবা পূম্নমক উকবদা ঙক্লম্মী। পূম্নমকসিদা ইন্দ্রনসু যাম্না পেল্লম্মী। লুহোংনবা নীংথিনা শেম শাবম্মী। লাইগী ওইবা, ধৰ্ম্মগী থবক 'থৌবম, চৎনবীগী মতুং ইন্না হবাও কৃষ্মেগা লোযননা বাজকুমাব মখোযগা লুহোংবীবম্মী।

নুপী মবিদুগা লোযননা বাজকুমাব পৃথিবীদা লাক্লম্মী, চুৰ্মাদ্রিং মপাগী কোনুংদা থুংলম্মী। লৈবাক্তু হৌজিক অতোপ্পা লৈবাক্কী মখা পোল্লম্মী। মহাক্না পূম্নমকপু মাযথীবা পীবম্মী অদুদা নত্তনা অতোপ্পা মনাক নকপা লৈবাক কযাসু মাগী লৈবাক্তা তিনশিল্লম্মী। অসুম্না মতমদুগী নিংথৌবেল ওইবে। অদুদগী মপাবুং মচীন-মনাও, মমা পূম্নমকপু কৌশিল্লম্মী।

নোংমা পূর্ণিমাগী অহীং অমদা মাগী নুপী মবিদুগা লোযননা থৌবী হাইদুনা শান্নবম্মী। হৌখিবা নোংমদু নীংশিংলম্মী। মপাবুংবু কৌহল্লম্মী অমসুং হংলম্মী, "ঐনা হাযখিবদু তৌদুনা উৎলবা নৎত্রা পাবুং?"

"হোয ইবুংঙো, নঙনা তৌদুনা উৎলেদনা' ইচা ওইববদি নঙগুম্বা ওইসনু" মপাবুংনা শোল্লম্মী। ❑

কন্নড় ফুঙ্গা ৱারী

## অপঙবশিংগী লৈবাক্তা

অপঙবশিংগী লৈবাক্তা নিংথৌ অমসুং মন্ত্রী অনীমক বৃদুনি। পোৎ পূম্নমক অতোপ্পা লৈবাক্তগী তোপ তোপ্পা পাম্লম্মী। নুংথিলবু নুমিদাং অমসুং নুমিদাংবু নুংথিল ওন্থোক্লবা লেপ্লম্মী।

লাউথোক্লম্মী "পূম্নমক নুমিদাংদা হৌগৎকদবনি, লৌবুক খোইবা অমসুং অতোপ্পা থবক খৃদিংমক মমশিল্লকপা মতুংদা তৌগদবনি। নুমিৎ থোরকপগা পূম্নমক তুমগদবনি। অসুম্না তৌদ্রবদি মহাক অদু ফাঁসি তৌদুনা হাৎকনি। শিবা কিবদগী প্রজা পূম্নমক অসুম্না তৌবা হৌরম্মী। মখোয়গী থৌরাংদু মহয় য়াল্লবদুদা নিংথৌ অমসুং মন্ত্রী হল্লাওরম্মী।

নোংমদি সাধু অমা অমসুং মহাক্কী শিষ্য অপঙবশিংগী কোনুংদা লাক্লম্মী। নুমিৎনা ফজরবা শহরদুগী মথক্তা ঙাল্লম্মী অদুবু মীওইবদি লায়রদুনা, মখোয়না করিগুম্বা মফমদা ঊচি ফাওবা ঊবা ফংলমদে। পূম্নমক থোঙ লোন্দুনা তূম্লম্মী।

মফমদুগী শা ষণ ফাওবা নুংথিলদা তুম্বা তম্লম্মী। মদু উকবদা গুরু শিষ্যগী অঙবপগা ঙমখৈ লৈখিদে। নুমিদাংৱাই ওইবকপা ফাও মখোয় সঙক অমাদ লম্বীশিংদা কোয়না চৎলগা লৈবম্মী। মপ্লকপদা শহব পূম্বা হৌগৎলম্মী অমসুং থবক শূবা হৌবম্মী।

গুরু শিষ্যদু লাম্বনা মতৌ অমা ওইবে। দুকানশিং হাংনবক্লম্মী। অদুনা মখোয় চা থক্লবা পোংচৈ লৈবা চৎলম্মী। মফমদুগী পোৎ পূম্বা পৈশা অনী পানদ্‌ টকনদা মখোয় ঙকপনা থেংলম্মী। চেঙ সেনদা পৈশা অনী অমসুং লফোই লথাংদসু পৈশা অনী। গুরু শিষ্য যাম্না হবা ওবম্মী। মখোয়না অসি গুণ্বাস নৈ দৌ ৈঙদসু উখিদ্রি অমসুং তাখিদ্রি। নুপা অমনা পোৎ মপৈ অমা লৈবম্মী।

থোং থাক্লুনা চাবনবা তুংদা গুরুনা বাখল তৌবম্মী, "মসি অপঙবশিংগী লৈবাক্লি।" মখোয় মফমসিদা কুইনা লৈখবা পাম্লমদে। মহাক্না শিষ্যদা হায়বম্মী, "মফমসি এখোয়গী নত্তে। ঐখোয় হয়েংদগী মফমসি থাদোক্লুনা চৎলগাদবনি।" অদুবু শিষ্যনা বাফমসি চুমদে খল্লম্মী। পোৎ খূদিং কয়াদা চাচলবা। অথবা অতোঙবা চানবগী হেন্না মহাক্না থবসু পাম্নমদে। গুরুনা মথা তাবম্মী, "মাস অপঙবনা। অসুম্না মতম শাংনা চৎনবা যাবা নত্তে। মখোয় কবম্বা মতমদা কান তৌবকপা মদুদা থাজানং ছাই লৈত্তে।"

গুরুগী পাউতাক যানিংলমদে। মহাক মফমদুদা লৈথবা পাম্লম্মী। মমৈদা গুরুনা হায়বম্মী, "ফবে নঙনা পাম্বদু তৌ ঐ চৎলে।" মহাক চৎখ্রে। শিষ্য নুংঙতগী অতেকপা পোৎ চাদুনা লৈবম্মী। মতম খরগী তুংদা মহাক লম্বাগী কাওগী মতৌগুম নোযখোক্লম্মী।

নোংমা মপং যানা চাল্লবা নুমিৎ যুংবা মতমদা হূবানবা অমা মখুন হূঙুনা কনাগুম্বা ইনাক খুনবা নুপা অমগী যুমজাওদা চঙলম্মী। পোৎ ময়োমদু পুদুনা মখুন্দদগা থোবক্লম্মী। মদুদা ব্রুইবনা যুমজাওদুগী ফক্লাংদু নীংখাযদুনা মাগী মকোক্তা তাবম্মী। মখুন হূৎপদু (শগুন তৌবদু) শিবে। শগুন তৌবদুগী মনাওনুপাদু চেন্না চেন্না কোনুংদা লাক্লুনা "শিনফম শূবিঙৈদা ঐগী ইযাম্বদু ফক্লাং কীন্তবক্লুনা মদুনা নন্দুনা শিবে। মহাক্না শিখিবসি ইনাক খুনবদুগী মবালনি। মহাক্না অকনবা ফক্লাং চল্লমগদবনি। অদোমদা হায়জবি, মবাল লৈবা দন্দি পীবিয়ু অমসুং ঐখোয়দা তৌখ্রিবা অবানবদুগী এক্স-গ্রেসিযা পাহনাবিয়ু" হায়না বাকৎলম্মী।

নিংথৌ হায়রম্মী, "ৱারুগনু, নহাক্না অচুম্বা ফংগনি।" নিংথৌনা য়ূমজাওদুগী মপুদু থুনমক লাক্লবা য়াথং তৌরম্মী। ইনাক খুনবদু লাক্লবদা নিংথৌনা হংলম্মী, "নহাক্কী নমিং করি কৌবগে?"

"ফলাং-ফলাং, ইপানা ইমানা থোনবনি।"

"লুট তৌবদু নঙগী য়ূমদা চঙলকপদা নঙ য়ূমদা লৈব্রা?"

"হোয়, থৌজাল হৈবা। ফক্লাং মখুন হূৎলগা মনুং চঙলম্মী ফক্লাং শোনবনা মদু মঙোন্দা তারম্মী।"

'মরাল লৈবনা মশানা মরাল য়াজরে। নহাক্কী ফক্লাংগী মখাদা নন্দুনা অসিগুম্বা ফরবা নুপাসি শিরে। নহাক মী হাৎপনি। মসিগী দন্দি ফংগনি।"

মতেং লৈজদ্রবা ইনাক খুনবদুনা হায়রম্মী, "ফক্লাং ঐনা শাবা নত্তে, য়োকপীরিবা মপু তশেংবদি অশোয়বসি মহাক্কীনি। মানা নিয়ম চুম্না শারমদবনি। দন্দি মহাক্না ফংফম থোকই।"

মহারাজনা হংলকই, "অদুদি কনানা শাবনো?"

"য়োকপীরিবা মপু, ফক্লাংসি ঐগী পাবুংগী মতমগীনি। ঐহাক ফক্লাং শাবদু খঙই। মহাক হৌজিক অহল ওইরে। মফমসিৱাইদা লৈ।"

নিংথৌনা সিফাই থাদুনা খূৎহৈবদু ফাহল্লুরে। "ইনাকখুনবসিগী মপা হিংলিঙৈদা মাগী য়ূমগী ফক্লাং নঙনা শাবরা?"

"অহোই য়োকপীরিবা মপু।"

"করম্না ফক্লাংসি শাখিবনো? মদুনা লায়রবা নুপা অমগী মথক্তা তারে অমসুং মাবু হাৎতোকপীরে। নহাক্না অরানবা তৌবদুগী দন্দি ফংগদবনি।"

নিংথৌনা ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবা য়াথং পীদ্রিঙৈদা অপাম্বা লৈত্রবা খূৎহৈবদুনা, নোঞ্জবগা লোয়না হায়জরম্মী, "থৌজালবীদুনা য়াথং পীদ্রিঙৈ মমাঙদা অদোম ঐগী ৱা তাবিয়ু, মসি অচুম্বনি ফক্লাংসি ঐনা শাবনি অমসুং মদু নিয়ম চুম্না শাখিদে তৌইগুম্বসুং মসি অসুম্না তৌখিবনি, মরমদি ঐগী পূক্লিংসে কদায়দনো অমা লৈখিরম্মী। ঐহাক য়াম্না নীংথিনা নীংশিংলি, নুমিত্তু ওক্তবী নুপী অমা খোঙজী মখোল থোকহন্দুনা লম্বীদুদা কয়ারক হন্না চৎলম্মী। মহাক্না ঐগী ৱাখল ফক্লাংদগী তকথোক্তুনা পূক্লিং চঙবা ওমহন্দে। অচুম্বা খঙবা পাম্বীরবদি মাবু কৌবিরু, ঐহাক

খঙই মহাক্কী লৈফম।"

"নঙনা হায়বদো চুম্মী, ব্রাফমসি লৈশিন্দুনা চৎখ্রে। ঐখোয়না পোৎ খূদিংমক থিদোকপা তাই। অসিগুম্বা অরুবা ব্রাথোকসিদা ব্রারেপ লৌবা য়াম্না লুই।? ওক্তবীদুব মফম কদায়দসু লৈসনু মাবু ফাদুনা পুরকউ।"

ওক্তবীদু অহল ওইরম্লে। তোল্লবীদু মশা নীক্তুনা দরবারদা লাক্লম্মী। "চঠী য়াম্না কুইরবগী মমাঙদা খূৎহৈবসিনা ফক্লাং চল্লিঙৈদা নঙনা লম্বীদুদা কয়ারক হন্না চৎখিবনো? মতমদুদা নঙনা মাবু উখিব্রা?"

"হোয় মহারাজ।"

"অদুনি, নঙনা খোঙজী মখোল থোকহন্দুনা সোমদা থোরক্লম্মী মরমদুনা ফক্লাংদু নিয়ম চুম্না চনখিবমদ্রে, অদুগুম্বা ফক্লাংদুনা তোল্লবা হূরানবদা তাশিল্লক্তুনা মাবু হাৎতোকপীরে। নঙনা মরাল লৈত্রবা অমবু হাৎলে। নহাক সিগী দান্দ ফংবা তাই।"

ওক্তবীদু ঙাউহাক খাল্লি অদুগা হায়বম্মী, "মহারাজ ঙাইবিখো, হৌজিক ঐহাক নীংশিংলক্লে, নুমিত্তু ঐনা লম্বীদুদা কয়ারক হন্না চৎখিবদুগী মরম সনা শাবদা ঐনা লীক অমা শানবা সনা পীরম্মী, মহাক্লা হৌজিক পীরগে, হোরেল লৌবো অসুম্না ঐবু নুমিৎ চুপ্পা কোয়রৈ লৈহন্দুনা থম্বী। মহাক্কী ময়ূমদা তরা-তরামাথোইনক হন্না হন্না চৎলমগনি মরমসিনা ঐহাক খূৎহৈবসিগী মনাক্তা হন্না হন্না চৎপা তাখিবনি। মসিদা ঐগী অরানবা করিসু লৈতে। য়োকপিরিবা মপু, মরম পূম্বা ফৎত্রবা সনা শাবদুগীনি।

মরুদগী খন্দোক খাঞ্জন তৌরবা তুংদা নিংথৌনা হায়বম্মী, "তোল্লবীসিনা অশেংবা অচুম্বা হায়রি, মমৈদা ঐখোয় অশেংবা অবানবদু মশক খঙদোক্লে। সনা শাবদু কদায়দসু লোৎসনু মাবু ফারগা পুরকউ, থুনমক।"

কোটব্রাল সনা শাবদু ফানবা চৎখিরম্মী। সনা শাবদু মাগী দুকান কাচিন অমদা লোত্তুনা লৈরম্মী। মরাল থঙজিনবদু তারগা মদু শেংদোক্লম্মী. "মহারাজ, ঐদি লায়রবা সনা শাবনি, ঐনা নুপীসিবু কয়ারক হন্না চথোক-চৎশিন তৌহল্লি হায়বসিদি চুম্মী। ইনাক খুনবা অমগী য়ূমদা লুহোংবা অমা লৈরম্মী। মখোয় লীক্কীদমক ঙাইবা ঙম্লমদে মরমসিনা ঐনা নুপীসিদা হায়জিনবা তাখিবনি। অদোম্না খঙবিরিবদুমঙাই, ইনাক খুনবা মীওই কয়াদা তপথদবগে হায়বদু।"

"ইনাক খুনবদু কনানো? মানা মরম ওইদুনা তোল্লবীসিগী লীক মতম চানা শাবা ঙমদ্রিবনো? মদুদগী নহাক্কী যুমগী অকোয়বদা তোয়না চৎপা তারবা। মদুনা মরম ওইদুনা খূৎহৈবগী ধ্যান কায়হল্লিবা অমসুং ফক্লাং নিয়ম চুম্না শাদ্রিবা। মদু মরাল লৈত্রবা মী অমগী মথক্তা তাদুনা মাগী থৱায় লৌখিবা। হায়য়ু, ইনাক খুনবদুগী মমিং তাকউ।"

সনা শাবদুনা ইনাক খুনবদুগী মমিং তাক্লম্মী। মদু মাগী ফক্লাং তুরিবা মীওইদুমক ওইরম্মী। নিংথৌনা খল্লি – 'অচুম্বগী চক্রদু মপূং ফারে, মদু কোয়না লাক্কুনা ইনাক খুনবগী মথক্তা তাররে। সিফাইশিংনা মাবু চিংদুনা অমুক হন্না দরবারদা পুরম্মী। মহাক্না লাউরম্মী, "অঙকপনি মহারাজ, ফক্লাং ঐগী পাবুংনা চনহল্লম্বনি। মহাক ঈশ্বরগী চরন্দা চঙজখ্রে। ঐহাক মরাল লৈতবনি।"

নিংথৌনা মন্ত্রীগী মায়কৈদগী ৱারেপ লাউথোকহল্লম্মী, অশেংবা মী হাৎপদি নঙগী নপানি হায়বসি চুম্মী অদুবু মহাক্তি লৈখিদ্রে, মাগী মহুত্তা কনানো অমদি দন্দি পীবা তাবনি। নপাগী অফবা ফত্তবা, পাপ-পুন্য অমসুং পোৎ খূদিংমক্তা নঙগী অধিকার লৈ নঙবু অহানবা উবদা ঐহাক খঙখ্রবনি মরাল লৈবা মরুসি নঙনি হায়বসি, নঙ শিবা তাই।"

ফাঁসি তৌনবা অনৌবা ফম্বাক শেম্লবা থৌরাং তৌখ্রে, ফাঁসিগী দরকার ওইবা থৌরী কোঙ্গোয়সু শেম্লে। মতমদুদা মন্ত্রীনা ৱাখল তৌরম্মী – 'ইনাক খুনবদি য়াম্না ময়াং কংই মাদি ফাঁসি থৌরীসিদা চুম্না য়ানবা য়াররোই। মহাক নিংথৌগী ৱাখল চিংশিল্লম্মী। নিংথৌ ৱাখল ঙাওরক্লম্মী।

"হৌজিক ঐখোয় করি তৌবা তাবগে?" নিংথৌনা ৱা হায়রম্মী। মতমদুদা মাগী ৱাখলদা মঙাল অমা লাকই। কনাগুম্বা কোঙ্গোইনা চানগদবা অনোয়বা মী থিবা তাই। অদুনা য়াম্না লায়না ফাঁসি কোঙ্গোইগা চানগদবা অনোয়বা মী থিবা হৌরম্মী। মখোয়গী মীৎয়েং অনোয়বা শিষ্যদুদা তারম্মী। মহাক থা কয়ামরুম অতেকপা, অহাওবা পোৎ অমসুং অমুনবা লফোই চা-চাদুনা শামু ওল্লবনি। মহাক্না লাউরম্মী, "ঐনা করি তৌরে, ঐদি মরাল লৈতবনি ঐহাক সন্ন্যাসীনি।"

সিফাইশিংনা হায়রম্মী, "নঙ অচুম্বা ঙাঙলিবনি অদুবু ঐখোয়দি নিংথৌগী য়াথং ঙাক্লিবনি। ফাঁসি তৌবদা খুদোংচাদবা থোক্তনবা ঐখোয়না অসিগুম্বা অনোয়বা

মী পাগ্লিবনি।” মখোয়না মাবু ফাঁসিগী ফম্বাক ফাও পুদুনা লাক্লম্মী। মহাক্কী তুংগী ৱা উগল্লবা গুরুদু নীংশিংলম্মী। মসি অপঙবশিংগী শহরনি, মসিদা করম্বা মতমদা করি তৌরকপা হায়বদু থাজনিংঙাই লৈতে।” নক্লা লৈরবা শিবসিবু কিরদুনা মহাক মপূক্লিংদা গুরুবু প্রার্থনা তৌরম্মী। “নহাক মফম কদায়দবু লৈরবসু ঐনা হায়জবসি তাবিয়ু।” গুরু মতম অহুম্মক উবা ঙম্বনি। মহাক হৌখিবা, হৌজিক ওইরিবা অমদি লাক্কদবা পূম্নমক উরম্মী। অহাওবা চাবগী মিহৌবনা খুদোংথীবদা তারবা শিষ্যবু কন্নবা মীৎনা কৃপ্পদা লাক্লম্মী।

গুরুনা শিষ্যদা চৈরম্মী অমসুং মাগী নাকোংদা ৱা খরা হায়রম্মী অদুগী তুংদা গুরু-নিংথৌগী মনাক্তা চৎলগা হংলম্মী, “ও-লৌশিং শিংবশিংগী মকোক ওইরিবা নিংথৌ গুরুনা চাউবরা নৎত্রগা শিষ্য?”

“অশেংবদি গুরুনা চাউবনি, মসিদা করিসু চিংননিংঙাই লৈতে। অদু অদোম্মা মসি করিগী হংলিবনো?”

“অদু ওইরবদি ঐবু হান্না ফাঁসি তৌরো, মথংদা শিষ্যবু তৌ।” মসি তাবদা শিষ্য, নিংথৌ অমসুং গুরুগী মনাক্তা থুংলরে অমদি লাউরুরে – “অহানবদা ঐ ফাঁসিদা কাগনি। ঐবু হান্না মফমসিদা পুরকপনি মরমসিনা ইহান হান্না ঐহাক ফাঁসিদা কারগনি।”

গুরু অমসুং শিষ্য য়েৎনরকই, কনানা হান্না ফাঁসি শগাই কাগনি। নিংথৌ য়েৎনবদু তারম্মী। মহাক্লা গুরুদা হংলম্মী, “অদোম শিবা করিগী পাগ্লিবনো?” মাবুদি ঐখোয়না খনবনি, করিগীনো হায়ববু ফাঁসি তৌনবা অনোয়বা মী পাম্বদগীনি।”

“মসিদা করি লৈবগে? অদোম্মা ঐবু ফাঁসি হান্না তৌহল্লু।”

মসি করিগীনো? মসিদা শোয়দনা অরোনবা অমা লৈরমগনি। অদোমদি জ্ঞানী ওইবা মীওইবনি। ঐঙোন্দা মসিগী মরম তাকপিয়ু।”

“অদুদি ঐঙোন্দা ৱাশকপা ঙম্বীব্রা? ঐনা মরম্মু তাক্লবদি ঐবু হান্না ফাঁসি শগাই কাহনগদ্রা?” নিংথৌনা মঙোন্দা মসিমক তৌনবা ৱাশক্লম্মী। অদুদগী গুরুনা মায়কৈ অমদা পুথোক্লগা লোন্না হায়রম্মী, “অদোম্মা ঐখোয় করিগী ফাঁসি শগাই কাবা পাগ্লিবনো হায়বদু খঙলনি। ঐখোয় সংসার থুংনা কোয়রবনি অদুবু অসিগুম্বা শহর অমসুং অদোমগুম্বা নিংথৌ উরক্লি। মসি ধর্মরাজগী ফাঁসি ফম্বাকনি। মসিদা ইহান

হান্না ফাঁসি তৌরবদি মহাক মথংগী মপোক্তা লৈবাকসিগী নিংথৌ ওইনা পোক্কনি অমসুং মাগী মথংদা ফাঁসি শগাই কাবদুনা মন্ত্রী ওইনা। সন্ন্যাসীগী পুন্সিদগী ঐখোয় পেল্লবনি। ঐখোয়সু নিংথৌ অমসুং মন্ত্রী ওইদুনা রাজভোগ চাবা পাম্মী। হৌজিক অদোম্না ৱাশক ঙাকপীবো, ঐখোয়বু ফাঁসি শগাই কাহনবীরো, অদুদা ঐহাক্না হান্না।

নিংথৌ ৱাখল খল্লম্মী। মহাক মথংগী মপোক্তা লৈবাকসি খুৎতগী চৎহনখিবা পাম্লমদে। মসিদা খন্থনবা মতম পাম্মী। অদুনা শিবগী দন্দিসি মথংগী নুমিত্তা য়েথোক্লে। অদুগা মন্ত্রীগা তোঙান্না ৱা তান্নরম্মী। ঐখোয় মথংগী মপোক্তা লৈবাকসি অতোপ্পগী মখূত্তা চলহন্নিংদে। ঐহাক হান্না ফাঁসি শগাই কারগে, মথংগী মপোক্তা লৈবাকসিগী নিংথৌ ওইনা পোক্লকুবা অদুগা নঙনা মন্ত্রী ওইনবা মথংদা কারকউ। যোগী পুরুষ কৈদৌঙৈদসু মীনম্বা ঙাঙদবনি; মন্ত্রীসু ৱাসি চুম্মী খল্লম্মী।

নিংথৌনা হাৎকদৌরিবশিংদা হায়রম্মী, "অহীংদা নখোয়গী নাক্তা হাৎকদবশিংদু থারক্কে; মরাল লৈবা হান্না লাকপদু হান্না ফাঁসি কাহল্লু তুংদা লাকপনা মথংদা, মসি ঐগী য়াথংনি, মসি শোয়বা য়াবা নত্তে।"

অহীংদা নিংথৌ অমসুং মন্ত্রী কারগারদা চৎলম্মী অমসুং গুরু অমসুং শিষ্যবু থাদোক্লম্মী। অদুদগী থৌরমগী মতুংইন্না মপু নীংবশিংদুনা মখোয়বু ফাঁসি ফম্বাক্তা পুরম্মী, খূদক্তা ফাঁসি তৌরম্মী।

গুরু অমসুং শিষ্য তূমিন্না শহর থাদোক্কুনা চৎখিনবা শেম শারম্মী। মদুদা প্রজানা মখোয়বু য়াদ্রে। নিংথৌ অমসুং মন্ত্রী ওইনবা হায়জরম্মী। শিষ্যদুদি য়াম্না তক্লদ্রবসু য়ারে, গুরুবু য়াহনবদা মতম য়াম্না চঙলম্মী। মমৈদা অপঙবা নিংথৌ অমসুং মন্ত্রীগী লৈবাক্তু ৱাযেন থৌদাবীনবা ৱারেপ অমদা য়ানরম্মী হান্নগী অকিবা নিয়ম, কানুনদু হোংদোক্কদবনি। অহীংনা অহীং অমদি নুংথিলনা নুংথিল । পৈশা অনীনা মফমদুদা করিসু ফংবা ঙমদ্রে। মদুসু অতৈ লৈবাক্তা মান্নবা ওইহল্লম্মী। ❑

তেলেগু ফুঙ্গা ব্রারী

# রাজকুমারীগী থম্মোয় জয় তৌবা

নিংথৌ অমগী মচানুপা অহুম পোক্লম্মী। অহুম্মক লানগী বিদ্যাদা পারঙ্গতনি। নোংমা অৱাং-মায়কৈদা খূৎলায় অমসুং য়ুবী লাকপী শান্নবা য়াওরনবা বার্ত্তন ফংই। রাজকুমার অতোনবদু মদুদা শরুক য়ারুনবা খোঙশাল্লম্মী। ময়াম্বশিংনা মহাকপু খাম্বনি– খূৎলায় চাংয়েং কয়াদা অশোক অপন থোকপা য়াই অদুগা য়ুবী লাকপী শান্নবাদ পাম্বোম অমদি খোঙ তেকপগী অকিবা লৈবনি। অনীমক অকিবা, খুদোংথীনিংঙাই ওইবা মশান্ননি, চৎখিনু অদুবু রাজকুমারম অতোনবদু মখোয় ব্রা তারমদে। মশান্না খূদিংদা মনা কয়ামরুম পুদুনা হল্লক্লম্মী।

থা তরুক্কী মতুংদা মঙোন্দা অমুক অতোপ্পা চাংয়েং অমা শরুক য়ারনবা বার্ত্তন ফংলম্মী। মসি সমুদ্রদা কোর্স অমা চৎকদবনি। রাজকুমার চৎননবা শেম শারম্মী। ময়াম্বশিংনা মদুসু থিংলম্মী –সমুদ্রদা চৎনবা হোৎনরুনু, লূপখিগনি। মখোয়না হায়বদু য়ারমদে, মহাক চৎলুই। চাংয়েংদা শরুক য়াদুনা মায় পাক্লা হীরা মোতি কয়া

পুদুনা লাক্লম্মী।

মদুগী মতুং থা খরা লৈরগা লাউথোকপা অমা তারম্মী, মদুদা পূম্নমক লাঙতক্লরম্মী। রাম রাজাগী কোনুংদা কামসেংদগে কৌবী রাজকুমারী অমা লৈরম্মী। মহাক্কা লুহোংবা পাম্বা রাজকুমার কয়ামরুম মাগী থম্মোয় জয় তৌনবা হোৎনরম্মী। মদুদা কনাসু মায় পাক্লমদে। মায়থীরবা রাজকুমারশিংদু রাজকুমারীদুগী লৈকোন্দা ঈশিং হোলহল্লম্মী। মসি তাবদা রাজকুমার অতোনবদু চৎনবা শেম শারম্মী, রাজকুমাব অহলনা মাবু থিংলম্মী "ঐনা নঙোন্দগী হনবনি, ঐগী লুহোংবনা হান্না পাঙথোক্কদবনি। ঐহাক মফমদুদা চৎলুগনি," রাজকুমার অতোনবদু করিসু হায়দে।

রাজকুমার অহলদু রামবাজ্য চৎখ্রে। কামসেংদগেগী কোনুংদা চৎনবী মতুংইন্না সনাগী পাত্রদা সনা, মোতিগী পাত্রদা মোতি অমসুং শেলয়েক্কী পাত্রদা শেলয়েক থাদরম্মী। থোঙদু হাংদোক্কুনা মহাক মনুং চঙলম্মী। কোনুংগী সেবা তৌবশিংনা ক্কা হৈনা মাবু ওক্লম্মী অমসুং হায়রম্মী — "ক্কা চারগা চাকশঙগী মনাক নকপা কাসিদা লেঙশিনবীয়ু অদুগা মফমদুদা চৌকিদা ফম্বীয়ু।" মহাক্লা অদুমক তৌরম্মী। মহাক্লা কাদা হেক চঙলকপদা থোঙদু থিংজিনখিরম্মী। চৌকিদা হেক ফমথবগা তৃম্নিংলম্মী অমসুং উইরম্মী। মতমদুদা কাচিন মরিদগী লাইঁধি মরি থোরক্লগা মখজাইদা লেপ্তুনা খূবাক্লা থারম্মী মদুগীদমক রাজকুমার শেম শাহৌদে। থোঙদু খুদেক্কুনা চেন্থোক্লম্মী অদুগু মীনাইশিংদুনা চৎহন্দে। মরূ কোক্লগা লৈকোন্দা ঈশিং হোলহল্লম্মী।

থা তরুক হৌখ্রবা ফাওবা রাজকুমার অহলদু হল্লক্তে। য়ায়মনা হায়রম্মী, "নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রবনি। য়াম্বুংগী পাউ অমত্তা তাখিদ্রে। ঐহাক চৎলগা করিনো হায়বদো য়েংলুগে" মহাক শগোল তোংদুনা চৎখ্রে।

রাজকুমার য়ায়মদুগী দশাসু অহলগীদুগুম থোকখ্রে। থা তরুক অমসু হৌখ্রে, কনা অমফাও হল্লক্তুবদুদা রাজকুমার অতোনবদুনা হায়রম্মী, "ঐহাক চৎনবগী য়াথং পীবিয়ু, য়েংউগে করি তৌখ্রবনো হায়বদু" মহাক কামসেংদগেগী কোনুংগীদমক শগোল তোংদুনা চৎখ্রে।

লমহাঙ অমা ফাওদুনা চৎপদা লম্বীদা খরা চৎথোক্লগা গুহা অমদগী নাহেৰগী অমসুং অঙকপা সুরদা লাউবগী খোঞ্জেল তারক্লম্মী — "কনবীয়ু কনবীয়ু" শঞ্জেন্নহা খরনা কোয়শিন্দুনা হিংচাবদু গুহাদা ইন্থবিরম্বনি। মদু য়াম্না লুরম্মী, অদুনা মথক্তা কাবা

ঙম্লমদে। রাজকুমার অতোনবদুনা মনুংদা নোম্থদুনা য়েংলগা হায়রম্মী, "করিগুম্বা ঐনা নঙবু মথক্তা চিংখৎলবদি, নঙনা ঐবু চাথোক্কনি, ঐহাক নঙবু মতেং পীবা ঙম্লোই।"

হিংচাবদু কিবনা কুচু তাইফেৎ তাইরম্মী। কপ্পুনা হায়রম্মী, "নত্তে, নত্তে, ঐবু থাদোক্কুনা চৎখিগনু। ঐবু কনবীয়ু, ঐহাক নঙগী থবক য়াম্না কান্নগনি। লম্বীদা হিংচাবা তরাতরুক শিকারগীদমক চাং য়েংদুনা লৈরিবনি। মখোয়না নঙবু হিংনা থাদোক্লোই। মদুদা ঐগী দরকার ওইগনি।" রাজকুমারনা মাগী কোকয়েৎ থাদদুনা মদুদা পায়হন্দুনা চিংখৎলম্মী।

মপান থোরকপগা হিংচাবদুনা লাউরম্মী, "ঐঙোন্দা ঈশিং খরা পীথকউ, খৌরাংলে।"

"লম্পাকসিদা হৌজিক ঈশিং কদায়দগী লৌরুনি" হিংচাবনা খল্লগা অমুক হায়রকই, "নঙগী শগোলদু ঐগী তু অমদা পুনশিল্লু। নঙনা লেঙবান্দা ফম্লরো। ঐনা নঙবু থাংগত্তুনা পুরগে, করিগুম্বা ঈশিং উরবদি ঐঙোন্দা তাকউ।" রাজকুমারনা অদুম তৌরম্মী। হিংচাবদু থাজনিংঙাই ওইবা খোঙজেন্দা চেল্লম্মী। খরা চৎলগা পুখ্রী অমগী মনাক্তা থুংলুবদদি মদু পুখ্রী নত্তে, সমুদ্রনি। হিংচাবনা রাজকুমারবু মখাদা থাঙথরম্মী অদুগা হায়রম্মী, "ঐগীদমক চেঙপাক গাড়ী মপোৎ অমা অমদি শুংদোক্ত্রিবা চিনি গাড়ী অমা লৌরুচো।" রাজকুমার শগোল তোংদুনা মনাক নকপা কৈথেন্দা চৎলগা মানা পাল্লিবা পোৎশিংদু পুরক্লম্মী। সমুদ্রগী লৈঙোই মথক্তা ফমদুনা অনীদু তোৎশিন্নরগা চাথোক্লম্মী। সমুদ্রগী ঈশিংদু তঙ্খায় অমা থক্লগা হৌনা থগেরম্মী।

পেল্লদুনা হিংচাবনা হায়রম্মী, "ঐহাক্কী অশেংবা শক্তমসিদা নঙনা চৎমিন্নরবদি পূম্নমক্না কিনরনি। কনাসু নঙগী ননাক্তা নক্লরোই, ঐ হয়িং ওন্দুনা লেংবান্দা তোংলগে। নঙ শগোল তোংদুনা চৎলু।" হিংচাবদু হয়িং ওন্দুনা মাগী লেংবান্দা তোংখ্রে। রাজকুমার শগোল থৌগৎলম্মী। লম্বীদা লফোই লফাং খরা লৈরম্মী। খরা চৎলগা য়ুম অমগী মমাঙদা অঙাং খরা লৈরম্মী। রাজকুমারনা পূম্নমক্তা লফোই অমমম পীরম্মী অদুগা হংলম্মী, "য়ুমসি কনাগীনো?" অঙাংশিংদুনা নিংথৌগী উশুবগীনি তাক্লম্মী। উশুবদু মমীৎ তাঙই অদুগা মাগী নুপীগা লোয়ননা থোরক্লম্মী। উ শুবসিনা

কামসেংদগেগী কোনুংদা লৈরিবা লাইথি মরিদু শাবনি। অসিগুম্বা লাইথিসে কনাগুম্বগী অমুক শাখিদনবা রাজকুমারীনা মমীৎ কোৎথোকহনবনি, হোই অদুগীদমক পুঙ্গি লেন্নবা মতীক চাবা শেনফম থা খুদিংগী পীরম্মী, রাজকুমারনা উশুবদুদা কামসেংদগেগী কোনুংদা মতৌ করম্না চঙবা য়াগদগে হংলম্মী। উশুবদুনা তাক্লোই হায়দুনা তাক্লে। মদুদা লিশিং মঙা পীরম্মী, মদু মাগী কৈথেল অমুক কাবগী খরচনি হায়রম্মী।

মসি তাবদা হিংচাবদু মাগী অশেংবা শক্তম ওন্থোক্লগা চেনশিন্দুনা উশুবগী মঙক পায়রম্মী। উ শুবদু নাদুনা লাউরম্মী, "ঐবু থাদোকউ, নঙনা হংবা পুম্বা হায়রগে।" হিংচাবনা মঙক থাদোক্লে। উশুবদুনা কোনুং চঙবগী অরোনবা পুম্বা তাক্লম্মী। লম্বীদগী কমলা মরি, সমুদ্রগী ঙা অমা, য়ুবী অমা, য়েরুম মরি অমসু কাতি অমা লৈরম্মী।

কামসেংদগেগী থোঙ্গালদা সনাগী পাত্র থম্মী মদুদা রাজকুমারনা সনা, মোতিগী পাত্রদা মোতি অমসুং শেলয়েক্কী পাত্রদা শেলয়েক থাদরগা মায়-মীৎ তাথোক্তুনা অমুক চৎলে। মীনাইশিংনা ক্বা পুথোক্তুনা তরাম্না ওক্লম্মী অমসুং হায়, "ক্বা চারগা চাকশঙ মনাক্কী কাদা লেঙশিনবিয়ু।" রাজকুমার চৌকিদা ফম্লম্মী। মকোক্তা কমলা মরিদু থম্লম্মী। লাইথি মরিদুনা চেনশিন্দুনা কমলা অমমম পায়দুনা মাগী মাগী কাদা চঙদুনা চারম্মী। চাবা লোইরগা অমুক থোরক্তুনা রাজকুমারগী কোক্তা কাখৎতুনা হীক ফাবগুম তৌরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা রাজকুমার তূম্লিংলম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা রাজকুমার মমীৎ পাঙথোক্লকপগা মীনাই অমা লাক্লগা মাবু মনাক্কী কাদা পুরম্মী — "কামসেংদগেগী কা ফাওবা চৎনবা অদোম্না থোঙ তরেৎ হাংগদবনি, মদুগী অন্থমদি হাংদোক্লগে অরেম্বা মরি অদোম্না হাংবীগদবনি।" অসি হায়দুনা অমমম ওইনা থোঙ মরি হাংদুনা মদু ফাওবা পুশিল্লম্মী।

রাজকুমারনা মরিশুবা তোঙদু হাংদোকপদা কবোকৈ অমনা মাবু চাগদবগী চোংশিল্লকই। মহাক্না সমুদ্রগী ঙাদু লানশিল্লে মদু পুদুনা চৎখ্রে। রাজকুমারনা মঙাশুবা থোঙ হাংবদা অকিবগী মশক ওইরবা হূই অমা ময়া কাথোক্তুনা চীক্কদবগী চোংশিল্লক্লে, মহাক্না য়ুবীদু লংশিল্লম্মী, মদু পুদুনা মপান থোকখ্রে। তরুকশুবা থোঙদু হাংবগা কাতি অমা মঙোন্দা লানশিল্লকই মদুদা মাগী কাতিদুনা কাতিদুগী মরক্তা

লৌশিনবদগী অনীমক লৈমায়দা তাখ্রে। রাজকুমার খুদোংথীবা লাম্ভোক্লবগুম নুংশা মপী হোল্লস্মী অমদি মথংগী কাদা চঙদুনা ফমথরম্মী।

ঙাইহাক ফমদুনা লৈবে, কনাসু লাকপা উদে, হৌনা হায়বক্লম্মী, ঐনা তাবদি কামসেংদগে মতীক মগুণ লৈবী রাজকুমারীনি মহাক্কী মমিং মরোল অহুম্মক ফাওই তৌইগুম্বসুং কবম্বা বাজকুমারীনো অতিথি মতোমতা ফমহনবসিবু। কনাসু ক্বাগীদমক হংবিনবা লৈতে।" মহাক্কী ৱাহৈদু মপূং ফাদ্রিঙৈদা রাজকুমারীগী ফিজোন্দা মীনাই অমা ক্বাহৈ পুদুনা লাকই। প্লেটতু মঙোন্দা পীরগা মনাক্তা ফমথরম্মী। রাজকুমারনা কোদাং ওথোক্লবা কদাযদা লৈবগে হংবদা মিনাইদনা থুনমক হৌগত্তুনা পীকদান পুরক্লে। মহাক রাজকুমারী নত্তে খঙবদগী খুবাক অহুম্লক খুদুনা মফমদুদগী তাম্ভোরকক্লে।

ঙাইহাক লৈবগা অমুক হায়বম্মী — মবোল অহুম্মক্তা কনানা কামসেংদগেবু খঙদবা য়াওবগে? অদুবু মহাক্কী কোনুংদা কনাগুম্বা অতিথিবু হংবীনফাও লৈতে। বাজকুমারীগী ফিজেত্তা থিন্দনা মীনাই অমসু লাক্লে অমসুং নাকন্দা ফমথবম্মী। মহাক ৱা ঙাঙদ্রিঙৈদা বাজকুমাবনা হায়বম্মী, মসি মতীক মগুণ লৈরবা কামসেংদগেগী কোনুং ওইবমাল্লে অদুবু লৈমাযসিদি উফূল ঙাক্তা, কনানসু থওইবীদরে।" নুপীদু থুনমক হৌগত্তুনা শুমচিৎ পায়দুনা শীৎপা হৌরম্মী। শেংদোক্লবা তুংদা শুমচিত্তু কাচিন্দা থম্লগা রাজকুমাবগী মনাক্তা ফম্লম্মী। মসিসু রাজকুমারী নত্তে খঙবদগী খূবাক অহুম্লক খূদক্তা তাম্ভোকখ্রে।

মীনাইদু চঙখ্রবা তুংদা কামসেংদগে মশামক লাক্লম্মী। অদুগা হায়বম্মী, "মথংগী কাদা ফমুং অনী লৈ। অনীগী মরক্তা গজ অহুম লাপ্লে। করিগুম্লা অদোম্না শিংলবদি মদুদা খূৎ পায়দনা অনীমক নকশিন্নহল্লু।" মসি হায়রগা চঙখ্রে। রাজকুমাবসু কাদুদা চঙলে। মফমদুদা অমগা অমগা গজ অহুম লাপ্লবা ফমুং অনী থাদুনা লৈরম্মী। ফমুং অমদা কামসেংগে হীপ্লম্মী। অনীগী মরক্তা পর্দা অমা খল্লম্মী।

বাজকুমাবনা মফমসিদা হকচাং মকক্লম তাদুনা লৈবগী মহুত্তা করিগুম্বা ৱাবী অমা লীবগে, মদুদা "হুঁ হুঁ হায়বিনবা লৈরবদি" হায়রম্মী। হয়িং শক্তম লৌরিবা হিংচাবনা পাইখিদুনা পার্দিদা তোংলুরে অমদি হায়বম্মী — হুঁ হুঁ হায়বিনবা ঐ লৈরিবসিদি, ৱারী হৌনবা তৌবিয়ু।"

অমুকখক চক্ষূ শাবা অমা, ফি শাবা অমা, সনা শাবা অমা অমসুং ব্রাহ্মণ অমা

তীর্থ যাত্রা চৎমিন্নরম্মী। অহীংদা মরিমক্না পূং অনী/অনী শঙনরম্মী। অহানবা পূং অনীদুদা চফূ শাবনা লৈবাক্না ফজরবা নুপী অমা শারম্মী। মাগী পালি লোইরদুনা ফি শাবদু হৌদোক্লগা মা তূমখ্রে। ফি শাবদুনা নুপীগী মূর্ত্তিদু ফূবিৎ অমসুং মচুগী সাড়ী শেৎপীরম্মী। অদুগী তুংদা সনা শাবগী পালি তারম্মী। মানা মদুবু সনাগী লীক লৈ শিবীরম্মী। হৌজিক পালি ব্রাহ্মণগী তারম্মী। মহাক্না মন্ত্র শক্তিনা মূর্ত্তিদো মথৱায় হাপ্লম্মী। মতমদু ফাওবদি নুমিৎ থোক্লে। অতোপ্পা অহুমদুসু হৌগৎলে। মরিমক্না নুপীদুদা মাগী মাগী হক ফংনবা হায়নরক্লম্মী। মখোয় য়েৎনবা হৌরম্মী, নঙ হায়য়ু পর্দা, নুপীসিগা লোয়ননা কনানা লুহোংফম থোকপগে?”

পর্দাদা তোংলিবা হয়িং মশক লৌরিবা হিংচাবনা হায়রম্মী, “চিংনবা লৈতনা ব্রাহ্মণদুনা” রাজকুমারনা হায়, “মহাক্তি মদুবূ পুন্সি পীরম্বনি, মহাক ব্রহ্মাগা মান্নবনি।” কামসেংদগেনা শাউনা হায়রকই, “নহাক করিগী খঙদ্রিবনো, মঙোন্দা শূপ্পগী সনা শাবদুগী হক লৈ।” শাউনা মহাক্না পর্দাদু শেগায়রম্মী মদুদা ফমুংদু গজ অমা অতোপ্পা ফমুংগী মায়কৈদা চঙশিল্লম্মী।

রাজকুমারনা হায়রম্মী, “মফমসিদা অবেম্বদা হীপুনা লৈবদগী ৱারী অমা লীবনা হেন্না ফনি, করিগুম্বা তাবিনবা অমনা ‘হুঁ, হুঁ’ তৌবিরবদি। হয়িং মশক লৌরিবা হিংচাবনা কামসেংদগে মশাদা তোংলদুনা হায়রম্মী, “ঐ লৈরিবসিদি অদোম ৱারী লীবিরকউ।”

রাজকুমার ৱারী লীবা হৌরম্মী, “কনাগুম্বা নিংথৌ অমগী মচানুপী অমা অমসুং মচানুপা অমা লৈরম্মী। রাজকুমারীগী লুহোংবগী মতাং য়ৌরক্লবদা মাগী মতীক চাবা বর য়েংদুনা নিংথৌনা মথং থাগী পূর্ণিমা মতুং হুম্নি কোনবদা মাগী লুহোংবা লেপ্লম্মী। রাণী অমসুং রাজকুমার মদুগী মরমদা করিসু খঙখিদে। অদুনা মখোয়নসু বর থিদুনা মথংগী পূর্ণিমা মতুং হুম্নি কোনবদুদা লুহোংবা লেপ্লরে। নিংথৌনা লুহোংনবা লেপখ্রবনি হায়বসি মখোয় খঙনরমদে।

লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্লবদু লাক্লে। মদুগী শেম শাবদা করিগুম্বা অমগী অৱাৎপা লৈরমদে। মান্দবতু অসুক্কী মতীক চাউনা খল্লম্মী ফৌগী লবুক শাংলবা অমা লৌখৎখ্রবোই নীংই। অচৌবা চৈশিংদা মঙ্গলগী মশক ওইরবা চু পাম্বী পুল্লম্মী। য়ুবী মনানা মথক কৃপ্লম্মী। কনার্তশিং খারম্মী। শেম-শাজিনবদা অমদি তৈশিনবদা শহর

পূম্বা অনৌবগুম উরে। শহরগী লম্বী খূদিংদা লুহোংবগী ধোল থীন্দুনা লাউথোক্লম্মী। রাজকুমারীনা মসিগী শরৌসি ইরায় লাইনা লোইশিনবা য়ারোইদৌরি খঙখি। করিগুম্বা অমা তৌদুনা মসি লোইশিনবা তাবনি। মসিগীদমক লুহোংবগী নামাদা অহীং হেন্না মঙাল লৈনবগীদমক্তা মীনাইশিংনা উ মপৈ-মপৈ অহীং থানবা য়াথং তৌরম্মী। মরকসিদা বর অহুমদুসু লাক্লম্মী। উগী মপৈদুনা মৈরী ব্রায়দুনা মৈচাক ফনা চাক্লকপা মতমদুদা রাজকুমারী মৈদুদা চোংশিন্দুনা শিখ্রে। বর অহুমসু মৈরোমদা চেনশিল্লম্মী বর অমদি মৈদা চোংশিন্দুনা মথৱায় থাদোকখ্রে। অনীশুবদুনা খূৎনা খদাংদা শৌদুনা গুহা মপান্দা ফমথখ্রে। অহুমশুবদুনা রাজকুমারীবু হিংগৎহনবা ঙম্বা পন্দিত থিবা চৎখ্রে।

মমৈদা মহাক্না অদুগুম্বা পন্দিততু ফংলম্মী। বরদুনা মনাক্তা থুংলুবদা পন্দিতনা মবানি চানবা চাক থোংলম্মী। বরদু করিগুম্বা চানিংবগী অপাম্বা লৈরমদে অদুবু পন্দিতনা মাগী ব্রা তারমদে। কবি থোংসিগে হায়না কোইয়েং য়েংলম্মী। অঙাং অমা মফমদুদা লাক্লম্মী। পন্দিতনা ইরু মাইথজবীদুনা, কক-খোৎতুনা মদুগী শাদু থোংনবা হোৎনরম্মী। অঙাংদুগী শরূশিংদু কাঁচিন অমদা লংশিন্দুনা থম্মী। শাদু মুল্লবা কালদা বরদু চানবা হায়জরম্মী অদুবু কিরবা বরদু য়ারমদে মানা হায়রম্মী অঙাংদু অমুক হন্না হিংগৎহল্লবদি মানা পোৎ খূদিংমক চাবদা য়াগনি। পন্দিতনা হায়রম্মী 'অদুথক্কী ওইরে, হৌজিক য়েংউ।' মসি হায়দুনা মনীংদগী অশংবা মনা খরা পুরক্লম্মী, মদু নৈরগা কাচিন্দা লৈবা অঙাংগী শরূদুদা মহীদু তাহল্লম্মী। মীৎ কুপ্পদা অঙাংদু শন শানা চৎলম্মী করিসু তৌখিদবগুম। বরদুনা পন্দিতগী মখূত্তগী মনাদু মুল্লগা থুনা য়াঙনা চৎখিদুনা রাজকুমারী অমদি অহানবা বরদুগী শরূশিংদুদা মনাদুগী মহী শুমজিল্লম্মী। মখোয় অনী হৌগত্তুনা লেপখখৎলক্লে। বর অহুমগী মনুংদা রাজকুমারীগা কনাগা লুহোংফম থোকপগে?"

রাজকুমারীনা কিনা হায়রম্মী, "মনাশিং পুরক্তুনা রাজকুমারীবু হিংগৎহল্লিবদুগা।"

"অদুবু পুন্সি পীবিবদি মপাগা মান্নবনি।" কামসেংদগে পূক্লিংগী তপথবদু মাঙখি। "নখোয়না করিগী খঙদ্রিবনো, রাজকুমারীগা লোয়নবা শিমিন্নরিবদু মপুরোইবা ওইবদা মতীক চাবনি হায়বসি।" মসি হায়দুনা মানা মশাদা লীৎলিবা ফূরিৎতু শেগায়রম্মী। মদু শেগাইনবা লেঙবদা ফমুংদু গজ অমগা অমুক অতোপ্পা ফমুংগী মায়কৈদা শীৎশিল্লম্মী।

রাজকুমারনা অমুক হায়রম্মী, "মফমসিদা তাদুনা সুম লৈবগী মহুত্তা ৱারী অমগসু লীরগে অদুনা ফরনি। মদুদা কনাগুম্বনা হুঁ হুঁ তৌবিনবা লৈরবদি?"

হয়িংগী মশক লৌরিবা হিংচাবদু পাইখিদুনা কামসেংদগেগী সাড়ীদা তোংলম্মী অমসং হায়রক্লে 'হুঁ হুঁ তৌবিনবা ঐ লৈরিবসিদি। অদোমগী ৱারী লীবা হৌবিরো।" রাজকুমারনা অহুমশুবা ৱারী লীবা হৌরম্মী।

রাজকুমারী অমনা তম্বা লোইরদুনা আশ্রম থাদোক্লবা থৌরাং তৌরক্লবদা গুরুনা হায়রম্মী, "নঙ গুরু দক্ষিনা করিনা পীগনি?" শিষ্য ওইরিবী রাজকুমারীনা হায়রম্মী, "অদোম্না য়াথং তৌবিয়ু।" গুরুনা মঙোন্দগী ৱাশক লৌরম্মী মাগী লুহোংবগীঅহানবা অহীংদু মহাক্কা লোয়ননা তৃমগনি। মতম খরগী তুংদা রাজকুমারীদু লুহোংলম্মী। লুহোংবগী অহীংদুদা মানা গুরুদা পীখিবা ৱাশক্তু নীংশিংলম্মী। ৱাদু মপুরোইবদা তাক্লম্মী। মদুদা মপুরোইবনা হায়, "ৱাশক্তি ৱাশক্লি। নঙ গুরুগী মনাক্তা শোয়দনা চৎকদবনি।" অহীংদুদা অমম্বদা গুরুগী আশ্রমদা চৎখ্রে। লম্বীদা দাকু অমনা মাবু থিংদুনা লীক-কোল পীনবা হায়রম্মী মদুদা রাজকুমারীনা হায়রম্মী, "ঐহাক থুরে, ঐবু চৎহনবীয়ু হল্লকপদা পাম্লবদি লীক-কোল পৃম্নমক লৌবিয়ু।" দাকুনা মাগী ৱাদু থাজরম্মী অদুনা মাবু থাদোক্লে। "চৎলো নঙনা হল্লকপা ঙাইদুনা লৈরমগনি।" খবা অমুক চৎলগা কৈ অমা থেংনরম্মী, "ঐ পৃক য়াম্না লাম্লে, ঐনা নঙবু চাগনি।"

"হৌজিক ঐহাক খরা থুরে, নঙ ঐনা হল্লকফাও ঙাইরম্মু। মতমদুদা ঐবু চাবা য়াগনি।" কৈদু তশেংনা মবৃক লাম্লবনি অদুবু হায়রে, "ফরে চৎলো, ঐহাক নঙগী লম্বী য়েংলমগে।"

মথংদা লিন অমা থেংনরম্মী মাবু চীকপা পাম্লম্মী। বাজকুমারীনা মঙোন্দা হায়রম্মী, "হৌজিক ঐ য়াম্না থুবা অমা চৎলিবনি হল্লকপা ফাও ঙাইবা ঙম্লোইদ্রা?" লিনদু য়ারম্মী। রাজকুমারী গুরুগী আশ্রম য়ৌদুনা থোঙ দ্রং-দ্রং থীল্লম্মী। গুরুনা খল্লম্মী – 'অসুক থেঙলবা অহীংসিদা কনা ওইরিগবা। দাকুদি নৎত্রব্রা?' মহাক্লা চিংননা থোঙ হাংদোক্লে, রাজকুমারীবু উরুবদা ঙক্লম্মী। মানা লাকপগী মরম খঙলবদা গুরুনা হায়, "নুমিত্তুদি নঙোন্দগী ৱাশক লৌখিবনি তৌইগুম্বসুং অদুম তৌবা ঙম্লোই। ঐগী অশীর্ব্বাদ পৃম্বা নঙগা লোয়নরবনি, চৎলু নপুরোইবগী নাক্তা।" রাজকুমারীনা গুরুগী মখোঙদা শোক্লা খুরুম্লম্মী অমসুং হল্লক্লে। গুরুনা ফনা হায়রবসু

মাগী ঙাক শেন্নবগীদমক কনাসু লোয়নরমদে। মহাক্না লিনগীমনাক্তা চৎলম্মী, "নঙনা ঐবু চীকপা য়ারনি।" লিননা হায়, "নহাক্কী দর্শন ঐগীদমক য়াম্না অফবা ওইরে, নঙনা চৎখিবগা ঐ পূক থন্না জঙ্গলী য়েরুম চারে ঐগী পূক থল্লে।" অদুদগী কৈগী মনাক্তা চৎলম্মী। কৈনা হায়, "নঙগা উনবা ঐগীদমক অফবা ওইরম্মী। নঙনা চৎখিবগা সমুদ্রগী ঙা অমা ফংদুনা মদু চাবদা পূক থল্লে, নঙ চৎলো।" হৌজিক অমুক দাকুগী মনাক্তা চৎলে অমসুং লীক-কোল লৌথোক্লে। মদুদা দাকুনা হায়, "হৌজিক মদুগী দরকার ওইদরে, নঙনা চৎখিবগা লল্লোনবা কাঙবু অমা থেংনরম্মী। নঙগা উনবসি ঐগী অফবা ওইরে, হৌজিক নঙ চৎলো।"

ৱারী লীবা লোইরগা রাজকুমারনা হংলম্মী, "হায়য়ু মসিদা খ্বাইদগী চাউবসি কনানো? গুরু, মপুরোইবা, দাকু, কৈ অমসুং লিন?" কামসেংদগেগী সাউীদা তোংলিবা হয়িং শক্তম লৌরিবা হিংচাবনা হায়রম্মী, "তশেংবদি গুরুনি, পুম্নমক্তগী অথোইববনি। কামসেংদগেনা শাউনা হায়রক্লম্মী, "নখোয়না মপুরোইবদুগী অচৌবা মতৌদুদি উবিদ্রেনে। মহাক্না খ্বাইদগী ইহেন হেনবনি। মসি হায়দুনা শাউনা মাগী সাউীদু শেগায়রম্মী। সাড়ীদু কন্না শেগায়নবা হোৎনবদা ফমুংদু গজ অমগা অমুক শীৎচিল্লম্মী অমসুং অতোপ্পা ফমুংদুদা থেংজিল্লে।

ফমুং অনীনা পূনশিল্লবদুদগী রাজকুমার হৌগত্তুনা থোকখ্রে। কামসেংদগেনা মাবু কৌরম্মী। হন্না ফাও য়েংলমদনা অমম্বদা মাঙখ্রে। মীনাইশিং থাদুনা মাবু থিহনবদা রাজকুমার থিবা ফংদ্রে। কামসেংদগে মশামক্লা রাজকুমারবু থিবা থোরক্লে।

নোংমা মহাক্না থোইদিংগী লৌবুক্তা চৎলম্মী। লৌদু ঙাক্লিবদু উবদা মদুমক রাজকুমারনি খল্লম্মী। মাগী চাংয়েং তৌনবা মহাক্না শেলয়েক অমা পীরগা হায়রম্মী, "ঐঙোন্দা পৈশা অমগী থোইদিং, পৈশা অমগী থোইদিং মনা, পৈশা অমগী মশাশিং অমদি পৈশা অমগী থাউথী পীয়ু।" ঙাক্লিবদুনা থোইদিং পাম্বী অমা কুক্লগা মঙোন্দা পীরম্মী। মহাক্না মাবু কোনুংদা লোয়ননা চৎনবা হায়রুবদা শাউদুনা খুবাক্না থারক্লম্মী। অদুসু কামসেংদগেনা মাবু থাদোক্তুনা চৎনিংলমদে। মদুদা রাজকুমার নোক্লম্মী অমসুং কামসেংদগেগা লোয়ননা কোনুংদা লাক্লম্মী। কোনুং য়ৌবগা রাজকুমারনা লৈকোন্দা বন্দি ওইনা থল্লিবা রাজকুমারশিংবু থাদোক্লম্মী। থুনমক মহাক্না কামসেংদগেগা লুহোংদুনা য়াম্না হৈ-শিংনা মফমদুগী লৈবাক শাসন তৌরম্মী। ❑

তামিল ফুঙ্গা ৱারী

## যাদুগী তেঙ্গোৎ

য়াম্না লায়রবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী নুপীনা মাবু নুমিৎ খূদিংগী শূনিংতবগীদমক চৈরম্মী। তোল্লবা মপুরোইবদু তূমিন্না মাগী মীচৈ-মীরাক্তু তাদুনা লৈরম্মী। তপ্না যূমদগা লাপথোকখিরম্মী। মানা হল্লকপদদি মহাক্কী নুপীগী অশাওবদু খরা নেমথরম্মী।

নোংমগী নুমিত্তা নুপীদুগী অশাওবসি স্বর্গ মরোল তরেৎ ৱাংনা কারম্মী। খাক্তুনা থল্লিবা চাকতু খোৎলগা অমোৎপা ফি অমদা পুনশিল্লম্মী। মদু মপুরোইবগী মখূত্তা পায়হল্লগা মাবু ইন্থোক্তুনা লাউরম্মী, "চৎলো কদায়দনো, চৎলু অমসুং করিনো খরা তান্দুনা পুরকউ। খূৎ হাওনদি হল্লকপা য়ারোই।" মসি হায়দুনা গোং লাউনা থোঙ থিংজিল্লম্মী।

মপুরোইবনা চাক ময়োমদু পুদুনা মখোঙ শীৎ-শীৎতুনা চৎখিদুনা খুনগী মপান্দা থোক্লম্মী। মহাক অসুম চৎলি, অসুম চৎলি কোস কয়ামরু চৎলবগী তুংদা লম্লোং

অহুম ফাংবা মফম অমদা থুংলম্মী। মদুদা চাউরবা খোংনাং বট অমা হৌরম্মী। চোকথরবা লম্বী চৎপশিংদা চহী কয়াদগী মহাক্কী উরুমদা চঙজফম পীরম্মী। তোল্লবা নুপাদুগী মখোঙদু নারম্মী। মহাক খোংনাং বটকী মখোঙদা ফমথরম্মী। খোংনাংগী মশাদা মানা মাগী পোৎয়োমদু য়ানশিল্লে অমসুং উরাদা মোন খাঙনদুনা হীপথরম্মী। মহাক থুনমক তুমথখিরম্মী।

খোংনাং বট পাম্বীদুদা লাইরেম্বী অহুম লৈরম্মী। মখোয়না খোংনাং মখাদা তুম্লিবা নুপা অমসুং মাগী য়াল্লিবা চাকয়োমদু উরম্মী। চাক্তু তংদুনা য়েংনিংলম্মী। মপূক্লিংদা অপাম্বসি হেক পোক্লকপদদি অদুম্মক মপূং ফারম্মী। চাক চজীক্তু মখোয় য়াম্না হাউরম্মী। অমৃত অমসুং স্বর্গগী অহাওবা মথেল মখোয়না খঙলবনি অদুবু চাকসিগী মহাওদি তোপ তোপ্পনি। চাক চজীক করিগুম্বাদা মখোয়না চাখিদ্রি। মদুগী মনমদুদা মখোয় য়াম্না নুংশিনা খল্লম্মী, নুংতি-নুংতিগী অমৃত অমসুং স্বর্গগী উহে চা চাদুনা মখোয় পেল্লম্মী। অহোংবসি মখোয়দা নুংঙাইনা থোক্লম্মী।

লায়রবা নুপাদুগী চাক খূবাম অমা/অনীদুদি মীৎ কৃপ্পদা চাখিরম্মী অমসুং য়াম্না হাউরম্মী।

"তোল্লবসিগী চাক্কী মহুত্তা করিনো খরদি পীবা তারবনি।" মখোয়না খল্লম্মী। লায়রবা নুপাদুনা মমীৎ পাঙখোরকপদা মহাক চাক লাম্বনা ঙাওবম্মী। ময়োমদু হাংদোক্লুবদদি চাক্কী মহুত্তা অঙকপনা থল্লবা অহাংবা তেঙ্গোৎ মরি থেংনরুরে। মদুনা লাম্বা করম কোক্কনি। মানা শাউনা ময়োমদু লৈমায়দা লংখোক্লম্মী। মীৎকৃপতা মখলমথেল কয়ামরু পুরদুনা ফজরবী নুপী কয়ামরুম থোরক্লম্মী। মঙোন্দা হংনবা অমসুং কিবগী মতম ফংলমদে। মাগী মপূক্লিংগী অনীংবদু খঙলদুনা ফজরবী নুপীশিংনা চাক থিদোক্লম্মী। অপাম্বগী মতুংইন্না মথেল হাপ্লম্মী। মখোয়গী ব্যবহারদি মহাকসি ঈশ্বরনি। মহাক্না খল্লম্মী – 'মপান নাইদনা ফজবীশিংদুগী মহাকসি মপুনি। মহাক্না পেন্না অঙকপা মহাও লৈববা মথেলশিংদু চাথোক্লম্মী। চাবা হেক লোইবদা মপান নাইদনা ফজবীশিংদু মাঙখ্রে। মখোয়গী করিগুম্বা খূদম অমা ফাওবা লৈহৌদ্রে। অহাঙবা তেঙ্গোৎ মরিদু খক নত্তনা।

মমীৎ উইশিন্দুনা মহাক্না ঈশ্বরবু থাগৎলম্মী অমসুং অহাঙবা তেঙ্গোৎশিংদু তৌবিমল খঙবগা লোয়ননা থাঙ্গৎলম্মী। মদু মখাদা কোনশিন্দুনা যূমগী নুপীদা

## খোমজিনবা ফুঙ্গা ৱারীশিং

নুংঙাইবা পাউদু তম্নবগীদমক য়াম্না থুনা যূমলোমদা চৎখ্রে।

পাউসি তাবদা মাগী নুপী হরাওবনা ঙাওরম্মী। যাদুগী তেঙ্গোৎশিংদু মানা শাগেগী লাইরেম্বীদা কৎলম্মী অমসুং শুমহৎনা য়েংলম্মী। মশাগী লাইবক ফবদু মঙগুম থোক্লম্মী। ধর্ম্মগা মরী লৈননা, নিয়ম মতুংইন্না খুঙ্গংগী ইনাকখুনবা অমসুং লায়রবা খূদিংমক্তা বার্ত্তন পীরম্মী। কনাসু থাজনরমদে। খরনদি ফোংনা নোক্লম্মী। খরনদি মখোয়দা ফাগী তৌরিবনি খল্লিবনি। খনরা মখোয়গী মাথাসে ঙাওরবনি। অহল-লমন হাক্তক্তগী হায়নবা লৈবনি — লায়রবগী অতিথিদি থুনা হল্লকপনি।

নুমিৎ য়ুংলকপদগী চাক্লেনগী মী পূনবা হৌরম্মী। অয়াম্বা মীশিংনদি মাবু কনথোক্লবগী ভাবতা মপূক থন্না চারগা লাক্লরম্মী। মখোয় শূপ্নতগী করি তৌরিবনো হায়বদু য়েংবগীদমক।

যূম্বুরেম্বা অমসুং যূম্বুরেম্বীনা অঙকপা তেঙ্গোৎশিংদু কাংথোল মথক্তা থম্মী অমসুং য়াম্না নোল্লুক্লা হায়জরম্মী, "অতিথিশিংগী থৌজালদা পেনবীয়ু," অদুদগীদি পূম্নমক্কী মীৎ পাঙনা পাঙনা লেল্লম্মী। মখোঙদগী তোন ফাওবা লৈতেংতনা লূপ্লবী ফজরবী নুপী কুনমুক তেঙ্গোৎতুদগী থোরক্লম্মী। মখোয়গী মখূত্তা হাউরবা মথেলগী পুখম পায়রম্মী। খঙহৌদনা অতিথিশিংগী মাঙদা লুপাগী পুখল লৈরম্মী অমসুং চাক হাপ্পা হৌরম্মী।

অতিথিশিংনা অথোংবা মথেল অমা চারিঙৈদা মথেল অনৌবা অমা হাপচিল্লম্মী। পান্দম্নিংঙাই লৈত্রবীশিংদুনা পূক্লিং চঙনা চাক-এঙ্গাং হাপ্লম্মী। মখোয়না অপীক অপীকপা অপাম্বা ফাও খঙলম্মী। অতিথিশিংনা মপূক্তু পোকখায়গদৌবা ফাওবা চানরম্মী। চাক তোক্লগা ময়ূম চৎপা ৱানরম্মী।

যূমথোঙ খূদিংগী অঙকপা পাউসি শন্দোকখিরম্মী। পূম্নমক্লা ঙাঙনরম্মী, "লায়রবদু হৌজিক লায়রদ্রবনি।" ৱাফমসি থামুক্তি যূমথোঙ খূদিংগী নৈনবগী মরু ওইরম্মী।

খুলদুদা ইনাক খুনবা মীওই অমা লৈরম্মী। মহাক্তি কনাবুসু মী থানরমদে। ঙরাংফাও পাই পাইগীদমক ৱারম্বা যূমথংনবদু অহীং অমদা ইনাক খুনবা অমসু নৈনবগী মরম ওইরকপসিদা মিহৌবনা চাকথেক্লম্মী। ইনাক খুনবদু নোংমদি যূম্লোন্নবগীদা চৎলম্মী অমসুং অঙকপা তেঙ্গোৎতুদগী থোরকপা ফজ-ফজরবী

নুপীশিংদুগী মখূত্তগী হাপথরকপা চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবা চাকলেন্দু চারম্মী। মহাক্না থুনমক তেঙ্গোৎশিংগী মপুদুগা মরূপ শান্নরম্মী। মখোয়দা মানা পোৎচৈ কয়া খূদোল তৌরম্মী অমসুং যাদুগী তেঙ্গৎতুগী অরোনবদু খঙখিরম্মী।

নাপল চাউরবা ইনাক খুনবদুনা খল্লম্মী – 'মসিদা করি অরুবা লৈরিবনো? মসিদি মাগী খূৎ ওয়গী থবকনি। মহাক থুনা য়াঙনা চৎখ্রে। পূজারিদা মখল-মখলগী নিংথৌগী ওইবা মথেল কয়া থোংনবা য়াথং পীরম্মী। মথংগী অয়ূক্তা মহাক দোলাইদা লম্লোং অহুম ফাংবদুদা চৎলম্মী। অহাও-অহাওবা মথেলনা থল্লবা থুমুক্তু খোংনাং মখাদা থন্নম্মী। দোলাইরেংশিংদু নুমিদাংৱাইরমদা লৌরনবা হায়বে। মশামক তূম্লিংবগী মতৌগুম হীপথরম্মী। অদুবু তূম্লিংলমদে, লাইরেম্বীশিংনা করি করি তৌবগে হায়বদু য়েংনিংলম্মী। মমৈদা তূম্লিংলক্কুনা পূংমুক তূম্লুরবা তুংদা মীৎ পাঙথোক্লগা কিথি কিকম লৈদুনা য়েংলম্মী। মনাক্তা অঙকপা তেঙ্গোৎ মরিদু তাদুনা লৈবা থেংনরম্মী। মমৈদা মহাক মহয্ য়াল্লে অসুম্না চিংননিংঙাই লৈত্রে খল্লম্মী। লাইরেম্বীশিংগীদমক মীওইবগী মথেল লুকোইদা খ্বাইদগী হেন্না হাউবা মখৈ, খ্বাইদগী অতাঙবা মকৈ পুরক্লিবানি। মহাক্কী অনীংবদু করম্না মপূং ফারোইদগে?

দোলাইরেংশিংদু হান্নদগী হেন্না য়াঙনা চেলহন্দুনা মহাক ময়ূম য়ৌবম্মী। য়ূমগী মীওইশিংদা য়াথং পীরম্মী – মখোয় চেন্দুনা খুঙ্গংগী য়ূমথোং খূদিংমক্তা পাউস হায়রুনবা অমদি চাকলেনগীদমক বার্ত্তন পীরুনবা।

খুঙ্গংগী মায়কৈ মরিমক্তগী মীওইশিংনা মাগী য়ূমদা তিনখৎলম্মী। মতম খরগী মমাঙদা তৌখিবা চাক্লেনদু নীংশিংদুনা মতীন তারম্মী। ঙসি অমুক চাকলেন অদুসু ইনাক খুনবগী য়ূমদা, মীওই কযাদি নুমিৎ চূপ্পা চাক চাদনা লৈনরম্মী।

ইনাকখুনবদু অতিথি ময়ামদু উবদা মোমোন নোক্লম্মী, ফম্বীনবা খূদম তৌরম্মী। মীনাইশিংনা য়াম্না চেংলেম্না যাদুগী তেঙ্গোৎতু পুথোক্লম্মী।

য়েক-লোল্লনা কোকয়েৎ, নাদা কুন্দন অমসুং বিলাইটিগী খূদোপ শিবা মীনাইশিংগী মকোক্কুনা তেঙ্গোৎশিংদুদা য়াথং তৌরম্মী লাক্লিবা অতিথিশিংদুগী অহাওবা মথেল-লুক্কোয়শিং থিদোক্লুবা।

মহাক্কী খোঞ্জেল ফাও মাঙখিদ্রি তেঙ্গোৎতুদগী মশা-মউ ফরবা নুপা কুনমুক চোংথোরক্লে। মখোয় মশা ফবা ঙাক্তনি। মপান্থোমগী মসলশিংদু চোংলম্মী। অকিবগী

মশক ওইহ্রম্মী। অচৌবা অচৌবা থৌনা ফবশিং ফাও মফি কোম্লম্মী। মখোয়না অতিথিশিংদা চোংশিল্লম্মী। পূন্নমক্কী পালি নাইনা শম কক্লবা ফারম্মী। শম কোক্লবা খূৎলায় পুথোক্তুনা মখোয়বু নমদুনা শম কোক্লম্মী। কোকশিংদু কোরীগী খাঙ শাবদা ঙাইহ্রিবদুগুম লংলম্মী। শম ককপগী উসবসিদা নুপীশিংবুসু খাক্লমদে। কিনা কিনা অতিথিশিংদু তপ্না তপ্না খজীক-খজীক থোঙ্গাল্লোমদা চৎলম্মী। চাউরবা পাঙ্গল কল্লবশিংদুনা মিংশেল পায়দুনা কোম্থোংদা লেপ্লম্মী। মহাক্না অমমম মশাগী মমায়দু ফজনা উৎলম্মী অমসুং অমুক হন্না ওনশিল্লক্তনবা ধমকা তৌরম্মী। ❑

তামিল ফুঙ্গা ৱারী

## ঈশৈ পাম্বা হিংচাবা

লা যববদগী ৱামল্লদুনা ব্রাহ্মণ অমনা কাশীদা চৎনবা লেপ্লম্মী। নুংশাদা কোস কযামকম চৎলবগী তুংদা মহাক পোত্থানবগীদমক কুঞ্জ অমগী মকমদা লেপ্লম্মী। মপান ইপান থোক্লবা খূকউ লৈতানা ফমথগে তৌবদা মঙাযবি লূপ্লবা অমদি খঙদবা খোঞ্জেল অমা তাবদা খংলম্মী। "ঙাইখো" ব্রাহ্মণদুনা মখূৎ হাপ্লবা মনাক নকপা পুখ্রীদা চৎলম্মী। মফমদুদা অমুক খোঞ্জেলদু তাবম্মী। "ঙাইখো" অদুবু হন্দকমুক্তি মহাক খোঞ্জেলদুদা থোইনা খল্লুদে। চাকযোম হাংদোক্লুনা চাবা হৌবম্মী, চাক চাবা তোক্লুনা চৎপা হৌবম্মী অদুদা অমুকসু খোঞ্জেলদু তাবম্মী। "লেপখো।" ব্রাহ্মণনা লেপ্লুনা মাযকৈ মবিদা য়েংলম্মী কনাসু উবমদে। মহাক্না কন্না লাউবম্মী, "কনানো নঙবো? কবিগী অবেম্বদা লাঙলিবনো?" "মথক্তা য়েংখৎলু, নঙনা উবা ফংগনি।" মথক্তগী খোঞ্জেলদু তাবম্মী। মহাক্না উথক্তা য়েংখৎলম্মী, ব্রহ্ম হিংচাবদু উথক্তা ফমদুনা লৈবম্মী।

হিংচাবদুনা মাগী অৱাবা ৱারী লীদুনা তাহল্লম্মী – "মমাঙগী মপোক্তা ঐসু ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লম্মী। ঐহাক সঙ্গীতকী জ্ঞান লৈরম্মী। অদুবু পুন্সি চুপ্পা জ্ঞানদো কনাদসু তম্বীখিদে অমসুং কনাদসু য়েন্থোক্তে। মরমসিনা হন্দক মপোক্তা হিংচাবগী য়োনীদা পোক্লরে। মসি ঈশ্বরগী দন্দিনি। মফমসিদগী খর চৎলগা মন্দির অমা লৈ মদুদা বাঁসি খোংবা অমা লৈ, নুমিৎ চুপ্পা পী-পী তৌদুনতা লৈ; য়াম্না মওং তাদনা, তশেংনা সুর চাদবা, মদু ঐহাক খাঙবা ঙমদে, কনাগুম্বনা নাকোংদা শুংদোক্লবা লীক্লি হৈজিল্লকপগুম, মওং চাদবা সুর খুদিংনা তেন্না থাবগুম্মী। মাগী অকিবগী মশক ওইরবা লাঙবদুনা হকচাংসি হীকথরে, কয়াৎ খুদিং চীকহল্লি। করিগুম্বা মতম খরগী অসুম্না অসুম তৌরবদি ঐহাক ঙাওদুনা চৎখ্রগনি। অদুনা করি তৌরুবা হায়বা ঙমদে মরমসিনা আত্মাঘাটসু তৌবা ঙমদে। উপাম্বী সিদা পুন্দুনা লৈরবনি।"

"হে অফবা ব্রাহ্মণ! ঐহাক খুরুমদুনা হায়জরি, থৌজানবীদুনা মথংগী উমং ফাওবদম পুদুনা চৎপিরম্মু। মফমদুদা ঐহাক শান্তি ওইনা লৈজরুগে, মদুনা শক্তি খরসু হেনগৎলকপা য়াই। লাইবক থীবা হিংচাবা অমগী মতেং পাংবদা নহাক পুন্য ফংগনি, মাসু করিগুম্বদা ব্রাহ্মণ ওইরম্বনি।"

ব্রাহ্মণদু পেনখিরম্মী অদুবু লায়রবনা চলাক লৈরম্মী অদুনা হায়রম্মী, "ফৈ, ঐ নঙবু মথংগী উমং ফাওবা য়ৌহল্লগে, মদুদা করি ফংগনি? মদুগী মহুত্তা করি পীগদৌরিবনো?"

হিংচাবদুনা হায়রম্মী, "ঐনা নঙবু ইনাক খুনহনগনি। ঐবু থৌজালবিয়ু। ব্রাহ্মণনা মাবু পোদুনা মন্দিরদগী য়াম্না থাপ্পা অতোপ্পা উমং অমদা উপাম্বীদা থাদোক্লম্মী। মফম হোংবগী মথক্তা মাঙলুরবা শক্তিসু ফংলম্মী। হিংচাবদু নুংঙাইনা নুংশাশ্বর হোল্লম্মী। মহাক্না ব্রাহ্মণদা অশীর্ব্বাদ পীরম্মী অমসুং হায়রম্মী, "ঐ খঙই নঙ লায়রৈ হায়বা। ঐনা হায়বা মতুংইন্না চৎলু অদু ওইরবদি নঙগী পুন্সি নুংঙাইনা লেনগনি। হৌজিক ঐহাক মহিসুরদা চৎলগনি অমসুং মফমদুগী রাজকুমারীদা চঙলগে। মদুগী লান্থেংনবগীদমক থাপ্ল-থাপ্লবা মফমদগী ওজা গুরু লাক্কনি, অদুবু ঐ শুক্লেং লেঙলোই। নঙ হেক লাকপা মতমদা মাবু থাদোক্কনি। রাজকুমারীদু হিংচাবদগী নাম্থোকপদা নিংথৌ য়াম্না হরাওগনি মহাক্না নঙোন্দা লন-থুম য়াম্না পীগনি। অদুদগী নঙগী অৱাৎপা লৈররোই তৌইগুম্বসুং নীংশিংগদবদি মসিগী মতুংদা ঐনা কনাগুম্বদা

চঙলুবদা মদুদা নঙ খূৎ থিংজিনবা য়ারোই। মসিগী তুংদা নঙনা ঐগী নাক্তা হেক লাকপদা ঐনা নঙগী নথৱায় লৌগনি।"

যাত্রা মখা চত্থরকপদা ব্রাহ্মণদু কাশিদা থুংলম্মী। গঙ্গাস্নান তৌরগা বিশ্বনাথকী দর্শন তৌরুরে। কাশিদগী হল্লকপদা মহাক হিংচাবগী ৱাদু নীংশিংলম্মী অদুনা মহাক য়াম্না ৱানা মহিসুরদা থুংলুরে অমসুং ভারাদা হনুবী অমগীদা লৈরম্মী। মহাক্না হনুবীদা হংলম্মী, "শহরগী পূম্নমক য়াইফরিদনা?" হনুবীদুনা খুম্লম্মী, "হিংচাবা অমনা ঐখোয়গী রাজকুমারীদা খূৎ চনশিন্দুনা লৈরে, কনাসু মন্ত্র জাব তৌদুনা মাবু তাম্থোকপা ঙমদ্রে। মহারাজনা লাউথোকহল্লম্মী — 'রাজকুমারীবু হিংচাবদগী কনবা ঙম্লবদি মহাকপু লন-থুম য়াম্না পীগনি।'

ব্রাহ্মণনা খল্লম্মী — 'মহাক্কী অফবা নুমিৎ লাক্লবনি। মহাক কোনুংদা চৎলম্মী অমসুং নিংথৌদা হায়হল্লম্মী মহাক রাজকুমারীবু হিংচাবদগী কনবা ঙমগনি। কনাসু থাজরমদে, অসিগুম্বা ব্রাহ্মণসিনা মসি তৌবা ঙমগনি হায়বসি। থাজদ্রবসু পূক্লিং চম্নবা নিংথৌনা মঙোন্দা য়াথং পীরম্মী।

রাজকুমারীগী কাদা থুংলুবদা ব্রাহ্মণনা অনাবা নত্তনা পূম্নমক চৎখিনবা হায়রম্মী। তুংদা হিংচাবদুনা রাজকুমারীগী মচীন্দগী হায়রম্মী, "ঐহাক কয়া কুইনা নঙনা লাকপা ঙাইদুনা লৈরকপনি। তৌইগুম্বসুং ঐনা মমাঙদা হায়খিবদো কাউগনু। ঙসিদগী অমুক হন্না উনরবদি ঐনা নঙবু হাৎকনি।" অদুদগী অকনবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা হিংচাবদু রাজকুমারীগী হকচাং থাদোক্তুনা মাঙখ্রে। মহাক্না ফগৎলকপদা কোনুংদা হরাওনরম্মী। নিংথৌনা ব্রাহ্মণদা লন-থুম মপৈ অমসুং খুল কয়ামরুম পীরম্মী। ব্রাহ্মণদুনা শহরদুদা লমচৎ ফজবী কন্যা অমা লুহোংদুনা হেনগৎলক্লিবা ইমুং মনুংগা লোয়ননা লৈরম্মী।

মহিসুরগী রাজকুমারীবু থাদোক্লবা হিংচাবদু ত্রিবানকোরগী রাজকুমারীদা অমুক চঙলুরে। ত্রিবানকোরগী নিংথৌনা ওইথোকপা য়াবা উপায় য়েংলবসু হিংচাবদু রাজকুমারীবু থাদোক্লমদে। নোংমা কনাগুম্বনা মহিসুরগী সিদ্ধ ব্রাহ্মণগী মরমদা তাক্লম্মী। করম্না মহাক্না মফমদুগী রাজকুমারীবু হিংচাবদগী কনখিবা। অদুনা ত্রিবানকোর নিংথৌনা মহিসুর নিংথৌদা চিঠি ইরকখি, করিগুম্বা সিদ্ধি ব্রাহ্মণদুনা মহাক্কী মচানুপীবু উপায় লৈত্রবা হিংচাবদু তাম্থোকপীরবদি মহাকপু মতীক চাবা মনা পীগনি।'

মহিসুরগী নিংথৌনা ব্রাহ্মণবু কোনুংদা কৌখৎলম্মী অমসুং য়াথং পীরম্মী। মহাক মাগী মরূপ ত্রিবানকোরগী নিংথৌগীদা চৎলুনবা অমদি মফমদুগী রাজকুমারীগীদমক্তা করি তৌবা য়াবগে য়েংনবা। হিংচাবদু অমুক উনবগী ৱাখলদা ব্রাহ্মণদু জ্ঞান মাঙলম্মী। অদুবু মপু ইবুংঙোগী য়াথংদুসু থওইদবসু করম তৌরুনি? লোয়ননা হিংচাবদুগী মতমদুগী শিকারগী মরমদসু খৃৎ থিংজিন্দুনা মহাক্কী অশাওবগী মরম ওইবসু পাল্লমদে। য়াম্না খন-খোৎলবগী তুংদা মমৈদা মহাক ত্রিবানকোর চৎপা লেপ্লম্মী। নুপী অঙাংশিংগী দরকার ওইবা খুজিল থৌরাং তৌরম্লগা চৎলে, মফমদু য়ৌরগা মহাক্না নারে হায়দুনা থা অনীফাও মপান থোক্লমদে, অদুবু অসুম্না করম্বা মতম ফাও চৎনবা য়াগনি? রাজকুমারীবু হিংচাবদগী কন্নবা মহাক্কী দায়িত্ব মমৈদদি পাঙথোকপা তারম্মী।

অসুম তৌনা থৌনা খোমজিন্দুনা মঙোন্দা শিন্নবা থবক্তু পাঙথোক্লবা লেপ্লম্মী। খুদোংথীবদগী কনবীনবা ঈশ্বর খুরুমজরদুনা মহাক কোনুংদা চৎলম্মী অমসুং রাজকুমারীগী কাদা চঙনবা হায়রম্মী। মহাকপু উবদা হিংচাবদুনা লাউরম্মী, "ঐনা নঙবু যমরাজগী মনাক্তা থাগনি। নঙবু মচেৎ মচেৎ থোক্না ককথৎকনি মফমসিদা নহাক্কী থবক লৈতে।" মসি হায়দুনা হিংচাবদু য়োৎকী মুসল পায়দুনা মঙোন্দা চোংশিল্লম্মী।

ব্রাহ্মণদু থরায খৃবাক্তা হাপ্লুনা লাক্লিবনি। মহাক মশাবু কঞ্জনবা উপায় লৈরমদে। তশেংনা নীংবা কায়বদগী পোল্লকপা থৌনাগী মরম্না মহাক্কী বুদ্ধি-লৌশিং হেনগৎলম্মী। মহাক্না শান্তিদা ঈংনা হায়রম্মী, "ফৎত্রবা হিংচাবা, নঙ চুমদ্রিং চৎখিগেরা নৎত্রগা বাঁসি খোংবদু কৌহল্লুরা? কোনুংসিদা অহীং নুংথিল সুর চাদবা বাঁসুরী খোংবদা মহাক য়াম্না হরাওগনি।"

সঙ্গীত পামজবা হিংচাবদুনা লাউরক্লম্মী, "নত্তে, নত্তে কৌহল্লগন্, ঐহাক চৎলগে" অকিবগী মখোলগা লোয়ননা মহাক রাজকুমারাগী হকচাংদগী মপান থোকখ্রে অমসুং মাঙখ্রে।

হিংচাবগী খৃবামদগী নাম্লোক্লবদা রাজকুমারী নুমিৎ খরনিগী তুংদা ফৎত্রবা প্রভাবশিংদগী নাম্লোক্লম্মী। নিংথৌ হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মহাক্না ব্রাহ্মণবু লন-থুম ময়াম অমা পীদুনা ইকাইখুম্নরম্মী। মদু হৌজিক ফাওবা থিবা লোইবা ঙমদ্রি। লন-থুমদু শনগাড়ীদা হাপচিন্দুনা হরাও নুংঙাইনা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী অমসুং নুপী অঙাংশিংগা লোয়ননা নুংঙাইনা লৈরম্মী। ❑

তামিল ফুঙ্গা ৱারী

## নৎত্রগা ঐগী অশেংবা শক্তম উৎলুরা?

শাহিংচাবা কবোকৈ অমনা উপায় অমা তৌদুনা মশাগী শক্তম ওন্থোক্লবা অরোনবদু তল্লম্মী। মহাক্কী অনীংবা অমা লৈরম্মী। মহাক কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ কন্যা অমগা লুহোংবা পাল্লম্মী, করিগীনো হায়ববু ব্রাহ্মণশিংনা থোংবা চাক-এঙ্গাংগী মনম অমসুং মহাও য়াম্না নুংশিজৈ অমসুং পাম্না চাজনীংই। মখোয়গী এঙ্গাংদু মনা মশিংগী ওইরবসু। নোংমা মহাক্না বিদ্যা হৈরবা ব্রাহ্মণ পাখণ্ড অমগী শক্তম লৌরদুনা ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা চাক্লেন অমগী বার্ত্তন পীরম্মী। মঙোন্দা চাক মনম নুংশিবা, মনা-মশিংগী সাগ, হৈনৌগী আচার, অমসুং দহী পীজরম্মী। মহাক্না ইমুংদুগী মচানুপীগা লুহোংবগী অপাম্বা ফোঙদোকপদা মতম কুইনা চঙলমদে। ব্রাহ্মণগী ইমুংগী মীওইশিংদা মহাক্কী রামায়ণ থিবা-হায়বদা খোঞ্জেল নুংশিবা অমসুং সংস্কৃত জ্ঞানগী প্রভাব তাখিরম্মী। অতিথিগী অনীংবদু খঙলদুনা মখোয় হরাওরম্মী অমসুং অথাপ্পা কনাসু লৈতবনা মখোয়বু ঙাইবগী মথৌ তাদরে। মতম খরা লৈরগা ময়া নুপাদুনা

হায়রম্মী, “মহাক্কী য়ুম উমংদুগী অশোম ৱাংমদা লৈ অদুনা কন্যাবু পুদুনা চৎনবা য়াথং নিরম্মী।

অহল ওইরবা মকুবোক্লা থুনা মহাক্কী ৱাদু য়ারম্মী অমসুং অদুনা মঙোন্দা হায়রম্মী, “লুহোংলবা তুংদা কন্যাদা ঐখোয়গী অধিকার লৈত্রে। অদোম্না মহাক্কী মপুরোইবনি। ঐখোয়না মাবু য়াম্না লুনা নুংশিনা য়োক্লকপনি। মাবু ইশাদগী লাপথোকপা হায়বসি অৱাবনি অদুবু ঐ খঙই, অদোম্না মাগীদমক মখল খুদিংমক্তা য়েংশিনবীগনি।” মথংগী নুমিত্তা ময়ানুপাগা চৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। মনেম্না লম্বীদা চানবগীদমক মিঠাই খরা অমসুং উহে খরা য়োম্বীরম্মী। লম্লক্তা লৈবা হিংচাবদগী কঞ্জনবা পোৎয়োম খুদিংদা নিম মনাশিং থেৎপীরম্মী। মচানুপী বিদায় তৌবা মতমদা মমানা নিম মনা খরা মশমদসু থেৎপীরম্মী অমসুং মীৎলু পিরাং ঈহৌনরম্মী।

লম্বীদা পূম্নমক্তি ফরম্মী তৌইগুম্বসুং কন্যানা করিগুম্বা উপাম্বী নৎত্রগা পুখ্রী মপান্দা ঙাইহাক পোত্থানবগীদমক্তা হায়রুরবদি মপুরোইবদুগী লমচত্তা অশাওবা ফোঙদোক্লম্মী। “তূমিন্না চৎলিব্রা নৎত্রগা ইনাক্তা ঐগী অশেংবা শক্তম উৎলুরা?”

ৱাহৈসি মহাক্লা কয়ারক হন্না হায়রম্মী। মখোয় জঙ্গল মনুংদা অসুম অসুম চঙশিল্লিমখে মপুরোইবদুদা হোংলক্লিবা মতৌদু উরুরগা ঙক্লম্মী। মমৈদা মহাক লৈবা ঙল্লমদে “অফবনি উৎলুনে নশাগী অশেংবা শক্তমদো।”

মহাক্লা মসি হেক হায়রগা মপুরোইবদুগী শক্তম হোংলক্লম্মী। মখোঙ মরি, শাংলবা নাপু মানবা হকচাংদা অমুবা ময়ী, মকোই চোম্বা মায়থোঙ, অদুদি মহাক মী নত্তে, কবোকৈনি। কবোকৈদুনা হায়রম্মী, “নহাক্কী নপুরোইবা কবোকৈনি, মতম লৈবা খিবিক্তা নীংশিংগদবনি, ঐখোয় থুনমক য়ুম য়ৌরগনি, নঙনা হায়বা ঐনা পুরক্কনি চেঙ এঞ্জাং নাপী, মসলা অমসুং ইশাগীদমক্তা শাদোং খরা মতম চানা চাক থোংউ অমসুং য়ুম্বু লু-নান্না থম্মু, হোয় করিগুম্বদা মঙদফাও ঐনা হায়বা লৈথোক্কনু।”

উমং ময়ায়দা য়ুম অমদা মখোয় লৈরম্মী। মতম খরগী তুংদা নুপীদুনা কবোকৈ মচা অমা পোক্লম্মী অদুবু মহাক্কী পূক্লিং লৈতাবা ঙল্লমদে। পুন্সি চূপ্পা লৈখা তারবা কবোকৈগা লৈবসি য়ানিংলমদে। মপুরোইবনা শা অমদি মখোয় মরিন পুরকপদুসু য়ানিংদে। নোংমদি মহাক মতোমদা ফমদুনা কপ্লম্মী। ক্বাক অমনা মহাক করিগী

কপ্লিবনো হংলম্মী। ব্রাহ্মণগী মচানুপীনা মঙোন্দা ব্রাকম পূন্নমক তন্নম্মী অমসুং মহাক্কী চিঠি অমা পীবিরুনবা হায়জরম্মী। মদুদা ক্লাক্লা শোয়দনা অঙম্বা মতেং পাংগনি হায়রম্মী।

মহাক্না কোনা মনাদা য়োৎচৈ অমনা মাগী যূমগী মীওইশিংদা চিঠি ইরম্মী। চিঠিদা মহাক্কী অশেংবা ফীভমগী মরমদা শুগায়না ইরম্মী। খুঙ্গংদা পাইখিদুনা মবুংশিংগী মমাঙদা ক্লাক্লা লৈমায়দা তারম্মী। ক্লাক্কী মঙক শমদা পুল্লিবা কোনা মনাদু উরম্মী। মখোয়না মদু হাংদোক্কুনা পারম্মী। মবুং অহুম মতমদুমক্তদা ক্লাক্লা লোয়ননা চৎখ্রে।

উমংদা লম্বী লম্যাঙনরবা গধা অমা থেংনরম্মী। মৌপ্পা অতোনবদুগী অঙাং ওইবগী মতৌ হৌজিক ফাও লোইদ্রি। মহাক শান্নবা পাম্বা মীতানি। মহাক্না গধাদু পুরম্মী। খরা চৎলগা ককচেং অমুবা খরা উরম্মী। মবুং য়ায়মনা যুবী মকুদা হাপচিন্দুনা পুরম্মী। কবোকৈগী লাম্থেংদা মদুগী দরকার ওইরকপা য়াই।

নুমিৎ চপ-য়ুংবদা থুংলম্মী। মখোয় য়াম্না লাম্লম্মী। পুখ্রী অমগী মপান্দা লেপ্লম্মী। ঈশিং থক্লম্মী। মখোয়না চৎনবা তৌরকপদা ধোবীগী তেক্কী অমা উরম্মী। মদুসু পুরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা মচনগী ময়ূম য়ৌরে। মচনগী মীৎলুদগী পিরাং ঈহৌরম্মী মখোয় লাকপা উবদা য়াম্না হরাওরম্মী। কবোকৈ মতম অমদা হেক্তা লাকপা য়াই অদুনা মখোয় য়েঙ্গাইদা লোৎলম্মী। মানা চাক চারগা চৎখিঙৈদা মখোয় মথৎ করি তৌগদগে খন্নগনি।

মবুং অহুমদুনা য়েঙ্গাইদা গধা, ককচেং কোনা পাম্বী অমসুং ধোবীগী তেক্কীদুসু য়েঙ্গাইদা মনাক্তা থম্লম্মী। কবোকৈদুনা লাকপগা কোয়রৈ লৈদুনা য়েংলম্মী, মনম শুৎ শুৎ নম্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, "ঐহাক মীনম নম্মীদা" মাগী নুপীনা, "মীনম নমদদি, নঙনদি মীওইবা জাৎকা লুহোংলিবদো" হায়রম্মী। "নঙগী মনম ঐহাক খঙই, মসিদি মদু নত্তে" কৈদুনা হায়রম্মী। মহাক লাম্লবনি। মাগী নুপীনা থোঙবা ব্রাহ্মণগী চাক-এঙ্গাংদু চানিংলম্মী। নুপীনা লাদা চাক থিদোক্লম্মী।

য়েঙ্গাইদা ফম্লিবা চরাঙনরবা মৌপ্পা হায়রম্মী, "ঐহাক মপান থোক্লিংই, মদু থিংবা ঙমদরে।" ময়াম্বা অহলনা হায়, "থোকউ মখোল থোকহল্লু," মপান থোক্লকপদুগী মরিদু কবোকৈগী চাক্লুক্তুদা চুমদ্রিং তারম্মী। "মসি করিনো,"

। চিংননা হংলম্মী। মাগী নুপীনা খুন্নম্মী, "ইহে, মসি য়েঙ্গাইদা ঘীগী পাত্র থম্বনি মদু তুররিনি।" ঙাইহাক লৈবগা মনাও অতোনবদুনা ঐহাক খোঙ হাম্লিংলে করি তৌগনি" হায়রে। ময়াম্বনা হায়রম্মী, "ফরে হামদোকউ," মনাওদুনা শেংনা হামদোক্লম্মী। মদু কৈদুগী চাক্লুক্তা চুমদ্রিং তারম্মী। কৈদু ঙংলদুনা হায়রম্মী, "মসি করিনো, অমাংবা মাল্লি।" নুপীনা হায়, "চাক চারিঙৈদা অমোৎপা ৱা ঙাঙবা হৌনদে। ঐনা মসুরগী খিচরী য়েঙ্গাইদা থম্বনি, মদু হৌদোংনা, ঊচিনা ইন্থুরি ওইরিনি।"

কৈনা পূম্নমক্তু চাথোক্লে, খল্লি – মসি শোক তৌরবা মসলা থাকপা খিচরী ওইরমনি।"

খঙহৌদনা য়েঙ্গাইদগী লূম্লবা খোঞ্জেল তারম্মী, "কৈ নহাক্কী অরোইবা মতম লাক্লবনি। ঐহাক নঙগী নশেল নুপা মথকসিদা ফল্লি। ঐনা নঙবু হিংনা চাথোক্কনি।"

কৈদু ইঙক ঙক্না মিপাইরম্মী। মথক্তা য়েংলদুনা হায়রম্মী, "নঙ কদায়দনো লৈরিবা?"

"মফমসিদা," মথক্তা ঐগী খূৎঙংদু তাও," ময়াম্বা অহলনা মতমদুদা গধাগী অমাংথোঙদা ককচেং থাজিল্লম্মী। ককচেংনা মনুংদা থোৎলবা মফমদা চীকপদা গধা সন্তম সুরদা চেংবু-চেংবু তৌদুনা খোংলম্মী। কৈদু মিহুন চেনখৎখিরম্মী।" মসি নঙগী খোঞ্জেল ওইরে, নঙগী নখোঙদু ঊৎলু।

ময়াম্বা অহলনা কোনা মঊদু মখাদা থাদরম্মী। কৈনা হায়, "কৈনো অসুক চাউবসিদি?" কৈদুগী অকিবদুদা তাঞ্জা লৌরদুনা মবুং য়ায়মদুনা হায়রম্মী, "হৌজিক ঐগী পূক য়েংউ, নঙদি মপূম ওইনা চঙবা চনগনি।" মসি হায়দুনা ধোবীগী তেক্কী ঊৎলম্মী।

অসিগুম্বা অকিবগী মশক ওইরবা খোঞ্জেল, অসুক চাউবা মখোঙ অসুক চাউবা মপূক, বাপরে।" কৈদু মথৱায় কঞ্জনবা চেনখ্রে। মতমদু নুমিৎ তাখিরম্মী। কৈদু অকিবদু হন্থদ্রিঙৈদা মখোয় মফমদুদগী চৎখিবা পাল্লম্মী অদুনা খরা চা-থক্লগা চৎনবা শেম শারম্মী। কৈ মচাদু নুংঙাইনা তূল্লি। মঙোন্দগী নাম্থোক্লবগীদমক মদু মকক অনী থোক্লা কক্লগা লৈরং মথক্তা য়ান্দুনা থন্নম্মী অমসুং লৈরংদা তৱা অমা থাঙ্গৎলম্মী। অদুদগী মচীন মৌপ্পা মরিদু মফমদুদগী থুনমক চৎখ্রে।

চৎলমদাইদা মচন্না মমাঙগী থোঙদু মনুংদা লোল্লম্মী অমসুং মনীং থোঙদগী মপান থোরক্লম্মী। হাৎতোক্লবা কৈ মচাদুগী মকক্তুদগী ঈ লৈরংদা থাঙ্গৎলিবা তৱাদুদা তাবদা জৌ জৌ হায়বা খোঞ্জেল থোক্লম্মী। অহীং নোংয়াইদা কৈদু তুমিন্না হল্লক্লম্মী। মহাক্না মমাঙথোঙ লোনবা থেংনরম্মী। মনুংদগী জৌ জৌ হায়বা খোঞ্জেল থোক্লম্মী। নুপীনা হৱাইগী তল হৌরিবোইরে খল্লম্মী। থোঙ থিংজিন্দুনা নঙনা নবুংশিংগী তল হৌরিবা হৌজিক য়েংগে মহাক মুরুম মুরুম শোল্লম্মী, মখোল অমত্তা থোক্তনা মনীং থোঙলোমদা চঙলম্মী। মনুংদদি মাগী নুংশিজরবা মচাদুগী মচেৎ মচেৎ লৈরং মথক্তা য়ানদুনা লৈবা থেংনরম্মী। নুপী চেনখিরল্লে অমসুং মমল য়াম্লবা পোৎ লীক-লৈ, খুদোপ অমসুং রেশমগী সাড়ী অতোপ্পা পোৎ, লম্বী চৎপশিংবু হাৎলগা পুশিল্লকখিবনি অদু পূম্নমক লৈরমদ্রে। মচা নুংশিবগী থম্মোয় মচেৎ তানা কায়খিরম্মী। নুপীগী থাজবা মাঙবগী মৈ থোক্লা শাউরম্মী। ৱাশক্লম্মী – ব্রাহ্মণগী মচানুপী, পতালদসু থিদুনা পুথোক্কনি অমসুং মচেৎ মচেৎ ককথৎকনি।"

অদু করম্না? মহাক যাদুগী শক্তিনা ব্রাহ্মণ পাখঙগী শক্তম লৌরম্মী অমসুং মকু ময়ূমদা চৎলম্মী। মহাক্কী নুপী অমসুং মবাই, মশেল নুপাশিংদুনা লাপ্লিঙৈদগী হৌনা উরম্মী অদুনা মহাক্না থেংননবগীদমক শেম শারম্মী।

অহল ওইরবা মকু-মনেম্না কোম্বোংদা মাবু ওক্লম্মী। মশেল মবাইশিংসু মহাক্কী সেবাগীদমক চেম্বোক -চেনশিন তৌদুনা লাঙলম্মী। মখোয় মাবু ওক্লবগী থৌরাংদা য়াওশিল্লম্বদুদা হৱাওবৈ ঙমখৈ লৈরমদে। ময়ূমদা উখিবা মশা চাউবা, মখোঙ, মখোল অকিবগী মশক্তো অমা ফাওবা উবা ফংলমদে। পূম্নমক য়ূমদুদা মশা তনান-তনাল্লি অমসুং নুংশি লৈখোল লৈ।

মরকসিদা মবাইশিংদুনা য়ূমগী মনীংদো অরেম্বদা লৈরবা গুহাদু উশা অমদি উনা-ৱানাশিংনা কু'শিল্লম্মী অমসুং মদুদা রেশমগী ফিদা থাজিল্লম্মী। চৎনবীগী মতুংইন্না মালিস অমসুং ইরুজনবগীদমক্তা মবাই-মশেলশিংদুনা মবাইদুবু রেশমগী ফিদাদা লৈতেংবীনবা হায়রম্মী। মহাক হেক ফমথবগা দরীদু উনা-ৱানা অমসুং উশাশিংগা লোয়ননা অকিবগী মশক ফংলবা খোঞ্জেলদা গুহাদা তাশিনখ্রে। মচীন মনাও মরিমক্লা থীন্দনা গুহাদা নূং অমোৎ অকায় অমসুং লৈবাক্লা থোনজিল্লম্মী। মতৌ অসুম্না ফৎত্রবা কৈদুগী অরোইবা ওইরম্মী। ❑

তেলেগু ফুঙ্গা ৱারী

## তাবীনবা থিরিবা ৱারী

হনুবী অমনা রথসপ্তমীগী ব্রত তৌরম্মী। ফাইরেনগী শিথরকপা তরেৎনি ৱাৎলিঙৈ ব্রত তৌবা কাঙবু স্নান অমসুং পূজা তৌরবগী তুংদা কনাগুম্বব নুমিৎ কৌবা লাইগী ৱারী তাহল্লম্মী। অদুনা হনুবীসিনা খুবাম্মুংদা য়াইঙং শঙবা চেঙ পুদুনা কনাগুম্বা অমা থিবা হৌরম্মী। মঙোন্দা শেংলবা চেঙদু পীরগা ৱারী লীবা ঙম্মবা। অদুবু কনাগীসু ৱারীসি তানাব মতম ফংলমদে।

মহাক্কী মচানুপাশিংসু নিংথৌগী দরবার চৎনবা থৌরাংলি। মখোয় হান্নদগী থেঙগ্নবনি অমসুং নিংথৌনা চৈবসু তানিংলমদে। মচাশিংদগী নীংবা কায়রদুনা মশুশিংগী মনাক্তা চৎলম্মী। মতমসি মখোয়গীসু স্কুল কানবা তাঞ্জানি। মখোয়সু হনুবীদুগী ৱারী তাবদা য়ানিংলমদে। অদুদগী মহাক মমৌগী মনাক্তা চৎলম্মী। মহাকসু খোম থক্লিবা অঙাংদুগী নিংঙাইদা ঙাইহাক শংদে।

অদুগী হনুবীদু তুরেল মপান্দা চৎলম্মী। মফমদুদা ধোবীশিং ফি শূরম্মী।

মখোয়সু মহাক্লা ফাইরেল নোংমাইশিংদা লীনবা ৱারীদো তানবা হায়জরম্মী। মখোয়সু থবক লোইরদুনা ঙাইহরি অমসুং ময়ূমদা থুনা চৎনিংলম্মী অদুনা মখোয়সু ৱারী তাবদো য়ানিংলমদে। হনুবীদু মফম কয়ামরুম চৎলুরে, কয়ামরুমদা ৱারী তাবীনবা হায়জরুরে অদুবু মহাক্লা তাবীনবা মী অমফাও ফংলমদে। ব্রাহ্মণ, শীংচনবা, ধোবী, চফূ শাবা, থুমোক শাবা, মখোয়সিদা মানা হায়জরুবদা পূংখায়মুক ফাওবা কাইথোক্তুনা মাগী ৱারী তাবীনবা শেম শারমদে।

ফাইরেল নোংমাইজিংগী ৱারী তানিংদবা মীওইশিংদি মদুগী মহয় ফংবা তারম্মী। মহাক্কী মচাশিংনা দরবারদা দন্দি ফংলম্মী, মমৌগী খোম থক্লিবা মচাদু নারম্মী, শিগে শিগে তৌবদগী কলহৌরম্মী, মশুশিংদু ওজাগী চৈফূ চারম্মী। ধোবীশিংদু মনেমগী মীচৈ চারম্মী। ব্রাহ্মণনা নুমিত্তু চাক্লেনগী বার্ত্তন ফংলমদে। থুমোক শাবদু মখূত্তা তুম য়ূরম্মী। য়াম্না হোৎনরবা ফাওবা চফূ শাবশিংনা মওং তাবা চফূ অমত্তা শাবা ঙম্লমদে।

মখোয়না থোক্লিবশিংদু হনুবীদুদি করিসু খঙবা নত্তে। মহাক নীংবা কায়রম্মী। মহাক্কী ৱারী তাবিনবা কনামত্তা ফংলমদে অদুবু মহাক পূক্লিংগী তপ্থবদু মাঙখিরমদে। মমৈদা মহাক মনীংথংবা খুঙ্গংদা চৎলম্মী। মফমদুদা ওক্তবী শিনফমদা হিংলিবী নুপী অমা উরম্মী। মহাক ৱারীদু তাবীনবা হায়রম্মী। অদুবু মহাক য়াম্না লাম্লে। মরমসিনা অহানবদা হনুবীদুনা ময়ূমদা চৎলম্মী অদগা ক্ষীর থোঙদুনা পুরক্লগা পীজরম্মী। নুপীদু য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্লা ক্ষীর পূম্নমক চাথোক্লম্মী। হনুবীদুনা ৱারী লীবা হৌদ্রিঙৈদা নুপীদু নীংঙাইবা লৈতনা তূমথোকখিরম্মী। হনুবীদু মখূত্তা চেঙ মচু শঙবদু পায়দুনা মানা হৌগৎলকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী। খঙহৌদনা নুপীদুগী গর্ভদগী অঙাংদুনা হায়রকপা তারম্মী, "নঙনা ঐবু ৱারীদু করিগী তাহন্দ্রবনো? ঐ তাগে, মচু শঙবা চেঙদু ইমাগী খোয়দৌদা থম্মু অমসুং ৱারীদু লীদুনা তাহল্লু।"

হনুবীদু হরাওরম্মী। মহাক্লা তূম্লিবা নুপীদুগী খোয়দৌদা চেঙ থম্লম্মী অমসুং মহাক্কী কংথোক্লিবা পূক্লোমদা ওন্দুনা পূক্লুংদা লৈরিবা অঙাংদুদা ফাইরেল নোংমাইজিংগী ৱারীদু লীরক্লম্মী। ৱারী লোইরবা তুংদা মানা নাউশুম ঈশৈ অমা শক্লম্মী, মদুগী অর্থদি – "নঙগী খোঙফম তারুবা মফমদুদা খুন্তাক লানশিরবসু খুঙ্গংদু অমুক হন্না মী তাগনি, লশিংনা মোতি ওল্লকনি। অকংবা উপাম্বীদা উহৈ পাল্লকনি।

অহল ওইরবী শনবীশিংনা শঙ্গোম থোক্কনি। অখূংবী নুপীনা তম্পাক থনগনি। মাঙখিবা লন-থুম ফংগনি। অদুদগী অশিবা অমুক হন্না হিংগৎলক্কনি। ও তপচরবী নঙোন্দা মতীক মঙাল লৈগনি অদুনা মরম ওইদুনা নিংথৌনা নঙোন্দা থৌজানবীরগনি।"

মহাক্কী ৱারী অমসুং নাউশুম ঈশৈ লোইরগা ওক্তবী নুপীদো মীকপ থোক্লম্মী। মমীৎ পাঙথোরকপগা হনুবীদুদা ৱারী লীবিনবা হায়রম্মী। হনুবীনা হায়রম্মী, "নহাক্কী নবুক্লুংগী অঙাংদুনা ঐগী ৱারী তারম্লিবনি। মহাক য়াম্না লাইবক ফবী ওইগনি। অঙাংদু পোকপদা ঐঙোন্দা পাউ পীরকউ। মসি হায়রগা হনুবীদু ময়ূমদা হল্লক্লে।

হাপ্তা মরি লৈরগা হনুবীদুনা ওক্তবী শিনফমগী নুপীদুগী মচা পোকপগী পাউ তারম্মী। চৎনবী মতুংইন্না হনুবীনা নৌনা পোক্লিবী অঙাংদুগী ফিরোল অমসুং তেঙ্গোৎতা থাউ অহিংবা পুদুনা থীন্থদনা নুপীদুগী খুঙ্গংদা চৎলম্মী। অঙাংদু মহাক্লা মনাক নকপা উমংদা পুরম্মী, উগী উশাদা সাড়ী পুন্দুনা থৌরী হাইবা শেম্লম্মী। মদুদা অঙাংদু শুম্লম্মী। মহাক্লা উদুদা হায়রম্মী তপ্পা তপ্পা থৌরীদু হাইয়ু। উচেকশিংদা নাউশুম ঈশৈ শক্লবা হায়রম্মী। অঙাংগী মমানা মাগী শিনফমদা চৎচনবগী ৱাই শংজরম্মী। উপাম্বী অমসুং উচেকশিংনা অঙাংদু য়েংশিনবীনবা হায়জরম্লগা হনুবীদু চৎখ্রে।

নুমিত্তুদা নিংথৌ অমা উমংদু ফাওদুনা চৎলম্মী। মহাক্লা উচেকশিংনা নাউশুম ঈশৈ শকপা অমদি অঙাং কপ্পা তারম্মী। মহাক লাঙতক্করম্মী। মখোলদুগী মায়কৈ থিদুনা অঙাংদুগী মনাক য়ৌরক্লম্মী। উচেকশিংনা নাউশুম ঈশৈ শক্তুনা লৈরম্মী, মখোয়না নিংথৌদা হায়রম্মী, "অঙাংসি নঙগী নুপী অমসুং ঐখোয়গী ইমানি। মসি নয়ূমদা পুদুনা চৎলু, চাউরবা মতমদা লুহোংউ।"

অঙাংদু দোলাইদা হীপহন্দুনা পুখিরম্মী। মখোয়না খুন্তাক লানশিবা খুল অমা ফাওদুনা চৎলম্মী। মদু মীনা থন্না চৎনরিবা শহর অমা ওন্থোক্লম্মী। লম্বীদা লশিং হৌবা লৌবুক ময়াদা পোত্থারম্মী, লৌবুক্কী লশিং পূম্বা মোতি ওল্লম্মী। লায়রবা খুঙ্গংদু ফাওদুনা চৎলম্মী, মফমদুগী হনুবী শনবীশিংদু শঙ্গোম থোকপা হৌরক্লম্মী অমসুং কোনুংদা মচা পোক্তবী নিংথৌগী রাণী চহীসিদা মচা ফংলম্মী।

ওক্তবীগী মচাদু তপ্পা তপ্পা চাউরক্লম্মী। লৈবাকসি নোংমা নোংমগী চাওখৎপা

হৌরম্মী। মতম চানা নিংথৌনা মাবু লুহোংলম্মী।

রাণী অহনদুনা মসিদা নুংঙাইরম্লোই হায়বসি কল্পনা তৌদুনা য়েংবা য়াই। অনৌবা নহা ওইরিবী রাণীগী লাংদা থুখিবদগী রাণী অহলগী থম্মোয় কায়রকখি। মাগী নুঙাইবদা অপনবা পীবা কদায়দগী লাক্লিবনো? মাগী জাতিসু খঙদে, মমা মপাসু।

নোংমা কল্লক-মিহৌবনা খুদুম চনখিবনা কোনুংগী লীক্লোল অমসুং হীরা-মোতি পূন্না উপু মচাদুদা হাপচিল্লগা সমুদ্রদা লংথোকহল্লম্মী। নুমিৎ খবনিগী মতুংদা ঙা ফাবশিংনা য়াম্না চাউরবা ঙা অমা ফারম্মী। ঙাদু মখোয় রাণী অহলদা কৎলম্মী। বাণী অহলনা ঙাদু মনম নম্লম্মী অমসুং রাণী অতোনবীগীদা থাজিল্লম্মী। ঙাদু উবদা রাণী অতোনবী য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্লা মমাঙমক্তদা ঙাদু শেমদুনা থোংনবা শীল্লম্মী। চাক থোংবীদুনা শেম্বদা মনুংদগী উপু মচাদু পুথোরক্লম্মী। মদু রাণী অহলনা সমুদ্রদা লংথোকহনখিবনি।নিংথৌনা মসি তাবদা উচেকশিংগী নাউশুম ঈশৈ নীংশিংলম্মী। মদুদা রাণী অতোনবীগী মগুণ শৈথাখিবনি। খুন্তাক লানশিরবা খুন্দো মী তাবকপা, লশিং মরুনা মোতি ওল্লকপা অহল ওইরবী শনবীশিং শঙ্গোম থোক্লকপা অমসুং অকংবা উপাম্বীদা উহৈ পাল্লকপা নিংথৌনা তশেংনা উরকখ্রবনি। তৌজিক লীক্লোল মাঙখ্রবা উপু মচা অঙকপা মওংদা ফংলম্মী। অশিববু হিঙ্গৎহনবা শক্তি অদুদা ঙাইরে খঙদ্রিবা।

নিংথৌনা রাণী অতোনবীগীদা চাক্লেন চারগা অহলগী তুম্ফম কাদা চৎলম্মী অমসুং তুমিন্না হূ থক্লগা নীংঙাইদনা তুমথখিরম্মী। রাণী অহলদো তৌকম খঙলমদে। মাগা লোয়ননা সতী ওইনবা অতোনবীদুসু হায়হল্লম্মী। অশিবদু অরোইবা সংস্কার তৌনবা শেম শাবা লোইরবে, বাণী অতোনবীদু সতী ওইনাবা হৌনবী থবক তৌবা হৌরম্মী। মতমদুদা ব্রাহ্মণ অমা লাক্লম্মী। রাণী অতোনবীদুদা খোঙ হামদোক্লবা ঈশিং নিরম্মী। রাণীবুসু খে ঙ হামদোকহল্লম্মী অদুগা থক্লবা ঈশিং নিরম্মী। মদু রাণীবুসু খরা থক্লবা হায়রম্মী। অদুদগী ইরুজথোকহল্লম্মী। হকচাংদা তৈনবা চন্দন নিরম্মী। মশাসু চন্দন থিল্লম্মী। রাণীবুসু থিল্লম্মী। রাণীদসু কুমকুমগী বিন্দি নম্লবা হায়রম্মী। মথংদা চাক চানবা হায়রম্মী অদুদা রাণীবুসু চানবা হায়রম্মী। মমৈদা চাবা থকপা লোইরগা পান-সুপারী নিরম্মী। মদু চারগা রাণীবুসু চানবা হায়রম্মী। মতৌ অসুম্না মহাক্লা রাণীদা তৌহল্লিবসিনা রাণীগী থম্মোয়দি মচেৎ তানা কায়খিরম্মী। মহাক য়াম্না থুনা মোংফমদা

থুংলুবা পামখিবনি। মফমদুদা মপুরোইবগী অশিবা হকচাং সংস্কার তৌনবা ঙাইদুনা লৈরম্লগনি। অদুবু ব্রাহ্মণনা ধর্ম্মগী থৌরম পূম্নমক লোইদ্রিফাওবদি মাবু থাদোক্লমদে। মদুগী মতুংদা মহাক্কা হায়রম্মী, "রাণীনা মমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈদা নুমিৎ কৌবা লাইদুগী ৱারী তাখিবদুগী ৱাফম হায়রম্মী। মহাক্কা রাণীদা মচু শংবা চেঙ খরা পীদুনা হায়রম্মী, "চেঙসি নপুরোইবগী অশিবা হকচাংদা চাইথরু।" মসি হায়রম্লগা মহাক মাঙখ্রে।

রাণী অতোনবীদু চেনখিদুনা মোংফমদা থুংলুরে। পূম্নমক্কা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাক্কা নিংথৌগী অশিবা হকচাংদুগী মনাক্তা চঙশিল্লম্মী অমসুং চেঙদু মঙোন্দা লংশিল্লম্মী। নিংথৌ থুনমক কৃ মথক্তা হৌগত্তুনা ফমুংদা তৃম্লুবদগী হৌগৎলকপগুম্না লেপ্লম্মী। নিংথৌ অমসুং পূম্নমক্কা রাণীদা অসিগুবা অঙকপগী মশক ওইরবা মওংদা করম তৌনা হিঙ্গৎহল্লক্লিবনো হংলম্মী। রাণীনা তাক্লম্মী, "মসি পূম্বসি ফাইরেল নোংমাইজিংগী ৱারী তাবদুগী মতীক ময়াইনি।" রাণীদু মানা মমাগী গর্ভদা তাখিবনি। মদুগী পুন্যগী শক্তিদুনা মানা যাদুগী শক্তিসি ফংলিবনি।

ঙাইহাক তৃমিন্না লৈরুরগা নিংথৌনা হায়রম্মী, "করিগুম্বা ৱারীদু তাবদগী অসিগুম্বসি ওইবা তারবদি নিয়ম চুম্না ঙাক্তুনা রথসাপ্তমীগী ব্রত তৌনবা দরকার ওইবা পূম্নমক থৌরাং তৌনবা য়াথং পীরম্মী। ফাইরেল থাগী পানখৎলকপা তরেৎনি পানবা নোংমাইজিংদা রাণী অনীমক্কা ব্রত তৌরম্মী, মদু ঙসিফাওবা অচৌ অশাং শাগে জাৎকী নুপীশিংনা তৌনরি। ❑

মণিপুরী ফুঙ্গা ৱারী

## মবুক ফত্তবা মন্ত্রী মচাগী পোৎলোই

মতম অমদা লৈবাক অমগী নিংথৌ মচাগা মন্ত্রী মচাগা য়াম্না নুংশিননা ইতাও শান্নরম্মী। মতমগী মতুংইন্না মখোয় অনী পাখঙ মপৃং ফারক্লম্মী। মহৈ-মশিং তমদুনা মীওই অমমম ওইনবা খন্নরম্মী। নোংমদি মখোয় অনী মহৈ তম্বা চৎসি হায়নদুনা য়ুমদগী খোঙশাল্লম্মী। অসুম অসুম লাকপনা উমং অমদা ফাওদুনা চৎলম্মী। মদু হেক লান্থোকপগা লম্লোং অহুম ফাংবা মফম অমা থেংনরম্মী। "মফমসিদগী কায়নরসি, চহী অমা হেক ফাবগা মফমসিমক্তদা অমুক ঐখোয় অনী উনসি" ৱাফমসি মখোয় অনীমক্লা য়ানদুনা কায়নরম্মী।

মথংগী চহী অমা হেক ফাবগা মখোয় অনী হায়নখিবা মফমদুদা থুংলুরম্মী। মখোয় অনী পূন্না ময়ূমলোমদা হনমিন্নরম্মী। অসুম অমুক লাকপনা উমং অমা ফাওরম্মী, উমংদুগী মনুংদা চৎলিঙৈদা মন্ত্রী মচানা নিংথৌ মচাদা হায়রম্মী, "ইতাও, হৌজিক উমংসিদা ঙাইহাক্তং পোত্থাখিসি অদুগা মফম য়াম্না চারে ইবান্নিনা তম্লকপা

মহৈ-মশিংদু করি করিনো হায়বদু উমংসিদা উৎথোক্লসিদো।" মখোয় অনী য়ানদুনা মন্ত্রীমচানা হান্না উৎলম্মী। লৈমায়দা লোংনা হীপ্পগা খূবাক্তা মন্ত্র শোন্দুনা মমায়দা নানবদা ময়াদগী সনাগী শজী অমা থোরক্লগা ঙাইহাক চেন-চোংদুনা শান্নরম্লগা মন্ত্রীমচাগী ময়া মনুংদা শজিদু অমুক চঙলম্মী।

মন্ত্রী মচাগী মহৈ উৎপা লোইরবা মতুংদা নিংথৌ মচাগী অমুক উৎনবা পালি থোক্লে। নিংথৌ মচানা লৈমায়দা লোংনা হীপ্থরগা মখূত্তা মন্ত্র শোন্দুনা মমায়দা অমুক্তং নানবদা ফজরবা সনাগী তেনৱা অমা নিংথৌ মচাদুগী মচীন্দগী পাইথোরক্লগা উশাদা তোংদুনা শান্নরম্মী। তাঞ্জাসিদা মরৌ লৈবা, পূকচেল ফৎত্রবা মন্ত্রী মচানা খল্লম্মী, 'ঐনা সনাগী শজি ওল্লগা মাগী হকচাং মনুংসিদা চঙলবদি ঐ নিংথৌ মচা ওইরনি। অদুদগী নিংথৌ খুভম ফংদুনা নিংথৌ ওইনা নুংঙাইনা পাল্লনি।' মসি খন্দুনা মাসু সনাগী শজি থক ওল্লগা অশিবগুম তাদুনা লৈরিবা নিংথৌমচাগী হকচাংদা ময়াদগী চঙখিরম্মী। অসুম্না মন্ত্রী মচানা নিংথৌ মচা ওল্লগা হৌগত্তুনা মশাগী হকচাং পোলাংদু থাঙনা মতূপ তরেৎ থোক্লা ককথৎলগা শীং অকংবা খরা থিরুদুনা মৈ থাদোক্লম্মী।

মবুক ফৎত্রবা মন্ত্রী মচানা তৌরিবদু উবদা উশাদা তোংলিবা সনাগী তেনৱানা খল্লম্মী– 'হস, ইতাও নঙসিদি নবুক ওন্থোক্লা ফত্তেদকো। ঐবু কল্লক্তুনা নশাগী হকচাং পোলাংফাও মৈ থাদোকচরবা, ঙম্মীদকো, নঙগী পূকচেল। ওন্থোকপনি ঐদি লমগী চেক্লা ওইনা পুন্সি লেনবা তারেদকো।' অসি হায়দুনা তেনৱাদো মমীত্তগী মপি শীন্থরদুনা অহাঙবা অতিয়াদা মালং শাখপ তোয়না পাইখ্রে।

মন্ত্রীমচাদু নিংথৌ মচা শারদুনা ময়ূমদা হল্লক্লবদুদা মন্ত্রীনা হংলম্মী, "নতাওদি কদায়দা লৈহৌরে।" নিংথৌমচা শারিবা মন্ত্রীমচানা খুম্লম্মী, "ইতাওদি ঐগা কায়নরে।" নিংথৌ মচা শারদুনা লৈরকপনা অহল ওইরবা নিংথৌ শিরবদা মহাক লৈবাক অদুগী নিংথৌ ওইদুনা নুংঙাইনা পাল্লক্লেদনা।

নোংমা নিংথৌ মচানা ওনবা সনাগী ফজথ্রবা তেনৱানা লৈবাক কয়া লান্না পাইখিদুনা অতোপ্পা লৈবাক অমগী নিংথৌ কোনুংদা পাইশিল্লুরগা নিংথৌদুগী মজাইবেম্মা য়োংখমদা ফি শারিবা মফমদুগী শম্বন্দা তোংলুরে। ফজথ্রবা সনাগী তেনৱা উবদা নিংথৌ মজাইবেম্মদু পূমশুম শুমহৎখ্রে। তেনৱাদুনা নুমিৎ খূদিংগী মাগী

ফিশাফম মনাক্তা হেক হেক তোংলবদুদা নোংমদি নিংথৌ মচানুপীদুনা হায়রম্মী, "হে তেনৱা, ঐনা নঙবু য়াম্না নুংশি, লাউ ঐগী য়োংখমদা তোংলো লাউ। ঐ নঙবু ফারগা সনাগী পোন্দা য়োক্তুনা ঐগী ওইনা থমজগে।" নিংথৌ মজা ইবেম্মগী ৱাসি তাবদা নিংথৌ মচানা ওনবা সনাগী তেনৱাদুনা খুল্লম্মী, "হে নিংথৌগী মজা ইবেম্মা, ঐবু নঙগী ওইনা থমগে হায়রবদি কনাগুম্বদা পীথোক্লোই অমদি য়োম্থোক্লোই হায়না হান্না ৱাশকপীয়ু।" "নিংথৌ মজাইবেম্মনা ৱাশল্লগা ফাদুনা সনাগী পোন অমদা য়োকচরম্মী। অঙকপা ফংনা ফজরবা তেনৱাদুবু য়েংবা লৈবাক লৈবাক্কী মী কয়া কয়া লাক্তুনা কোনুংদা তিল্লম্মী।

নিংথৌমচা শাদুনা নিংথৌ ওইনা পাল্লিবা লৈবাক্তুদসু পাউসি তানরম্মী। নিংথৌ শারিবা মন্ত্রীমচানা য়াম্না চিংনরম্মী। নিংথৌগী মচানা ওনখিবা তেনৱাদু শোয়দনা ওইরমগনি নীংলদুনা মতৌ করম তৌদুনা য়েক্লবদু মাঙহনগনি অমদি য়েক্ল-তিঙ্খং লৈতনা পানবা ঙমগদগে খল্লম্মী। মহাক্লা তেনৱা লৈরিবা লৈবাক্তুগী নিংথৌদা চিঠি অমা ইদুনা থারম্মী– তেনৱাদু লৈরগে, শেল কয়া লৌগদবনো? অদুদগী নিংথৌগী মজাইবেম্মা, তেনৱা য়োক্লিবদুনা অমুক শাউনা চিঠি ইদুনা নিংথৌ মচা শারিবা মন্ত্রীমচাদা থারম্মী।

মথংগী নুমিত্তা মন্ত্রীমচা নিংথৌ শারিবদুনা লৈবাক ঙাক্লিবদুদা অমুক হন্না চিঠি অমা ইদুনা থারম্মী– 'তেনৱা পীয়ু য়াদ্রবদি লান্মী শেম শারম্মু, লান তৌনবা তারে।' তেনৱা য়োক্লিবা নিংথৌগী মজাইবেম্মনা মরোলসি পারগা খল্লম্মী– 'ইপা নিংথৌদি অহলসু ওইরবনিনা মমান্নবা শাথেং লাম্থেংনদা পাঙ্গল য়াওদ্রবনিনা লান্দা মায়থীবা তাই, অদুনা অহল ওইরবা মপা নিংথৌবু কন্নীংবনা ৱাশক থুগায়বা তারম্মী। অসুম্না খল্লগা মজাইবেম্মনা মানা য়াম্না নুংশিনা য়োকচরিবা সনাগী তেনৱাদু পীথোক্লকখি।

মন্ত্রীমচানা ওনখিবা নিংথৌদুনা তেনৱাদু য়াম্না চেকশিন্না মাগী কোনুং তান্না পুরম্মী। মবুক ফৎত্রবা নিংথৌ শাবদুনা লৈবাক মীয়াম মমাঙদা অচৌবা কূম্মৈ অমা তৌরগা মাগী য়েক্লবা ওইরিবা তেনৱাদু হাৎকে খল্লম্মী। লৈবাক পূংজাও থীন্দুনা কূম্মৈদুগী পাউজেল শন্দোকখ্রে।

কূম্মৈ নুমিৎনি। কোনুংগী মপাল কাঙজেবুংদা মীয়াম্না চোন্না তিল্লি। ফৎত্রবা নিংথৌ শারিবা মন্ত্রী মশাদুগী ৱাখলদি ময়াম্না তেনৱাবু কোইপু পুদুনা কোনুংগী

অকোয়বদা লমথোকউরগা হঞ্জিল্লক্কুনা লম্পাক্তা কূম্মৈ তৌরগা মদুগী মরক্কুদা তেনৱাবু মণ্ডক কক্কুনা হাৎনবা শীল্লম্বনি।

শিরগনি খণ্ডলবা তেনৱানা মন্ত্রীমচানা নিংথৌ শারগা পান্দুনা লৈরিবা মাগী লৈমগা লোয়ননা চৎলিঙৈদা মপি তানা কপ্পা উরুরগা সনাগী তেনৱানা লৈমদা য়েংলগা হায়রম্মী, "ইবেম্মা লৈমা, ঐহাকসে নিংথৌ মচা নপুরোইবনি। ইতাও মন্ত্রী মচাগা মহৈ তম্লুরগা হল্লকপদা উমংদা ইবানী মানা মানা তম্লুবা মহৈ উৎথোক্লবদা ঐনা সনাগী তেনৱা ওল্লিঙৈদা মবুক ফৎত্রবা ইতাওনা সনাগী শজি ওল্লগা ঐগী অশিবগুম তারিবা হকচাংদা চঙখিদুনা নিংথৌ মচা শাদুনা ঙসি নিংথৌ ওইরিবসিনি। অশেংবা নিংথৌ মচা নত্তে, ৱাফমসি হায়রগা হোরেল মীয়াম মমাঙদা হায়গদবা তৌগদবা পূন্বা তানরম্মী।

নিংথৌনা অঙম-অথৌ, মীনাই-মশলগা লোয়ননা কোনুংগী মপান কাঙজেবুংদা মীয়াম মমাঙদা লৈমনা নিংথৌদা ঙসাই সনাগী তেনৱাগা লোন্না তান্নখিবা ৱাফমগী মতুংইন্না য়েংদুনা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ ইবুংঙো, ইবুংঙোদি চহী অমা চূপ্পা মীরৈবাক্তা মহৈ তম্বা লেঙবিরুই করি করি মহৈ হৈবিরকপা, ঙসি লৈবাক চোন্না তিল্লবসিদা ইবুংঙোনা তম্লকপা মহৈদু অমুক্তা উৎপিয়ুবা।"

নিংথৌ ফনা কুইনা খাঙলম্মী অদুবু উৎতবদি য়াদবদগী উৎনবা শেম শারম্মী। মীয়াম মমাঙদা ফিরাজী ফিদা ফজবা অমা থাহল্লম্মী, মদুগী মথক্তা লোংনা হীপ্পগা মখূবাক্তা মন্ত্র শোল্লম্মী। মখূত্তুনা মমায়দা নানবদা ময়াদগী ফজখ্রবা সনাগী শজি অমা চোংথোরক্কুনা লম্পাক্কুদা কোইচেন চেন্দুনা শান্নরম্মী। অসিগুম্বা নিংথৌগী অঙকপা মহৈসি উবদা প্রজা পূম্নমক্তা হরাওবগা লোয়না নিংথৌবু থাগৎলম্মী। তাঞ্জাসিদা হান্ননা তান্নখিবা পোরমদুগী মতুং ইন্না লৈমনা সনাগী পোন মখূম হেক হাংদোকপগা সনাগী তেনৱা পাইথোরক্কুনা মীয়াম মমাঙদা তাদুনা লৈরিবা নিংথৌগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদুগী ময়াদা কোক পাইশিনখ্রে। সনাগী শজিনা হঞ্জিল্লক্কুনা য়েংবা মতমদদি হকচাংদু হিংগত্তুনা শজিগী চঙফম লৈতদুনা উমংদা চেনখিরম্মী।

নৌনা হিংগৎলক্লিবা নিংথৌনা তিল্লিবা মীয়ামদা অশেংবা ৱারী পূম্নমক লীথোক্কুনা তাহল্লম্মী। মতুংদা লৈবাক অদুগী নিংথৌ ওইদুনা নুংঙাই য়াইফনা পানখিয়ে। ❑

পঞ্জাবী ফুঙ্গা ৱারী

# বোপোলুচী

খুঙংগী গুহাদা নুপী মচা খরা ঈশিং শোক্লম্মী। ৱাগী ৱা ওইনা সুম ঙাঙনরকপদা মখোয় লুহোংবগী মরমদা অথোই অহেন শাজিন্দুনা ৱারী শারম্মী।

অমনা হায়রম্মী, "ঐগী খুৱানা অউনপোৎ ময়াম অমা অমসুং অরোনবা ফি জুরা পুবক্কনি অমসুং কোনুংদা ঐ লুহোংগনি।" অতোপ্পা অমনা হায়রম্মী, "ঐহাক্কী খুবানা ষণগাড়ীদা রত্ন-মণি অমসুং মোতি থন্না পুদুনা হৌজিক শোয়দনা লাক্কনি।"

অহুমশুবদুনা হায়বম্মী, "ঐহাক্কী খুৱানা ফিরোল অমদি মিঠাইনা থন্না হাপ্পবা ষণগাড়ী পুদুনা লাক্কনি।

বোপোলুচী মখোয় পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না ফজে। মখোয়গী ৱাহৈশিংদু তারগা নীংবা কায়রম্মী। তোল্লবীদু মহাক্কা হায়ন-শীংনবা কনাসু লৈতে অমদি মাগীদমক অউনপোৎ লাঙবীগদবা কনাসু লৈজদবীনি সংসারসিদা অদুবু ৱাহৈগী চিনবুংদদি করিগী হন্থনা লৈরুনি? হায়রম্মী, "ঐগী খুৱানা সনাগী পুখমদা ফিরোল অরোনবা

জুরা, মিঠাই অমসুং হীরা-মোতি পুরক্কনি।"

দাকু অমনা বোপোলুচীগী ৱাদু তাখিরম্মী। দাকুদু পোৎ হাদুনা য়োনবা শাদুনা খুঙ্গং থুংনা কোয়চৎ চৎপনি। অমসুং নুপীশিংগী থাউ য়োনবনি। মহাক মতমসিদা গুহা মনাক্তা ফমদুনা লৈরম্মী। বোপোলুচগী ফজবা অমসুং মতীক মঙালনা মাবু শুমহৎলম্মী। অমসুং মাবু লুহোংগে হায়না লেপ্লম্মী।

মথংগী নুমিত্তা পুখমদা রেশমগী ফিরোল, মিঠাই অমদি মমল য়াম্লবা মণি-মুক্তা পুরদুনা মহাক ইনাকখুনবা লৌমী অমগী ফিজেৎতা বোপোলুচীগী ময়ূমদা লাক্লম্মী।

বোপোলুচীগী মীৎ পাঙনা পাঙনা লৈখি। ঙরাংখক্তদা মমান্নবীশিংদা মানা ৱারী তৌখিবদুখক্নি। দাকুনা বোপোলুচীদা হায়রম্মী, "ঐহাক বাপুগী অঙাং ওইরিঙৈদা মাঙখিবা মনাওনুপানি। ঐহাক্না নঙবু ইচানুপাগা লুহোংবা পাম্বদগী লৌবা লাক্লিবনি।"

পোপোলুচী তারিবদু থাজবা ঙম্লমদে। মহাক মঙদি নত্তেকো হায়না খঞ্জরম্মী। মহাক হরাওমনবগী ঙমখৈ লৈরমদে। দরকার ওইবা পোৎ-চৈ খরা য়োমশিন্দুনা লুট তৌবদুগা লোয়ননা চৎপা তারম্মী। লম্বীদা উপান্দা তোংলিবা ক্বাক অমনা ক্বাক-ক্বাক খোংলম্মী।

বোপোলুচী, বোপোলুচী চেকশিল্লু
নুংশিৎতা ইরোয়নরিবা খুদোংথীবদু খল্লু
মসি খুরা নত্তে, নত্তে নঙবু কনবীগদবা
লুট তৌবনি, চৈথেং পীগনি।

বোপোলুচীনা হংলম্মী, "খুরা ক্বাকসিনা খোংলিবা খুৎখোঙসি অঙকপনি। মসিনা করি হায়রিবনো?"

লুট তৌবদুনা হায়রম্মী, "করিসু নত্তেদা, 'সিৱাইগী ক্বাকসে অসুম তৌনা হেকহেক খোংবনি।"

খরা অমুক চৎলগা মখোয়না ৱাহোং অমা অমুক থেংনরম্মী। মশক ফজবী বোপোলুচীবু উবদা লাউরক্লম্মী—

বোপোলুচী বোপোলুচী চেকশিল্লু
নুংশিৎতা ইরোয়নরিবা খুদোংথীবদু খল্লু
মসি খুরা নত্তে, নত্তে নঙবু কনবীগদবা

লুট তৌবনি, নঙবু চৈথেং পীগনি।

বোলোলুচীনা অমুকসু হংলম্মী, "খুরা ৱাহোংসিগী খোঞ্জেলসিসু অঙকপনি, মসিনা করি হায়নিংলিবনো?"

লুট তৌবদুনা হায়রম্মী, "ইহে করিসু নত্তেদা 'সিৱাইগী ৱাহোংশিংসে অসুম্না হেক হেক খোংবনি।"

খরা অমুক লম্বীদা চৎলম্মী। মফম অমদা লমহূই অমা থেংনরম্মী। মানসু বোপোলুচীবু উরগা হৌনা খোংলম্মী–

বোপোলুচী বোপোলুচী চেকশিল্লু
নুংশিৎতা ইরোয়নরিবা খুদোংথীবদু খল্লু
মসি নখুরা নত্তে, নত্তে নঙবু কনবীগদবা
লুট তৌবনি, নঙবু অৱাবা পীগনি।

বোপোলুচীনা অমুকসু হংলম্মী, "খুরা লমহূইগী খোঞ্জেলসি তাও, ঙক্তরা? মসিনা করি হায়রিবনো?"

লুট তৌবদুনা হায়রম্মী, "করিসু নত্তেদা, মফমসিৱাইগী লমহূইসি অসুম্না হেক হেক খোংবনিদা।"

মখোয় লুট তৌবা নুপাদুগী ময়ূম য়ৌদ্রিফাওবা চৎলম্মী। ময়ূম হেক য়ৌবগা দাকুনা থোঙদু মনুংদগী লোনশিল্লম্মী অমসুং বোপোলুচীদা মহাক কনানো হায়বসি তাক্লম্মী। মহাক্না লুহোংনবগী ৱারেপ মতৌ করম্না লৌখিবনো হায়বদুসু। বোপোলুচী য়াম্না কপ্লম্মী, হায়জ-চৎচরম্মী অদুব লুট তৌবদুগী থম্মোয়দি পেৎলকখিদে। মহাক্না মমা হনুবীদুদা মাবু শিন্নরম্লগা লুহোংবগীদমক থৌরাং তৌরুনবা শহর চৎখ্রে।

বোপোলুচীগী মশমদু খূকউ ময়া নক্না শাংলম্মী। অদুবু লুট তৌবদুগী মমাদু অহলসু ওইরম্মী অদুগী মথক্তা মাগী মকোক্তা শম অমত্তা হৌরমদে। কন্যাগী ফিরোল তুনা তুনা অপঙবী হনুবীদুনা হংলম্মী, "ইবেম্মা নহাক্কী নশম্না অসুক শাংলিবসে করম তৌননো?"

বোপোলুচীনা পাউখুম পীরম্মী, "ঐগী ইমা মসিগী নিয়ম খঙই, মসিগীদমক্তা অচৌবা শুম্বলদা ঐগী কোকসে শুরম্মী, শুক্কী চৈথেংগা লোয়ননা ঐগী শমসে শাংদোরক্লকই। শম শাংনবগী অরায়বা অমসুং অমত্তা ঙাইবা নিয়মদি মসিনি।"

হনুবীনা হায়রম্মী, "ওইবা য়াই, ঐগী কোক্তসু অশাংবা শম হৌরকপা য়াই।" হনুবীগী মকোক্তা করিগুম্বদসু অশাংবা শম হৌখিদে অমসুং মদু মাগী য়াম্না পামজবনি।

বোপোলুচীনা হায়রম্মী, "ওইবা য়াই, য়েংথোকপদা করিসু মাঙবা নত্তেদা।"

অদুদগী হনুবীদুনা শুম্বলদা মকোক থল্লম্মী। মহাক্না মকোক্তু হেক থম্বগা বোপোলুচীনা লৈজবী পাঙ্গল থাদুনা শুক্তু থাদরম্মী হনুবীদুগী থৱায় চেল্লা পাইখিরম্মী।

বোপোলুচীনা অশিবা হনুবীদুগী ফিরোল শেৎচিন্দুনা থুনমক মাগী পোৎচে ময়োমদুগা মফমদুদগী চেল্লকখি।

লুট তৌবদুনা মাগী তুংদা থিরক্কনি হায়বসি বোপোলুচীনা মুন্না খঙলম্মী। মরমসিনা মহাক মশাগী য়ুমদা তূমদদুনা মমান্নবীগীদা হেক হেক তূল্লম্মী। অদুবু অসুম্না কয়া কুইনা চৎনখিগনি? নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মহাক ময়ুমদা তূম্নবা ৱারেপ লৌরম্মী। হোয়, তূম্না মতমদা মহাক্না কাংথোল মখাদা শীংজং অমা লোত্তুনা থম্মী। অহীংদুদা মীওই মরি মহাক্কী য়ুমদা চঙলক্লম্মী অমসুং মহাকপু কাংথোনগা কোন্ননা থাংদুনা পুরম্মী। লুট তৌবদু ফমুংদুগী কোকলোম থংবদা পায়রম্মী। বোপোলুচী মীকপ থোক্লবনি। অদুবু তূম্লিবা শাদুনা হীপ্লম্মী। খুঙ্গংদগী খরা থাপ্না চৎলগা ফমুংদো লৈমায়দা থল্লম্মী। হৌজিক অকিবা লৈত্রে খন্দুনা মখোয় নুংঙাইরম্মী। মখোয়গী চেকশিন্দবা মতৌদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা থুনমক শীংজং লৌথোক্লম্মী অমসুং মকোক্লোমদা লেপ্লিবা মীওই অনীদুগী মকোক্তু মশাদগী তোঙান তাহল্লম্মী। মহাক খূৎলৈ থুনা লৈশিল্লম্মী। খুয়াদা লেপ্লিবা অহুমশুবা মীদুগী মকোক্তুসু লৈমায়দা উফূল লেকপা হৌরম্মী। লুট তৌবা অমদি চেন্নবগী তাঞ্জা ফংলদুনা চেনখ্রে। মহাক্না মাবু তান্নরম্মী। ফংগদৌরবা খরদা ঙায়রবা কালদা জঙ্গলী হৌদোংগুম উপাম্বী অমদা কাখৎখিরম্মী।

বোপোলুচীনা শীংজংদু নাল্লগা লাউরম্মী, "নুপা থোক্লবদি মখাদা কূমথরকউ, অমসুং লাম্থেংনসি।"

অদুবু লুট তৌবদু মখাদা কূমথবক্লে। বোপোলুচীনা অকংবা উশা ৱাশা অমসুং উনা ময়াম পূনশিল্লম্মী অমসুং উদুগী মায়কৈ মরিদগী মৈ থাগৎলম্মী। উনা-উনা উপাম্বীদু চাকপা হৌরম্মী। মৈখূনা লুট তৌবদুগী নুংশাম্বর ফুনবা হৌরক্লম্মী। মখাদা

কূমথরক্লবা হাথু-হাথু তৌবদা মকোক্লা য়ুংনা তারক্তুনা মঙক লৈথোক্লম্মী অমসুং শিরে।

অদুগী মতুংদা বোপোলুচী লুট তৌবদুগী ময়ূমদা চৎলম্মী। মহাক্লা লুট তৌবদুগী লোত্তুনা থল্লিবা লন-থুম, সনা-লুপাগী সনাবুননচিংবদু উট অমসুং গধাশিংদা হাপ্তুনা ময়ূমদা পুরক্লম্মী। হৌজিক মহাক কয়ামুক ইনাক খুনবগে হায়ববু কনাগুম্বনা পাল্লবদি মাগা হেক্তা লুহোংবা য়ারনি। ❑

বঙ্গালী ফুঙ্গা ৱারী

## কোটৱাল অমসুং হিংচাবা

বর্দমানগী মনাক্তা করিগুম্বা খুঙ্গং অমদা কেটৱাল অমা লৈ। মহাক য়াম্না তল্লি, অমসুং শূবগী ৱাদি হায়বিরক্কনু হায়বা মীতানি। নুমিৎ চুপ্পদু মহাক্কী মল্লবা মিংশেল অমগী মমাঙদা ফমদুনা অতেকপা শমজেৎনা মশম হাত্তুনা লেল্লি। মহাক্কী অহল ওইরবী মমানা নুংতিগী মাবু চৈ-থাংই অদুবু মনানা তাদে। মমৈদদি মমানা শাউমন্দুনা ঈ কারদনা শুমচিংনা ফূরম্মী। পাখঙ ফারবা মচানুপাদা অসুম তৌবসিদা ইকায়বা পীবনি খনখিদুনা ময়ূম থাদোক্তুনা চৎখ্রে। চৎনা চৎনা মহাক জঙ্গল অমদা থুংলম্মী। মফমদুদা মহাক্কী মতেং পাংবীনবা ঈশ্বরদা হায়জগে খল্লম্মী তৌইগুম্বসুং মানা ঈশ্বর খুরুম্লিঙৈদা হিংচাবা অমা উনরম্মী। মদু উবদা কোটৱাল জ্ঞান মাঙখ্রে অদুবু মাগী অকিবদু উৎথোক্তে থৌনা খোমজিল্লগা হিংচাবদুগা লোয়ননা জগোয় শারম্মী। ঙাইহাক লৈরগা হিংচাবদা হংলম্মী, "নঙ করিগী জগোয় শারিবনো? অদুক য়াম্না হরাওরিবা করিগীনো?"

হিংচাবদু নোক্লম্মী, "ঐ নহাক্কী ৱাহং ঙাইহিরিবনি। নঙদি উনা শাবা মকুনি, ঐনা জগোয় শাবগী মরম নঙ খঙদ্রে। ঐহাক নঙগী থোৎ-থোৎ লাউবা শাদুম চাবা ফংলগনি হায়বসিদনি। হায়য়ু নঙনা জগোয় শারিবগী মরমদু?" কোটৱান্না হায়রম্মী, "ঐগীদি মদুদগী হেনবা মরম অমা লৈ। ঐখোয় রাজকুমার কন্না নারি। মাইবশিংনা মহাক হিংচাবা চাম্মগা অমগী ঈ পীথক্লবদি শোয়দনা ফগনি হায়রম্মী। মহারাজনা লাউথোকহল্লম্মী কনাগুম্বনা হীদাকসি পুরক্কুনা পীবা ঙম্লবদি মহাকপু লৈবাক তঙ্খায় অমা পীগনি অদুগা লোয়ননা মচানুপী লুহোংদুনা পীগনি। য়াম্না রানা ঐনা ব্রহ্ম হিংচাবা চাম্মদি ফারবনি, নঙগা তিনশিল্লবদি চাম্মগা অমা মপৃং ফাগদবনি। নহাক্কী আত্মাদো ঐনা হন্না খুদুম চল্লবনি, নঙ ঐগী জেবতা লৈরবনি।" মসি হায়রগা মহাক্না জেবতগ অপীকপা মিংশেলদু মাগী মীৎমাঙদা উৎলম্মী। কিববা হিংচাবনা মিংশেলদুদা মশাগী মমি তশেংনা উবদুদা মহাক্কী আত্মানা তশেংনা মাগী মখুত্তা লৈখ্রবগুম খল্লম্মী। থক-থক নীক্লদুনা দরবাড়ীদুদা হায়জরম্মী— মাবু থাদোক্লবা অদুবু মহাক্না যানিংলমদে। মতমদুদা হিংচাবদুনা লৈবাক তরেৎকী লন-থুমগা মায়বা খাজনা পীনবা মিহৌতল্লম্মী. মদুদা য়ানিংদবা শারদুনা হায়রম্মী, অদুগুম্বা লন-থম নঙনা পীগনি হায়না ৱাশক্লিবদু কদায়দা লৈবগে অমসুং অহীং অথেঙবসিদা লন-থুমদুবু অমদি ঐবু য়ূমদা কন্যানা থিনবীগনি।" হিংচাবনা হায়রম্মী, "খাজনা নঙগী নতুংদা উপাম্বীদুগী মখাদা ফুমদুনা লৈ, অহানবনা নঙ মসিবু নমীৎমক্লা য়েংখো। অদুদগী নঙ অমদি খাজনাসি মীৎনা কূপ্পদা নঙগী নয়ূমদা য়ৌহনগনি, হিংচাবশিংগী শক্তি নঙোন্দা করিগী লোৎলুনি।"

হায়না হায়না মহাক্না উপাম্বীদু মরু-মরাগা কোন্নানা ফুক্কৎলম্মী অমসুং হীরা-মোতিশিংনা থল্লবা সনাগী সনাবুল তরেৎ মপান্দা পুথোক্লম্মী। খজনাদু মঙোন্দা দরবাড়ী মমীৎ থক্লম্মী অদুবু মশাগী ফীভমদু য়াম্না হৈশিংনা লোৎশিন্দুনা মহাক্না পোঙনা য়াথং পীরম্মী মহাক অমসুং খজনাদু ময়ূমদা য়ৌহনগদবনি। হিংচাবদুনা য়াথংদু ঙাক্লম্মী। মহাকপু ময়ূমদা থিনবীরগা মাবু থাদোকপীনবা হায়জরম্মী অদুবু কোটৱান মহাক্কী সেবাদগী অদুক থুনা নাম্থোকপা পাম্লমদে। অদুনা মানা অহানবদা মাগী লৌবুক্কী মহৈ মরোং খাওরগা পুরক্লবা হায়রম্মী। তোল্লবা হিংচাবদুনা মাগী আত্মাদু তশেংনা মহাক্কী খূবাম্লুংদা লৈ হায়বসি থাজখিবনি। মরমসিনা মহাক মহৈ মরোং খাওবদা য়াবা তারম্মী।

হিংচাবদু মহৈ মরোং খাওরি লৌবুক্তা। মতমদুদা অতোপ্পা হিংচাবা অমা লাক্লম্মী। মঙোন্দা করি তৌরিবনো হংলম্মী। হিংচাবদুনা মহাক্কী মরায়বক থীবদুগী মরম তাক্লম্মী। লাংদুদগী নাম্থোক্লবা য়াথং ইনবা তারম্মী অদুনা ফৌ খাওরিবনি।"

অতোপ্পা হিংচাবদু ফাক-ফাক নোকথোক্লম্মী অমসুং হায়রম্মী, "ঙাওরব্রা? হিংচাবনা মীওইবদগী কয়ারক হেন্না শক্তি লৈ অমসুং অথোইবনি। মীওইবগী করি মতীক লৈদুনা ঐখোয়বু মায়থীবা পীবা ঙমগদৌরিবনো? মীদুগী য়ূম ঐঙোন্দা তাকউ।"

"তাক্কে, অদুবু অথাপ্পদগী ফৌ খাওবা লোইদ্রিঙৈদা মনাক্তা চৎনবগী থৌনা লৈতে।" মসি হায়দুনা মানা কোটৱালদুগী য়ূমদো অথাপ্পদগী তাক্লম্মী।

মরকসিদা লন-থুম ফংবগী হরাওদুনা কোটৱাল চাক্লেনগীদমক চাউরগা ঙা অমা পুরক্লম্মী। মদু হৌদোংনা অতেকপা মীহুৎথোঙদগী চঙলক্তুনা ঙাদু তঞ্জায় হেন্না চাথোকখ্রে, মাগী নুপীদুনা হৌদোং অমুক হন্না লম্বীদা লাক্কনি খন্দুনা ঙাশেম থাঙদু পায়দুনা ঙাইরগা লৈরম্মী।

অসোমদা অতোপ্পা হিংচাবদু হূরানবগী মতৌগুম কোটৱালদুগী ময়ূমদা খোঙথাং মখোল থোকহন্দনা লাক্লম্মী। মহাক্কী মরূপপু কিহল্লিবা মীদুগী ময়ূমদু য়েংনবগীদমক অতেকপা মীহুৎথোঙদুদা মঙক থিংজিল্লম্মী। ফৎত্রবা হৌদোংদু য়েংদুনা শাউনা লেপ্লিবা নুপীনা অথৌবা থাঙদুনা য়ানশিল্লম্মী। পান্দমদু মপা থোকখিদে অদুবু হিংচাবগী মনাতোনদু মচেৎ অমদি ককখিরম্মী। নাবা অমদি কিবনা হিংচাবদু জ্ঞান মাঙখিরম্মী। ইকায়বনা মরূপুগী মনাক্তা চঙলমদ্রে।

অহানবগী হিংচাবদু তপথবগা লোয়ননা ফৌদু খাওরম্মী। অমসুং মাবু থাদোকপিনবা হায়জরম্মী। ফৎত্রবা কোটৱালদুনা হন্দক্তি মিংশেলদু মনীং ওইনা উৎলম্মী। হিংচাবদুনা য়াম্না মুন্না য়েংবদা মদুদা মশাগী মমি তাদবদুদা নুংঙাইবগী নুংশাশ্বর হোন্দুনা জগোয় শা, ঈশৈ শক্তুনা চৎখ্রে। ❑

কাশ্মিরী ফুঙ্গা ৱারী

# ঙানা করিগী নোক্লিবা

নোংমা নুমিত্তা ঙা ফাবগী নুপীনা মাগী ঙাশিংদু য়োন্নবা লাক্লম্মী। মকোক্তা ঙাগী তিনদো পুবদুনা লাউরম্মী, "ঙা অতেকপা, ঙা অতেকপা, ঙা লৈয়যু ঙা।" অসুম্না লাউরদুনা মহাক কোনুংগী মনাক্তা চৎলম্মী। অদুদা রাণীনা মীহুৎথোঙদগী মাবু খূদম তৌদুনা কৌরম্মী অমসুং ঙাশিংদু যেংহন্নবা হায়বম্মী। মতমদুদা অচৌবা ঙা অমা তিন্দুগী মপানদা চোংখৎলম্মী।

রাণীনা হংলম্মী, "মসি লাবরা নৎত্রগা অমোমলা? ঐদি ঙা অমোম লৌগনি।"

ৱাসি তাবদা অচৌবা ঙাদু য়াম্না কন্না নোক্লম্মী। ঙা য়োনবীদুনা হায়রম্মী, "মসি লাবনি" অমসুং তিনদু থোঙ্গৎতুনা চৎখ্রে। রাণী শাউনা নীংবা কায়দুনা মাগী কাদা লাক্লম্মী। নুমিদাংৱাইরম নিংথৌ মহাক্কী মনাক্তা লাক্লম্মী। রাণী শাউরংনদুনা লৈরম্বা থেংনবদুদা হংলম্মী, "করি তৌরে? হকচাং নুংঙাইতব্রা?"

রাণীনা খুম্লম্মী, "অদোমগী থৌজালদগী ঐহাক তশেংনা নুংঙাইজরি তৌইগুম্বসুং ঐহাক ঙা অমগী অঙকপা ব্যবহারদা য়াম্না ৱারে। ঙা য়োনবীদুনা "মসি লাবরা, অমোম্লা" হংলুবদা ঙাদুনা ফাক ফাক নোকথোরকখি।

"ঙা নোকই হায়বা ওইথোকপা য়াদবা, নঙনা মঙ মঙলিবা ওইরিনি, মসিবু করম্না ওইগদৌরিবনো?"

"ঐহাক অপঙবী নত্তে, ঐনা মদু ইমীৎমক্তা উরবনি অমসুং নাকোংনা তশেংনা তারবনি।"

"অঙকপা ৱানি। ফরে, ঐ মদু খঙদোক্লগে।" মথংগী অয়ুক্তা নিংথৌনা মন্ত্রীদা ৱা তান্নরম্মী অমসুং থিজিন্নবা য়াথং পীরম্মী, করিগুম্বা থা তরুকফাওবা ৱাফমসি খঙদ্রবদি শিবগী চৈরাক পীগনি।"

মন্ত্রী ঙানা নোকপগী মরম খঙনবা চোকথবা লৈতনা হোৎনরম্মী। মদুগীদমক্তা চৎলুদবা মফম লৈরমদে। কনা কনাদনো হংলুদবা য়াওদ্রে। জ্ঞানী, অনুভবী, যাদুগর, তান্ত্রিক, কনাবুসু থাদোক্লমদে।

নীংবা কায়রদুনা মহাক য়ুমদা হল্লক্লম্মী অমসুং শিবগী অরেপ্পসি খঙদুনা মশাগী লম-তু অমসুং য়ুম-কৈগী মরমদা শেংদোকপা হৌরম্মী। নিংথৌবু মহাক্তা নীংথিনা খঙলম্মী। মহাক মাগী ধমকীদু শোয়দনা পাঙথোক্কনি মচানুপাদা লংফৈদা মতম খরা চৎলুখিগে হায়রম্মী, মদুদগী হল্লকপদা নিংথৌগী অশাওবদু নেমথরম্বসু য়াই।

মন্ত্রীগী য়াম্না শিংবা মচানুপাদো য়ুমদগী মপান থোকখিরম্মী অমসুং মখোঙনা চৎপা অমদি মরায়বক্তা চিংবা মায়কৈদা অসুম চৎলম্মী। মতম খরা চৎলবা তুংদা লম্বীদা হনুবা লৌমী অমা থেংনরম্মী। অহল ওইরবা লৌমীদো লংফৈ চৎলুবদগী ময়ুমলোমদা হল্লক্কিবনি। মহাক অফবা অমদি নুংঙাই য়াইফবা মীওই ওইনা তৌই। লৌমীদুদা মহাক্তা লোয়ননা চৎমিন্নবা হংলম্মী। অহলদুসু মানা হায়বদু য়ারম্মী। মবানি লোয়ননা চৎলম্মী। নুমিত্তু য়াম্না শারম্মী অমসুং লম্বী শাংই, ফৎলমদে।

মন্ত্রীগী মচানা হায়রম্মী, "ঐখোয় অমনা অমবু থাঙ্গৎনদুনা চৎলবদি ফরোইদ্রা?"

হনুবনা খল্লম্মী, "কয়াদা পঙখ্রবনো?"

খরা চৎলগা মখোয় গেহুগী লৌবুক মনাক্তা চৎলম্মী। গেহুদো য়াম্না ফরম্মী

অমসুং মুল্লদুনা খাওনবগী মতম ওইরক্লবনি। নুংশিৎকী ইপোমদা গেহ্ চরোংদুনা পাকথবদুদি সনাগী সমুদ্রদা ঈথক হৌবগুম নীংথিজরম্মী। মন্ত্রী মচানা হংলক্লম্মী, "মসিবু চাথোকখ্রব্রা নৎত্রগা চাদ্রিব্রা?" হনুবদো করি পাউখুম পীগদবনো খঙলমদে। মহাক্লা অসিদমক হায়রম্মী, "খঙদেদা।"

মাঙদা খরা চৎখৎলগা অচৌবা খুঙ্গং অমা য়ৌরে। মন্ত্রীমচানা চৎমিন্নরিবা হনুবদুদা ফুরিৎখাউদগী ছুরিদু পীরগা হায়রম্মী, "বাবা থাঙসি পায়য়ু অদুগা শগোল অনী লৌরগা লাকউ, হোয় মসি অমুক পুবিরকউ, মমল য়াম্বনি।"

অহলদু য়াম্না ঙক্লম্মী অমসুং শাউসু শাউনিংলম্মী। মহাক মুরুম মুরুম শোল্লম্মী। 'মসি অঙাংসি ঙাওরব্রা কৈনো নৎত্রগা ঐবু অপঙবা শীরিব্রা?' মন্ত্রী মচানা অসুম্না তাখিবগুম তৌরম্মী অমসুং তুমিন্না চৎলম্মী মহাক মতম অদুফাওবা তুমিন্না লৈরম্মী হনুবা লৌমীগী খুঙ্গং খরা ৱাৎলিঙৈদা শহর অমা য়ৌদ্রিফাওবা। মখোয় অনী শহরদুগী বাজার ফাওদুনা মখোয় মসজিদ অমদা চৎলম্মী শহবদুদা কনানসু বর পীবা নৎত্রগা সলাম তৌবা থেংনদে অমদি কনানুস মখোয়বু পোখানবা হায়রমদে। মন্ত্রী মচানা লাউরম্মী, কয়াদা চাউখ্রবা মোংফমনো (কব্রিস্তান)? অহল ওইববা লৌমীদুনা খল্লম্মী— 'মসি কবি হায়নিংলিবনো? অসুক চাউরবা শহরসিবু কব্রিস্তাননি হায়রিবসিবো?'

শহরগী মপান্দা মখোয় কব্রিস্তান অমদা ফাওদুনা চৎলম্মী। মফমদুদ মীওই খরনা পূজা তৌদনা লৈরম্মী অমসুং লম্বী চৎপশিংবু তলনাচিংবা অচা-অথক যেল্লম্মী। হনুবা লৌমী অমসুং মন্ত্রীগী মচাবুসু মখোয়না অচা-অথক, অথুম-অহাও পীরম্মী মদুনা মখোয় মবুক থল্লম্মী। মতমদুদা মন্ত্রীগী মচানা হায়রম্মী, "কয়াদা চীং-লেম্লবা শহরনোনেসে?"

হনুবদুনা খল্লম্মী – 'মসি তশেংনা ঙাওববনি। ঐনা তাকপা ঙমগনি, মথংদা মহাক করি হায়রক্কদবনো হায়বদো। মহাক লৈমায়সিবু ঈশিংনি হায়গনি অমসুং ঈশিংবুনা লৈমায়। মম্লবা কান্দা মঙালগী ৱা ঙাঙগনি অমসুং মঙাল লৈরগনা অমম্বগী।' অদুবু মহাক মাগী ৱাখলদু মপুক্লিংনা অদুম খল্লম্মী মন্ত্রীমচাদু তানবদি হায়রুবা য়াবা নত্তে।

খরা চৎলগা মখোয় তুরেল অমা ইরোয়দুনা লানবা তারম্মী। ঈশিংদু খরা

লুরম্মী। হনুবা লৌমীদুনা মাগী পাইজমা অমসুং খোঙউপ লৌথোক্লম্মী অদুবু মন্ত্রী মচাদুদি পাইজমা অমসুং খোঙউপ উপ্তুনা তুরেল লাম্থোক্লম্মী।

হনুবদুনা মপূক্লিংনা খল্লম্মী – 'মসিমুক পঙবসিদি ঐনা ঙসিফাও উখিদ্রি। মাগী ৱাহৈ অমসুং থবক্কী মমৈ মকেক অমত্তা খঙবা ঙমদে।'

মসিদসু হনুবদুনা মাবু য়ারম্মী, মহাক লৈবাক মচা তাবা অমসুং মমা-মপা জাত নাইবা মচা মাল্লি। মহাক্কী য়ূমদা পুদুনা চৎলবদি মাগী নুপী অমদি মচানুপীনা হরাওগনি, মসি খল্লদুনা মহাকপু ময়ূমদা চৎনবা বার্ত্তন তৌরম্মী।

মন্ত্রী মচানা মদুগীদমক্তা তৌবিমল খঙবা উৎলম্মী অমসুং হংলম্মী, "থোইনা খনবীদ্রবদি ৱা অমত্তং হংজগে? অদোমগী য়ূম্বীদো লিংব্রা?"

হনুবদো মচীন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লম্মী অমসুং লম্বী চৎমিন্নবদু নুপী অমদি মচাদা শক্তাক্লবগীদমক্তা ইমুংদা চঙখ্রে। চৎনা চৎনা মহাক মপূক্লিংদা নোক্লম্মী। ইমুংদা মচানুপী অমসুং নুপীদা মহাক্কী মরমদা তাক্লম্মী, "মীওইসি লম্বীদা ঐগা লোয়ননা লাকমিন্নবনি। ঐনা মাবু য়ূমদা লেকখিনবা বার্ত্তন তৌরুবনি অদুবু মসি য়াম্না পঙবনি। মাগী ৱাহৈ অমসুং থবক ঐনা খঙবা ঙমদে, হায়রকই, "য়ূমসিগী য়ূম্বী কনব্রা? মসি তশেংনা ঙাওরবনি।"

হনুবগী মচানুপীদু য়াম্না শিংলম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, মীওইসে ওইনিংবা ওইসনু, অঙাওবদি নত্তে, মহাক্না খঙবা পাম্লম্বদি নঙনা মাগী অতিথিগী হৌনবী সেবা তৌবা ঙমগদ্রা, অসিনি।

লৌমীনা হায়রম্মী, "ও, তশেংনা ফৈনে, অসুম্না নঙ মাগী অতোপ্পা ৱাহৈশিংসু খঙবা ঙমগনি, ঐখোয় অনী চৎপদুদা মানা হায়রম্মী, "ঐখোয় অনী অমনা অমবু থাঙ্গৎনদুনা চৎসিরা, মহাক্কী ৱাখলদি লম্বীদু নুংঙাইনা চৎপনি।"

মচানুপীনা হায়রম্মী, "চিংনদনা, মহাক্কী ৱাহৈগী অর্থদি নখোয় অনী ৱারী লীনরবদি চৎপদো ৱারোই হায়বনি।"

"ও! হোয়, অদুগী তুংদা গেহুগী লৌবুক শমদুনা চৎলম্মী। মহাক্না ঐঙোন্দা হংলম্মী, মসি চাথোকখ্রব্রা নৎত্রগা চাখিদ্রিব্রা? মাগী হায়নিংলিবদু খঙদ্রে। মহাক্না শূপ্নদগী মসি খঙবা পাম্লম্বনি, লৌমীদো মাগী মরন তোনব্রা, তোন্দব্রা? করিগুম্বা মহাক্তো শেল তোনবা ওইরবদি লৌগী পোৎথোক্তু চাথোকখ্রবগুম্বনি মতমদুদা

পোৎশক্তু শেন্দোই-শেল্লেপতুসু পুন্না মৎখিগদৌরিবনি।"

"হোয়, হোয় চিংনদনা। অদুদগী খুঙ্গং অমদা চঙলকপদা ঐঙোন্দা ফুরিৎখাউদগী ছুরি লৌথোক্লুনা পীরগা শগোল অনী পুরক্লবা হায়রম্মী অদুগা ছুরিদুসু।"

লৌমী হায়রিবদুগী অর্থ মচানুপীদুনা অসুম্না হল্লম্মী, "লম্বী চৎপগীদমক চৈশু শগোলগা মান্নবনি নৎত্রবরনে? মানা শূপ্নতগী নঙনা চৈশু অনী কল্লগা পুরকউ অমসুং ছুরিদুসু মাঙহনবীদনবা হায়রম্লিবনি।"

লৌমীনা মখা তারম্মী, "ও ফরে। ঐখোয় শহর অমদা ফাওদুনা চৎলম্মী অদুদা ঐখোয় খঙন-চান্নবা কনাসু উরমদে অমসুং কনামসু চাক চাবা অমগী অমসুং অহাও-অথুম খরা ফাওবা পীজরক্তে, তৌইগুম্বসুং অশিবশিংগী লৈফম কব্রিস্তান অমদা থৌজাল হৈবা মীওই উনবম্মী। মখোয়না চান-থক্লবা পোৎচৈ পীরম্মী। মতমদুদা মহাক্না হায়রম্মী শহরদুবুনা কব্রিস্থাননি অদুগা কবিস্তানদুনা শহর।

"য়েংউ বাপু, মীওইদুনা অতিথি সেবা তৌবা ঙমদ্রবদি শিবদগীসু হেন্না তোল্লবনি অদুগা শহরদুদা মীওই পূম্বনা অসুম্না তৌরবদি মদু অশিবগী খুঙ্গংনি তৌইগুম্বসুং খুঙ্গংগী কব্রিস্থান্দা মখোয়না থৌজাল হৈবা মী উনে। মখোয়না তল অমসুং অহাও-অথুম্নচিংবা পী অদুনদি মানা শহরনি হায়রিবদু।"

"চুম্মী তশেংনা চুম্মী," মহাক্না লাঙতক্লনা হায়বম্মী। হৌজিক ঐখোয়না তুরেল লাম্থোকপদা মহাক খোঙউপ লৌথোক্তে।"

"ঐহাক মাগী লৌশিংগীদমক্তা থাগৎলি। ঐহাক্না তত্তনা খল্লি -- মীশিংসি কয়াদা পঙলিবনো. চেন্থরিবা তুরেল লাম্থোকপদা খোঙউপ লৌথোকই, অমসুং মচীন তুম্বা নূংদা খোঙনা চৎলি। খজিক্তং থেংবদা তুবা য়াই অমসুং কোক্তগী খোঙফাওবা চোৎপা য়াই, শোকপসু য়ারিবনি। মহাক্কী মরূপ য়াম্না খঙ-হৈবনি। ঐহাক মাবু উনবা পাম্মী।"

"ফৈ ঐ মাবু কৌরক্কে।"

"বাপু মঙোন্দা হায়য়ু, ঐখোয়গী য়ূম্বী য়াম্না কল্লি অদুদা মহাক শোয়দনা লাক্কনি। অহানবদা ঐ মঙোন্দা খূদোলপোৎ খরা থারুগে মদুদা খঙবা ঙমগনি ঐখোয় অতিথি সেবা মতীক চাবা শক্তি লৈ হায়বসি।"

হনুবগী মচানুপীনা মীনাইগী খূৎথাংদা হৱাই থোংবা, তল তরানিথোই অমসুং শঙ্গোম অফম্বা থারম্মী অমসুং হায়রম্মী, "মরূপ, থাসু মপূং ফারি, থা তরানিথোইনা চহী অমা ওইবনি। সমুদ্রসু ঈশিং থন্না লৈ।"

মীনাইনা লম্বীদা মহাক্কী মচা অতোনাব থেংনৈ। থুমোক্তা চানবা পোৎচৈ উবদা মদু লৌনবা নিংঙাই তৌরম্মী। খঙদ্রবা মপাদুনা মঙোন্দা হৱাই থোংবা য়াম্না, তল অমা অমসুং শঙ্গোম খরা পীরম্মী অমসুং মপু ইবেম্মগী পাউজেলদু হন্না হায়রম্মী।

মন্ত্রী মচানা হায়রম্মী, "মঙোন্দা ঐনা সলাম তৌজরকই তম্বীয়ু অমসুং মসিমসু হায়বিরম্মু, থাদি নীনি পানবগীনি, চহী অমদা থা তরামাথোইদমক উই। সমুদ্রসু ঈমায় চোন্দ্রে।"

পাউজেলদুগী মকোক মমৈ মীনাইদুনা খঙবা ঙমদ্রে। মহাক্না তেনৱাগী মতৌগুম্না মপু ইবেম্মগী মমাঙদা হন্না হায়রম্মী। মতৌ অসুম্না হূরানবা ফারম্মী অমসুং মহাক দন্দি ফংলম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা লম্বী চৎমিন্নবা মরূপ্তো হনুবগা লোয়ননা য়ূমদা চঙলক্লম্মী। মহাকপু লৈবাক নিংথৌগুম তরাম্না ওক্লম্মী মরমদি মহাক য়াম্না চাউবা মীওইগী মচানি অদুবু লৌমীদো মাগী মপা-মপুগী মরমদা করিসু খঙলমদে। ৱারী শানবদা মহাক্না পূম্নমক তাক্লম্মী। ঙানা নোকপা, মাগী মপাদা পীরিবা শিবগী দন্দিগী ধমকী অমসুং মশাগী শহর থাদোকপগী মরমসু। মহাক্না মঙোন্দগী মোৎ হংলম্মী— মসিদা করি তৌগদগে হায়বদু।

হনুবগী মচানুপীনা হায়রম্মী, "ঙানা নোকপদু খুদোংথীবা পূম্নমক্কী মরূনি। নিংথৌ কোনুং লৈমশিংগী লৈফমদা অতোপ্পা মীওই অমা লৈরে মদুগী মরমদা নিংথৌনা করিসু খঙদে।"

মথংগী অয়ূক্তা মহাক লৌমীগী মচানুপীগা লোয়ননা কোনুংগীদমক খোঙশাল্লম্মী অমসুং চুমদ্রিং কোনুং য়ৌরগা পোত্থারম্মী। কোনুংদা মহাক মপাগা উনরম্মী ৱাফম পূম্নমক তাক্লম্মী।

শিবগী ৱাখলদা তোল্লবা মন্ত্রীদো তঙ্খায় অমদি শিরবনি। মহাকপু থুনমক দোলাইদা ফমহন্দুনা নিংথৌগী মনাক্তা পুরম্মী। ৱাফমদু তারগা নিংথৌ থাজরমদে, "ঐগী লৈমকোন্দা অতোপ্পা মীওই ওইথোক্তবনি।"

মন্ত্রীনা হায়রম্মী, "ব্রাফমসে অরানবা ওইরোই, য়োকপিরিবা মপু! মদুগী চাংয়েংগীদমক্তা ব্রাকৎ অমত্তং থমজরি। অদোম্না অচৌবা কুন্দ অমা তৌহনবিয়ু অমসুং অমমম ওইনা কোনুংগী মীওইশিংবু মসিদা চোংননবা হায়বিয়ু, চোংবগী নিয়মদা মীওইদু ফাগনি।"

নিংথৌনা কোম তৌহল্লম্মী অমসুং কোনুংগী মীনাই পূম্নমক মদুদা চোংদুনা লাম্হোক্লবা য়াথং পীরম্মী। মদুদা অমখক্তমক ঙল্লম্মী, মদু মীওইদুমক্নি।

মসিদা রাণী অতোনবীনা মশাগী মরাল য়াজরম্মী অমসুং মদুগী মতীক চাবা দন্দি ফংখ্রে।

থাজবা য়াবা মন্ত্রীগী থব্রায় কল্লম্মী। থুনমক মন্ত্রী মচাগা লৌমীগী মচানুপীগা লুহোংলম্মী। মসিমক য়াম্না মহৈ য়াল্লবা লুহোংবনি প্রমাণ তৌরম্মী। ❑

